# শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত

## আদি লীলা ( খণ্ড অহানবা )

পূজ্যপাদ

শ্রীলকৃষ্ণদাস কবিরাজ গোস্বামিবিরচিত

শীতলজিৎ সিংহনা

তোবা মণিপুরী অনুবাদ অমসুং নৈনরোল্ য়াওবা

# শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত

## আদি লীলা (খণ্ড অহানবা)

পূজ্যপাদ

শ্রীলকৃষ্ণদাস কবিরাজ গোস্বামিবিরচিত

শীতলজিৎ সিংহনা

তৌবা মণিপুরী অনুবাদ অমসুং নৈনরোল যাওবা।

অহানবা স স্করণ

ফ্রেণ্ডস ইউনিওন প্রেসদা শ্রীকোইজম অচৌবী সিংহনা নম্বা

অমসুং শীতলজিৎ-না ফোঙবা।

ফংফম—(১) ফ্রেণ্ডস্ ইউনিওন প্রেস, ইম্ফাল

(২) শীতলজিৎ সিংহ, কৈশামথোং,

তোপ লৈরক, ইম্ফাল।

ইং কুমজা ১৯৮৯

সৎ পুস্থা ভাল্লবনী ]

মমল ২০,

# শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত

## আদি লীলা

### অহানবা পরিচ্ছেদ

**মূল ১**

বন্দে গুরূনীশভক্তানীশমীশাবতারকান।
তৎপ্রকাশাশ্চ তচ্ছক্তী কৃষ্ণচৈতন্যসংজ্ঞকম্ ॥ ১ ॥

### শব্দার্থ

বন্দে ঐনা খুরুমজরি, গুরূন—গুরুশিংবু, ঈশভক্তান— ঈশ্বরগী ভক্তশিংবু (শ্রীবাসনচিংববু), ঈশম— ঈশ্বরবু, ঈশাবতারকান— ঈশ্বরগী অবতারশিংবু (শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্যনচিংববু), তৎপ্রকাশান ঈশ্বরগী প্রকাশ-শিংব (শ্রীনিত্যানন্দনচিংববু), চ- অমসুং, তৎ—মাগী (ঈশ্বরগী), শক্তী — শক্তিশিংবু (শ্রীগদাধরনচিংববু), কৃষ্ণচৈতন্য- শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য, সংজ্ঞকম — কৌববু, (কৃষ্ণচৈতন্যসংজ্ঞকম- শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য কৌববু)।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ঐনা শ্রীগুরু পূম্নমকপু খরুমজরি ঈশ্বরগী ভক্ত পুম্বা (শ্রীবাসনচিংববু), ঈশ্বর অবতার (শ্রীঅদ্বৈত আচার্য্যনচিংববু) ঈশ্বরগী প্রকাশ পুম্ববু (শ্রীনিত্যা-নন্দনচিংববু) ঈশ্বরগী শক্তিশিংবু (শ্রীগদাধরনচিংবব) অমসুং শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য-কৌবা ঈশ্বরবু খুরমজে।

### তৈনরোল

শ্লোকসিদা 'গুরূন' হায়বা শব্দসিনা খণ্ডহল্লিবদি দীক্ষাগুরুবু (লাইমীঙ পীরিবা গুরুব) অদুগা শিক্ষাগুরুশিংবু (ঈশ্বরগী মরমদা তাকপীবা মীশিংবু) খণ্ডহনবনি। ঈশভক্তান হায়বা শব্দনা শ্রীবাসনচিংবা ভক্তশিংবু খণ্ডহনবনি। আদিলীলাগী পরিচ্ছেদ অহানবগী ৩৮ শুবা পারেংদা হায়রি "ভগবানের

ভক্ত যত শ্রীবাস প্রধান—ভগবানগী লৈরম্বা ভক্তলক্তা শ্রীবাস ভক্তনা মকোকনী।" "ঈশাবতার" হায়বা শব্দসীনা শ্রীঅদ্বৈতনচিংবা অংশ অবতার শিংবু খঙহল্লী। মহুদি—"অদ্বৈত আচার্য্য প্রভুর অংশ অবতার ১/১/৩৯॥" মসীগী অর্থদি অসীনী—অদ্বৈত আচার্য্যদি শ্রীমন মহাপ্রভুগী অংশাবতারনী। "তৎপ্রকাশান্" হায়বা শব্দসীনা শ্রীনিত্যানন্দনচিংবা স্বরূপ-প্রকাশবু খঙহল্লী। মহুদি ১/১/৪০-দা হায়রি -"নিত্যানন্দ রায় প্রভুর স্বরূপ প্রকাশ। নিত্যানন্দ রায়দি চৈতন্য প্রভুগী স্বরূপক শকউৎ (প্রকাশ)-না।" "তচ্ছক্তা - তৎ শক্তী" হায়বা শব্দসীনা শ্রীগদাধরনচিংবা প্রভুগী শক্তিশিংবু খঙহল্লী। মহুদি ১/১/৪১ শুবা পরেংদা হায়রি—"গদাধর পণ্ডিতাদি—প্রভুর নিজশক্তি। —গদাধর পণ্ডিতনচিংবদি প্রভুগী মচামক্তী শক্তিনা।"

অহানবা শ্লোকসিদা, ইষ্টদেবগী (লাৎচরিবা, নীঙজবিবা লাইগী) সামান্য ওইবা (অযাম্বু বোনিশনবা) নমস্কারগা (খুরুম্বগ) বিশেষ ওইবা মঙ্গলাচরণ তৌরিবনা। কনাহম্বগা মক (কনা) ওইনা খুদামগী নাঙজবিবা শিংথবু পনবদা মহুগা চপনানিনা (সমান ওইনা) অতৈ বিষয়বু যাংশিন্না খুরুম্ববু সামান্য নমস্কার কৌযি। শ্লোকসিদা পন্থা ওইবিবা বিষয়বস্তুদি শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যনী, মরমদি গ্রন্থকারগী ইষ্টদেবদি শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যনী। ইষ্টদেববু খুরুম্বদা লোয়নননা গুরুশিংবু, অবতারশিংব, প্রকাশশিংবু অমদি শক্তিশিংবু চপ মান্ননা শ্লোকসিদা খুরুম্মি।

থবক অমা তৌরদা অকায়-অতোয় অশোয়-অঙাম থোক্তনবা অমস্ত ভোগে নীঙজবিবস্থ মপুঙ ফাংনা পাঙথোক্লবগা দমক ইষ্টদেবনা থোজানবা-নবগীদমক ইষ্টদেবদা খুরুম্ব।। অহুবু ইষ্টদেবগা খোঙতান ফংবদি গুরুগী পাদনা মরুওইবা উপায় ওইবগদা ফংগদবনি। গুরুদেবনা পেদুনা চানবীবরদদা ভগবান-না পেনবা। মহুদি -"যস্য প্রসাদাৎ ভগবৎপ্রসাদ। মহাগুরা পেল্লগা ভগবান-না পেল্ল। - গুর্বষ্টকম॥' মরমসিনা শ্রীকৃষ্ণদাস কবিরাজ গোস্বামীনা লাইরিক অহৌবদা গুরু পূর্ব্ব বন্দনা তৌজবিবনা।

গুরুকৃপা ফংলবস্থ অহুগী মথক্তা ভক্তগী কৃপা ফংলবদি ভগবান্-না চানবীবহু যুজল্লী। ভগবানা নাঙতম্বা পুরুষ ওইরবস্থ প্রেমগী মথাপোনবা ওইগনবা মরম্না মহাক ভক্তগী মখা পোল্লা। মহুদি "অহং ভক্তাধীন — এদি ভক্তগী মখা পোল্লী।" বায়মসী ভগবানগা শ্রীমুখগী যাকানী। মরমসিনা শ্লোকসিদা ভক্তশিংবুস্থ খুরুম্মি। 'ভক্ত' শব্দসিনা মফমসিদা

খওহল্লিবদি নিত্য পরিকরগী (মতম পুম্বদা লোয়নবিরগী) মশক ওইবা ভক্ত, সাধনসিদ্ধ ( সাধনগী মপান্না সিদ্ধ ওইবা ) ভক্ত, পূর্ব্বসিদ্ধ ( হান্না সিদ্ধ ওইবক্লবা ) বৈষ্ণব, সাধক ( হৌজিক হৌজিক সাধন তৌরিবা ) বৈষ্ণবন-চিংববু খওহল্লিবনী।

## মূল ২

বন্দে শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য-নিত্যানন্দৌ সহোদিতৌ।
গৌড়োদয়ে পুষ্পবন্তৌ চিত্রৌ শন্দৌ তমোনুদৌ ॥ ২ ॥

## শব্দার্থ

বন্দে—ঐনা খবনজরি, শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য নিত্যানন্দৌ—শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যদা অমুগা শ্রীনিত্যানন্দদা, সহোদিতৌ (সহ-উদিতৌ)—মতম অমতদা থোরকপা, গৌড়-উদয়ে—গৌড়দেশগী মশক ওইবা উদয়পর্ব্বত-তা, পুষ্পবন্তৌ—নুমীৎকা থাজগা পুন্না, চিত্রৌ—ঙক্লবা, শন্দৌ—মঙ্গল-পীরবা, তমোনুদৌ—অমম্বা মাঙহনবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

গৌড়দেশগী মশক ওইবা উদয় পর্ব্বত-তা ( থোরকফম চীঙদা ) মতম অমতদা থোরক্লিবা অঙকপগী মশক ওইবা নুমীৎ-থাজ অনীগা পাখক ওইবা, অযৌবা মঙ্গল পী নহৈবা অমস্তুং অন্ধকারগী ( খঙদবগী ) মশক ওইবা অমম্ববু মাঙহনবা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যবু অমস্তুং শ্রীনিত্যানন্দবু ঐনা খুরুমজরি।

## টৈনবোল

শ্লোকসিদা ইষ্টদেবদবু থোইদোকপা ওইনা খুরুম্বগী ( বিশেষ বন্দ-নাগী ) মশক ওইবা মঙ্গলাচরণ অমা তৌরি। কনাহৌম্বনা ইষ্টদেবদবু বন্দনা তৌবা, অমুগা লোয়নবা মতৈ কনামতম তৌদবা, মদুবু বিশেষ নমস্কার কৌরি।

অহানবা শ্লোক অমুদা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যবু গ্রন্থকারগী ইষ্টবস্তু মরনী হায়রে। অনীশুবা শ্লোকসিদা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য অমস্তুং শ্রীনিত্যানন্দ অনীবু পন্দূনা খুরম্লি। মতুনা শ্লোকসিদা মাগী ইষ্টদেব শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যদবু খুরম্লবদি মদুবু বিশেষ নমস্কার কৌবা যাগদবনী। অদুবু শ্লোকসীবু বিশেষ বন্দনাগী

শ্লোক অমনী হায়বগী মবমদি অসীনী মদুদি শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যগা শ্রীনিত্যানন্দগা অনীগী স্বরূপ যেংলুববদি অনীসী থেন্নবা লৈতে, মখোযনীসী অমতনী। মদুগী প্রমাণদি—“একই স্বরূপ দুই ভিন্ন কায। ১/৫/৫ ॥—স্বরূপ ( মশক্তি ) অমতনী, হকচাঙদা অনী তোঙান্না থোকপনী।” “দুইভাই একতনু সমান প্রকাশ। ১ / ৫ / ১৭৫ ॥—মচীনমনাও অনীসী হকচাঙ অমতনা চপমান্ননা শকউৎপনী।”

## মূল ৩

যদদ্বৈতং ব্রহ্মোপনিষদি তদপ্যস্য তনুভা
য আত্মান্তর্যামী পুরুষ ইতি সোঽস্যাংশবিভবঃ।
ষডৈশ্বর্য্যৈঃ পূর্ণো য ইহ ভগবান স্বয়মযং
ন চৈতন্যাৎ কৃষ্ণাজ্জগতি পরতত্ত্বং পরমিহ ॥ ৩ ॥

## শব্দার্থ

যৎ—মদু, অদ্বৈতম—অনীথোকপগী জ্ঞান লৈতবা, ব্রহ্ম—নির্ব্বিশেষ ( শক্তাইদবা ) ব্রহ্ম, উপনিষদি—উপনিষদশিংদা, তৎ—মদু, অপি—লেপ্পমক, অস্য—মহাক্কী ( শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যগী ), তনুভা—হকচাঙগী মঙাল, য—মহাক, আত্মা-অন্তর্য্যামী—জীবগী মনূঙদা লৈবা পবমাত্মা, পুরুষ—মু ঙাইহৈবা মকোক, ইতি—অসূম্না, স—মহাক, অস্য—মহাক্কী ( শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যগী ) অংশবিভব—অংশ ( শরুক ) ওইবা শকউৎনী, ষট্-ঐশ্বর্য্যৈ—লন তরুক্রা, পূর্ণ—থল্লিবা, য—মহাক ( নাবাযণ, নাবাযণ অদুদি শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যগী বিলাস নী হাযবদি মঙোন্দগী থোকখিবনী ), ইহ—মযমসীদা ( জগৎসীদা ), ভগবান্—পবমেশ্বব ভগবান, স্বযম—মহামক, ইযম—মসী, ন—নাত্ত, চৈতন্যাৎ—শ্রীচৈতন্যপ্রভুদগী, কৃষ্ণাৎ—শ্রীকৃষ্ণদগী, ( চৈতন্যাৎ কৃষ্ণাৎ—শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যদগী ), জগতি—জগত্তা, পব—হেন্‌গৎপা, তত্ত্বম—অওইবা, ( পবতত্ত্বম—হেনগৎপা তত্ত্ব ), পবম—আতোপ্পা, ইহ—অসীদা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

উপনিষদশিংদা অদ্বৈতবাদীশিংনা অদ্বৈত ( নির্ব্বিশেষ হাযবদি অনাথোবপগী জ্ঞান লৈতবা ) ব্রহ্মনী হাযনা কৌবিবা মহাক অদুসু শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্যগী হকচাঙগী মঙানা ( অঙ্গকান্তিনী ), যোগশাস্ত্রদা যোগীশিংনা

জীবগী অন্তর্য্যামী ওইবা পরমাত্মা পুরুষ অদুনী হায়রিবা মহাক অদুস্মু শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যগী অংশ ওইবা শকউৎনী। ভগবাননী হায়বা লন-তক্লা থল্লবা নারায়ণ অদুস্মু শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যগী বিলাস-নী। শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যসী স্বয়ং ( শংশংবা মহামক ) ভগবান-নী। জগৎসীদা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যদগী অতোপ্পা পরতত্ত্ব ( অথোইবা অওইবা পোৎ ) অমা লৈত্রে।

## নৈনরোল

শ্লোকসীদা বিষয়বস্তুগী ( হীরম ওইবা পোৎকী ) মশক ওইবা মঙ্গলাচরণ তৌবি। পরতত্ত্ব ( অথোইবা তত্ত্ব ) ওইবিবা বস্তু ( পোৎ ) শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যমক লাইবাক অসীগী নৈনগদৌবিবা বিষয়নী।

জ্ঞানমার্গদা অদ্বৈতবাদীশিংনা খুরুমজবিবা ব্রহ্ম অদুস্মু শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য প্রভুগী অঙ্গকান্তিনী ( হকচাঙগী মঙাল্লী ), যোগীশিংনা যোগমার্গদা চঙবনা ধ্যান তৌবিবা জীবগী থম্মোই লবান্থদা লৈবিবা পরমাত্মা অদুস্মু শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য মহাপ্রভুগী অংশনী ( মচেৎনী ), সাত্বতবাদীশিংনা লাৎচবিবা ঐশ্বর্য্য-তক্কী মপু ভগবান নারায়ণ অদুস্মু শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যদগী থোকখিবা বিলাসনী। মখোয় লোইনমক্কী থোবককম মরুদি শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যনী। শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যদি ব্রহ্ম অমদি পরমাত্মানচিংবগী আশ্রয়নী ( তৃঙফম্নী ) অদুগা ব্রহ্ম-পরমাত্মানচিংবা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যদা আশ্রিত (তৃঙজবা, চঙজবা) ওইবনী। মরমসিনা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যদগা অথোইবা তত্ত্ব ( পরতত্ত্ব ) অমা লৈত্রে।

খুরুম্বগী মশক ওইবা মঙ্গলাচরণ-সীদা খুরম্লিবা ইষ্টদেবদু শ্রীকৃষ্ণ-চৈতন্যনী, অদুগা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যনা লাইরিকর্সাগী পুথোবল্লিবা পোৎ অদুনী। ইষ্টদেবসা শংশংনা উবদৌনা লোত্নুনা অদুমশুবা শ্লোকসা ইবিবনী, অদুনা শংশংনা উবে হায়না তাকপা যাবা 'অস্য' ( মহাক্কী ), 'অয়ং' ( মহাক্না ) হায়বা ৱাহৈশিংসী শীজিন্নবিবনী।

## মূল ৪

## ( বিদগ্ধ মাধবে—১।২ )

অনর্পিতচরীং চিরাৎ করুণয়াবতীর্ণ কলৌ
সমর্পয়িতুমুন্নতোজ্জ্বলরসাং স্বভক্তিশ্রিয়ম।
হরি পুরটসুন্দরদ্যুতিকদম্বসন্দীপিত
সদা হৃদয়কন্দরে স্ফুরতু ব শচীনন্দন ॥ ৪ ॥

## শব্দার্থ

অনর্পিত—পীখিদ্রিবা, চরী—মমাঙৈদা ওইখিবা, ( অনর্পিত-চরীম্—মমাঙৈঙদা পীখিদ্রিবা ), চিরাৎ —মতম যাম্না কুইনা, করুণয়া—মহুৎ-যাওদবা থৌজাল্লা, অবতীর্ণ—কুম্বীরকখি, কলৌ—কলিযুগ অসীদা, সমর্পযিতুম্—পীননবা, উন্নত—অৱাংবা, উজ্জ্বলরসাম—মধুর-রস ( নুপা-নুপী নুংশিনবা ), স্বভক্তি—মাগী মরম ওইবা ভক্তিগী, শ্রিযম্—লন, হরি —ভগবান (শচীগী মপারি হরি), পুরট—সনাদগী, সুন্দর—হেন্না ফজবা, দ্যুতি—মঙাল, কদম্ব—মযামগা লোয়ননা, সন্দীপিত —ঙাল্লিবা, সদা—মতম পুম্নদা, হৃদয-কন্দরে—থম্মোইগী হা-নুংদা, স্ফুরতু—ফোংলাউনা ঙাল্লশনু, ব—নখোযগী, শচীনন্দন—শচীগী মচানুপানা।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মমাঙৈঙদা মতম যাম্না কুইনা পীখিদ্রিবা, অৱাংবা উজ্জ্বলরসগী (মধুররসগী) ওইবা মছামক্কী ভক্তি বৌবা লন অদু পীগে হাযদুনা কলিযুগ অসীদা চানবীদুনা নোংগুম্বীরকখি। সনাদগী যাম্না হেন্না ফজববা মঙান মযাম্না পুন্দুনা ঙাল্লিবা শচীগী মপারি হরিনা নখোযগী থম্মোই-লকান্নুং-গী হাদা ফোং-লাউনা ঙাল্লসনু।

## নৈনবোল

শ্লোকসীদা আশীর্ব্বাদগী মশক ওইবা মঙ্গলাচরণ তৌরি। 'শচীনন্দন হরিনা চান বিদুনা মী পুম্নমক্কী থম্মোইনুংদা ঙানবা ওইরসনু' হাযরসী জগৎকী মযমদা তৌবা গ্রন্থকারগী আশীর্ব্বাদ-নী। মতুদি শ্লোক ২৫দা হাযরি "চতুর্থ শ্লোকেতে করি জগতে আশীর্ব্বাদ। সর্ব্বত্র মাগিযে কৃষ্ণ-চৈতন্য প্রসাদ, ১/১/২৫ ॥ —মরিশুবা শ্লোকতা জগৎপু আশিষ তৌরি। মযম পুম্নমগী শ্রী কৃষ্ণচৈতন্যনা চানবীসনু হাযনা নিরি।"

যশোদানন্দন শ্রীকৃষ্ণগী কৃপা নিত্রগা শচীনন্দন শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যগী কৃপা নিরিবসিগী মরমদি অসীনী—বৃন্দাবনগী শ্রীকৃষ্ণগা নবদ্বীপকী শ্রীকৃষ্ণ-চৈতন্যগা অনীসী তোঙান্দবা পোৎ ওইররস্নু কৃপা যেনবগী মতাঙদদি শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যনা কৃপা হেন্না পীখি হাযরদু তাক্লনবা হাযদুনা তৌরিবনী। 'উন্নত-উজ্জ্বলরস' ওইবা মরম্লাই ভক্তি-লন হাযবা অতাঙবা পোৎ অদু

শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যনা জীবদা দান তৌবিরম্মী, মসীগুম্বা ভক্তিলন্দি শ্রীকৃষ্ণনা বৃন্দাবনধামদা লেঙথবীবম্বা মতমদা পীবিবমদে।

উন্নত-উজ্জ্বলবসগী' ভক্তি-লন হাযবসে নৈনসী। উন্নত' হাযবা শব্দগী অর্থদি 'অৱাংবা' হাযবনী। কনাদগী হেন্না ৱাংবনো হাযনা হাযবমদ্রবনীনা উন্নতগী অর্থ 'খ্বাইদগী হেন্না বাংবা' হাযনা লৌবা তাবে। অহুনা মফমসীদা উন্নতবস হাযরগা মধুব-বসবু হার্যবিবনী হাযনা লৌবা তাবে।

ব্রজদা ব্রজ-নিংথৌ শ্রীনন্দগী মপাবি শ্রীকৃষ্ণনা ভক্ত মখল মরিগী প্রেমবস ( নুংশিবগী মহাও ) চুপ্লম্মী। মখোযচুদি—দাস্য ( মনাই ওইবা ), সখ্য ( মশূঙ-মমান্নবা ওইবা ), বাৎসল্য ( মমামপানা মচাবু নুংশিবা ), অহুগা মধুব ( নুপা নুপী ওইনা নীঙনবগী ওইবা )।

ঐগী মীনীকো হাযনা কনাগুম্ববু খল্লকপা মতমদা মাবু ঐনা নুংশিবিবনী। ঐগী নম্ভবা মীবু থোইনা নুংশিকদে। ঐগী হাযবা ৱাখল ( মমতা-বুদ্ধি ) অসী লৈববদদা নুংশি-ইখৌ লাংবত্ত ওইবিবনি।

ব্রজদা শ্রীকৃষ্ণগী ওইবা মী ( পবিকব ) মবক্তা বক্তক-পত্রকনচিংবনা দাস্য ভাবকী ভক্তনী, সুবল-মধুমঙ্গল-নচিংবনা সখ্যভাবকী ভক্তনী, নন্দ-যশোদানচিংবনা বাৎসল্য ভাবকী ভক্তনী অহুগা শ্রীবাধিকানচিংবা গোপীশিংনা মধুবভাবকী ভক্তনী। হাযবিবা ভক্তশিংসীগী প্রেমদা মছা মছাগী নুংঙাইনীঙবগী মনম চঙদে। মখোযগী হাযববু শ্রীকৃষ্ণগী নুংঙাইবা হাযবা অহুমতনা লোইবে, শ্রীকৃষ্ণবু নুংঙাইহন্নবা ঙম্বমখে হোৎনবা হাযবসীনা মখোযগী মথৌনী। মবমসীনা মখোযগী প্রেমদি মতুবনী, অকুবনী।

প্রেমবস মখল মবিসীগী মনূঙদা মধুববসনা পূমৱাং বাংঙী। মবমদি দাস্যভাবকী ভক্তনা মখোয মছাবু শ্রীকৃষ্ণগী মনাইনী হাযনা খল্লী অহুগা শ্রীকৃষ্ণবু মখোযবু লোইবা মপুনী হাযনা খল্লী। মীনাইদি মবন্নাই নীঙবা মতুং ইন্না কবিমতা তৌবা ঙমদে, মপুনা কবি হাযবক্কনী হাযহুনা মপুগী যাথং ঙাইহুনা লৈ। মসুম্না হঙ্গোইবসী সখ্যপ্রেমদা যাওদে। শ্রীকৃষ্ণবু মাগী সখাশিংনা মখোযগা চপ মান্নে মখোযদগী হেন্দে হাযনা খল্লী। অহুনা শ্রীকৃষ্ণগী লেংবান্দা কায, মখোযগী লেংবান্দসু শ্রীকৃষ্ণবু কাহল্লী।

মখোয়না কৃষ্ণবু সেবা তৌযি অদুগা মখোযবুসু কৃষ্ণনা সেবা তৌযি। অসুম্না সখ্যরসদা হঙ্গোইবা যাওদে অদুগা শ্রীকৃষ্ণবু মখোয়দগী হেল্লী হাযনা খন্দে অদুগা সখা মশেল অমগা অমগা থাজনৈ।

বাৎসল্যদা সখ্যদগী মমতা-বুদ্ধি লৈবা হেল্লী। মমতা ( ঐগী হাযবা ) হেন্‌বা মবম্না বাৎসল্যবসগী পবিকব ওইবিবা নন্দযশোদানচিংবনা শ্রীকৃষ্ণবু মখোযনা যোক্কদবনী অদুগা মখোয মছা মছাবু শ্রীকৃষ্ণগী অযোকপা মীনী হাযনা খল্লী। মবমদুনা মখোযনা শ্রীকৃষ্ণবু মখোযদগী হন্থে অদুগা মখোযবু শ্রীকৃষ্ণদগী হেন্না চাওযি হাযনা খল্লী। মবমদুনা শ্রীকৃষ্ণগী ফননবা হাযদুনা মতম পূম্বদা মখোযনা মহাকপু চৈ থাংদুনা বাবাক-বাতের্মী। বাৎসল্যদা দাস্যগী সেবা যাওবে অদুগা সখ্যগী হঙ্গোযদবা হাযবদুসু যাওবে। বাৎ-সল্যদা যাওবিবা হেন্দোকপা অমদি যোক-থাকপা হাযবদুনী।

মধুব প্রেমদদি হাযরিবা মযাম-পূম্বসু যাওবে, অদুদগী হেন্দোকপা মছামক্কী অঙ্গনা সেবা তৌবা হাযবদু যাওবে। মবমসীনা দাস্যদগী সখ্যদা, সখ্যদগী বাৎসল্যদা, অদুগা বাৎসল্যদগী মধুবদা শ্রীকৃষ্ণনা বস চূপ্পগী মহাও হেঙ্গৎলী অদুগা ভক্তগী প্রেম্না ভক্তগী মখা পোনবগী মচাঙসু হেঙ্গৎলী। মতৌ অসুম্না দাস্যদগী সখ্যনা, সখ্যদগী বাৎসল্যনা অদুগা বাৎসল্যদগী মধুববসনা বাংবা ( উন্নত ওইবা ) হেল্লী।

মধুববসগী মমিং অমনা শৃঙ্গাব বস কৌযি। শ্রীবৃষ্ণ মছামক্না হায— "সব বস হইতে শৃঙ্গারে অধিক মাধুরী।—প্রেমবস পূম্নমক্তগী শৃঙ্গাববসনা থুম্বা ( মধুব ওইবা ) পুঙহেল হেল্লী। ১/৪/৪৪ ॥" "পবিপূর্ণ কৃষ্ণপ্রাপ্তি এই প্রেমা হইতে—মধুব প্রেম অসীনা শ্রীকৃষ্ণবু মপূঙফানা সেবা তৌবা ফংগনী। ২/৮/ ॥"

মবম মযামসীনা মধুব বসবু খ্বাইদগী হেন্না উন্নত ( বাংবা ) ওইবা বস কৌবা তাই। মঙ্গলাচরণগী ৪শুবা শ্লোক অসীদা 'উন্নতরস' শব্দনা উৎলিবদি মধুব-বস অসীবুনী।

'উজ্জ্বল' শব্দগী মরমদা খরদং নৈনসী। উজ্জ্বল-গী অর্থদি অঙানবা, অরংবা হাযবনী। শ্লোকসীদদি উজ্জ্বলগী অর্থ সী খ্বাইদগী হেন্না উজ্জ্বল ওইবা হায়না লৌবা তাই। অদু ওইববদি খ্বাইদগী হেন্না উজ্জ্বল ওইবা রসদি কবিনো ?

মোত্তবা অদুগা মনুং মপান্ ফাওনা উবা যাবা পোং অদুদনা উজ্জ্বল ( অঙানবা, অরঙবা ) ওই, অতৈপোংনা ওইদে। ব্রজগী দাস্য-সখ্য-নচিংবা ভাব মরিসী মোত্তবা মরুবা ভাব ঙাক্লী, মরমদি হায়বিবা ভাব মখল খুদিংমক্তা কনামতগী মছাগী ওইজ-থিবা কৌবা অমোংপতু যাওদে। রস খুদিংমক শ্রীকৃষ্ণগী মুঙাইনবদা হোংনবগী বসনী। করিগুম্বা পোং অমনা মোত্তবা ওইববসু মথন্তনা ঙানবা লংবদি ঙমদে। মনুং মপান-ফাওবা অদুগা মোংতবা মুংশেন্দা মঙানগী মশেক তাববদদা মুংশেন্দু ঙাল্লিবনী। মঙান্না যৈবা মুংশেনগী শক্তক অদু ঙাল্লী অদুগা মঙান্না যেদবা শক্তি ঙানদে। অদুগা মঙান ব্রাংনা তাববদি মুংশেনসু ব্রাংনা ঙাল্লী। ভক্তগী প্রেমদু মনুং-মপান্-ফাওবা মোত্তবা মুংশেন্দী হায়না চাংদম্নবা যাই, অদুগা প্রেম অদুবু ঙালহন্নবা ( উজ্জ্বল ওইহন্নবা ) মঙানগী মশেক্তি মমতাবুদ্ধিদগী থোরকপা সেবা তৌনীঙবা ( উৎকণ্ঠা ) অদুগা চাংদম্নবা যাই। ব্রজপবিকবশিংনা শ্রীকৃষ্ণবু মতম পূম্নমক্তা সেবা তৌনীঙঙী। অদুবু পবিকবশিংগী মনুঙ দা মখোয়গী মমতা-বুদ্ধিদি চপ মান্নদে, অথোই-অহেন্ নাইনা লৈ। মমতা-বুদ্ধি খেন্নবগী মতুং ইন্না মখোয় মখোয়গী সেবা মতৌনীঙদুসু খেন্নৈ। মবমদুনা ভাবকী মশক ওইবা মুংশেনগী মঙান মবঙসু মান্নদে। মতৌ অম্বুন্না দাস্যভাবতগী সখ্যভাব হায়বদুনা হেন্না ঙাল্লী ( উজ্জ্বল ওই ), সখ্যভাব-তগী বাৎসল্যনা হেন্নমুক ঙাল্লী অদুগা বাৎসল্যদগী মধুরভাব অদুনা হেন্নমুক লংঙী। অদু ওইববদি মধুরভাব অসীনা ভাব অতৈ পুম্বদগী পুমহেন হেংা ঙাল্লে ( উজ্জ্বল ওইরে )।

দাস্য, সখ্য, বাৎসল্য ভাব অহুমসী পবিকবশিংগা শ্রিকৃষ্ণগা লৈনবা সম্বন্ধ অমনা ঙমখৈ নাইহল্লী। লৈনরিবা সম্বন্ধতুগী মতুং ইন্না শ্রীকৃষ্ণসেবা তৌযি, হেন্দোক্লা তৌদে। ভৌম বৃন্দাবন-দা অবতীর্ণ ওইদুনা শাগ্নরম্বা প্রকট ( অফোংবা ) লীলাদদি মধুরভাবকী পবিকব শ্রীরাধানচিংবগী ভাব-তি তোঙানবা মৎংগীনা। শ্রীকৃষ্ণগা মখোয়গা কবিগুম্বা মঙংগী সম্বন্ধ লৈবমদে। মবমদুনা সম্বন্ধ অমা লৈনবদগী সেবা তৌনীঙবা হায়বদু ব্রজগোপীশিংগী লৈফম থোক্তবনী। অদুবু মখোয়না শ্রীকৃষ্ণ সেবাগীদমক খোযবালম্মী। মখোয়গী সেবা তৌনীঙবসী চুম্না ওইজরকপা (স্বাভাবিক) হায়বদুনী। মসীনী মখোয়গী প্রেমগী থোইদোকপা মশক হায়বদো। মখোয়না শাগৈ-ধর্ম্ম, হৌনবা-খঙবনা চৎকদবা লমচং ( আর্য্যপথ )—

পূন্নমশ্বী লংশেল্লগা কৃষ্ণপ্রেমগী ঈপাক্তা ফল্ লাউনা চোংথরম্মী। মখোয়গী সেবাগী খোৱাংবা কৌবা মঙাল-মশেকপু কবিগুম্বা অমতনা থিংবা ঙম্ন-মদে। মবমন্থনা মখোযগী ভাবকী মশক ওইরিবা ন্নুংশেন্দু ঙানবদা খ্বাইদগী পৃঙহেন হেল্লম্মী। কৃষ্ণবু সেবা তৌনীঙবদগী কৃষ্ণগী কান্তা ওইরম্মী। মখোয়গীদি সেবানা হান্না, মচুগী তুংদা সম্বন্ধ লৈবনী, অতৈ ভাব অহুমগী সেবাদি সম্বন্ধ লৈক্তবদগী সম্বন্ধগী তুংইন্‌বনী। মরমসীনা শ্রীরাধিকাখোযগী ভাব অচুনা খ্বাইদগী হেন্না বাংলিবনী অচুগা লংনা ঙাল্লিবনী ( উন্নত অমসুং উজ্জ্বল ওইবিবনী )।

রস শব্দসীগী মতাঙদা অমূক নৈনসী। মহাও তংবা যাবা পোংপু 'রস' কৌযি। মহাও তংবা যাবা পোংপু রস কৌযি হাযবা অযাম্বনা খঙনববসু হাওবদা খমথেংবা অচুবু বস হাযগদবনী। শঙ্গোম অফম্বগী মহাও অমা লৈজে। মাগা লোযনননা চিনি হাপচল্লবদি অহাওবগী ঙকপা মতাঙচু যৌবে। মতৌ অচুগুম্না দাস্য সখ্যনচিংবা প্রেমশিংগীসু মবম্লাই মহাও অমমমদি লৈ। মখোযসিংবু স্থাযী ( লেঙদবা ) ভাব কৌযি। স্থাযীভাবশিংসীগা লোযননা বিভাব, অনুভাব, সাত্ত্বিক অচুগা ব্যভিচাবী কৌবা ভাব অতৈগা তিন্নবগা ঙকা হাংবেবা পোংকুম্বা অমা স্থাযীভাবশিংনা ওইবকযি। অচুম্না ওইবকপা মতমদা দাস্য-নচিংবা কৃষ্ণভক্তিচু বসগী মশক লৌবকয়ি। অচুবু দাস্য, সখ্য অমদি বাংসল্য রস পূন্নমক সীদগী মধুব রস হাযবসীনা পূনহেন হেল্লী। মধুর ভাবকী পবিকব শ্রীবাধিকাগী ন্নুংঙাইবদুগী মহাও শ্রীকৃষ্ণনা তংনীঙবনা খোযরাঙঙী, অতৈ ভাবকী পবিকবশিংনা ন্নুংঙাইবগী মহাওচু তংবগীদমক্তি অচুক হাক্লা খোংরাংদে। মসীনা তাকপদি মধুর বস অসী মাপা লৈতনা ওইবা অঙকপা পোং অমনী হায়বসীনী। অসীগুম্বা উন্নত-উজ্জ্বল মধুর রসগী মশক ওইবা ভক্তি-লন্ অচুবু কলিনা লাকৃহৎলবা জীবশিংদা পীবিগে হায়দুনা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যনা অবতার তৌবিবম্বনী। অস্মূক তাঙবা পোংসী শ্রীকৃষ্ণ ওইনসু মহাক্না কনামতদা পীরমদে। অচুগদি কলিযুগসীদা অমদসু অমদসু শ্রীচৈতন্যনা অতাঙবা প্রেম অসী পীথোকপীরম্মী। মসীদগী ঐখোয়না খঙবদি শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য ওইনা করুণা ( চানৃবীবা ) উংলম্বদি খোইদোকপা অমা ওইনা উংলি হায়বসিনী।

হরি শব্দগী মতাঙসু নৈননিঙাইনী। হরণ ( লৌশনৃবা, হুরানৃবা ) তৌবা কনাগুম্ববু হরি কৌয়ি। হরণ তৌবা য়াবা পোংতি য়াম্না য়ামগ্রে।

অদুবু মরু ওইবা পোৎ অনীখক হরণ তৌববু হরি হায়। মদুদি অমনা অমঙ্গল পুম্নমকপু হরণ তৌবা অদুগা অতোপ্পা অমনা প্রেম পীবিরগা মন ( পুক্নীংবু ) হরণ তৌবা। শ্রীচৈতন্যচরিতামৃত মহামক্তা য়াওরি মদুদি—"হরি শব্দের বহু অর্থ দুই মুখ্যতম। সর্ব্ব অমঙ্গল হরে, প্রেম দিয়া হরে মন॥ ২/২৪/৬১॥" 'হরি' শব্দগী অর্থ অমনা নোংশা হাযবনী। জীবগী থমোই-গী হাদা লৈবা শামুগী মশক ওইবা পাপ অ'বু নোংশাগী মশক ওইবা শ্রী চৈতন্য প্রভুনা মাঙহল্লী হায়না লৌবসু যাই।

## মূল ৫

## ( শ্রীস্বরূপ গোস্বামি কড়চায়াম্ )

রাধা কৃষ্ণপ্রণয়বিকৃতিহ্লাদিনীশক্তিরস্মা—
দেকাত্মানাবপি ভুবি পুরা দেহভেদং গতৌ তৌ।
চৈতন্যাখ্যং প্রকটমধুনা তদ্দ্বয়ং চৈক্যমাপ্তং
রাধাভাবদ্যুতিসুবলিতং নৌমি কৃষ্ণস্বরূপম॥ ৫॥

## শব্দার্থ

রাধা—শ্রীরাধিকা, কৃষ্ণপ্রণযবিকৃতি—কৃষ্ণগী প্রেমগী শকওন, হ্লাদিনী শক্তি—নুংঙাইহবগী-পাঙ্গল, অস্মাৎ—মরমসীনা, একাত্মানৌ—অনীমক অমতা ওইবা, অপি—সু, ভূবি—গোলোকতা, পুরা—অনাদি কাল দগী, দেহভেদং—হকচাং তোঙানবা, গতৌ—লৌখি, তৌ—মখোয অনীনা, চৈতন্য আখ্যম—শ্রীচৈতন্য হায়না খঙনবা, প্রকটম—ফোঙবা, অধুনা—হৌজিক, তৎ দ্বয়ম—মখোয অনী, চ—অমসুং, ঐক্যম্—তিন্দুনা অমা ওইবা মতৌ, আপ্তম্—ফংখি, রাধা—রাধাগী, ভাব—পুকচেল, দ্যুতি—মচুমঙাল ( কান্তি ), সুবলিতম—লৈতেংলবা, ( রাধাভাবদ্যুতিসুবলিতম্—রাধাগী ভাব অমসুং কান্তি অনীনা লৈতেংলবা ), নৌমি—ঐনা খুৎমজরি, কৃষ্ণস্বরূপম্—শ্রীকৃষ্ণস্বরূপ-পু।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীরাধাদি শ্রীকৃষ্ণগী নুংশিবগী শকওন্নী, মরমদি শ্রীরাধাদি শ্রীকৃষ্ণগী হ্লাদিনী শক্তিনী ( নুংঙাইহন্নবা শক্তিনী )। মরমসীনা ( শ্রীরাধাগা

শ্রীকৃষ্ণগা ) অমতা ( একাত্মা ) ওইরবস, মতম কৌবা লাইগী খোঙচৎ হৌবদগী মখোয অনীসী গোলোকধামদা তোঙান-তোঙানবা হকচাঙ লৌতুনা লৈ। হৌজিক ( কলিযুগ অসীদা ) হকচাঙ অনীতু তিন্দূনা অমতং ওইবগা শ্রীচৈতন্য হায়বা মিংথোন্দা ফোঙবিতুনা ডাল্লরে। শ্রীরাধিকাগী ভাব ( পুকচেন ) অদুগা কান্তি ( কুচু ) লৌবগা কৃষ্ণ মচ্ছামক ওইবা শ্রীচৈতন্যবু ঐনা খুরুমজরি।

## নৈনরোল

শ্লোকসীদা পরতত্ত্ব ওইবা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যগী মশক তাকপগা লোযননা মাগী স্তুতিস্থু তৌবি। শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যগী তত্ত্ব তাকপা মতমদা মত্তাঙচাবনা শ্রীরাধাগী তত্ত্বস্থু তাক্লী।

শ্রীরাধাবু শ্রীকৃষ্ণগী প্রণযগী ( নুংশিবগী ) শকওন্নী ( বিকৃতিনী ) হাযবি। স্বযং ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী শক্তি যাম্না লৈ, শক্তিশিংদুগী মনুঙদা নুংঙাইবা ( আনন্দ ) পীবা ঙম্বা শক্তিঅদুবু 'হ্লাদিনী শক্তি' কৌযি। হ্লাদিনী শক্তিগী নঙশল্লকপা ফীভম্ব প্রেম কৌযি, প্রেমগী নঙশল্লকপদা খমথেংবা ফীভম্ব মহাভাব কৌযি। মহাভাব অসী শ্রীরাধিকাগী স্বরূপনী, মহাভাব অসীবু কৃষ্ণপ্রেমগী নঙশল্লকপা ফীভম্নী হাযদুনা কৃষ্ণগী প্রণয-বিকৃতি ( প্রেমগী শকওন ) কৌবিবনী। শঙ্গোম্না নঙশল্লকপা ক্ষীর ওই, ক্ষীর অসীনা শঙ্গোমগী বিকৃতি ওইবগুম্না মহাভাব-স্থু প্রণযগী বিকৃতিনী ( শকওন্নী )। শ্রীরাধাসে মহাভাব-কী মশক্নী হাযদুনা মহাকপু শ্রীকৃষ্ণগী প্রণয-বিকৃতিনী হাযরিবনী। মবমসীনা মহাভাব-স্বরূপ-ওইবী শ্রীরাধিকাসে হ্লাদিনী-শক্তিনী।

শক্তিগা শক্তিচেনবগা খেন্নদবগুম শ্রীরাধাগা শ্রীকৃষ্ণগস্থু খেন্নদে। শ্রীকৃষ্ণনা শক্তিচেনবা অদুগা শ্রীরাধানা শক্তি ওইবা মবম্না শ্রীরাধাগা শ্রীকৃষ্ণগা 'একাত্মা-নী' হাযরিবনী।

শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যদি 'কৃষ্ণস্বরূপ-নী' হাযবদি কৃষ্ণমক্নী। অদুমকপু অনীসীগী খেন্নবা অমা লৈ, মদুদি ব্রজগী শ্রীকৃষ্ণদা শ্রীরাধাগী ভাব—মাদন কৌবা মহাভাব—যাওদে অদুগা শ্রীমতী রাধাগী অঙৌবা কুচুস্থু ( গৌর কান্তিস, ) যাওদে। নবদ্বীপকী শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যদদি শ্রীরাধাগী ভাব অমসুং কান্তি অনীমক যাওবি। শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যগী অঙ্গগী হাযবদি মপাঙ্গোংগী

কান্তিদি ঙৌয়ি হায়বদি গৌব ওই, মাগী হুংনা গৌব নত্তে, ব্রজদা ওইবম্বহু অহুম ওই। তৌবদদি মাগী মন অহুদি ব্রজগীহু নৎলমদে। মবমসীনা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যবু অন্তঃ কৃষ্ণ ( নুংদা কৃষ্ণ ) অহুগা বহির্গৌব ( পান্দা গৌব হাযবদি অঙৌবা ) হাযবিবনী।

শ্রীকৃষ্ণগী শক্তিদি অচিন্ত্যনী হাযবদি মীওইবগী বাখন্না লাম্বা ফংবা নত্তে। অহুনা মহাক্না মতম মতমদা শক্লোন যাম্না লৌহুনা মফম মযামদা শকউৎপা ঙম্মী। অহুনা মহাক্না শ্রীবাধাগা লোযননা দেহ অমত্তদা নবদ্বীপতা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য ওইনা অহুগা ব্রজদা শ্রীবাধাদগী তোঙানবা দেহ লৌহুনা শ্রীকৃষ্ণ ওইনা শকউৎপীখি।

## মূল ৬

শ্রীরাধায়া প্রণয়মহিমা কীদৃশো বানয়ৈবা-
স্বাদ্যো যেনাদ্ভুতমধুরিমা কীদৃশো বা মদীয় ।
সৌখ্যং চাস্যা মদনুভবত কীদৃশ বেতি লোভা-
ত্তদ্ভাবাঢ্য সমজনি শচীগর্ভসিন্ধৌ হরীন্দু ॥

## শব্দার্থ

শ্রীবাধাযা:—শ্রীবাধিকাগী, প্রণযমহিমা—নুংশিবগী মযাই, কীদৃশ—কবম তৌযি, বা—নত্রগা, অনযা—মহাক্নীনা ( শ্রীরাধানা ), এব—মথন্তনা, আস্বাদ্য:—মহাও তংগদৌবিবা, যেন—মহুনা ( প্রণয অহুনা ), অদ্ভুতমধুরিমা—অঙকপা মথুম ( মাধুর্য্য ), কীদৃশ:—কবম তৌযি, বা—নত্রগা, মদীয—ঐগী, সৌখ্যম—হুংঙাইবা, চ—অমসুং, অস্যা—মহাক্নী ( শ্রীবাধাগী ), মৎ অনুভবত—ঐগী মাধুর্য্যবু চুপ্পদগী কীদৃশম—কবম তৌযি, বা—নত্রগা, ইতি—অসুম্না, লোভাৎ—মিহৌবদগী, তৎ—মহাক্নী ( শ্রীবাধাগী ), ভাব-আঢ্য—ভাব কৌবা লম্না লল্লৈবা, সমজনি—পোকখি, শচীগর্ভসিন্ধৌ—শচীগী গর্ভঈপান্তা, হবি-ইন্দু—কৃষ্ণ কৌবা থাজ-না।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীবাধানা নুংশিবহুগী মযাই কবম তৌযি, নুংশিবহুনা শ্রীবাধানা ঐগী ঙক্লবা মাধুর্য্য মহাও তংবদা মহাওহুনা কবম তৌযি অহুগা ঐগী

মাধুর্য্যস্থ চূপ্লগা শ্রীরাধানা ফংবা স্তংঙাইবগুনা কবম তৌযি—মসীপুম্বা খণ্ড-নীঙবদগী শ্রীবাধাগী ভাব লৌদুনা কৃষ্ণচন্দ্রনা শচীগর্ভ-ঈপাক্লা চণ্ডদুনা পোকখিবনী।

## নৈনরোল

শ্লোকসীদা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যনা অবতাব তৌবগী মরু ওইবা মবমদু তাক্লী। অদুনা মসীস্থ লাইবাক্কী বস্তু তাকপগী মঙ্গলাচবণগী মনু, চনবনী। শ্লোক তরুক্মীদা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যগী তত্ব তাক্লগা মতুংগী শ্লোক মঙাদা শ্রীনিত্যা-নন্দগী তত্ত্ব তাক্লি।

## মূল ৭

সঙ্কর্ষণ কাবণ-তোযশায়ী গর্ভোদশাযী চ পযোহব্ধিশায়ী।
শেষশ্চ যস্যাংশকলা স নিত্যানন্দাখ্যরাম শবণং মমাস্তু ॥ ৭ ॥

## শব্দার্থ

সঙ্কর্ষণ—পবব্যোমগী মবুংঙো নাবাযণগী অনীশুবা ব্যূহ মহাসঙ্কর্ষণ, কাবণ-তোযশাযী—অহানবা পুরুষ-অবতাব কারণ সমুদ্র ইযাযদা চেপ্লিবা মহাবিষ্ণু, গর্ভোদশাযী—অনীশুবা পুরুষ-অবতাব ব্রহ্মাণ্ডগী অন্তর্য্যামী ওইবিবা মকোক লীশীঙ-লোঙবা পুরুষ চ—অমসুং, পযোহব্ধিশাযী—অহুমশুবা পুরুষ-অবতাব ক্ষীবোদ শাযী (শঙ্গোম-সমুদ্রদা চেপ্লিবা) বিষ্ণু, শেষ—বিষ্ণুগী শয্যা অনন্তদেব, চ—অমসুং, যস্য—মহাক্কী, অংশ শরুক, কলা—শরুক্কী শরুক, স—মহাক নিত্যানন্দ-আখ্য—নিত্যানন্দ হাযনা খঙনবা, রাম—বলরাম, শবণম—চঙজফম, মম—ঐগী, অস্তু—ওইসনু।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

সঙ্কর্ষণ, কারণ সমুদ্রদা চেপ্লিবা নাবাযণ, গর্ভ সমুদ্রদা চেপ্লিবা নারায়ণ, ক্ষীব সমুদ্রদা চেপ্লিবা নাবাযণ, অদুগা অনন্তদেব—মখোযসীনা মাগী অংশ অমসুং কলা (অংশগী অংশ) ওইরিবা, অদুগুম্বা মহাক হাযবদি নিত্যানন্দ কৌবা বলরাম-না ঐগী চংজফম ওইসনু।

## মূল ৮

মায়াতীতে ব্যাপি বৈকুণ্ঠলোকে
পূর্ণৈশ্বর্যে শ্রীচতুর্ব্যূহমধ্যে।
রূপং যস্যোদ্ভাতি সঙ্কর্ষণাখ্যং
তং শ্রীনিত্যানন্দরামং প্রপদ্যে ॥ ৮ ॥

## শব্দার্থ

মায়া অতীতে—মায়াগী রাংমদা লৈবা, ব্যাপি—লোইনমক্তা শল্লিবা, বৈকুণ্ঠলোকে—বৈকুণ্ঠলোকতা, পূর্ণৈশ্বর্যে—ঐশ্বর্য্য তরুক্লা থল্লবা, শ্রীচতুর্ব্যূহমধ্যে—( বাসুদেব, সঙ্কর্ষণ, প্রদ্যুম্ন, অনিরুদ্ধ ) ব্যূহ মরিমীগী মযাযদা, রূপম—শক্, যস্য—মহাক্কী, উদ্ভাতি—ভান্থোবকযি, সঙ্কর্ষণ-আখ্যম - সঙ্কর্ষণ হায়না খঙনবা, তম—মঙোন্দা, শ্রীনিত্যানন্দরামম্—শ্রীনিত্যানন্দগী মশক ওইবা বলরামদা, প্রপদ্যে—ঐ চঙজে।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

লন তরুক্লা তিল্লবা, অদুগা পূম্নমক শীন্থুংনা শল্লিবা মায়াগী রাংমদা লৈবা বৈকুণ্ঠলোক তা—বাসুদেব, সঙ্কর্ষণ, প্রদ্যুম্ন অমসুং অনিরুদ্ধ হায়বা ব্যূহ মরিগী মযাযদা সঙ্কর্ষণ কৌদুনা মাগী স্বরূপ ফোঙদোক্লিবা শ্রীনিত্যানন্দ কৌবা বলরামগী মফমদা চঙজরি।

## মূল ৯

মায়াভর্ত্তাজাণ্ডসংঘাশ্রয়াঙ্গ শেতে সাক্ষাৎ কারণাম্ভোধি মধ্যে।
যস্যৈকাংশ শ্রীপুমানাদিদেবস্তং শ্রীনিত্যানন্দরামং প্রপদ্যে ॥ ৯ ॥

## শব্দার্থ

মায়াভর্ত্তা—মায়াগী মবুংঙো, অজাণ্ড-সংঘং—ব্রহ্মাণ্ড মযামগী অপুন্বা, আশ্রয—চঙজফম্, অঙ্গং—হকচাঙ, ( অজাণ্ড-সংঘাশ্রয়াঙ্গঃ—মাগী হকচাঙনা ব্রহ্মাণ্ড লোইনমক্কী তুংফম ওইরিবা ), শেতে—চেপ্লী, সাক্ষাৎ—শংশংনা, কারণাম্ভোধিমধ্যে—কারণসমুদ্র-ইযাযদা, যস্য—মহাক্কী ( শ্রীনিত্যানন্দগী ), এক-অংশ —শরুক অমা, শ্রীপুমান্—পরমপুরুষ, আদিদেবঃ—ইহান্-হান্বা অবতার, তম —মঙোন্দা, শ্রী নিত্যানন্দ-রামম —শ্রীনিত্যানন্দগী মশক ওইবা বলরামদা, প্রপদ্যে—ঐনা চঙজরি।

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

মাযাগী মবু,ঙো ওইবিবা, মহাক্কী অঙ্গনা ব্রহ্মাণ্ড পূমমক্কী তৃণ্ডফম ওইরিবা, অদুগা কারণসমুদ্র মযাযদা শংশংনা চেপ্লিবা, অদুগুম্বা ইহান-হান্‌বা অবতার পুরুষ ( অহানবা পুরুষাবতার ) অসী মহাক্কী ( শ্রীনিত্যা-নন্দগী ) শরূক ( অংশ ) অমনী , অদুগুম্বা শ্রীনিত্যানন্দ কৌবা বলরামদা ঐহাক্না চণ্ডজরি।

**নৈনবোল**

শ্লোক ৭ শুবদা যাওরিবা **কারণতোযশায়ী** হাযরসী করিনো হাযবদু শ্লোক অসীদা তাক্লী।

চিন্ময় রাজ্যগা মাযাগী ব্রহ্মাণ্ডগা অনীসিগী কারক্তা কারণ-সমুদ্র লৈ। সমুদ্রসী চিন্ময় ওইবা ঈশীংনা থল্লী অদুগা ঙমখৈম্ব নাইদবনী। মহা-প্রলয় লোইববা মতমদা প্রাকৃত ব্রহ্মাণ্ড (মাযাগী ব্রহ্মাণ্ড) অমূক লৈশেম-নীঙলকপদা পরব্যোমদা লৈরিবা সঙ্কষণ-না মাগী অংশ অমনা কারণ-সমুদ্রদা চেপ্পী , সঙ্কর্ষণগী অংশসী কারণতোযশাযী পুরুষ-নী। অদুনদি কারণতোযশাযী পুরুষ অসী পরব্যোমদা লৈরিবা সঙ্কর্ষণগী অংশ ওইরে। অদুগা পরব্যোমদা লৈরা সঙ্কর্ষণ অদুনা শ্রীনিত্যানন্দগী অংশনী, অদুনদি কারণতোযশাযী পুরুষ অসী শ্রীনিত্যানন্দগী অংশগী অংশ হাযবদি কলানী।

শ্রীভগবান মছামক্কী শীঙথা-ঙমদবা শক্তি মযামগী মরক্তা শক্তি অহুম্না মকোক্লী, মদুদি—চিৎ-শক্তি, জীব-শক্তি, অদুগা মাযা শক্তি অসীনী। চিৎ-শক্তিবু অন্তরঙ্গা-শক্তি নত্রগা স্বরূপ-শক্তি হাযনম্ব কৌনৈ। জীব-শক্তিগী অতোপ্পা মিং অমনা তটস্থাশক্তি কৌযি লোই-খম্বা-নাইদবা জীব কোটিনা ভগবানগী জীবশক্তিগী অংশনী। মাযাশক্তিবু জড়শক্তি ( থরাই-পান্দবা শক্তি ) নত্রগা বহিরঙ্গা ( মপান্থোংগী ওইবা ) শক্তিম্ব কৌযি। তশেংনা হাযবা তাররদি ভগবান শ্রীকৃষ্ণদি বহিরঙ্গা শক্তিগীম্ব মবুংঙোনী। অদুবু বহিরঙ্গা শক্তিগা লোইননা সাক্ষাৎ ওইনা ( শংশংনা ) শ্রীকৃষ্ণনা করিগুম্বা লীলা অমতা শান্নদে। মাগী যাথংনা নত্রগা ইঙ্গিতনা শ্রীনিত্যানন্দ হাযরদি শ্রীবলরামদনা কারণতোযশাযী ওইরগা মাযাবু খুদুম চন্দুনা সৃষ্টিগী ( লৈশেংগী ) থবক তৌযি। মরমসিনা মাযাগী শংশংবা মবুংঙোদি কারণতোযশাযী পুরুষনী। মরমসিনা মাব "সাক্ষাৎ মাযাভর্ত্তা" হাযরিবনী।

স্বৃষ্টি–হৌবমদাযদা কাবণতোয়শায়ী পুরুষনা মাযাদা মাৎয়েং জাবদুনা স্বষ্টি তৌননবা শক্তি হাপচন্‌বী। পুরুষঅসীগী শক্তিনা মায়াগী মতেঙ লৌদুনা ব্রহ্মাণ্ড স্বষ্টি তৌযি। কারণতোয়শাযী পুরুষনা ব্রহ্মাণ্ড পুম্ববু পুন্নপ্পা মছাগী হকচাঙদা ফাদুনা থম্মী। মতুগী প্রমাণদি—"পুরুষের লোমকূপে ব্রহ্মাণ্ডের জালে ) /১/৫/৬৯॥ মবমসীনা মাগী অঙ্গবু ব্রহ্মাণ্ড পুম্নমক্কী তৃঙফম্নী ( আশ্রযনী ) হাযবিবনী ( অজাণ্ডসঙ্ঘাশ্রয )। কাবণ তোযশাযীসী ব্রহ্মাণ্ড পুম্নমক্কী অন্তর্য্যামীনী, মকোক্না লীশীঙ অমা লোঙঙী। স্বষ্টিগী থবক তৌবিবা ঈশ্ববগী স্বৰূপশিংগী মবক্তা কাবণ-তোযশাযী পুরুষনা ইহান হান্না স্বষ্টিগী থবক হৌযি, অদুগা মাগী অংশ-শিংনা স্বষ্টিগী থবক্কা মবি লৈনবা ঈশ্বব-স্বৰূপ ওইনা শকউৎলী। মবমসীনা কাবণতোযশাযীবু আদিদেব নত্রগা আদি অবতাব কৌবিবনী।

## মুল ১০

যস্যাংশাংশ শ্রীলগর্ভোদশায়ী
যন্নাভ্যব্জং লোকসঙ্ঘাতনালম।
লোকস্রষ্টুঃ সূতিকাধাম ধাতু-
স্তং শ্রীনিত্যানন্দরামং প্রপদ্যে ॥ ১০ ॥

## শব্দার্থ

যস্য—মহাক্কী, অংশ অংশ—অংশগী অংশ, শ্রীলগর্ভোদশাযী—গর্ভোদকশাযী বিষ্ণু, যৎ—মাগী, নাভি অব্জম—খোযদৌ-থম্বাল, লোকসঙ্ঘাতনালম—মবোল তবামবিগী লোক-পুম্বনা থম্বানগী মখোক ওইবা, লোকস্রষ্টু—লোক মযাম্বু শেম্বা ব্রহ্মাগী, সূতিকাধাম—পোকফম্, ধাতু—লৈশেম্বগী, তম—মাঙোন্দা, শ্রীনিত্যানন্দবামম—শ্রীনিত্যা-নন্দগী মশক ওইবা বলবামদা, প্রপদ্যে—ঐনা চঙজবি।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মবোল তবামবি তারামন্নিনা ওইবা লোক পুম্নমক্না থম্বাল মখোক ওইরগা মাগী খোযদৌ-থম্বান্না লোক-শেম্বা বিধাতাগী পোকফম ওইবিবা অদুগুম্বা অনীশুবা পুরুষ গর্ভোদকশাযী বিষ্ণুনা মাগী ( শ্রীনিত্যানন্দগী ) অংশগী অংশ ওইরিবা, অদুগুম্বা শ্রীনিত্যানন্দ কৌবা বলরামদা ঐনা চঙজবি।

## টৈনক্সোল

গর্ভোদশাযী কবিনো হাযবত্নু মফমসীদা তাক্সী। কাবণতোযশাযী পুরুযনা শীঙলাক-ঙমদবা ব্রহ্মাণ্ড কোটি কোটি শেম্লগা মাগী অংশ অমনা ব্রহ্মাণ্ড খুদিংগী মনুঙদা চঙভী। ব্রহ্মাণ্ড খুদিংগী মনুঙদা লৈবা মওংত্নুদা মাবু গর্ভোদশাযী পুরুষ হাযনা কৌযি। মহাক্সী কারণতোযশাযীগী অংশনী হাযবা মবম্না পবব্যোমদা লৈবা সঙ্কর্ষণগীদি অংশগী অংশনী ( মশুংনী ), মরমত্নুনা মহাক শ্রীনিত্যানন্দবামগীদি মশুংগী মশুং ওইরে। সঙ্কর্ষণগা নিত্যানন্দবামগা খেন্নদে হাযত্নুনা শ্লোকসীদা গর্ভোদশাযীবু নিত্যানন্দগী 'অংশাংশ' হাযবিবনি।

ব্রহ্মাণ্ডগী মনুঙদা চঙলগা মছাগী হুমাংনা ব্রহ্মাণ্ড তংখাযমা থলহল্লগা মত্নুদা চেপ্তুনা লৈ হাযত্নুনা মহাকপু গর্ভোদশাযী কৌবিবনী। মত্নুদা হিপ্তুনা লৈববা মতমদা খোযদোদগী থম্বাল অমা শাংলকযি, থম্বান্দুদা জীব মযামগী সৃষ্টি তৌবিবা ব্রহ্মা পোকযি। মবমত্নুনা থম্বান্দূবু ব্রহ্মাগী সূতিকাধাম ( চাবোকশং ) হাযনা কৌরিবনী। ভুবন মবোল তাবামবি তাবামবিগী ওইবা লোক পুম্বা থম্বান্দূগী মউদা লৈ। মরমত্নুনা থম্বান্দূবু "লোকসঙ্ঘাতনাল" হাযনা কৌরিবনী। মরোল তবামবিদি—পাতাল, বসাতল, মহাতল, তলাতল, সুতল, বিতল, অতল, মখোযসীনা পাতাল তরেৎনী। অত্নুগা ভূর্লোক ( মালেম পৃথিবী ), ভুবর্লোক, স্বর্লোক, মহর্লোক, জনলোক, তপোলোক অমদি সত্যলোক—মখোযসী লোক তরেৎনী। গর্ভোদশাযী পুরুষদি ব্যষ্টিব্রহ্মাণ্ডগী অন্তর্য্যামীনী অত্নুগা ব্রহ্মাগীসু ( হিবণ্যগর্ভগীসু ) অন্তর্য্যামীনী। মহাক্সী কোক-লীশীঙ লোঙভী। মঙোন্দগী ব্রহ্মা, বিষ্ণু অমসুং শিব কৌবা গুণ-অবতাব অহুমসী থোরকপনী।

## মুল ১১

যস্যাংশাংশাংশ পরাত্মাখিলানাং
পোষ্টা বিষ্ণুর্ভাতি দুগ্ধাব্ধিশায়ী।
ক্ষৌণীভর্ত্তা যৎকলা সোহপ্যনন্ত-
স্তং শ্রীনিত্যানন্দরামং প্রপদ্যে ॥ ১১ ॥

## শব্দার্থ

যস্য—মহাক্কী , অংশ-অ˴শ-অ˴শং—অংশগী অংশ, অতুগী অংশ ( কলাগী কলা, মশু˴গী মশু˴ ), পরাত্মা—পরমাত্মা , অখিলানাম—জীব পূম্বগী , পোষ্টা—অযোকপা , বিষ্ণু—বিষ্ণু , ভাতি—ঙাল্লী , দুগ্ধাব্ধিশাযী—ক্ষীরোদশাযী বিষ্ণু , ক্ষৌণীভর্ত্তা—পৃথিবীবু কোকথোঙ-নাবা মপু , যৎ—মহাক্কী , কলা—মশু˴ , স —মহাক , অপি—সু , অনন্ত —শেষনাগ , তম্—মঙোন্দা , শ্রীনিত্যানন্দরামম—শ্রীনিত্যা-নন্দগী মশক ওইবা বলরামদা , প্রপদ্যে— ঐনা চঙজরি ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

জীব পূম্বগী পরমাত্মা অমসু˴ অযোকপা ওইরিবা ক্ষীরোদশাযী বিষ্ণুনা মহাক্কী ( শ্রীনিত্যানন্দগী ) মশু˴গী মশু˴ ওইরিবা, অতুগা পৃথিবীবু কোকথোঙ-নারিবা অনন্তদেবসু মহাককী মশু˴গী মশু˴ ওইরিবা—অতুগুম্বা অ˴শী শ্রীনিত্যানন্দ কৌবা বলরামগী খুযাখাদা চঙজরি ।

## তৈনরোল

৭-শুবা শ্লোকতা যাওবা **পযোব্ধিশাযী** অমসুং **শেষ** অনীদু করি করিনো হাযবা শ্লোকসীদা তাক্লী । পযোব্ধিশাযীবু ক্ষীরোদশাযী অতুগা দুগ্ধাব্ধিশাযী হাযনসু খঙনৈ । শেষবু অনন্ত হাযনসু খঙনৈ ।

ব্রহ্মানা জীব শেম্লবা মতু˴দা গর্ভোদশাযী পুরুষগী অ˴শনা জীব খুদি˴মক্কী থম্মোইন্নুংদা চঙঙী । জীবখুদিংগী থম্মোইন্নু˴দা চঙদুনা লৈরিবা স্বরূপ অসী জীব খুদি˴গী অন্তর্য্যামী পরমাত্মা হাযরদুনী । মমাঙগী শ্লোক-তা হাযখিরবগুম্না থম্বান মউদা ভুবন ( মরোল ) তরামরি লৈ , মরোল-শিংদুগী মন্নুংদা পৃথিবী অসী মরোল অমনী , পৃথিবীসীদা ক্ষীরোদ সমুদ্র কৌবা অমা লৈ, সমুদ্রসীগী মন্নুংদা গর্ভোদশাযীগী অ˴শ অমনা চেপ্তুনা লৈ হাযদুনা মহাকপু ক্ষীরোদশাযী কৌরিবনী । মহাক্লী গর্ভোদশাযীগী অংশনী হাযদুনা নিত্যানন্দরামগী মশুংগী মশুংনী ( অ˴শগী অংশ, মতুগীসু অংশ, মতুগীসু অমূক অ˴শনী ) । ক্ষীরোদশাযী বিষ্ণুদি খুৎমরি-লোঙবনী , অতুগা মহাক গুণ-অবতারনী , অধর্ম্মবু মাঙহন্নবগী, ধর্ম্ম লিংনবগীদমক যুগ-অবতার অমদি মন্বন্তর-অবতার ওইনা অবতার তৌরি । মতৌসুম্না জগৎপু ঙাকৃপী-কনূব্রী হায়রগীদমক মহাকপু 'পোষ্টা' হায়রিবনী ।

অহুমশুবা পুরুষ পযোব্ধিশায়ী অসীনা শেষ ( অনন্ত ) ওইদুনা পৃথিবীবু কোকথোঙ নায। মরমসীনা অনন্তবু 'ক্ষৌণীভর্ত্তা' ( মালেম-কোকথোঙ নাবা ) হাযবনী। অংশগী অংশবু কলা কৌযি, অদুবু কলাগী অংশবুস্কু কলা অদুম মকৌযি। মবমদুনা অনীশুবা, অহুমশুবা পুরুষস্কু নিত্যানন্দরামগী কলানী, অহুগা অনন্তদেবস্কু অহুমশুবা পুরুষগী শক অমনী হাযদুনা মহাকপুস্কু নিত্যানন্দবামগী কলানী হাযরিবনী। তশেংবদি অনন্তদেবদি অহুমশুবা পুরুষগী আবেশ-অবতাব-নী।

## মূল ১২

মহাবিষ্ণুর্জগৎকর্ত্তা মায়য়া য স্সৃজত্যদ ।
তস্যাবতার এবায়মদ্বৈতাচার্য্য ঈশ্বর ॥ ১২ ॥

## শব্দার্থ

মহাবিষ্ণু —মহাবিষ্ণু জগৎকর্ত্তা—জগৎকী সৃষ্টিকর্ত্তা, মাযযা—মাযা শক্তিনা, য —মহাক্না, সৃজতি—সৃষ্টি তৌযি, অদ —বিশ্ব-ব্রহ্মাণ্ড, তস্য—মহাক্কী, অবতাব—অবতাব, এব—লেপমক, অযম —মসী, অদ্বৈতার্য্য—শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্য, ঈশ্বর —ঈশ্বব।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্য ঈশ্বরদি মাযা-শক্তি শীজিন্নদুনা ব্রহ্মাণ্ডবু সৃষ্টি তৌবা জগৎকর্ত্তা মহাবিষ্ণু অদুগী অবতাবনী।

## নৈনরোল

কাবণতোযশাযী পুরুষগী মমিং অমনা মহাবিষ্ণুনী, মাযাদা শক্তি হাপচিল্লগা মাযাগী মতেঙনা মহাক্না বিশ্বব্রহ্মাণ্ডবু সৃষ্টি তৌয়ি, মবমসীনা মাবু জগৎকর্ত্তা ( জগৎশেম্বা ) হায়রিবনী। জগৎকর্ত্তা মহাবিষ্ণু অসীনা শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্য ওইনা অবতার তৌবনী। মসীনী শ্রীঅদ্বৈতগী তত্ত্বদি। মহাবিষ্ণুদি ঈশ্বরনী, মহাক্না ওইবা অবতারনী হায়দুনা শ্রীঅদ্বৈতস্কু ঈশ্ববনী।

মায়াসী স্বয়ংভগবান শ্রীকৃষ্ণগী বহিরঙ্গা ( মপাম্বোংগী ওইবা ) শক্তিনী। মসী জড় ( থবাইপান্দবা হায়বদি চেতন-ওইদবা ) শক্তিনী।

মাযাবু প্রকৃতি হাযনস্থ কৌযি। মায়াসী শকওং অনী থোক্লা লৈ, মতুদি— প্রধান অমস্থ, প্রকৃতি। কবিগুম্বা জিলা মপুম অমগী মমিংস্থ মথুরা কৌবা অতুগা মাগী মনুংদা লৈবা অচৌবা সহব অমগী মমিংস্থ মথুরা মকৌবা, মতুংম্না বহিবঙ্গা শক্তি পূম্ববুস্থ প্রকৃতি ( নত্রগা মাযা ) কৌবা, অতুগা মাগী মনু চনবা শরুক ( অংশ ) অমবুস্থ প্রকৃতি মকৌবনী। অংশ প্রকৃতিসীবু অমুক মাযা হাযনস্থ কৌযি।

প্রধানবু গুণ-মাযা হাযনস্থ কৌযি, অতুগা অংশ-প্রকৃতিবু জীব-মাযা হাযনস্থ কৌযি। সত্ত্ব, রজ, তম হাযবা গুণ অহুমসীনা চাং মান্নবা লৈববু গুণ-মাযা হাযবদি প্রধান কৌযি। অতুগা জীবনা মশক খঙদনবা মাগী স্বরূপজ্ঞানবু কুপ্তুনা জীবদা মাযিক-উপাধি পীবিবা অতুবু অংশ-প্রকৃতি কৌযি। অংশ প্রকৃতিসীনা জীবদা তোংলগা থবক তৌযি হাযব-গীদমক অংশ প্রকৃতিবু জীবমাযা হাযনা কৌযি। জীবমাযাবু অবিদ্যাস্থ কৌযি।

মহাবিষ্ণুগী ইচ্ছা-শক্তি জ্ঞান-শক্তি অমসুং ক্রিয়া-শক্তি অহুমথকস্থ লৈ। মহাবিষ্ণু মছামরা সৃষ্টি হৌগৎলমদাইদা মীৎযেংনা জীবমাযাদা শক্তি অহুমসী হানজল্লী, মতুগী যল ওইনা জীবমাযানা সৃষ্টি তৌনবা শক্তি চেনবা ঙম্লিবনী। মহাবিষ্ণুদি অমুক মছাগী ক্রিযাশক্তি ( থবক তৌবগী শক্তি ) অতুনা নম্না যাওবা অংশ অমনা গুণ-মাযাদস্থ ক্রিয়া-শক্তি হানজল্লী। মহাবিষ্ণুগী ক্রিযাশক্তিনা নম্বা অংশসী শ্রীঅদ্বৈতনী। শ্রীঅদ্বৈতগী শক্তিনা সত্ত্ব-রজ-তম গুণ অহুমনা চাং মান্নবা লৈবা ফীভমতু কাযহল্লী। অস্সুম্না ফীভম-কাযবব। গুণ-মাযানা খুংলাই ওইরগা জীবমাযাগী মতেঙনা মহাবিষ্ণুনা সৃষ্টিগী থবক তৌযি।

## মুল ১৩

অদ্বৈতং হরিণাদ্বৈতাদাচার্য্যং ভক্তিশংসনাৎ।
ভক্তাবতারমীশং তমদ্বৈতাচার্য্যমাশ্রয়ে ॥ ১৩ ॥

## শব্দার্থ

অদ্বৈতম— অদ্বৈত হাযনা খঙনবগী, মফমদা, হরিণা—শ্রীহরিগা, অদ্বৈতাৎ—খেন্নদবা মবম্না, আচার্য্যম—আচার্য্য হায়না খঙনববগী

মফমদা, ভক্তিশংসনাৎ—কৃষ্ণভক্তিবু শন্দোকযি হাযবগীদমক, ভক্তা-বতাবম—ভক্ত ওইনা তৌবীরকপা অবতাবগী মফমদা, ঈশম—ঈশ্বরগী মফমদা, তম—মাগী মফমদা, অদ্বৈত-আচার্য্যম—শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্যগী মফমদা, আশ্রয়ে—ঐনা চঙজবি।

**মৈত্তৈলোন্দা হন্দোকপা**

শ্রীহবিগা খেন্নদে অমতনী হাযবগীদমক অদ্বৈত হাযনা খঙনববা অমস্তু, কৃষ্ণভক্তি শন্দোকপী হায়বগীদমক আচার্য্য (ওজা) হাযনা খঙনববা, অদুগুম্বা ভক্ত ওইনা অবতাব তৌবিরম্বা ঈশ্বব অদ্বৈতাচার্য্যগী মফমদা ঐনা চঙজবি।

## নৈনব্রোল

শ্লোকসীদা শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্যবু অদ্বৈত অমস্তুং আচার্য্য হাযনা কবিগী কৌবিবনো হাযবদু তাক্লী। মহাক্তি ঈশ্বব মহাবিষ্ণু মছামক্কী অংশনী, মহাবিষ্ণুস্তু স্বয়ং ভগবান শ্রীহবি মছামক্কী অংশনী, মবমদুনা অদ্বৈতস্তু শ্রীহবি মছামক্কী অংশনী। অংশীগা (অংশ মযামগী মপুমগা) মছামক্কী অংশগা খেন্নদবনীনা শ্রীঅদ্বৈতগা শ্রীহবিগস্তু খেন্নদে হাযবদি তোঙানবা অনী ওইনা থোক্কে, মবমসীনা মাগী মিং অদ্বৈত ওইবনী। তাকপী-তীকপীবা মীবু আচার্য্য (ওজা) কৌযি, শ্রীঅদ্বৈতস্তু জগৎতা কৃষ্ণভক্তি তাকপীরম্মী, মরমদুনা মাগী মিং আচার্য্য কৌবিবনী। মছামক্কা ঈশ্বর ওইনমক ভক্ত ওইনা অবতার তৌবিবম্মী হাযদুনা শ্রীঅদ্বৈতবু ভক্তাবতাব কৌবিবনী।

## মুল ১৪

পঞ্চতত্ত্বাত্মকং কৃষ্ণং ভক্তরূপস্বরূপকম্।
ভক্তাবতারং ভক্তাখ্যং নমামি ভক্তশক্তিকম্॥ ১৪॥

## শব্দার্থ

পঞ্চতত্ত্বাত্মকম—তত্ত্ব (পোংশক) মঙাবু কোল্লিবা, কৃষ্ণম্—শ্রীকৃষ্ণবু (শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যবু), ভক্তরূপস্বরূপকম্—ভক্তগী মশক লৌবা শ্রীচৈতন্যবু অমস্তুং ভক্তস্বরূপ ওইবা শ্রীনিত্যানন্দবু, ভক্ত-অবতারম্—ভক্ত ওইবা

অবতাব শ্রীঅদ্বৈতবু, ভক্ত-আখ্যম্—ভক্তনী হায়না খঙনরিবা শ্রীবাস-নচিংববু, নমামি—ঐনা খুরুমজৈ, ভক্তশক্তিকম—ভক্তদা শক্তি পীবা শ্রীভগবানগী শক্তি ওইবা শ্রীগদাধববু।

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

ভক্তগী মশক ওইবিবা স্বযং শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য, ভক্তস্বরূপ ( শ্রীনিত্যানন্দ ), ভক্তাবতার ( শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্য ), ভক্তনী হায়না খঙনরবা ( শ্রীবাস-নচিংবা ), ভক্তশক্তিক ( শ্রীগদাধব )—তত্ত্ব মঙাসীবু কোল্লিবা কৃষ্ণবু ঐনা খুরুমজবি।

## নৈনরোল

মমাঙৈঙদা শ্রীকৃষ্ণনা তত্ত্ব মঙা থোক্লা অবতার তৌবিখিবগুম্না হন্দক শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যসু তত্ত্ব মঙা থোক্লা নোমংগ্নকযি।

শ্রীকৃষ্ণগী লীলাদা ওইখিবা পঞ্চতত্ত্বদি স্বযং শ্রীকৃষ্ণ মছানে, মাগী বিলাস অবতার, ভক্ত অদুগা শক্তি হাযবা তত্ত্ব মবিসীবু কোন্ননা নোংগুম্বীবকখি। লীলাদদি তত্ত্ব মবিসী মূলতত্ত্ব শ্রীকৃষ্ণদগী তোঙান্তাবা মাল্লবসু স্বরূপ য়েংলগদি মখোযতু শ্রীকৃষ্ণদগী তোঙানবা নত্তে। নবদ্বীপ-লীলাদা স্বযং নন্দগী মচানুপা শ্রীকৃষ্ণতুমক্না শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য ওইনা অবতার তৌবনী, মহাক্না ভক্তগী মও, লৌযি হায়দুনা মহাক মছামক ভক্তরূপ-নী, নবদ্বীপ্তা মহাক্না মূলতত্ত্বনী। মছাগী অনীঙবা ( ইচ্ছা ) হাযবা শক্তিদু শীজিন্নদুনা অতোপ্পা তত্ত্ব মবি ওইনসু উৎপীরম্মী, তত্ত্ব মবিদুদি—(১) ভক্তস্বরূপ শ্রীনিত্যানন্দ ( কৃষ্ণাবতারগী বিলাসরূপ শ্রীবলদেব ), (২) ভক্তাবতাব শ্রীঅদ্বৈত ( কৃষ্ণলীলাদা শ্রীসদাশিব ওইবা অবতাব ), (৩) ভক্তাখ্য শ্রীবাসনচিংবা, (৪) ভক্তশক্তিক শ্রীগদাধর। ইষ্টদেববু খুরুম্বা মপুঙ ফাননবা হায়দুনা ইষ্টদেব শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যনা ওইখিবা তত্ত্ব পুম্নবু যাওনা খুরুম্লিবনী।

শ্লোক তরামবিসিদা মঙ্গলাচবণ লোইরে। মতুদি গ্রন্থকাব মছামক্না মফম অমদা হায়রি—"এই চৌদ্দ শ্লোকে করি মঙ্গলাচবণ। ১/১/২৯॥"

## মুল ১৫

জয়তাং সুরতৌ পঙ্গোর্মম মন্দমতের্গতী।
মৎসর্ব্বস্বপদাম্ভোজৌ রাধামদনমোহনৌ ॥ ১৫ ॥

## শব্দার্থ

জযতাম্—জয় ওইবসনু, সুরতৌ—থৌজানৈবদা খমথেংলবা, মধুর প্রেমদা লূপ্লবা, পঙ্গো—চৎপা-ঙমদবা (খোঙতেকপা, খোঙশেকপা), মম—ঐগী, মন্দমতেঃ—বুদ্ধিথেনবগী, গতী—চঙজফম ওইবা মখোয, মৎ—ঐগী, সর্ব্বস্ব—লৈজবা পূম্বা, পদ-অম্ভোজৌ—মখোযগী খোঙ-থম্বাল, (মৎসর্ব্বস্বপদাম্ভোজৌ—মখোযগী খোঙ-থম্বান্না ঐগী ইবল অপূম্বা ওইরিবা), মদনমোহনৌ—শ্রীরাধা অমসুং শ্রীমদনমোহন।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ঐদি খোঙতেকপনী (চৎপ-ঙমদবনী) অদুগা বুদ্ধিথেনবনী, অসীগুম্বা ঐহাক্কী অমতা-ভাযবা গতি ওইরিবা, অদুগা মখোঙ থম্বান-শিংদুনা ঐগী লৈজবা ইবল হায়বদু ওইরিবা, থৌজানহৈবদা খমথেংলবা শ্রীরাধা-মদনমোহন (অনীগী) জয ওইবসনু।

## তৈনবোল

শ্রীগোবিন্দদেবগী সেবক শ্রীপণ্ডিত হরিদাসনচিংবা ভক্তশিংগী যাথংনা কবিরাজ গোস্বামীদু লাইরীক লেংবগী বা লেপখিবনী। শ্রীগো-বিন্দদেবগী কৃপাতনা মহাক্কী সেবক শ্রীহরিদাসনা পান্না লাইরীক অদু লোইবা ঙমগদবনী, অদুনা শ্রীগোবিন্দদেববু বন্দনা তৌবনী। শ্রীহরি-দাসনচিংবা বৈষ্ণবশিংগী যাথং ফংলগা চিন্তাগী মশক লৌরদুনা কবিরাজ গোস্বামীনা মাগী কুলদেবতা শ্রীমদনমোহনগী মন্দিরদা চৎলী। দণ্ডবৎ প্রণাম তৌরগা শ্রীমদনমোহনগী যাথং নিজখি। হেক নিজখিবা মতমদা মদনমোহনগী ভক্তগী লৈ-পরেং অমা কেন্দুনা তাবকখি। মন্দির সেবকনা লৈ-পরেংদু পুরক্তুনা কবিরাজ গোস্বামীদা শীজিন্নখি। লৈ-পরেংসীবু শ্রীমদনমোহনগী যাথংনী হায়না খন্দূনা গোস্বামীনা মফমদুমক্তদা লাইরীক ইবা হৌখি। শ্রীমদনমোহনগী কৃপাসী নীঙশীঙবা ওইনা শ্রীমদনমোহনবু খুরুম্লিবনী। মদনমোহনবু নীঙশীঙবগা লোযননা, কবম্না শ্রীরাধিকাখোয গোপীশিংনা শ্রীকৃষ্ণগী বাঁশীখোন তাদুনা শ্রীকৃষ্ণগী নাক্তা যৌখিবগে হাযবা লীলাদুসু নীঙশীঙলক্তুনা শ্রীবংশীবট তোর্ব্বান্দা লৈবা রাসরস হৌদোকপা শ্রীগোপীনাথবু খুরুমখি।

মসীনা মঙ্গলাচরণগী মতুংদা শ্লোক অহুমথক্তা শ্রীমদনমোহন, শ্রীগোপীনাথ অমদি শ্রীগোবিন্দদেববু খুরুম্বগী মরম ওইরা য়াই।

নত্রগা মরম অসীমস্থ ওইবা যাই, মহুদি—শ্রীলনরোত্তম ঠাকুর মহাশয়না শ্রীগৌরাঙ্গবু পতি ( মপুরোইবা ) ওইনা অদুগা শ্রীযুগলকিশোরবু প্রাণ ( থৱাই ) ওইনা বর্ণন তৌরি। "ধন মোর নিত্যানন্দ, পতি মোর গৌরচন্দ্র প্রাণ মোর যুগলকিশোর ॥" যুমগী মুপী অদুগী দেহদা থৱাই লৈত্রবদি মপুরোইবনা মুপীগী দেহজুবু লুনা তৌদ্রে, লুনা তৌদবদা নত্তনা ইমুংদগী দেহত্তু পুথোকহল্লী। মতৌ অদুগুম্না শ্রীযুগলকিশোরবু কাউথোক্লবা মীগী মফমদা শ্রীগৌরচন্দ্র প্রভুনা কৃপা তৌবিফম থোক্তে। লেংগদৌবিবা লাইবীক লোইশন্নবগী মরমদা শ্রীগৌরাঙ্গগী কৃপা যাওদবা যাদে। মরমসীনা শ্রীগৌরাঙ্গবু পেলহন্নবগীদমক কবিরাজ গোস্বামীনা শ্রীশ্রীযুগলকিশোরবু বন্দনা তৌরা যাই।

অস্থুম্না মঙ্গলাচরণ মতুং শ্লোক অহুমসিংগী মরম কয়া পুথোক্লবকপা যাই।

'জয়তাং সুরতৌ'-না হৌবা শ্লোক ১৫ শুবসীগী অর্থ মখল অনী থোক্লা হনবা যাই।

**অহান্‌বদা—**

লাইবীক ইবা হৌগংপা মতমদা কবিরাজ গোস্বামী য়াম্না অহল ওইরম্রে, চংথোক-চংশীন তোবা ঙম্লমদ্রে, ইবস্থ ঙমদবগুম্লে মরমদি খুৎ নীক্লম্লে, মরমত্তুনা মছাবু 'পঙ্গু—খোঙতেকপা' হায়রম্মীরনী। শ্রীচৈতন্য-চরিতামৃতগুন্থা লাইবীক অমা ইবদা চঙগদবা লৌশিং অমদি ৱাখলগী শক্তি অত্তু অহন ওইবা মরম্না মাগীদি লৈরমদ্রে হায়না খল্লম্মী। দৈন্যগী ভাব-তা মহাক মছামক শাস্ত্রগী জ্ঞান লৈতবনী হায়না খল্লম্মী, মরমসীনা মছাবু 'মন্দমতি—বুদ্ধি ফত্তবা' হায়না হায়রম্মী। শ্রীমদনমোহনসী কবিরাজ গোস্বামীগী কুলাধিদেবতানা, মরমত্তুনা শ্রীশ্রীরাধামদনমোহনবু মাগী অমতা ঙাযবা গতিনী ( পাংনী ) হায়রিবনী অদুগা মখোয় অনীগী খোঙ-থম্বানবু মহাক্কী মরম্না হায়রিবনী। 'সুরতৌ' শব্দগী অর্থদি 'থৌজানহৈবা' হায়বনী। গ্রন্থকারনা হায়রম্মী—"ঐ অশোনবা হত্তুববা মীনী, লাইবীক ইবা মতমদস্থ খুৎ নীক্লে, মফম অমদগী মফম অতোপ্পা অমা তাম্না চংথোকচংশীন তৌবস্থ ঙমদ্রে, ঐ খোঙতেকপগুম্লে। ঐগী বুদ্ধি ফত্তে, অত্তুগীস্থ মথক্তা শাস্ত্রস্থ হৈতে। ফীভম মতাসাদা শ্রীগৌরাঙ্গ মহাপ্রভুগী অথুপ্পনা থল্লবা শেষ লীলাত্তু লেংবদি ওইথোক্তবনী। অত্তুবু

শ্রীশ্রীরাধামদনমোহনগী কৃপা কংলবদি ওইথোক্লোই হাযবিবসী ওই-থোকপা যাই। মখোয়নীনা ঐগী অমতা ভাযবা গতিনী। ঐগী লৈজবা ইবন হাযববু মখোযনীগী খুয়া থম্বান অত্তুদনী। মখোযদি মখোযগী ভক্ত-শিংবুসু নুংশিবী, ভক্তশিংনা মহাও তংবা যাননবা হাযত্তুনা মখোয অনীনা মতীক-চাদবা ঐহাকপু মখোযনীনা অমতা ওইরিবা বিগ্রহ শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যগী লীলা ইবা ঙমহন্বীববদি মখোয়না তৌবা কৃপাত্তু জয ওইগনী। ঐনা মখোয়নীগী খুযা থাদা থুকুমজত্তুনা হঙ্গচ্ছবিবদি অসীনী মত্তুদি—মখোযনীনা তৌবিবা কৃপাত্তু ঐবু লাইবীক ইবা ঙমহন্নবা জয়যুক্ত ওইবসনু।

অনীশুবদা—

দৈন্য-লৈবা মী অমা ওইবা মবন্না কবিবাজ গোস্বামীনা মছাবু মতীক-চাদবা মী অমনী হাযনা হাযবম্বনী। অত্তুবু ভক্তশিংনদি নিত্য-সিদ্ধপবিকব ওইবা কবিবাজ গোস্বামীগী দৈন্য-ভাব অসি খঙবা ঙমদত্তুনা হাযবিবা শ্লোকসীগী অর্থ অতোপ্পা অমা হল্লম্মী, মত্তুদি—মফম অমদগী অতোপ্পা মফম অমদা চংপা ঙমদববু 'পঙ্গু' হাযবনী। শ্রীবাধামদনমোহনগী চবণ থাদোক্তুনা অতোপ্পা দেবদেবাগী চবণ থাদা চঙনীঙদবা মীগী মপুক্লাঙদি পঙ্গুগাগুম্বনী। মবমসিনা শ্লোকসীদা 'পঙ্গুগী' অর্থদি 'অনন্ত-শবণ—অতোপ্পা অমদা চঙগ্রবা হাযবনী। জ্ঞানগী বা নৈনবদা মপুক্লাঙ চঙগ্রবা মীবু মন্দমতি ( বুদ্ধি-ফত্তবা ) কৌযি। মতৌ অত্তুগুম্না জ্ঞান-মার্গনচিংবা সাধন হৈনগ্রবা মীগী ফাভমসু 'মন্দমতি' ওইবা মীতাগী মতৌনী। মবমসীনা শ্লোকসীদা 'মন্দমতি' শব্দগী অর্থদি জ্ঞানমার্গনচিংবা সাধন পামদবা একান্ত ( অমখক্তবু চু পাযবগুম পাযবা ) ভক্ত হাযবনী। 'সুবতৌ' শব্দগী অর্থ অমনা থোজান হৈবা হাযবনী। অর্থসীদি অহানবা ব্যাখ্যাদা লৌগ্রে। মফমসীদনা সুবতৌ-গী অর্থদি তোপ্লে—সু ( নীঙথিবা ), বতি ( প্রেম—নুংশিবা ) মখোযগী, হাযবদি মখোয মশেল নীঙথিনা নুংশিনবা অত্তুগুম্বা যুগলকিশোর। অসুম্না লৌববদি শ্লোকসীগী মর্ম্মদি অসীনী—"শ্রীশ্রীবাধামদনমোহন-না কবিরাজ গোস্বামীগী অমতা ভাযবা চঙজফম্মী, অনীমশেল ফজনা নুংশিনবিবা শ্রীশ্রীবাধামদনমোহনগী থোঙ-থম্বাক্তনা মহাক্কী লৈজবা লম্না, মখোযগী চবণ-সেবাতুদা পামজে হাযবদি মত্তনা গতিনী, জ্ঞান-কর্ম্মনচিংবা সাধনবু পূমথা থাদোক্লগা মহাক্না পূক্লীঙ-লোঙদবমখৈ শ্রীশ্রীরাধামদনমোহনগী চবণ-সেবাদমক তৌযি।"

## মূল ১৬

দিব্যদ বৃন্দারণ্য কল্পদ্রুমাধঃ
শ্রীমদ্রত্নাগারসিংহাসনস্থৌ ।
শ্রীমদ্রাধা-শ্রীলগোবিন্দদেবৌ
প্রেষ্ঠালীভিঃ সেব্যমানৌ স্মরামি ॥ ১৬ ॥

## শব্দার্থ

দিব্যৎ—ঙাল্লিবা, বৃন্দারণ্য—বৃন্দাবন, কল্পদ্রুম—অপাম্বা পীবা পামেল (কল্পবৃক্ষ), অধ—মখাদা, শ্রীমৎ—ফজবা, রত্নাগার—রত্নন। মচাক ওইববা মন্দির, সিংহাসনস্থৌ—সিংহাসন মথক্তা লেঙশল্লিবা, শ্রীমৎ—ফজবা, রাধা—শ্রীমতী রাধারাণী, শ্রীলগোবিন্দদেবৌ—অমসুং শ্রীগোবিন্দদেব, প্রেষ্ঠ-আলীভিঃ—খ্বাইদগী হেন্না নুংশিবা সখীশিংনা, সেব্যমানৌ—সেবা তৌরিববু, স্মরামি—ঐনা নীঙশীঙজরি।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

খমথেংনা ফজববা শ্রীবৃন্দাবন লমদমদা কল্পবৃক্ষ (অপাম-অপাম্বা পীঙম্বা পামেল) মখোঙদা রত্নঙাক্তনা মচাক ওইবিবা মন্দিরদা রত্নসিংহাসন মথক্তা লৈরিবা অমসুং নুংশি-থোইবী সখীশিংনা থৌগনজবিবা শ্রীমতী-রাধা অমসুং শ্রীলগোবিন্দদেববু ঐনা নীঙশীঙজরি।

## মূল ১৭

শ্রীমান রাসরসারম্ভী বংশীবটতটস্থিত
কর্ষন বেণুস্বনৈর্গোপীনাথ শ্রিয়েঽস্তু নঃ ॥ ১৭ ॥

## শব্দার্থ

শ্রীমান্—যাম্না ফজবা, রাসরস-আরম্ভী—রাসলীলাগী রস হৌদোকপা, বংশীবটস্থিত—বংশীবট কোবা তোর্বান্দা লৈবা, কর্ষন্—চিংদুনা, বেণুস্বনৈ—বেণু-মখোল্না, গোপীঃ—গোপীশিংবু, গোপীনাথঃ—শ্রীগোপীনাথ, শ্রিয়ে—মঙ্গলগীদমক, অস্তু—ওইসনু, নঃ—ঐখোযগী।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

বেণু মখোন্না গোপীশিংবু চিংলিবা, বংশীবট তোর্ব্বান্দা লৈবা, রাসগী রস হৌদোকপীবম্বা, যাম্না ফজরবা শ্রীগোপীনাথ অতুনা ঐখোযগী মঙ্গল পীবিসনু।

## মুল ১৮

জয় জয় শ্রীচৈতন্য জয় নিত্যানন্দ।
জয়াদ্বৈতচন্দ্র জয় গৌরভক্তবৃন্দ ॥ ১৮ ॥

### শব্দার্থ

জয় জয—খুকমজবি, পূমহেন হেন্না জয ওইসনু, শ্রীচৈতন্য—শ্রীচৈতন্যদা জয—খুকমজবি, পূমহেন হেন্না জয ওইসনু, নিত্যানন্দ—শ্রীনিত্যানন্দ প্রভুদা, জয়—খুকমজবি অদ্বৈতচন্দ্র—শ্রীঅদ্বৈত আচার্য্যদা, জয—খুকমজবি, গৌবভক্তবৃন্দ—শ্রীগৌবাঙ্গ মহাপ্রভূগী ভক্তশিংদা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীচৈতন্য, শ্রীনিত্যানন্দ, শ্রীঅদ্বৈতচন্দ্র অতুগা শ্রীগৌবগী ভক্ত পূম্নমক্তা খুকমজবি নত্রগা ( মখোয লোইনমকসীগী ) পূওহেন-হেন্বা জয হায়বতু ওইবসনু।

### নৈনরোল

'জয' শব্দগী অর্থ অমনা 'খুকম্বা' ওম্মী অতুগা অতোপ্পা অর্থ অমনা পূওহেন্ হেনবা জয ( ওম্বা ) হাযবতুনী।

## মুল ১৯

এই তিন ঠাকুর গৌড়ীয়াকে করিয়াছেন আত্মসাৎ।
এ তিনের চরণ বন্দো, তিনে মোর নাথ ॥ ১৯ ॥

### শব্দার্থ

এই—মসী, তিন—অহুম, ঠাকুর—লাই, প্রভু, গৌড়ীযাকে—গৌড়ীয বৈষ্ণবশিংবু, কবিয়াছেন—তৌবে, আত্মসাৎ—লৌশনবা,

এ—অসী, তিনেব—অহুমগী, ( এ তিনের—অহুমসীগী ), চরণ—মখোঙ, বন্দোঁ—ঐনা খুকুমজৈ, তিনে—অহুম্না, মোর—ঐগী, নাথ—মপুনী।

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

লাই হাযবদি প্রভু অহুমসীনা ( শ্রীমদনমোহন, শ্রীগোবিন্দ অদুগা শ্রীগোপীনাথ অহুমসীনা ) গৌড়ীয বৈষ্ণবশিংগী থম্মোইবু লৌশনবিখবে। অহুমসীগী মখোঙদু ঐনা খুকুমজৈ, অহুমসীনা ঐগী নাথনী ( ঐবু লোইবা মপুনী )।

## নৈনরোল

পযাবসীগা মমাঙগী শ্লোক ১৫/১৬/১৭-কা মবী লৈনৈ। ঠাকুব অহুম হাযবিবসী শ্রীমদনমোহন, শ্রীগোবিন্দ অমসুং শ্রীগোপীনাথবুনী।

**গৌড়িয়াকে**—গৌড়দেশগী হাযবদি বাঙ্গালী বৈষ্ণবশিংবু হায-বদি শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুগী তুংইনবা বৈষ্ণবশিংবু হাযবনী। শ্রীমদনমোহন ঠাকুব শ্রীপাদসনাতন গোস্বামীনা লাৎচবম্বনী, শ্রীগোবিন্দ ঠাকুব শ্রীপাদ রূপ গোস্বামীনা লাৎচবম্বনী, অদুগা শ্রীগোপীনাথ ঠাকুব শ্রীপাদ মধু পণ্ডিতনা লাৎচবম্বনী। শ্রীসনাতন, শ্রীরূপ অদুগা শ্রীমধুপণ্ডিত গোস্বামী অহুমসী চৈতন্য মহাপ্রভুগী তুংইনবা গৌড়দেশগী বৈষ্ণব ভাক্তনী।

## মূল ২০

গ্রন্থেব আরম্ভে কবি মঙ্গলাচবণ।
গুরু বৈষ্ণব ভগবান্—তিনেব স্মবণ ॥ ২০ ॥

## শব্দার্থ

গ্রন্থেব—লাইবীক্কী, আরম্ভে—হৌবকপদা, করি—ঐনা তৌজবি, মঙ্গলাচবণ—যাইফনবগী দমক হাযবদি নীঙবা থুংননবগী দমক লাই কৌদুনা খুকম্বা, গুরু—দীক্ষা-পীবা ( লাইমীঙ-পীবা ) গুরু, বৈষ্ণব—ভগবান বিষ্ণুবু নীঙবা মী ( ভক্ত ), ভগবান্—শ্রীভগবান্; তিনেরে—অহুমবু, স্মরণ—নীঙশীঙবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

লাইরীক ইবা হৌগৎলকপদা দীক্ষাগুরুনে, বৈষ্ণবনে অদুগা শ্রীভগবান্‌নে অহুমসীবু নীঙশীঙলগা মঙ্গলাচরণ তৌজরি ( থরক পাঙথোকপা ঙম্মনরগীদমক মখোযগী আশিষ নিজরি )।

### মূল ২১

তিনের স্মরণে হয় বিঘ্নবিনাশন।
অনায়াসে হয় নিজ-বাঞ্ছিতপূরণ ॥ ২১ ॥

### শব্দার্থ

তিনের—অহুম্বু, স্মরণে—নীঙশীঙবদা, হয়—ওই, বিঘ্নবিনাশন—যৈথায-থুগাযববু ( বিঘ্নবু ) মাঙহনবা, অনায়াসে—যাম্না লাযনা, হয—ওই, নিজ—মছাগী, বাঞ্ছিত—অনীঙবা, পূরণ—থুংবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অহুমসীবু নীঙশীঙবদা যৈথায-থিঙ্গায পূম্বা মাঙঙী অদুগা অনীঙবদু ইলায লাযনা থুঙী।

### মূল ২২

সে মঙ্গলাচরণ হয ত্রিবিধ প্রকার।
বস্তুনির্দ্দেশ, আশীর্ব্বাদ, নমস্কার ॥ ২২ ॥

### শব্দার্থ

সে—মদু, মঙ্গল-আচরণ—মঙ্গলগীদমক লাই কৌবা, হয—ওই, ত্রিবিধ—মথল অহুম, প্রকার—মওং, বস্তুনির্দ্দেশ—লাইরীক্তা ইগদৌবিবা হীরম তাকপা, আশীর্ব্বাদ—লাইবীক তাগদৌবিবা অমদি মীয়াম পূম্বগী মঙ্গল নীঙবীবা, নমস্কার—খুরুম্বা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মঙ্গলাচরণ অসীগী মওংদি মথল অহুম্নী—লাইরীকী হীরম ( বস্তু ) তাকপা, আশীর্ব্বাদ পীবা অমসুং খুরুম্বা।

## মুল ২৩

প্রথম দুই শ্লোকে ইষ্টদেব-নমস্কার।
সামান্য-বিশেষরূপে দুই ত প্রকার ॥ ২৩ ॥

## শব্দার্থ

প্রথম—অহান্‌বা, দুই—অনী, শ্লোকে—শ্লোক-তা, ( দুই শ্লোকে—শ্লোক অনীদা ), ইষ্টদেব—লাৎচবিবা লাইবু, নমস্কার—খুরুম্বা, সামান্য—মযাম পূম্নমক্কী ওইবা, বিশেষ—থোইদোকপা অথন্নবগী ওইবা, রূপে—মওংদা, দুই—অনী, ত—লেপ্পমক, প্রকার—মওং।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অহানবা শ্লোক অনীদা ইষ্টদেববু খুরুম্বনী। খুরুম্বসী সামান্য ( মযাম পূম্নগী ওইবা ) অদুগা বিশেষ ( থোইদোকপা অথন্নবগী ওইবা ) হাযবা মওং অনীথক লৈযে।

## মুল ২৪

তৃতীয় শ্লোকেতে করি বস্তুর নির্দ্দেশ।
যাহা হইতে জানি পরতত্ত্বের উদ্দেশ ॥ ২৪ ॥

## শব্দার্থ

তৃতীয—অহুমশুবা, শ্লোকেতে—শ্লোক-তা, করি—তৌরি, বস্তুর—হীবমগী, নির্দ্দেশ—তাকপা, যাহা হইতে—মদুদগী, জানি—খঙঙী, পরতত্ত্বের—তত্ত্ব ( অওইবা ) মকোক্কী উদ্দেশ—শক্তাক।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অহুমশুবা শ্লোক-তা বস্তু করিনো উৎলী, মদুদগী পরতত্ত্ব করিনো হাযবদু খঙঙী।

## নৈনরোল

**যাহা হইতে**—মদুদগী হাযবদি বস্তুনির্দ্দেশতগী নত্রগা অহুমশুবা শ্লোকতগী হাযবনী। **পরতত্ত্বের উদ্দেশ**—পরতত্ত্ব (তত্ত্বমকোক) ওই-বিবসী করিনো হাযবদু, শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যনা পরতত্ত্ব বস্তুনী হাযবসী অহুমশুবা শ্লোক-তা হায়রি।

## মূল ২৫

চতুর্থ শ্লোকেতে করি জগতে আশীর্ব্বাদ ।
সর্ব্বত্র মাগিয়ে কৃষ্ণচৈতন্য-প্রসাদ ।। ২৫ ।।

## শব্দার্থ

চতুর্থ—মরিশুবা , শ্লোকেতে—শ্লোকতা , করি—তৌবি , জগতে—জগৎপু , আশীর্ব্বাদ—মঙ্গল ওইনবা নীঙবা , সর্ব্বত্র—মফম পূম্নমক্তা , মাগিয়ে—নিজেবা , কৃষ্ণচৈতন্য-প্রসাদ—শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যগী থৌজান ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মরিশুবা শ্লোক তা জগৎপু অশীর্ব্বাদ তৌবি । মফম পূম্নমক্তা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যনা চান্‌বিশনু হায়না নিজবি ।

## মূল ২৬

সেই শ্লোকে কহি বাহ্যাবতার-কারণ ।
পঞ্চ ষষ্ঠ শ্লোকে কহি মূল প্রয়োজন ।। ২৬ ।।

## শব্দার্থ

সেই শ্লোকে—শ্লোক অদুদা , কহি—হায় , বাহ্য—মপাম্থোংগী ওইবা অবতারকারণ—অবতার তৌবগী মরম , পঞ্চ—মঙা , ষষ্ঠ—তরুক , শ্লোকে—শ্লোকতা , ( পঞ্চ-ষষ্ঠ-শ্লোকে—মঙাশুবা অদুগা তরুকশুবা শ্লোকতা ) , কহি—হাযবি , মূল—মকওইবা , প্রয়োজন—মরম ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্লোক অদুদা অবতার তৌবগী মপাম্থোংগী ওইবা মরম হাযবে । মঙাশুবগা তরুকশুবগা শ্লোক অনীসীদা অবতার তৌবগী মক ওইবা মরম হাযবে ।

## মূল ২৭

এই ছয় শ্লোকে কহি চৈতন্যের তত্ত্ব ।
আর পঞ্চ শ্লোকে নিত্যানন্দের মহত্ত্ব ।। ২৭ ।।

## শব্দার্থ

এই—মসী , ছয—তব্বক , শ্লোকে—শ্লোক-তা , ( এই ছয শ্লোকে—শ্লোক তব্বকসীদা ) , কহি—হায়বি , চৈতন্যের—চৈতন্যগী , তত্ত্ব—অওইবত্তু, কবিনা হাযবত্তু , ( চৈতন্যের তত্ত্ব—চৈতন্য কনানো হাযবদো ) , আর—অতোপ্পা , পঞ্চ শ্লোকে—শ্লোক মঙামদা , নিত্যা-নন্দের—নিত্যানন্দগী , মহত্ত্ব—মতীক মযাই ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্লোক তব্বক অসীদা চৈতন্যগী তত্ত্ব তাক্লী। অতোপ্পা শ্লোক মঙা অমদা নিত্যানন্দগী মতীক মযাই ( মহত্ত্ব ) তাক্লী ।

## মূল ২৮

আর দুই শ্লোকে অদ্বৈত-তত্ত্বাখ্যান ।

আর এক শ্লোকে পঞ্চতত্ত্বের ব্যাখ্যান ॥ ২৮ ॥

## শব্দার্থ

আর—অতোপ্পা দুই শ্লোকে- শ্লোক অনীদা , অদ্বৈত-তত্ত্ব-আখ্যান—অদ্বৈতপ্রভু কনানো হাযবত্তু তাকপা ( হাযবদি তাক্লী ) , আর—অতোপ্পা এক শ্লোকে—শ্লোক অমদা , পঞ্চতত্ত্বের—তত্ত্বমঙাগী , ব্যাখ্যান- ব্যাখ্যা ( শন্দোকপা রাবেল ) ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অতোপ্পা শ্লোক অনীদা শ্রীঅদ্বৈত আচার্য্যগী তত্ত্ব তাক্লী অদুগা শ্লোক অমদনা পঞ্চতত্ত্ববু ব্যাখ্যা তৌদুনা তাক্লী ।

## মূল ২৯

এই চৌদ্দ শ্লোকে করি মঙ্গলাচরণ ।

তঁহি মধ্যে কহি সব বস্তু নিরূপণ ॥ ২৯ ॥

## শব্দার্থ

এই চৌদ্দ শ্লোকে—শ্লোক তরামরি অসীদা , করি মঙ্গলাচরণ—

—মঙ্গলাচরণ তৌরি, তঁহি—মতুগী (শ্লোক তবামবিগী), মধ্যে—মনূঙদা, কহি—হাষরি, সব—পূম্নমক, বস্তু নিরূপণ—হীরম তাকপা,

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

শ্লোক তরামবি অসীদা মঙ্গলাচরণ তৌবি। মতুগী মনূঙদা বস্তু (লাইবীক্তা কবি ইগদৌবিবনো হাযবতু) তাক্লী।

## মূল ৩০

সব শ্রোতা বৈষ্ণবেরে করি নমস্কার।
এই সব শ্লোকের করি অর্থ-বিচার ॥ ৩০ ॥

## শব্দার্থ

সব—পূম্নমক, শ্রোতা—নাকোঙনা তাবিবা মী, বৈষ্ণবেরে—বৈষ্ণবশিংদা, করি—তৌজতুনা, নমস্কার—খুরুম্না, (নমস্কার করি—নমস্কার করিয়া—খুরুমতুনা), এই সব শ্লোকের—শ্লোক পূম্নসীগী, করি—তৌবি, অর্থ-বিচার—অর্থ করিনো হাযবতু।

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

(লাইবীকসীবু) শ্রবণ তৌবিবিবা বৈষ্ণবশিংদা খুরুমজতুনা (এহাক) শ্লোক পূম্নসীগী অর্থ ফোঙদোকচগে।

## মূল ৩১

সকল বৈষ্ণব শুন করি একমন।
চৈতন্যকৃষ্ণের শাস্ত্রমত-নিরূপণ ॥ ৩১ ॥

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

সকল—পূম্না, বৈষ্ণব—বৈষ্ণব, শুন—(নাকোঙনা) তাবিযু, করি তৌতুনা, একমন—পুক্নীঙলোঙদবা, চৈতন্যকৃষ্ণের—শ্রীচৈতন্যগী মশক ওইবা শ্রীকৃষ্ণগী, শাস্ত্রমত—শাস্ত্রগী মতুং ইন্‌বা, নিরূপণ—ব্রারেপ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে বৈষ্ণব পূন্নমক, শ্রীচৈতন্যগী মশক ওইবা শ্রীকৃষ্ণগী মবমদা শাস্ত্রগী মতু ইনবা রাবেপসী পূক্নীংলোঙবা তৌদবমখৈ নাকোঙনা তাবিয়ু।

## মূল ৩২

কৃষ্ণ, গুরু, ভক্ত, শক্তি, অবতার, প্রকাশ।
কৃষ্ণ এই ছয়রূপে করেন বিলাস॥ ৩২॥

### শব্দার্থ

কৃষ্ণ—শ্রীকৃষ্ণ ভগবান, গুরু—দীক্ষাগুরু অমসুং শিক্ষাগুরু, ভক্ত—ভক্তশিং, শক্তি—শক্তিশিং, অবতার অবতারশিং, প্রকাশ—শকউৎ, কৃষ্ণ—শ্রীভগবান-না, এই ছয়রূপে—শক তরুক্নী ওইনা, করেন—তৌরি, বিলাস—শান্নবা, বিহার, (করেন বিলাস—শান্নে)।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীভগবান্ কৃষ্ণনা কৃষ্ণ, গুরু, ভক্ত, শক্তি, অবতার, অমসুং প্রকাশ হায়বা তরুক্নী ওইনা শান্নে।

## মূল ৩৩

এই ছয় তত্ত্বের করি চরণ বন্দন।
প্রথমে সামান্যে করি মঙ্গলাচরণ॥ ৩৩॥

### শব্দার্থ

এই ছয় তত্ত্বের—তত্ত্ব তরুকসীগী, করি—তৌরি, চরণ—খোঙ (খোঙদা), বন্দন—খুরুম্বা, প্রথমে—অহানবদা, সামান্যে—ময়াম পুম্ববু ওইনা, করি—তৌরি। মঙ্গলাচরণ—মঙ্গলগী থৌরম।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

পবতত্ত্বনা ওইবকপা তত্ত্ব তরুকসীগী মখোঙদা খুরুমজে। অহান্বদা ময়াম পুম্ববু কোন্বা মঙ্গলাচরণ তৌজে।

## মূল ৩৪

বন্দে গুরূনীশভক্তানীশমীশাবতারকান।

তৎপ্রকাশাংশ্চ তচ্ছক্তীঃ কৃষ্ণচৈতন্য সংজ্ঞকম॥ ৩৪ ॥

মসী মূল শ্লোক ১অদুমক্কী, হন্নজন্না অমুক মতাঙসীদা হাপ্পনী। অদুনা শব্দার্থনচিংবগীদমক মূল শ্লোক ১-গীদা যেংবিযু।

## মূল ৩৫

মন্ত্রগুরু আর যত শিক্ষাগুরুগণ।

তাঁহার চরণ আগে করিয়ে বন্দন॥ ৩৫।

## শব্দার্থ

মন্ত্রগুরু—লাইমীঙ (দীক্ষা) পীব। গুরু, আর—অদুগা, যত—(অবৈবা) খিবিক, শিক্ষাগুরুগণ—তাকপী-তীকপীব। গুরুশিং, তাঁহাব—মখোয পূন্নমক্কী, চবণ—মখোঙ, আগে—অহানবদা, কবিযে—তৌজবি, বন্দন—খুরুম্ব।।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অহানবদা দীক্ষাগুরুগা শিক্ষাগুরু লেবিবশিংগা মখোয লোইনমক্কী খুযাখাদা ঐনা খুরুমজবি।

## টৈনরোল

মন্ত্রপীবা গুরু হাযবদি দীক্ষা-মন্ত্র পীবা গুরুদি অমদগী হেনবা যাদে। ব্রাফমসা ভক্তিসন্দর্ভ /২০৭/ শ্লোকতা যাওবি—"মন্ত্রগুরুস্ত্বেক এব।" অদুবু শিক্ষাগুরু হাযবদি ভজনগী (লাই নীঙবগী) মবমদা খজিক্তংদা ওইববস্থ তাকপীবা গুরুগী মশাঙদি সেবক অমগীদমক যাম্না লৈবা যাই। 'তাঁহাব' শব্দ অসীনা ওম্বা অর্থদি দীক্ষাগুরু অমসুং শিক্ষাগুরুশিংগী হাযবনী।

## মূল ৩৬

শ্রীরূপ, সনাতন, ভট্ট রঘুনাথ।

শ্রীজীব, গোপাল ভট্ট, দাস রঘুনাথ॥ ৩৬॥

## শব্দার্থ

শ্রীরূপ—শ্রীলরূপ গোস্বামী , সনাতন—শ্রীলসনাতন গোস্বামী , ভট্ট রঘুনাথ—শ্রীলরঘুনাথ ভট্ট গোস্বামী , শ্রীজীব—শ্রীল জীব গোস্বামী , গোপাল ভট্ট—শ্রীলগোপাল ভট্ট গোস্বামী , দাস রঘুনাথ—শ্রীলরঘুনাথ দাস গোস্বামী।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শিক্ষাগুরুশিংদি শ্রীলরূপ গোস্বামী, শ্রীলসনাতন গোস্বামী, শ্রীলরঘু-নাথ ভট্ট, শ্রীলজীব গোস্বামী, শ্রীলগোপাল ভট্ট, শ্রীলরঘুনাথ দাস অসিনী।

## মুল ৩৭

এই ছয় গুরু—শিক্ষাগুরু যে আমার।
তাঁ' সবার পাদ-পদ্মে কোটি নমস্কার ॥ ৩৭ ॥

## শব্দার্থ

এই ছয় গুরু—গুরু তরুক্সী , শিক্ষাগুরু—ভজনগী মরমদা তাকপীবা গুরুনী ( ওজানী ), যে—মখোয , আমার—ঐগী , তাঁ' সবার—মখোয পুম্নগী , পাদ-পদ্মে—খোঙ থম্বান্দা , কোটি—কোটি , নমস্কার—খুরুম্না তৌরি।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

গুরু তরুক্সীনা ঐগী শিক্ষাগুরুনী। মখোয পুম্নগী খুযা-থম্বান্দা কোটিরক হন্না ঐনা খুরুমজরি।

## তৈনরোল

গুরু তরুক্সীনা তাক্লম্বা পাওতাক ইনবা মীরু গৌডীয়া বৈষ্ণবনী হায়না কবিরাজ গোস্বামীনা শে দোক্লম্বনী।

## মুল ৩৮

ভগবানের ভক্ত যত শ্রীবাস প্রধান।
তাঁ' সভার পাদ-পদ্মে সহস্র প্রণাম ॥ ৩৮ ॥

## শব্দার্থ

ভগবানের—ভগবানগী, ভক্ত—ভক্তশিং, যত—লৈবক্না পুম্না, শ্রীবাস প্রধান—শ্রীবাসনা লুচিংবা, তাঁ' সভার—মখোয় পুম্নগী, পাদ পদ্মে—খোঙ থম্বাল্দা, সহস্র—লীশীঙলক, প্রণাম—খুরুম্না তৌরি।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ভগবানগী শ্রীবাসনচিংবা ভক্ত লৈবক্না মখোয় পুম্নগী খুযা থম্বাল্দা লীশিংঙবক হন্না খুরুমজরি।

## মূল ৩৯

অদ্বৈত আচার্য্য—প্রভুর অংশ অবতার।
তার পাদ-পদ্মে কোটি প্রণতি আমার ॥ ৩৯ ॥

## শব্দার্থ

অদ্বৈত আচার্য্য—অদ্বৈত আচার্য্যদি, প্রভুর—শ্রীমন মহাপ্রভুগী, অংশ-অবতার—অংশনা তৌরবা অবতারনী, তার—মহাক্কী, পাদ—খোঙ, পদ্মে—থম্বাল্দা, কোটি—কোটিবক হন্না, প্রণতি—খুরুম্না, আমার—ঐগী।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অদ্বৈত আচার্য্যদি শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য মহাপ্রভুগী অংশ অবতারনী। মহাক্কী খুযা-থম্বাল্দা ঐনা কোটিবক হন্না খুরুমজরি।

## নৈনবোল

শ্রীঅদ্বৈত আচার্য্যদি মহাবিষ্ণুগী অংশনী, মহাবিষ্ণুনা শ্রীকৃষ্ণগী অংশনী, মরমদুনা শ্রীঅদ্বৈতস্মু শ্রীকৃষ্ণগী হায়রদি শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য প্রভুগী অংশাবতারনী।

## মূল ৪০

নিত্যানন্দরায়—প্রভুর স্বরূপ প্রকাশ।
তাঁর পাদপদ্ম বন্দো যাঁর মুঞি দাস ॥ ৪০ ॥

## শব্দার্থ

নিত্যানন্দ বায—শ্রীনিত্যানন্দ প্রভু, প্রভুব—শ্রীমন মহাপ্রভুগী, স্বরূপ-প্রকাশ—মছামক্কী শক্ফোঙ, তাঁব—মহাক্কী, পাদপদ্ম—খোঙ-থম্বান্দু, বন্দো—খুরুমজবি, যাঁব—মহাক্কী (নিত্যানন্দগী), মুঞি—ঐহাক দাস—নাইনী।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীনিত্যানন্দ বাযদি শ্রীমন মহাপ্রভুগী শক্ফোঙনী (স্বরূপ প্রকাশনা)। মহাক্কা ঐহাক্কা মনাই ওইবিবা, অদুগুম্বা (নিত্যানন্দ) মহাক্কা খোঙ থম্বাদু খুরুমজবি।

## নৈনবোল

'তৎপ্রকাশাংশ্চ' শব্দগী অর্থ তৌবি। **স্বরূপ-প্রকাশ** শব্দগী মনুংচনবা 'প্রকাশ' শব্দসী 'বিলাস-গী' অর্থদা শীজন্নবিবনী হাযনা লৌবা তাই। নত্রগদি নাতৈচাদবা অমা ওইবক্কদৌবি। শ্রীনিত্যানন্দদি ব্রজ-লীলাগী বলদেব অদুনী। অদুগা শ্রীবলদেবদি শ্রীকৃষ্ণগী বিলাস না প্রকাশ নত্তে, মবমদুনা শ্রীনিত্যানন্দসু শ্রীকৃষ্ণগী হাযবদি শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুগী বিলাসনা। বাফমসী চুম্না হাযবা 'প্রকাশ' অমসুং 'বিলাস' কদাযবু কৌবগে হাযবদু নৈনবগা খোবক্কনী।

"একই বিগ্রহ যদি হয বহুরূপ। আকাবে ত ভেদ নাহি একই স্বরূপ। মহিষী-বিবাহে যৈছে যৈছে কেল বাস। ইহাকে কহিবে কৃষ্ণেব মুখ্য প্রকাশ ।১/১/৬৯-৭০"—স্বরূপ অমতনা মূর্ত্তি মযাম থোক্কুনা মছাবু ফোঙদোক্লবদি অদুগা মূর্ত্তিশিংদুগী কুচুনচিংবদা কবিমতা খেন্নবা লৈত্রবদি, মূর্ত্তি মযামদু 'প্রকাশ' কৌবা শক্ফোঙনী। "একই বিগ্রহ কিন্তু আকাবে আন। অনেক প্রকাশ হয 'বিলাস' তার নাম॥ ১/১/৭৬॥" বিগ্রহ অমতনা কুচুনচিংবদা খেন্নবা মূর্ত্তি থোক্কুনা মছাবু ফোঙদোক্লবদি মদুবু 'বিলাসরূপ' কৌযি। শ্রীবলদেবসী শ্রীকৃষ্ণগী বিলাস-নী, শ্রীকৃষ্ণগী কুচুনা মুবৈনবনী (শ্যামবর্ণনী) অদুগা শ্রীবলদেবগীনা অঙৌবনী। অনীসী বর্ণদা খেন্নবে অদুগা স্বরূপ-তি অমতনী, মরমসীনা শ্রীবলদেব শ্রীকৃষ্ণগী বিলাস-নী।

শ্রীনিত্যানন্দসু ব্রজগী শ্রীবলরামনী অদুগা শ্রীমন্ মহাপ্রভুসু স্বযং শ্রীকৃষ্ণনী। মবমদুনা শ্রীনিত্যানন্দসী স্বরূপ কী বা হাযবগদি শ্রীমন মহাপ্রভুগী বিলাস মূর্ত্তিনী। শ্রীমন মহাপ্রভুগা শ্রীনিত্যানন্দগা অনীগী স্বরূপ অমতা ওইববসু বর্ণদা খেন্নে, শ্রীমন্ মহাপ্রভুনা ল৲না ঙৌবনী, অদুগা শ্রীনিত্যানন্দগীনা ঙাঙলৈননা ঙৌবনী ( বক্তাভ গৌববর্ণনী )। মবমসীনা শ্রীনিত্যানন্দসী স্বরূপ কী ৱা হাযরগদি শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যগী বিলাসমক্নী। অদুম ওইনমক কবিরাজ গোস্বামীনা শ্রীনিত্যানন্দবু শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যগী প্রকাশনী হাযবি। মদুগী মবমদি অসীনী মদুদি, শ্রীনিত্যানন্দ প্রভুসে লাইবীক লেংবা কবিবাজ গোস্বামীগী দীক্ষাগুরুনী, দীক্ষাগুরুবু শ্রীকৃষ্ণগী হাযবদি শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্য মহাপ্রভুগী প্রকাশ নী হাযনা খনগদবনী হাযবা শাস্ত্রগী ৱা লৈ। মবমসীনা শ্লোকসীদা শীজন্নবিবা 'প্রকাশ' শব্দসীগী অর্থদি 'বিলাস-গী' অর্থ ওইনা লৌবা তাবনী।

## মুল ৪১

গদাধরপণ্ডিতাদি—প্রভুর নিজশক্তি।
তাঁ'সবাব চবণে মোব সহস্র প্রণতি ॥ ৪১ ॥

## শব্দার্থ

গদাধব-পণ্ডিতাদি—গদাধবপণ্ডিতনচি৲বা, প্রভুব—শ্রীমন্‌মহাপ্রভুগী, নিজ-শক্তি—মছামক্নী হাযবদি অন্তরঙ্গা শক্তিনী, তাঁ'সবাব—মখোয পুম্বগী, চবণে—চবণ-খাদা, মোব—ঐগী, সহস্র—লীশীঙ, প্রণতি—খুরুম্বা হাযবদি খুরুমজৈ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

গদাধবপণ্ডিতনচি৲বদি শ্রীমনমহাপ্রভুগী মনুঙগী ওইবা শক্তিনী। মখোয় পুম্নমক্নী খুয়াদা ঐনা লীশীঙরক হুম্না খুরুমজৈ।

## নৈনরোল

"তচ্ছক্তীঃ" শব্দগী অর্থ তৌরি। নিজশক্তি হায়বসি নৈননঙাইনী। শব্দসীগী অর্থদি 'মছামক্নী শক্তি ( স্বরূপ-শক্তি )' হাযবনী। স্বয়ং ভগবান্‌গী শীঙলাক-ঙমদবা শক্তি মযামগী মনুঙদা শক্তি অহুম্না মকোক্নী

মতুদি—অন্তরঙ্গা ( মনূঙগী ওইবা ) শক্তি, তটস্থা ( চিদাই-তাবা ) জীব শক্তি, অতুগা বহিরঙ্গা ( মপান্থোংগী ওইবা ) শক্তি। অন্তরঙ্গা চিৎ-শক্তিস্মু মখল অহুম্নী, মতুদি—হ্লাদিনী ( হরাওহন্নবগী ওইবা ), সন্ধিনী ( লেঙদনা লৈনবগী ওইবা ), অতুগা সম্বিৎ ( জ্ঞানগী হাযবদি খঙননবগী ওইবা )। চিৎ-শক্তিসী মতম পূম্বদা স্বরূপ-তা লেঙদনা লৈ হায়বগীদমক মসীবু স্বরূপ-শক্তিস্মু কৌযি। শ্রীগদাধর পণ্ডিত গোস্বামীসীগী তত্ত্ব ( অওইবা ) থিবগদি মহাক স্বরূপ শক্তিনী।

শ্রীলগদাধর পণ্ডিত গোস্বামীসী দ্বাপরযুগগী শ্রীকৃষ্ণলীলাদা করি ওইরম্বগে হাযবদি মাগী স্বরূপ করিনো হাযবতু গৌরগণোদ্দেশদীপিকাদা অস্মূন্না হাযরি—মমাঙৈঙদা বৃন্দাবনেশ্বরী প্রেমরূপা শ্রীরাধা ওইরম্বদো হৌজিক গৌরবু নুংশিজবা শ্রীগদাধর পণ্ডিতনী। শ্রীস্বরূপ-দামোদরনা মহাকপু ব্রজগী লক্ষ্মীনী হাযনা লেপখরবীতু বৃন্দাবন-দা শ্যামসুন্দরবু নুংশিজবী লক্ষ্মী ওইরম্বগুম্না হৌজিক মহাক্না গৌরপ্রেম-লক্ষ্মা শ্রীগদাধর পণ্ডিত ওইররে। শ্রীরাধাগী অনুগতানী-( লোইনবীনী ) হাযতুনা ললিতা অনুরাধা হাযনা মিংচৎলী, মরমতুনা শ্রীললিতানা শ্রীগদাধর-পণ্ডিতকী নুংদা চঙলম্মী। অতুগা কনা অমনা হায—“ভগবান গৌরচন্দ্রনা তৌগে হাযবা অমা যাওনা রূপ অহুম থোকখি। মরমতুনা শ্রীগদাধর পণ্ডিতসী শ্রীরাধিকাগী রূপ-নী।” অমূক, শ্রীলকবিরাজ গোস্বামীনা শ্রীগদাধর পণ্ডিত গোস্বামীগী ভাব যেংলুবগদি রুক্মিনীগা মান্নে হায়না হায। অস্মূন্না শ্রীগদাধর পণ্ডিতকী স্বরূপকী মরমদা মত কযামুক থোক্লী।

## মূল ৪২

শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য প্রভু স্বয়ং ভগবান।
তাঁহার পদারবিন্দে অনন্ত প্রণাম ॥ ৪২ ॥

## শব্দার্থ

শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য প্রভু—শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য মহাপ্রভু, স্বয়ং ভগবান্—ভগবান মশামক্কী, তাঁহার—মহাক্কী, পদ-অরবিন্দে—খোঙ-থম্বান্দা, অনন্ত—মশীঙ-নাইদরা, প্রণাম—খুরুম্না তৌজরি।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য প্রভুদি স্বয়ং ভগবান্-নী। মরমদুনা ঐ মহাক্কী খোঙ-থম্বান্দা মশাঁও নাইদনা খুকুমজবি।

## নৈনবোল

"কৃষ্ণচৈতন্য-সংজ্ঞক, ঈশং"-গী অর্থ তৌরিবনী। **স্বয়ং ভগবান্** হায়বসী অতোপ্পগী রূ ঙাইদবা ভগবান হায়বনী। কবিগুম্বা হীবম অমতদা কনা অতোপ্পগী বা ঙাইদবা, মাগী ভগবত্তাদগী অতৈগী ভগবত্তা থোবকপা, অদুগুম্বা মহাক্না স্বয়ং ভগবান-নী। মদুদি—"যাঁব ভগবত্তা হৈতে অন্যেব ভগবত্তা। স্বয় ভগবান শব্দেব তাঁহাতেই সত্তা /১/২/৮৮।।" শ্রীনাবায়ণ খোয়সী ভগবান-নী, অদুবু মখোয়দি স্বয়ং ভগবান নত্তে, মরমদি শ্রীকৃষ্ণগী ভগবত্তাদগী মখোয়গী ভগবত্তা থোবকপনী। অদুগা শ্রীকৃষ্ণগী ভগবত্তাদি অতোপ্পা অমদগী থোবকপা নত্তে।

## মূল ৪৩

সাববণে প্রভুবে করিয়া নমস্কাব।
এই ছয তেঁহো যৈছে—করি সে বিচাব।। ৪৩ ॥

## শব্দার্থ

স-আববণে—পবিকবগা ( মায়কৈ মবিদা কনাগুম্ববু কোয়শন্দুনা লৈবিবা মীশিংগা, লোইন খময়িন শিংগা ) লোয়ননা, প্রভুবে—শ্রীমন মহাপ্রভুবু, কবিয়া—তৌদুনা, নমস্কাব—খুকুম্বা, এই—মসী, ছয—তরুক, তেঁহো—মহাক্না, যৈছে—অস্মুন্না ওইখি হায়বদু, করি—তৌগে ঐ, সে—মদু, বিচাব—নৈনবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীমন্ মহাপ্রভু অমসুং মাগী লোইন্-খময়িন্‌শিংদা খুকুমজবগা মহাক্না তরুক্সী কবম্না ওইখি হায়বদু ঐ মাচা খায়না নৈনজগে।

## নৈনরোল

শ্রীমন মহাপ্রভুগী 'আবরণ' হায়বদি পবিকবদি শ্রীনিত্যানন্দ প্রভু, শ্রীঅদ্বৈত প্রভু, শ্রীগদাধর পণ্ডিত গোস্বামী অদুগা শ্রীবাসনচিংবা ভক্তশিং

অসীনী। নিত সিদ্ধ ( মতম-পূম্বদা সিদ্ধ ওইববা ) পবিকবশিংগী মনূঙদা কনা কনাগুম্বনা স্বয় ভগবান মছামক্কী অংশনী মতুদি শ্রীনিত্যানন্দগা শ্রীঅদ্বৈতগা। না কনাগুম্বনা অমূক স্বয় ভগবানগী শক্তি নত্রগা শক্তিগী অংশনী তুদি শ্রীগদাধবনচিংবা। নিত্যসিদ্ধ জীবস্তু পবিকবগী মনূঙ চনবা যা অতুগা সাধনসিদ্ধ ( সাধন তৌতুনা সিদ্ধ ওইবা ) জীবস্তু সিদ্ধি ফ না তুংদা পবিকবলক্তা তিনবা যাই।

**এই ছয** তত্ত্বক অসী ) হাযবদি অসীনী মতুদি—**কৃষ্ণ**, গুরু, ভক্ত শক্তি, অ াব অমস্তু প্রকাশ। **ভেঁহো** ( মহাক্কা ) হাযবদি শ্রীকৃষ্ণ হাযবদি শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যনা—হাযবনী।

## মূল ৪৪

যদ্যপি আমাব গুরু—চৈতন্তেব দাস।

তথাপি জানিযে আমি তাঁহাব প্রকাশ ॥ ৪৭ ॥

## শব্দার্থ

যদ্যপি বস্তু, আমাব—ঐগী, গুরু—দীক্ষা গুরু, চৈতন্যের—শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুগী, দাস—মনাই, তথাপি—অতুম ওইনমক, জানিযে—খঙজে আমি—ঐ, তাঁহাব—মহাক্কী ( শ্রীমন মহাপ্রভুগী ), প্রকাশ—শকউংনে।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ঐগী গুরুন শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যগী মনাই ওইববস্তু, অতুম ওইনমক ( গুরুদি ) মহাক্ক প্রকাশনী ( শকউংনী ) হাযবা ঐ খঙজে।

## নৈনরোল

শ্রীকৃষ্ণনা গুরু ওইনা বিলাস তৌযি ( শান্নে ) হাযবসী মূল ৪৪-৪৭-তা উংনি। গুরু মখল অনী শুই মতুদি—দীক্ষা-গুরু ( লাইমীঙ-পীবা গুরু ) অতুগ শিক্ষা-গুরু ( লাইনীঙবগী-মরমদা তাকপী-তীকপীবা গুরু )। মূল ৭, ৪৫দা দীক্ষাগুরু-গী বা ইরি। অসীদা ইরিবদি দীক্ষাগুরু হায়বসে কবিনো হাযবা তত্ত্ব অস্তুগা শিষ্যনা গুরুবু করম্না খন্‌গদগে হাযবত্তুনি। দীক্ষাগুরুবু শ্রীচৈতন্যগী 'প্রকাশনী' হাযনা খল্লী

হায়রি। মফমসীদা 'প্রকাশ' শব্দগী অর্থদি 'আবির্ভাব' ( থোরকপা, উৎপা ) হাযনা লৌগদবনী। শ্রীগুরুদি শ্রীচৈতন্যগী হায়বদি শ্রীকৃষ্ণগী নুংশিথোইবা ভক্তনী। মসীনা শ্রীগুরুগী স্বরূপ হাযবদি তত্ত্বনী। গুরুদেবদি মাগী স্বরূপকী মতুং ইল্লগদি শ্রীকৃষ্ণগী নুংশিবা ভক্ত ওইরবস্থ শিষ্যনদি গুরুবু শ্রীকৃষ্ণগী প্রকাশনী ( আবির্ভাবনী ) হাযনা খনগদবনি।

দীক্ষাগুরুগী স্বরূপকী বা হাযবগদি মহাকসে শ্রীকৃষ্ণগী নুংশিথোইবা ভক্তনী হায়বগী প্রমাণ খবা লে—

(১) শ্রীমন মহাপ্রভুগী তুংইনবা বৈষ্ণবসম্প্রদাযগী ভজনগী নিযমদা, নবদ্বীপকী ভজন-দা শ্রীগুরুদেববু শ্রীগৌরাঙ্গগী ভক্ত অদুগা বৃন্দাবনগী ভজনদনা মহাকপু সেবাদা লূপ্পী মঞ্জরী ওইনা খনগদবনী হায। নবদ্বীপকী গুরুবু ধ্যান তৌবদা অস্থুম্না শোল্লী মতুদি—"কৃপামকরন্দান্বিত-পাদ-পদ্মং, শ্বেতাম্বরং গৌররুচিং সনাতনম্। শন্দং স্থমাল্যাভরণং গুণালযং, স্মরামি সদভক্তিমযং গুরুং হরিম॥" ব্রজগী ভজন-দা শ্রীগুরুদেবগী স্বরূপকী মতাঙদা শ্রীলনরোত্তমদাস ঠাকুর মহাশযনা হাযরম্মী—"গুরুরূপ সখী বামে, দাঁড়াযে ত্রিভঙ্গ ঠামে—গুরুগী মশক ওইবী সখীনা ওইদা, অদুগা শ্রীকৃষ্ণনা ( যেত্তা ) শাথেক অহুম থেন্না লেপ্পী।"

(২) শ্রীরঘুনাথ দাস গোস্বামীনা লেংবা মন শিক্ষাদা ইবি—শচীস্থনুং নন্দীশ্বরপতিস্থতত্বে, গুরুবরং মুকুন্দ-প্রেষ্ঠত্বে স্মর পরমজস্রং নন্থ মনঃ।—হে মন, শচীগী মপাবী শ্রীগৌরসুন্দরবু শ্রীকৃষ্ণ ওইনা অদুগা শ্রীগুরুদেববু শ্রীকৃষ্ণগী নুংশিথোইবা ভক্ত ওইনা তৎতনা নীঙশীঙউ।"

(৩) শ্রীহরিভক্তিবিলাসনচিংবা শাস্ত্রদা তাক্লিবা গুরুগী লক্ষণ মযামতু ভক্তগী লক্ষণ ঙাক্লী। মতুদি—"তস্মাদগুরুং প্রপদ্যেত জিজ্ঞাস্থঃ শ্রেয উত্তমম্। শাব্দে পারে চ নিষ্ণাতং ব্রহ্মণ্যুপসমাশ্রযম॥— বেদাদি শাস্ত্রগী তত্ত্ব-খঙবা, পরব্রহ্ম শ্রীকৃষ্ণবু শংশংনা অনুভব-তৌবা, শ্রীকৃষ্ণদা ভক্তি লৈবা অদুগুম্বা গুরুদা চঙজগদবনী। শ্রীমদ্ভাগবত ১১/৩/২১॥" স্বযং ভগবান্-নস্থ হায—"মদভিজ্ঞং গুরুং শান্তমুপাসীত মদাত্মকম—ঐগী মহিমা খঙহুনা ঐবু মুন্না খঙলবা, মাগী চিত্তনা ঐঙোন্দা লূপ্লবা, অদুগা বাসনা-লৈত্রবা—অদুগুম্বা গুরুবু উপাসনা তৌগদবনী।"

শ্রুতিস্তু অদুমক হাযবি—"তদ্বিজ্ঞানার্থং স গুরুমেবাভিগচ্ছেৎ সমিৎ-পাণিঃ শ্রোত্রিয়ং ব্রহ্মনিষ্ঠম—পরম ওইবা পোৎত্তবু খঙগে হায়ববদি খুৎতা শীঙ পাযদুনা ব্রহ্মবু চেৎনা নীঙবা বেদ-হৈবা গুরু-নাক্তা চঙগদবনী। —মুণ্ডক উপনিষদ ১,২/২২।"

হরিভক্তি বিলাসদা যাৎবা পাদ্মবচনস্তু হাযরি মদুদি—"মহাভাগবত-শ্রেষ্ঠো ব্রাহ্মণো বৈ গুরুর্নৃণাম্।—মহাভাগবত অথোইবা ব্রাহ্মণ-তনা মীৎইবগী গুরুনী।"

(৪) শ্রীবিশ্বনাথ চক্রবর্ত্তীনা মাগী গুর্ব্বষ্টক অদুদা হাযবি মদুদি—"সাক্ষাদ্ধরিত্বেন সমস্তশাস্ত্রৈরুক্তস্তথা ভাব্যত এব সদ্ভি। কিন্তু প্রভোর্য প্রিয় এব তস্য বন্দে গুরো শ্রীচরণারবিন্দম। —শাস্ত্র পুম্বদা শ্রীগুরুবু সাক্ষাৎ হরিগী মশক্রী হাযববস্তু অদুগা সৎলোকশিংনা অদুম্না খন্নবস্তু গুরুদি শ্রীকৃষ্ণগী অচানবা ভক্তনী। গুরুদেব অদুগী খোঙ থম্বানবু ঐনা খুরুমজরি।"

ভক্তিশাস্ত্র মতু ইন্না শ্রীগুরুদেবসী মাগী স্বরূপ মতু ইন্না শ্রীকৃষ্ণগী অচানবা ভক্ত ওইববোইদি মহাকপু শ্রীকৃষ্ণগী প্রকাশনী হাযনা খনগ-দবগী মবম্না করিনো? শাস্ত্রদা মহাকপু সাক্ষাৎ কৃষ্ণনী হাযনা করি বাখন্নগীনো?

যম্না চাংনা নুংশিনবা মী অনীবু 'মখোযনীদি থম্মোই অমতনী' হাযনা হাযবগুম শ্রীগুরুদেবদি শ্রীকৃষ্ণগী নুংশিথোইবা ভক্ত ওই হাযদুনা মাগা শ্রীকৃষ্ণগা অমতনী খেন্নদে হাযনা খন্নে। নুংশিনবা মবমদগী মখোয অমতা ওইবনী। ভক্তি সন্দর্ভদা শ্রীজীব গোস্বামীনস্তু বাফমসী যাই। মদুদি—"শুদ্ধভক্তাস্ত্বেকে শ্রীগুরো শ্রীশিবস্যচ ভগবতা সহাভেদদৃষ্টিং তৎ-প্রিয়তমত্বেনৈব মন্যন্তে—শ্রীশিবগা শ্রীগুরুগসী ভগবানগী নুংশিথোইবনী হাযদুনা শুদ্ধভক্তশিংনা শ্রীভগবানগা মখোযগবু অমতনী হায়না খল্লী।"

শ্রীমদ্ভাগবতমদস্তু মসিগী ওইবা প্রমাণ ফংঙী। শ্রীপ্রচেতাশিংগী গুরুদি শ্রীশিবনী, শ্রীশিবগী অতোপ্পা মিং অমনা ভব কৌযি। প্রচেতা-শিংনা মখোযগী গুরুদেব ভববু ভগবানগী 'প্রিয সখা' হাযনা বর্ণন তৌযি। মদুদি—"বযন্তু সাক্ষাদ ভগবান ভবস্য প্রিয়স্য সখ্যুং ক্ষণসঙ্গ-মেন। সুদুশ্চিকিৎসস্য ভবস্য মৃত্যোর্ভিষক্তমং ত্বাদ্যগতিং গতা স্ম॥ শ্রীমদ্ভা-গবত ৪/৩০,৩৮॥"

শ্রীদাসগোস্বামীগী "মন শিক্ষাদা' যাওব। "গুরুববং মুকুন্দপ্রেষ্ঠত্বে স্মর" হাযবা শরুকসীগী পীরস্বা টীকাগী ভাব অদু অসীনী, মদুদি—"শ্রীমদ্ভাগবতম্‌গী ১১শুবা স্কন্ধগী শ্লোক অমদা হাযবি, মহুদি—'আচার্য্যবু ( গুরুবু ) ঐনী ( শ্রীকৃষ্ণনী ) হাযনা খঙগদবনী, কদোংঙৈদস্থ মহাকপু থওইদবা তৌফদে, মীওইবা অমনী হাযদুনা মাগী মফমদ। যেংগীবনচিংবা উৎফদে, মবমদি গুবসে সর্ব্বদেবময়নী ( দেব পূম্নমক্কী মশরী )।" শ্রীমদ্ভাগবতমগী প্রমাণসিংগী মতু ইস্না শ্রীগুরুব শ্রীকৃষ্ণগা অমতনী তোঙানবা নত্তে হাযনা খনবা চুম্মী, ফীভম অসি ওইবনদা গুরুবু শ্রীকৃষ্ণগী অচানবা ভক্তনী হাযনা খল্লবগী মবম কবিনো ? মদুগী পাওখুমদি অসীনা, মহুদি—পূজা অর্চ্চাগী নিযমদা উবদি শ্রীকৃষ্ণ মশামকা হাযবীখ্রে—"অহানবদা শ্রীগুরুদেববু পূজা তৌবগা মতুংদা এবু পূজা তৌগদবনী। অসুম্না তৌবা মীদুদা ভক্তিযোগদা সিদ্ধি ফংগনী। নৎত্রবদি শাগী তৌজবা পুম্না মহৈ যাম্রোই।" মসীনা প্রমাণ ওইদুনা, গুরুদেববু শ্রীকৃষ্ণগা অমতা নত্তে তোঙান তোঙানবনী হাযনা শ্রীকৃষনা উৎলী। শ্রীগুরুবু কৃষ্ণনী হাযনা খল্লু হাযবগী ভাব-তি অসানী, মদুদি—শ্রীগুরুবু শ্রীকৃষ্ণদা তৌবগুম্না পূজা তৌগদবনী। সাধকনা শ্রীকৃষ্ণবু মাগী পূজা তৌফম্মী হাযনা খনবগুম শ্রীগুরুস্থ মাগী পূজা-তৌফম্মী হাযবা বুদ্ধিদা চৎকদবনী। শ্রীহরিভক্তিবিলাসদা যাওবি—"যস্য দেবে পরা ভক্তি র্যথা দেবে তথা গুরৌ। তস্যৈতে কথিতাহ্যর্থা প্রকাশন্তে মহাত্মন ॥—দেবতাগী মফমদা পরম। ভক্তি লৈবা মীহুগী দেবতাগী মফমদস্থ গুরুদেবগী মফমদস্থ ভক্তি চপ মান্ননা লৈববদি, অদুগুম্না মহাত্মা ওইবা মীদুনা পুরুষার্থবু খঙহনবা ঙম্মী। ৪/১৪০।" দেবহুতি স্তবতা যাওবি মদুদি—"হরিগী মফমদা এগী লৈবা ভক্তিগুম্না শ্রীগুরুগী মফমদা লৈববদি, সত্যদুগীদমক হরিনা এঙোন্দা মছামক্কী রূপ অদু উহনবিসনু।" শাস্ত্রদা অসুম্নস্থ হাযবি মদুদি—"গুরুর্ব্রহ্মা গুরুর্বিষ্ণু গুরুর্দেবো মহেশ্বর। গুরুরেব পরং ব্রহ্ম তস্মাৎ সংপূজযেৎ সদা।—গুরুনা ব্রহ্মানী, গুরুনা বিষ্ণুনী, গুরুনা মহেশ্বর শিবনী, গুরুনা পরব্রহ্মনী। মবমদুনা ( গুরুবু ) মতম পুম্নদা পূজা তৌগদবনী।" মসীনা তাকপদি ব্রহ্মা, বিষ্ণু মহেশ্বর অদুগা পরব্রহ্মনা পূজা তৌফম ওইবগুম গুরুদেবস্থ পূজা-তৌফম্মী হাযবনী। গুরুদেবগী স্বরূপ যেংলুবগদি মহাক কৃষ্ণস্থ নত্তে অদুগা কৃষ্ণগী প্রকাশ হাযবদুস্থ নত্তে।

গুরুগী তত্ত্ব থিরুরবদি গুরুদি শ্রীকৃষ্ণগী ভক্তনী, অদু ওইরবস্থ

শিষ্যনদি মাগী গুরুবু ভগবানগী আবির্ভাব মখল অমনী হায়নমক খনগদবনী। গুরুবু মীচম অমনী হায়না খন্নবগী থমগী থমখ্রভুনা মহাকপু শ্রীকৃষ্ণগী ভক্তনী নত্রগা সুংশিথোইবা ভক্তনী হায়না ফাওবা খল্লুবদা শিষ্যগী অকায়বা ওইগনী। সুংশিথোইবা ভক্তনী হায়না খল্লগস্তু গুরুদেববু মীনী হায়বা বাখল পোক্লক্কনা হায়বগী অকিবা অমদি নবৈবে। গুরুদেববু মীনী হায়না খনবদি অপরাধগী মশক্নী। অতোপ্পগা মফমদা ওইবা অমা ওইরবস্তু শ্রীগুরুদেবদি শিষ্যগী মফমদদি ভগবানগী আবির্ভাব মখল অমনী, মবমদি ভগবানগী চানবীবা হায়বা শক্তিগা গুরুশক্তিগা অনীম্ভু পূন্দুনা অমতা ওই। শ্রীগুরুদেবনা থোঙ ওইবগা শ্রীভগবানগী গুরু-শক্তিম্ভু শিষ্যগী নঙ্গলগীদমক থোরকপনী (আবির্ভাব ওইবনী)। শ্রীভগবান-না গুরুশক্তিগী তুঙফম মরুনী (মূল আশ্রয়নী), মহাক্না সমষ্টিগুরুনী (গুরু মপূম্না)। অদুম ওইনমক শ্রীকৃষ্ণনা সাক্ষাৎ ওইনা কনানতদা দীক্ষা পীদে। মহাক্না অচানবা ভক্ত অমদা গুরুশক্তি হাপচল্লগা মাগী মতেঙনা কনাগুম্বা ভজন তৌনীঙবা মীবু কৃপা তৌবি। মবম-সীদগা শিষ্যগী মফমদা শ্রীগুরুদেবস্তু শ্রীকৃষ্ণগা আবির্ভাব (প্রকাশ) মখল অমনী। মবমসানা অমুক শিষ্যগী মফমদা শ্রীগুরুদেবদি শ্রীকৃষ্ণগা মান্নে। শ্রীকৃষ্ণদি ভক্তগী মখা পোনবনা হায়দুনা অদুগা শ্রীকৃষ্ণগী কৃপাস্তু ভক্তনা তৌবা কৃপা ওইদুনা লে হায়দুনা গুরুশক্তিনা পীগদবা পোৎ অদু শ্রীভগবান-না মাগী সুংশিথোইবা ভক্তগী থোঙদা জীবদা পীনবী।

## মূল ৪৫

গুরু কৃষ্ণরূপ হন শাস্ত্রের প্রমাণে।<br>
গুরুরূপে কৃষ্ণ কৃপা করেন ভক্তগণে ॥৪৫॥

## শব্দার্থ

গুরু—দীক্ষাগুরু, কৃষ্ণরূপ—কৃষ্ণগী মশক হন—ওই, শাস্ত্রের—শাস্ত্রগী, প্রমাণে—প্রমাণনা, গুরুরূপে—গুরুগী মশক ওইনা, কৃষ্ণ—কৃষ্ণনা, কৃপা করেন—কৃপা তৌবি, ভক্তগণে—ভক্তশিংবু।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শাস্ত্রগী প্রমাণ মতুং ইন্না গুরুনা কৃষ্ণগী মশক ওই। শ্রীকৃষ্ণনা গুরুগী মশক ওইনা ভক্তশিংবু থৌজান্নবী।

## নৈনরোল

শ্লোকসীদা যাওরিবা গুরুসী দীক্ষাগুরুবু হাযবিবনী। **শাস্ত্রের প্রমাণে**—শাস্ত্রগী **প্রমাণ্না** হাযবগী মবমদি অসীনী মতুদি—"আচার্য্যং মা বিজানীযাৎ-ঐবু আচার্য্যনী ( গুরুনী ) হাযনা খঙঙু।"

**গুরুগী মশক ওইনা শ্রীকৃষ্ণনা** ভক্তশিংবু কৃপা তৌবী। শ্রীকৃষ্ণনা **সাক্ষাৎ কনামতদা** দীক্ষা পীদে। ভজন-পান্বা মীতাশিংগী মঙ্গল ওইনবা হাযতুনা শ্রীকৃষ্ণনা মাগী নুংশিথোইবা ভক্তদা **গুরুশক্তি** হাপচল্লী। শ্রীকৃষ্ণগী অনুগ্রহা-শক্তিগা ( চানবীবগা শক্তিগা ) গুরুশক্তিগা তিন্নবগা ভক্তনা ভজন-পান্বা জীবদা দীক্ষা পীনীঙঙকপা যাই। শ্রীকৃষ্ণগী গুরু-শক্তিতু মাগী নুংশিথোইবা ভক্তগী মশক ওইবা গুরুদেবনা থোঙ ওইবগা ফোঙলকযি হাযবগীদমক **"গুরুরূপে কৃষ্ণ কৃপা করেন ভক্তগণে"** হাযবিবনী। শিষ্যনা মাগী গুরুদেববু শ্রীকৃষ্ণগী প্রতিনিধিনী হাযনা খনগদবনী। মতুগী প্রমাণদি নিংথৌগী মনাইনা নিংথৌগী প্রতিনিধি ওইবগা নিংথৌনা লৈবাক শাসন তৌবগুম্বনী।

## মুল ৪৬

আচার্য্যং মাং বিজানীযান্নাবমন্যেত কর্হিচিৎ।

ন মর্ত্ত্যবুদ্ধ্যাসূয়েত সর্ব্বদেবময়ো গুরুঃ ॥ ৪৬ ॥

## শব্দার্থ

আচার্য্যম—শ্রীগুরুদেব হাযনা, মাম—ঐবু, বিজানীযাৎ—খঙগদবনী, ন অবমন্যেতে—থক্তই উৎশীত্তবা তৌহৈদে, কর্হিচিৎ—কদোইঙৈদসু, ন—নত্তে, মর্ত্ত্যবুদ্ধ্যা—মীনা খন্দুনা, অসূযেত—যেংথীগদবনী, ( ন অসূয়েত—যেংথিহৈদে ), সর্ব্বদেবময় —দেব পুম্নমক্কী মশক ওইবনী, গুরু —গুরুদি।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীভগবান-না হায—"হে উদ্ধব, আচার্য্যবু হাযবদি শ্রীগুরুদেববু ঐনী ( শ্রীকৃষ্ণনী ) হাযনমক খঙগদবনী, কদোইঙৈদসু মহাকপু থক্তই-উৎশীত্তবা তৌহৈদে, অদুগা মহাকপু মীনী হাযদুনা মাবু যেংথীবোইদবনী হাযবদি মাগী দোষ থিহৈদে। মবমদি শ্রীগুরুদি দেব পুম্বগী মশক্কী।

## মৈনৱোল

শ্লোকসী শ্রীমদ্ভাগবত পুৰাণদগীনী ( ১১/১৭/২৭ ) অমসুং শ্রীকৃষ্ণনা শ্রীউদ্ধবকী ৱাহংগী পাওখুম ওইনা হায়খিবনী। মফমসীদা, শ্রীগুরুবু কৃষ্ণগী মশক্কী হায়না খনগদবনী হায়বগী পাওতাক পীরী। হায়বদি শ্রীকৃষ্ণনা পূজা-তৌফম ওইবগুম শ্রীগুরুসু পূজা-তৌফম্নী হায়না খনগদবনী।

শ্রীগুরুবু মীনী ( মনুষ্যনী ) হায়দুনা মাগী দোষ যেংহৈদে হায়নসু শ্লোকসীদা তাক্লী। শ্রীগুরুবু থওইদ্রবা অদুগা মাগী দোষ যেংশল্লবদি নাম-অপৰাধ ওই হায়না হৰিভক্তিবিলাসনা ( ১১/২৮৪ ) হায়বি। নাম-অপৰাধ লৈববদি হৰিনাম শোনবদা প্রেম ( শ্রীকৃষ্ণবু নুংশিবা ) পোক্কে।

মফমসীদা শ্রীগুরুদেববু সর্ব্বদেবময়নী ( লাই পুম্নমক্কী মশক্কী ) হায়বি। মসিগী ভাব হায়ববু অসীনী দেবশিংসী পূজা তৌফম্নী, দেবশিংদা পূজা তৌবগুম্না শ্রীগুরুসু পূজা তৌফম্নী। দেবতাশিংনা পেন্নগা নত্রগা শাউবগা নীওবা থুংদবা কাযবা থোক্কনী। মৰমসীনা শ্রীগুরুদেবনা মতম পূম্নদা ইাপেন্দ পেন্দুনা লৈননবা তৌবনা শিষ্যাগী মথৌনী।

## মুল ৪৭

শিক্ষাগুরুকে ত জানি—কৃষ্ণের স্বরূপ।
অন্তর্য্যামী ভক্তশ্রেষ্ঠ—এই দুই রূপ॥ ৪৭॥

## শব্দার্থ

শিক্ষাগুরুকে—ভজনগী মৰমদা তাকপী-তীকপীবা গুরুবু, ত—তশেংবা, জানি—খঙঙী, কৃষ্ণের—শ্রীকৃষ্ণগী, স্বরূপ—মশক্কী, অন্ত-র্য্যামী—জীব খূদিংগী মনূঙদা লৈবা পৰমাত্মা ভক্তশ্রেষ্ঠ—অথোইবা ( উত্তম-অধিকারী ভক্ত ), এই—অসী দুই—অনী, রূপ—শক, ( এই দুই রূপ—শক অনী অসী )।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শিক্ষাগুরুবু ( কৃষ্ণ ভজনগী মৰমদা তাকপীবা গুরুবু ) কৃষ্ণগী স্বরূপনী

হাযনা লেপ্পমক খণ্ডী। ( শিক্ষাগুরুদি ) অন্তর্য্যামী পবমাত্মানে অদুগা ভক্ত অথোইবনে—অনী অসী থোক্লা লৈ।

## চৈনরোল

দীক্ষাগুরুগী বা হাযরবা মতুংদা শিক্ষাগুরুগী বা অমুক হাযথবক্লী। শিক্ষাগুরুসী মখল অনীনী মদুদি—অন্তর্য্যামী পবমাত্মা অদুগা ভক্ত অথোইবা।

অন্তর্য্যামী হাযবিবসী জীবমুংদা লৈরিবা পবমাত্মাবুনী, ক্ষীরোদশাযী নাবাযণ না জীব খুদিংমক্কী মনুংদা অন্তর্য্যামী ওইনা লৈ। অন্তর্য্যামী পরমাত্মাসী শ্রীকৃষ্ণ মছামক্কী অংশনী, মবমদুনা মহাক শ্রীকৃষ্ণগী মশক্লী (স্বরূপ-নী )। মহাকসে জীবগী অচুম-অবান-তাকপা নিযন্তানী। মক্তবা থম্মোইনা মখোযগী ওইবিবা অদুগুম্বা মীশিংনা মখোযগী থম্মোইমুংদা ভান্থোইরিবা পরমাত্মাগী ইঙ্গিত অদু খঙবা ঙম্মী। মপাম্থোংদা দীক্ষাগুরুনা নত্রগা অতোপ্পা ভক্ত অমনা কনাগুম্বদা তাকপী-তীকপীরকপচু অন্তর্য্যামী পরমাত্মানা মীদুগী থম্মোইদা ফাওহল্লী। অচুম-অরানগী মরমদা ইঙ্গিত পীবীবগীদমক অদুগা কনাগুম্বনা পীবিরকপা পাওতাকপু থম্মোইমুংদা ফাওহল্লী হাযবগীদমক অন্তর্য্যামী পরমাত্মাসু শিক্ষাগুরু অমনী।

ভক্তশ্রেষ্ঠ-সু শিক্ষাগুরু অমনী। ভক্তশ্রেষ্ঠ হাযবদি উত্তম-অধিকাবী ভক্ত হাযবদি ভক্ত মকোক হায়বনী। উত্তম-অধিকারী ভক্ত কনাবু কৌগদগে হাযবদুগী মরমদা ভক্তিরসামৃতসিন্ধুদা যাওরিবা শ্লোক অদুগী ভাব-তি অসীনী—শাস্ত্রদা অমসুং শাস্ত্রগী মতুং ইনবা নাতৈ উতৈ-চাবা বিষযদা য়োনা হৈরবা, তত্ত্ব বিচাব, সাধন বিচার অমসুং, পুরুষার্থ বিচার তৌরগা, শ্রীকৃষ্ণতনা অমতা ভায়বা লাংনফম্মী অদুগা নুংশিফম্মী হায়বসী চেংনা থাজবা, অমসুং শাস্ত্রনচিংবদা চেংনা থাজবা, অদুগুম্বা মীতনা ভক্তিগী মরমদা উত্তম-অধিকারীনী। মসীগুম্বা উত্তম-অধিকারী-ভক্ততনা শিক্ষাগুরু ওইবা মতীক চায, মরমদি মহাক্তি শাস্ত্রদসু যুক্তিদসু-হৈবা মবম্না অদুগা লাংকদবা নীঙগদবা কনানো হায়বা তত্ত্বগী মরমদা চেংনা অরেপ্পা অমা পায়রবনীনা মহাক্না মাগী পাওতাক অদু শিষ্যদা খঙহনবা ঙমগনী। অদুনা অসিগুম্বা উত্তম-অধিকারী ভক্ত অমদগী ভজনগী মরমদা পাওতাক কনাগুম্বনা লৌরবদি ভক্তদু মাগী শিক্ষাগুরুনী।

## মুল ৪৮

নৈবোপযন্ত্যপচিতিং কবযস্তবেশ
ব্রহ্মাযুষাপি কৃতমৃদ্ধমুদ, স্মরন্তঃ।
যোঽন্তর্বহিস্তনুভৃতামশুভং বিধন্ব-
ন্নাচার্য্য চৈত্ত্যবপুষা স্বগতিং ব্যনক্তি ॥ ৪৮ ॥

## শব্দার্থ

ন—নত্তে, এব—লেপ্পমক, উপযন্তি—ফোঙদোকপা ঙম্মী, (ন উপযন্তি—ফোঙদোকপা ঙমদে), অপচিতিম—তৌবিমল-খঙবা, কবয়ঃ—খঙ-হৈববা ভক্তশিংনা, তব—নহাক্কী, ঈশ—হে প্রভু, ব্রহ্মা-আয়ুষা—ব্রহ্মাগুম্না পুন্সী শাংলবা, অপি—সু, কৃতম—নংনা তৌবিবা থবক, ঋদ্ধ—হেঙ্গৎলবা, মুদঃ—হরাওবা, স্মরন্তঃ—নীঙশীঙদুনা, যঃ—কনাগুম্বনা (নহাক্না), অন্ত—মনূঙদা, বহিঃ—মপান্দা, তনু-ভৃতাম—হকচাঙ-নাইবশিংগী, অশুভম—(বিষয-বাসনানচিংবা ভক্তিগী অকাযবা ওইগদবা) লাইবকথীবযু, বিধুন্বন্—কোকহন্দুনা, আচার্য্য—গুরুগী, চৈত্ত্য—পরমাত্মাগী, বপুষা—মূর্ত্তিদা, (আচার্য্যচৈত্ত্যবপুষা—মপান্থোংদা গুরু ওইনা উপদেশ পীদুনা অদুগা থম্মোইনুংদা অন্তর্য্যামী ওইনা পূকচেল অচুম্বা চেলহন্দূনা), স্ব—মহাগী ওইবা, গতিম্—লম্বী, ব্যনক্তি—উৎলী।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে প্রভু, মপান্থোংদা গুরু ওইনা তত্ত্বগী পাউতাক পীদুনা অদুগা থম্মোইনুংদা অন্তর্য্যামী পরমাত্মা ওইনা পূকচেন অচুম্বা (সৎ প্রবৃত্তি) চেলহন্দুনা, হকচাঙ-নাইবশিংগী ভক্তি কাযগদবা বিষয-পাম্বযু কোকহন-বিদুনা নহাক্না নহামক্কী রূপ উৎপীরি, খঙ-হৈবা ভক্তশিংনা (কবিশিংনা) ব্রহ্মাগী পুন্সীগা মান্নবা পুন্সিরবসু ইবুংঙো নংনা তৌবিবা উপকারগী লমন শিংবা ঙম্বা নত্তে, নহাক্না তৌবিরকপা উপকাবগী বা নীঙশীঙলগা মখোযগী হরাওবা থোইনা হেঙ্গৎলী।

## নৈনরোল

শ্রীমদ্ভাগবতম্‌দগী লোথোকপা (১১/২৯/৬) শুবা শ্লোকসী শ্রীউদ্ধবনা

শ্রীকৃষ্ণদগী যোগগী মরমদা পাওতাক তারবা মতু়দা শ্রীকৃষ্ণগী মফমদা হঙ্গৎখিবনী।

শ্লোকসীদা হায়রিবদি ভগবান্‌-না জীবগী অশুভ ( মাও-তাকপা, অমঙ্গল ) পুন্নমক মাঙহল্লী। শুভ নত্তরবু অশুভ কৌযি শুভদি মঙ্গল হায়বনী। জীবগী অমতা ঙায়বা মঙ্গলদি শ্রীভগবানবু সেবা তৌবনী, ভগবৎ-সেবাতনা জীবগী স্বরূপকা মরী লৈনবা মথৌনী। ভগবৎ সেবাসী জীবনা কাউথোক্লুনা কৃষ্ণগা শম্নদ্রে, সংসার-মায়াগী মু়ঙাইবা অতু়দা ঙাওদু়না লৈবে। স়ংসারগী লন্থু়ম-পান্নগী মরমদি কৃষ্ণবু কাউবননী। স়ংসার-বিষয় পান্না হায়বসীনা জীবগী মকুওইবা 'অশুভ' হায়বদু়নী। মসীনা কৃষ্ণভক্তিগী অকায়বনী। জীবনা অফবা খঙদে ফত্তবা খঙদে থবক তৌনী়লিবসীসু বিষয় পান্নদগী তৌনী়লিবনী। করি হায়নী—ধর্ম্ম, অর্থ, কাম, মোক্ষ কৌবা পুরুষার্থ পাঙথোক্লবগী অপান্না ফাওবা বিষয় বাসনাগী ফল ওইনা পাম্লিবনী। মবম্রসীনা মসী পুন্নমকসু কৃষ্ণ ভক্তিগী অকায়বনী হায়দু়না জীবগীদি অশুভ-নী। শ্রীভগবান-না অশুভ ময়ামসী কোকহন বিদু়না জীবগী থম্মোইদা ভক্তি পোকহনবী। ভক্তি-দুনা হোম-হোম চাওখৎলক্লুনা জীবগী দোষ পূম্না কোক্লগা শুদ্ধসত্ত্বগী ফীভম ওইরক্লবা মতমদা ভগবান-না জীবগী থম্মোইন্নু়দা ফাওবক্লগা জীববু পরম-আনন্দ ফংহল্লী।

মসী পুন্নমক ভগবান-না তৌবদি আচার্য্য চৈত্ত্যবপুষ। হায়বদি আচার্য্য অমসু় চৈত্ত্য ওইনা তৌবিবনী। আচার্য্যগী অর্থদি দীক্ষাগুরু অমসুং শিক্ষাগুরু অনীমক ঙম্মী। ভগবান-না দীক্ষাগুরু ওইনা দীক্ষা মন্ত্র পীদু়না জীববু ভজন তৌনীঙহল্লী অদুগা ভক্ত মকোক্কী মশক ওইনা ভজনগী মরমদা পাওতাক পীবি। অদুগা অমুক চৈত্ত্য ওইনা হায়বদি অন্তর্য্যামী পরমাত্মা ওইনা জীবনা গুরুগী চরণ খাদা আশ্রয় তৌবগী অমসুং সাধুসঙ্গ তৌনবগী অপাম্বা পোকহন্দূনা জীববু ভজনগী মায়কৈদা হোইজনবী।

শ্লোকসীনা তাক্লিবা হায়ববু অসীনী মতু়দি—শ্রীকৃষ্ণনা দীক্ষাগুরু ওইনা অমদি ভক্ত মকোক ওইনা জীববু কৃপা তৌবি, অদু়দগী অমুকসু অন্তর্য্যামী পরমাত্মা ওইনা জীবদা পাওতাক পীবি।

## মুল ৪৯

তেষা, সততযুক্তানাং ভজতাং প্রীতিপূর্ব্বকম।
দদামি বুদ্ধিযোগ, ত, যেন মামুপযান্তি তে ॥ ৪৯ ॥

## শব্দার্থ

তেষাম—মখোযদা, সততযুক্তানাম—মতমপূম্বদা লুপ্নবা, ভজতাম—ভক্তিসেবা তৌবিবা, প্রীতিপূর্ব্বকম—নুংশিনা, দদামি—এনা পীবি, বুদ্ধিযোগম- ৱাখল তম—অদু, যেন—মদুনা, মাম—এবু, উপযান্তি—ফংঙী, তে—মখোযনা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মতম পুম্নমক্তা এঙোন্দা লুপ্তুনা এবু নুংশিনা ভজন তৌবিবা মখোয়দুদা এনা বুদ্ধি যোগ পীবি, বুদ্ধি অদুনা পান্বে ওইরগা মখোযনা এবু ফংজে।

## মৈনরোল

শ্লোকসী শ্রীমদ্ভগবদগীতাদগী লৌথোকবকপনী (১০/১০)। শ্রীকৃষ্ণনা অর্জ্জুনদা হায়বা বচন অমনী। বুদ্ধি-যোগ হাযবদি বুদ্ধিগী মশক ওইবা যোগ হাযবদি পান্বে হাযবনী। কবম্না ভজন তৌরগা হাযবদি কবি পান্বে শীজন্নবগা শ্রীকৃষ্ণ সেবা ফংবা যাই হাযবদু শ্রীকৃষ্ণনা অন্তর্য্যামী ওইনা থম্মোইদা ফাওহল্লী। মসীনা তাকপদি শ্রীকৃষ্ণনা অন্তর্য্যামী ওইনা শিক্ষাগুরুগী থবক তৌযি হায়বনী।

## মুল ৫০

যথা ব্রহ্মণে ভগবান স্বযমুপদিশ্যানুভাবিতবান ॥ ৫০ ॥

## শব্দার্থ

যথা—গুম্না, ব্রহ্মণে—ব্রহ্মাদা, ভগবান্—ভগবান, স্বযম—মছামক্না, উপদিশ্য—পাওতাক পীদুনা, অনুভাবিতবান্—অনুভব তৌহল্লম্মী (থক্তহল্লম্মী)।

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

শ্রীভগবান-না অন্তর্য্যামী ওইনা ব্রহ্মাদা তাকপীদুনা অনুভব তোহল্লম্মী। মদুগুম্বনী।

## মূল ৫১

জ্ঞান, পরমগুহ্য, মে যদ্বিজ্ঞান-সমন্বিতম।
সরহস্য, তদঙ্গঞ্চ গৃহাণ গদিত, ময়া ॥ ৫১ ॥

## শব্দার্থ

জ্ঞান—ঐগী বিষয ওইবা তত্ত্বজ্ঞান, পরমগুহ্যম—থুপ্লেন-থুপ্পা, মে—ঐগী, যৎ—মদু, বিজ্ঞানসমন্বিতম—অনুভবকা লোয়নবা, সরহস্যং—রহস্যগা হাযবদি মচিগা লোয়ননা (প্রেমভক্তিগী মশক ওইবা রহস্যগা লোয়নবা), তৎ-অঙ্গম—মদুদা তোপশল্লকপা পোৎ (শ্রবণ-কীর্ত্তন কৌবা ভক্তিগী মশক ওইবা সহাযশিংসু), গ্রহাণ—লৌ, গদিতম—হাযরিবা বা, ময়া—ঐনা।

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

(শ্রীভগবান-না ব্রহ্মাদা হাযবম্মী, "হে ব্রহ্মন,) ঐগী মরমদা থুপ্লেন-থুপ্পা জ্ঞান অদু ঐ নঙোন্দা (বাহৈনা) হাযরিবনী, মদু নঙ লৌকো। জ্ঞান অদু ঐনা নঙ গী থম্মোইদা অনুভব তৌহল্লিবনী, নঙ লৌকো। মহুদা রহস্য (মচি) যাওরিবদু মদুসু ঐ হাযগে নঙ লৌকো। অদুগা জ্ঞান অদুগী সহায ওইবা রা তোপশল্লকে, নঙ মদু লৌকো।

## নৈননরোল

শ্লোক ৪৯-দা হায়খিবা—শ্রীভগবান্ না মপান্দা আচার্য্য ওইনা প্রকাশ ওইবগা অদুগা মনুঙদা অন্তর্য্যামী ওইনা জীবগী থম্মোইদা অনুভব তৌহল্লী—অসীনী। রাফমসীগী প্রমাণ ওইনা শ্রীভগবান-না ব্রহ্মাগী মতাঙদা হাযখিবা রা লৈ।

ভগবানগী খোয়দৌ-থম্বান্দা লৈবা ব্রহ্মানা জগৎ শেমগে নীঙলক্লবদা করম হায়না শেম্নগদগে হায়বদু খঙলমদ্রে। কায়নথংদা দৈববাণীনা 'তপ, তপ' (তপ তৌ, তপ তৌ) হাযবা রাহৈসী তাদুনা ব্রহ্মানা তপ তৌবা

হৌগৎখি। মাগী তপস্যাদা পেল্লহুনা শ্রীনারায়ণ-না ব্রহ্মাদা বৈকুণ্ঠ উহন্‌-খি। বৈকুণ্ঠদা শ্রীনারায়ণবুস্থ মহাক্কী পরিকরশিংগা লোযননা ব্রহ্মানা উখি। মতুদা ব্রহ্মা যাম্না নুংঙাইজখি শ্রীনারায়ণ-না মছামক্লা ব্রহ্মাগী মখূৎ শোক্তুনা বর নিজো হায়না তাকপিখি। মতমহুদা ব্রহ্মানা শ্রীনারা-যণগী তত্ত্ব ( করিনো হাযবা অতৈবা ) উহন্‌বিনবা হঙ্গচখি। মতুগী পাও-খুম ওইনা শ্রীনারায়ণ-না "জ্ঞান পরমগুহ্যং মে" অসীনচিংবা শ্লোক কযা-মূ ব্রহ্মাদা তত্ত্বগী পাওতোক তাকপী।

শ্রীনারায়ণগী বচন **মম্ম গদিতম্‌** (ঐনা হাযবিবা) অসীগী ভাবার্থ-দি অসীনী মতুদি—হে ব্রহ্মন নঙ ঐনী তত্ত্ব খঙনীঙলিবতু ঐ হাযগে, ঐনা হাযবিবা বাসী নঙ লৌকো। বা অসি নত্তনা কনামতনা খঙদে, অতুগা ঐনা খঙহন্দ্রবস্থ কনামতনা খঙবা ঙম্‌দে মবমসীনা ঐনা নঙোন্দা হায-গদৌরিবনী। অতুগা বা অমনা অসি ঐগী তত্ত্বজ্ঞান হায়বা পোৎসীদি **পবমগুহ্যনী** ( থুপ্পেন থুপ্পনী )। মসিগে হাযতুনা জ্ঞান, যোগ, ভক্তি-নচিংবা উপায যাম্না লৈবিদি হাযবা উপায খিবিক্তুনা ঐবু মপূঙ ফানা খঙবা ঙমদে। জ্ঞান মার্গদা ঐবু খঙবা হায়রিবা মীশিংনা ঐগী অঙ্গ-কান্তি-দমক ( হকচাঙগী মঙান্দমক ) থিবা খঙজে। যোগমার্গনা পাম্বে ওইরগা খঙ বস্থ ঐগী অংশগী মশক ওইবা পরমাত্মাবু উবা ফংজে। ঐগী স্বরূপ-তি ভক্তিনা পাম্বে ওইবদদা খঙবা ঙমগনী মবমসীনা ঐগী তত্ত্বজ্ঞানদি 'পবম-গুহ্যনী' ( থুপ্পেন-থুপ্পনী ) হাযবিবনী।

**বিজ্ঞান-সমন্বিতম্‌** হাযবা শব্দগী অর্থদি অনুভবকা লোযননা হায-বনী। অনুভব তৌবা হাযবদি থম্মোইদা মযেক শেংনা খঙবা হাযবনী। শ্রীভগবান্‌-না ব্রহ্মাদা হাযবি— "ঐগী তত্ত্ব বাহৈনা ফোঙদোক্কে, রা অতু নঙনা তাবগা নীঙশীঙবা ঙম্মা যাই। অদুবু নাকোঙনা তাবিবা রাতু চিত্তদা অনুভব তৌবদি ঐনা তৌহল্লবদদা ঙমগনি। মবমহুনা ঐনা হাযবিবা তত্ত্ব-কথাসী নঙগী থম্মোইদা অনুভব তোহন্‌গে, নঙ মতু লৌশল্লুকো।" অতুগা ভগবান্না হাযবকপা বাতু বিজ্ঞানগা হাযবদি অনুভবকা লোযনবা রানী হাযবিবনী। অনুভব তৌবসী শ্রীভগবান-না তৌহন্দ্রবদি ঐখোযনা তৌবা ঙমদে।

**সরহস্যম্‌** হায়বদি রহস্যগা লোযনবা হায়বনী। করিগুম্বা অমা য়াও-ত্রবদি ফংগে হাযরিবা পোৎ অতু ফংবা যাদে, অতুগুম্বা 'করিগুম্বা অমতুবু' রহস্য কৌযি। প্রেমভক্তি যাওত্রবদি শ্রীভগবানগী তত্ত্বজ্ঞান অনুভব তৌবা

যাদে, মরমসীনা প্রেমভক্তিসে ভগবানগী তত্ত্বজ্ঞানগী রহস্যনী। প্রেমভক্তি লৈবা মীহুনা, ভগবান না চানবিরবদি, ভগবান্গী স্বরূপ-পু অনুভব তৌবা ঙমগনী। অহুনা শ্রীভগবান-না হাযবম্মী—"প্রেমভক্তিগী মশক ওইবা বহ স্যগী বাস্থ নঙোন্দা ঐনা হাযগে, নঙ মহু লৌকো।"

তদঙ্গ হাযবগী অর্থদি 'মহুগী মতে, নত্ত্রগা পাম্বে' হাযবনী। তত্ত্বজ্ঞান ফংনবগী মবম ওইবা প্রেমভক্তি ফংননবগী পাম্বে নত্ত্রগা মতে লৈ। শ্রবণ ( নাকোঙনা তাবা ), কীর্ত্তন ( শকৃশোনবা ) হাযবনচিংবা সাধন-ভক্তি তৌরগা প্রেমভক্তি পোকযি, প্রেমভক্তি পোক্লগা ভগবানগী কৃপাদগী মাগী তত্ত্ববু অনুভব তৌবা যাগনী। মবমসীনা সাধন-ভক্তিবু তত্ত্বজ্ঞানগী রহস্য ওইবিবা প্রেমভক্তিগী 'অঙ্গ' হাযবদি পাম্বে কৌযি। প্রেমভক্তিগী পাম্বেনী হাযহুনা মসীবু তত্ত্বজ্ঞান ফংবগী পাম্বেনী হাযবস্থ যাই। শ্রীভগবান-না হাযরম্মী—"হে ব্রহ্মন, অঙ্গসীগী হাযবদি পাম্বেসীগী বাস্থ হাযগে, নঙ লৌশল্লুকো।"

## মুল ৫২

যাবানহং যথাভাবো যদ্রূপগুণকর্ম্মক।
তথৈব তত্ত্ববিজ্ঞানমস্তু তে মদনুগ্রহাৎ ॥ ৫২ ॥

## শব্দার্থ

যাবান—কযামুক ওইবা, অহম — ঐনা, যথাভাব —ওইফমথোকপা মওংদা যৎ— মহু, রূপ—শক, গুণ—মতাক, কর্ম্মক —থবক, ( যৎ-রূপগুণকর্ম্মক —রূপ-গুণ-লীলাগী অস্থম ওই হাযবা মওইদা ) তথা —অহুম্না, এব – লেপ্পমক, তত্ত্ব-বিজ্ঞানম —তত্ত্ব অনুভব ( তত্ত্ব থম্মোইদা মযেক লানা খঙব। ) অস্তু— ওইসনু, তে —নঙগী ( নঙনা ), মৎ—ঐনা, অনুগ্রহাৎ— চানবিবদগী।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( ভগবান্-না ব্রহ্মাদা হাযবম্মী )—"ঐগী স্বরূপ, ঐগী লক্ষণ, ঐগী ( শ্যামচতুর্ভুজনচিংবা ) শক পুম্নমক, ঐগী ( ভক্তবাৎসল্যনচিংবা ) গুণ খিবিক, ঐগী রূপ, রূপ-কী মতুং ইন্নবা লীলা পুম্নমক, পুম্নমকসীবু নঙনা চপ চানা অনুভব তৌবা ঐগী থৌজান্না ঙম্বা ওইসনু।"

## নৈনবোল

মমাঙগী শ্লোক-তা বিজ্ঞান হাযবদি অনুভবকী বা হাযখ্রে। ব্রহ্মাগী থম্মোইদা অনুভব অসী কবম্না ভগবান-না পোকহন্‌বনে। হাযবতু নৈনবিবা শ্লোকসীদা তাক্লী। ভগবান-না চান্‌বীবনা ( অনুগ্রহ-না ) অনুভব অতু পোকহল্লী।

অনুভব তৌবা হাযবসীদি ভগবানগী স্বরূপ অতুবু সাক্ষাৎ ওইনা (শ৲শ৲না) থে৲নবা হাযবনী। সাধনভক্তি তৌনা তৌনা প্রেমভক্তি পোক্ল-বদা ভগবান্‌গী কৃপা লৈববদি সাক্ষাৎ ওইনা অনুভব ওইবা যাই। প্রেম-ভক্তি পোক্লবা মতমদা ভগবান্‌বু অনুভব তৌবগী থম্মোইনা মতীক চাবা ওইবক্নী। অতুবু প্রেমভক্তি পোক্লবস্তু ভগবান্‌গী কৃপা যাওদ্রবদি সাক্ষাৎ অনুভব হাযবতু ওইবা যাদে। মর৹সীনা শ্রীভগবান-না ব্রহ্মাদা আশী-র্ব্বাদ তৌরগা হাযবম্মী—"ঐনা চান্‌বিবদগী ( মদনুগ্রহাৎ ) ঐগী মবমদা নঙগী চপ-চাবা অনুভব হাযবদু ওইসনু।"

কবিগুরুনা পোৎ অমগী স্বরূপ ( মশক ), শক্তি ( মপাঙ্গল ), শক্তি-তুগী মতৃঙ ইন্না তৌবা থবক অদু খঙদ্রবদি পোৎ অদুগী তত্ত্ব ( অওইবা মশক ) খঙলে হাযবা যাদে। ভগবান্‌গী তত্ত্ব মপূঙফানা অনুভব তৌগে ( খঙগে ) হাযববস্তু ভগবান গী স্বরূপ, মাগী শক্তি অদুগা মাগী শক্তিগী থবক খঙফম ( অনুভব তৌফম ) থোকযি। মরমতুনা পুম্নমকসীগী বিষয় খুদিঙমক্তা ব্রহ্মাগী থম্মোইদা অনুভব পোক্লনবা হাযদুনা ভগবান-না আশীর্ব্বাদ তৌবম্মী।

শ্লোকসী শ্রীভগবান গী শ্রীমুখগী বাহৈনী, মসীদা মহাক্কী রূপ, গুণ অমসু৲ কর্ম্মগী বাহু মহাক্কী মুখমতুগী ফোঙদোকপনীন। মহাক্লে নির্ব্বিশেষ তত্ত্ব নত্তে হাযবসী তশে৲না খঙবা ঙম্মী।

## মুল ৫৩

অহমেবাসমেবাগ্রে নান্যদ যৎ সদসৎপরম।
পশ্চাদহ৲ যদেতচ্চ যোহবশিষ্যেত সোহস্ম্যহম ॥ ৫৩ ॥

## শব্দার্থ

অহম—ঐ, এব—লেপ্পমক, আসম—লৈবম্মী, এব—দমক, অগ্রে—মমাঙদা ( সৃষ্টিগী মমাঙদা ), ন—লৈরমদে, অন্যৎ—অতোপ্পা

অমা , যৎ—মহ্নু , সৎ—( মীৎনা উরিবা ) স্থূলজগৎ , অসৎ—( স্থূল ওইদ্রিৱৈদা ওইরম্বা ) সূক্ষ্ম ( অকুপ্পা ) জগৎ , পরম —প্রধান ( প্রকৃতি মখল অমা ) পশ্চাৎ—মতুংগদসু , অহম —ঐ , যৎ—মহ্নু , এতৎ—মসী ( উবিবা জগৎসী ) , চ—সু , যঃ—মহ্নু , অবশিষ্যেত—লেমহৌবা , সঃ —মহাক , অস্মি—ওই , অহম —ঐ ।

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

সৃষ্টিগী (লৈশেম্বগী মমাংদা) **ঐ**তা লৈবম্মী , অতোপ্পা স্থূল (অপোৌবা) জগৎ, সূক্ষ্ম ( অকুপ্পা ) জগৎ অমসুং মখোযগী থোবককফম ওইবা প্রধান হাযবহ্নু—লোইনমক্কী ঐঙোন্দগীসু তোঙাল্লমদে । সৃষ্টিগী মতুংদা ঐ লৈ , উরিবা বিশ্বটাইবং অসীসু ঐনী , প্রলযগী মতুংদা লেমহৌবা অহুসু ঐনী ।

## নৈনবোল

মমাংগী শ্লোক-তা আশীর্ব্বাদ তৌহুনা ব্রহ্মাবু তত্বজ্ঞান লৌশন্নবগী-দমক মতীক চাহল্লবা মতুংদা শ্রীভগবান-না নৈনবিবা শ্লোকসীদা ভগবান মচামক্কী স্বরূপ অহ্ন তাক্লী । **অগ্রে** শব্দগী অর্থদি মমাংদা, সৃষ্টিগী মমাং-দা, মহাপ্রলযদা হাযবনী । **শ্রী**নারাযণ ভগবান-না ব্রহ্মাদা হাযবম্মী— “মমাঙৈংদা, সৃষ্টিগী মমাংদা মহাপ্রলযদা ঐতা লৈবম্মী ।”

**অন্যৎ** শব্দগী অর্থদি অতোপ্পা হাযবদি **শ্রী**ভগবানগা জাৎ-তিন্নদবা ( বিজাতীয ) হাযবনী । শ্রীভগবানগা জাৎ তিন্নদবা অতোপ্পা পোৎ হায-বসা কবিনো ? মহ্নুদি **সৎ, অসৎ** অমসুং **পরম্** হাযবা অহুমসীনী । **সৎ** হাযবদি অপোৌবা ( স্থূল ) জগৎ হাযবদি মাযকৈ মবিদা উবিবা অসী । **অসৎ** হাযবনা অকুপ্পা (সূক্ষ্ম) জগৎ অহুনী হাযবদি মাযকৈ মবিদা উরিবা জগৎনা স্থূল ওইবক্তিৈংগী ফীভম অহুনী । **পরম্** হাযবনা স্থূল অমসুং সূক্ষ্ম জগৎকী থোবককফম ( কারণ ) ওইবিবা **প্রধান** হাযবদি জগৎ শেম্বগী মচাক ওইবা স্বত্ব-রজ০-তম০গী মশক ওইবী প্রকৃতি ( মহৌশা কৌবী লাই-রেম্মা ) হাযবনী । মখোযসী থরাইপান্দবা ( জড ওইবা ) পোৎঙাক্রনী অহুগা শ্রীভগবানদি চিৎ-বস্তুনী । মরমসীনা মখোযসী শ্রীভগবান্দগী তোঙানবা জাৎ-তিন্নদবা ( বিজাতীয ওইবা ) পোৎনী । মখোযসী মহা-প্রলযদা তোঙান্-তোঙান্ লৈবমদে , মরমদি মহাপ্রলয়দদি স্থূলজগৎনা সূক্ষ্ম জগৎতা অহুগা প্রধান-সু ভগবান্গী সঙ্কর্ষণ স্বরূপ অহুদা লীন ওই।

মরমসীনা মহাপ্রলযদা শ্রীভগবান্দমক লৈরম্মী অদুগা সৎ-অসৎ-পর (প্রকৃতি) পুম্নমক তোঙান-তোঙাম্না লৈরমদে হাযবদি মঙোন্দা ( মাগী সঙ্কর্ষণ-স্বরূপতা লীন ওই হাযবিবনী।”

সৃষ্টিগী মমাঙদা নাবাযণ মথন্তমক লৈরম্বরা হাযনা হংবা যাই। মহাপ্রলযদা নারাযণ মথন্তমক লৈবমদে, মহাক্কা লোযননা মাগী পরিকবশিং লৈরম্মী অদুগা মাগী ধামসু ( মফমসু ) লৈবম্মী। নাবাযণ মথন্তা নত্তে, শ্রীভগবানগী অনাদিকালদগী প্রকট স্বরূপ পুম্নমকস্ন মাগী মাগী ধাম অমসুং পরিকবগা লোযননা মহাপ্রলযদা লৈরম্মী। মবমদি ভগবানগী ধাম, পবিকব, ভগবানগী স্বরূপ মখল পুম্বা, তোঙান-তোঙানবা ধামদা লৈবা লীলাগী মপোৎ পুম্নমক নিত্যবস্তুনী। পুম্নমক্না শ্রীভগবানগী অমসু, মাগী চিৎশক্তিগী বিলাস ওইবনা নিত্যনী ( মাঙ-তাকপা লৈতবনী )। মহাপ্রলযদদি প্রাকৃত ব্রহ্মাণ্ডদি মাঙ-তাক্লি। প্রাকৃত-নৎতবা চিন্ময-ওইবা ভগবৎ-ধামদি মাঙ-তাক্তে। নিংথৌ লেঙলক্রে হাযবগা ঐখোযনা খঙনৈ নিংথৌ মথন্তমক লেঙকপা নত্তে নিংথৌগী থৌগল লাঙ্গল লোযনবক্লিবনী। মতৌ অদুগুম্না শ্রীভগবান্দমক লৈবম্মী হাযবগা মাগী পবিকবশিংসু লৈরম্মী, মাগী ধামশিংসু লৈবম্মী হাযনা লৌগদবনী।

শ্রীভগবানগী স্বরূপতি সাকাবনী সবিশেষনী ( শক্লাইবনী ) হাযবসি নৈনবিবা শ্লোকসীনা ইঙ্গিত তৌবি। কনাগুম্বনা হংবা যাই, সাকার ওইববদি কবম্না মহাক বিভু ( লোইনমকপু কোল্লিবা ) ওইগনী ? বাখল্না লাম্বা ঙমদবা ( অচিন্ত্য ) শক্তি শীজিনদুনা সাকাব ওইববসু মহাক বিভু ওইবা ঙম্মী। বিভু ওইবা হাযবসী ভগবানগী স্বরূপকী ওইবা ধর্ম্মনী। স্বরূপকী ধর্ম্মদি কদৌঙৈদসু স্বরূপ পু থাদোক্তে। মীওইবগী মূর্ত্তি ওইবা শ্রীকৃষ্ণদি উবদদি ঙমখৈ নাইবা মাল্লবসু নবদেহদুদা অদুম বিভু ওই, সর্ব্বগ ( মফম পুম্বদা চৎপা ) ওই অদুগা অনন্ত ( ঙমখৈ-নাইদবা ) ওই। বিভু ওইরিবসী শ্রীকৃষ্ণদা নত্তে, মহাক্কী স্বরূপ অতৈসুনী। শ্রীকৃষ্ণনা বিভু ওইবগী খুদম অমা অনী লৌখৎপা য়াই। মতুদি—শ্রীকৃষ্ণনা মহাক্কী পীকথ্রবা যানুংদা ব্রহ্মাণ্ড কোটি কোটি মশীঙলাকঙমদবমখৈ অদুগা বৃন্দাবনধাম্নাচিংবনু মমাবেম্মা যশোমতীদা উহনখি। মহাক্কী য়ানুং অদু বিভু নত্রবদি উহনখিবা মযামদু ওইথোকফম থোক্লোই। অমুকসু, দ্বারকাগী লীলাদা শীঙলাকঙমদবা ব্রহ্মাণ্ড কোটি কযাগী ব্রহ্মাশিংনা মতম অমতদা শ্রীকৃষ্ণগী খুযাখাদা খুরুমজখি, অদুগা ব্রহ্মা খুদিঙমক্না খনখি—“মাগী মাগী ব্রহ্মাণ্ডদা

শ্রীকৃষ্ণ লৈ।" মসীপুন্বা শ্রীকৃষ্ণগী মীওইবগী দেহতুনা ( নবদেহতুনা ) অদুগা মাগী খুযা অতুনা বিভু ওইত্রবদি ওইথোক্লম্লোই। অতুদগী হেন্দোকুনা শ্রীকৃষ্ণগী অমদি মাগী স্বরূপ খুদিঙগী ধামসু সর্ব্বগনী, অনন্তনী অদুগা বিভুনী।

**পশ্চাৎ-অহং** হায়বদি স্বৃষ্টিগী মতুঙদসু 'ঐ লৈ' হায়না শ্রীভগবান-না ব্রহ্মাদা হায়বম্মী। চিন্ময় ধামদা স্বৃষ্টিগী মমাঙদা লৈরম্বগুম স্বৃষ্টিগী মতুঙদসু অদুম মরৈ। হৌজিক উবিবা নারাযণগী রূপ অসীদা বৈকুণ্ঠদা লৈ অদুগা অতোপ-অতোপ্পা ভগবদ্ধামদা ধামদুগী ওইবিবা স্বরূপ অদুদা মদুম লৈ, অদুগা স্বষ্টব্রহ্মাণ্ডদা অন্তর্য্যামী ওইনা 'ঐ লৈ', কবি কবিগুম্বা মতমদা মৎস্যনচিংবা অবতার ওইনসু লৈ হায়না শ্রীভগবান না হায়বম্মী।

**যৎ-এতৎ-চ** হায়বগী ৱাদি অসীনী—"স্বৃষ্টিগী মতুঙদা উবিবা পঞ্চ ভূতকী জগৎসীসু ঐহাক্কী, তোঙান্তারা ( ব্যষ্টি ) অদুগা অপুন্বা ( সমষ্টি ) বিশ্বটাইব, পুম্বসু ঐহাক্কী, মরমদি মথোয পুম্বসী ঐগী শক্তিদগী থোক-খিবা ঙাক্তনী। প্রকৃতিসু ঐগী বহিবঙ্গা ( মপান্থোংগী ওইবা ) শক্তিনী, প্রকৃতিসীদা ঐনা ( মহাবিষ্ণু ওইনা ) শক্তি হানজল্লগা স্বৃষ্টিগী থবক তৌযি। শেম্লবা জীবশিংসু ঐগী তটস্থা শক্তিগী অংশনী। মরমসীনা বিশ্ব-প্রপঞ্চসু ঐগী শক্তিদগী থোকখিবনী হায়দুনা ঐমক্কী, ঐঙোন্দগী তোঙানবা পোৎ অমা নত্তে।" মসুম্না ভগবান-না ব্রহ্মাদা হায়বম্বা **যৎ-এতৎ-চ**-গী মনুঙগী ওইবা অর্থনী অসী।

**যঃ-অবশিষ্যেত** হায়বগী অর্থদি লেমহৌবিবা শরূক হায়বনী। "মহাপ্রলযদা প্রাকৃত ব্রহ্মাণ্ডসীনা মাঙ-তাকখ্রবা মতুঙদা লেমহৌরিবা শরূক অদুসু 'ঐহাক্কী', মতমদুদা "ঐনা ঐগী পরিকর ( লোইন্-খমইন্ ) পুম্বগা লোয়ননা ধাম খুদিঙদা তোঙান-তোঙানবা লীলা শান্নদুনা লৈ। অদুগা, কারণ সমুদ্রগী ৱাংমদা মাযাগী প্রপঞ্চ লৈবা অদুদা ঐনা মহা-প্রলয়গী মতুঙদা নিরাকার ওইনা লৈ"। অসুম্না ব্রহ্মাদা শ্রীভগবান্-না হায়রম্মী।

শ্লোকসীনা উৎলি—মফম খুদিঙদা লৈবিবা পুম্নমক নত্রগা লৈবা য়াবা পুম্নমক শ্রীভগবান ঙাক্পী, শ্রীভগবান্ নৎতনা মথন্তনা ওইজবা ( স্বযংসিদ্ধ ওইজবা ) পোৎ অতৈ অমা লৈতে, মরমসীনা শ্রীভগবানদি অদ্বিতীয়নী ( অনী-শুদবনী, অমতা-ঙাযবনী )—সজাতীয-বিজাতীয ওইবা খেম্নবদু

যাওদবনী। অদুগা মহাক্কী অমসুং মাগী অন্তরঙ্গলীলাগী পোখাবদি লৈতে, আদিসু লৈতে অদুগা অন্তসু লৈতে—মরমসীনা মহাক্নে, মহাক্কী ধাম-নে অদুগা মাগী লীলানে লোইনমক নিত্যনী ( মাঙ-তাকপা-য়াদবনী ) অদুগা অনন্তনী ( ঙমখৈনাইদবনী )। মরম-ময়ামসীনা তাকপদি শ্রীভগবানদি পূর্ণনী ( পূঙথন্দা থন্দুনা লৈবনী ) হাযবসীনী।

শ্লোকসীনা উৎলিবা অমনা অসীনী মদুদি—শ্রীভগবান্‌দি দেশ-কাল ( মফম মতম ) হাযবদুনা ঙমখৈবা নত্তে, মবমদি মতম পূম্বদা ফীভম খূদিঙ-মক্তা মহাকৃতি অদুম লেঙদে, মবমদুনা মহাক নিত্যনী অদুগা বিভুনী।

জগৎকী কারণ ( থোরক্ফম ) ওইবা প্রকৃতিনা শ্রীভগবানগী শক্তি ওইবা মবম্না প্রকৃতিসী মঙোন্দগী অতোপ্পা ওইবা পোৎ নৎতে। কারণগী ফীভম থোইদোকপা অমনা কার্য্যনী ( থবক্পী ), কাবণসু শ্রীভগবানগা খেন্নদে হাযরবনীনা কার্য্যসু মাগা খেন্নদ্রে। মতৌ অসুম্না সৎ অমসুং অসৎ হাযবা স্থূল অমসুং সূক্ষ্ম ওইবা জগৎ অনীসু শ্রীভগবান্‌-দগী তোঙান বা পোৎ নত্তে হাযবসী খঙবা ঙম্লে। মহাপ্রলযদা সৎ অমসুং অসৎ পূম্বা হন-জন খিদুনা মঙোন্দা তিন খি, মতমদুদা প্রাকৃত প্রপঞ্চদা শক্লাইবা (সবি-শেষ ওইবা) পোৎ অমতা লৈত্রে, অদুবু প্রপঞ্চদদি মতমদুদসু মহাক লৈ—নির্ব্বিশেষ ব্রহ্মগী স্বরূপ ওইনা, অদুগা বৈকুণ্ঠনচিৎবদনা সবিশেষ ভগবান ওইনা লৈ। মবমসীনা ফীভম পূম্বদা মফম পূম্বদা মহাক অদুম লৈ হাযবসী খঙহল্লে। মসীনা তাক্লিবদি মহাকসে সর্ব্বগনী, অনন্তনী, বিভুনী অদুগা ব্রহ্মগী প্রতিষ্ঠা-নী ( তূঙফম্নী ) হাযবদুনী।

## মূল ৫৪

ঋতেঽর্থং যৎ প্রতীযেত ন প্রতীযেত চাত্মনি।

তদ্বিদ্যাদাত্মনো মাযাং যথাভাসো যথা তমঃ ॥ ৫৪ ॥

### শব্দার্থ

ঋতে—নৎতনা, অর্থম—অর্থ ( অওইবা ), যৎ-মদু, প্রতীযেত—মান্নী, ন প্রতীয়েত—মানদে, চ—লেপ্পমক, আত্মনি—ঐগী মতাঙ-দা, তৎ—মদু, বিদ্যাৎ—নঙ না খঙদবা য়াদে, আত্মনঃ—ঐগী, মাযাম—মায়াশক্তিবু, যথা—গুম্না, আভাস—মমি, যথা—গুম্না, তমঃ—অমম্বা।

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

শ্রীভগবান্না ব্রহ্মাদা হাযবম্মী—পবমার্থবস্তু ওইবা ঐহাক নত্তনা (হায়বদি ঐবু খঙদ্রবদা ) মাবু খঙনববা ( হাযবদি ঐবু খঙ লবদি মাবু খঙনদ্রে হাযতুনা ঐগী ৱা৲মদা মাবু খঙনববা), (ঐনা আশ্রয ওইবা নত্তনা অমূক) মাবু মথন্তা ওইনা খঙনদবা, অতুগুম্বা মাবু ঐগী মাযা হাযবতুনী হাযনা খঙঙ্। মতুদি কবম্বা হাযবগা—আভাসকা ( মমিগা ) অমস্থু৲ অমম্বগা ওইবগুম্বনী।

## নৈনরোল

শ্লোকসীদা বহিবঙ্গা মাযাশক্তিগী মশক তাক্লী। শ্রীভগবান না হাযবম্মী, "হে ব্রহ্মা, ঐদনী পবমার্থ ওইবা বস্তু ( পোৎ ) হাযবতু, ঐগী মাযাশক্তি কবিনো হায়বতু হাযগে তাও। ঐবু নৎতনা মহাকপু অওইবনী হাযনা লৌনৈ হাযবদি মাগী প্রতীতি ওই, হাযবদি ঐবু খঙদবনা মাযাবু খঙঙী হাযবদি ঐগী প্রতীতি ওইদবা মতমদা মাযাগী প্রতীতি ওই"। ভগবানগী প্রতীতি হাযবসী ভগবানগী তত্ত্ব খঙববুনী হাযনা খঙনৈ। প্রতীতি—প্রতি+ই+ক্তি, অর্থনা 'প্রতিগমন' ( মাযকৈবোমদা চঙশনবা হাযবদি লৈছন বা ) হাযবনী। ভগবান গী প্রতীতি হাযবদি ভগবান গী মাযকৈদা ওন্সন বা হাযবনী। অতুগা মাযাগী প্রতীতি হাযবগা মাযাগী থবক পূম্ববু সত্যনী ( অওইবনী ) হাযনা খন বনী। ভগবান গী প্রতীতি ওইদ্রবদি হাযবদি ভগবান বু উপলব্ধি তৌদবা মতমদা মহাক্কী থবকপু অওইবনা ( সত্যনী ) হাযন৷ খন্নবা অতুওম্বা মহাকপু মাযা কৌযি। মসীনা কবি তাকপগে হাযববু ভগবান বু খঙদবা হাযবদি ভগবান বু যাদবা মীতাশিংনা মাযাবু নত্রগা মাযাগী থবকশি৲বু সত্যনী ( অওইবনী ) হাযনা খল্লী। অতুগা অসীমস্থু তাক্লী মতুদি—ভগবান গী প্রতীতি লৈববদি মাযাগী প্রতীতি লৈদ্রে। ভগবানবু উপলব্ধি তৌবা মী হাযবদি ভগবানদা মাযওন্সনবা মীনদি মাযাবু অতুগা মাযাগী থবকপু ওইদবনী ( মিথ্যানী ) হাযবদি তূঙকোযদবনী ( অনিত্যনী ) হাযবা খঙঙী, মখোযনা মাযাবোমদা ওন্সনদে, মাযাগী ওইবা সুখ ফংবনচি৲বতুদা মখোয মিহোদে। মসীনা তাক্পবু মাযাসী ভগবানগী মপান-বাংমদা লৈ হাযবসীনী। ভগবান গী ৱা৲মদা হাম্বগা খঙনগদবদি ভগবান গী চিন্ময ওইবা বাজ্যগী ৱা৲মবুনী, মবমদি বিভূ ওইবা ভগবান গী মপাম্থংবা ৱা৲মা হাযবসী ৱাখল্লা লাম্বদা অৱাবা অমনী।

শ্রীভগবান-না মাযাগী মরমদা অমুক মখা তাবি—"যৎআত্মনি চ ন প্রতীযেত—মছা মথন্তবু লৈ হাযবা খঙদে, এঙোন্দা তাংজবা নত্তনা মছাগী ওইবা প্রতীতি লৈতে।" ভগবান্‌বু খঙদ্রবদি মাযাবু খঙঙী হায-রবস্থ মায়াদি মতম পূম্বদা ভগবানদা তাংজত্না লৈবনী, মাদি ভগবানদা তাংজদ্রবদি মরম্নাই লেপ্পা ঙমদবনী। মাযা হাযবসে ভগবানগী শক্তিনী হাযবস্থ মসীনা প্রমাণ ওইববনী, মবমদি শক্তিনা শক্তিচেনবগী (শক্তি-মানগী) মশাযগোন্দা তাংজদবা য়াদে। ভগবানগী মপান-রাংমদা মাযাবু উবা ফংঙঙী হাযনা মথক্তা হাযখ্রে, মবম অসীনা মাযাদি ভগবান্‌-গী বহিরঙ্গা (মপান্থোংগী) শক্তিনী হাযবগী প্রমাণ ওইরে।

মাযাগী লক্ষণ অনীসী শুগাযনা তাক্কে হায়ত্না শ্রীভগবান-না খূদম অনী পীবম্মী। মগুদি—যথা আভাসঃ যথা তমঃ। আভাস শব্দগী অর্থদি শক্‌মান হাযবনী। নোংদোম্বক্তা থোক্লিবা নুমীৎকী মশক্কী পৃথিবীদা লৈবা লাইজন্নুংদা উবা ফংলিবা শক্‌মান অসাবু আভাস কৌযি। নুমীৎকী আভাস অসী নুমীৎতগী যাম্না লাপ্না লৈ—মতৌ অতুগুম্না মাযাস্থ শ্রীভগবান-না লৈবা মফমগী মপান রাংমদা লৈ, নুমিৎনা নোংদোম্বক্তা, অতুগা আভাসনা পৃথিবীদা লৈ। মতৌ অতুগুম্না মাযাস্থ শ্রীভগবান-না লৈবা মফমগী মাপান বাংমদা লৈ, শ্রীভগবান্‌-না সবিশেষ (সাকাব—শক্লাইবা) ওইনা লৈবিবা মফমদি পরব্যোম কৌবনচিংবা চিন্ময় লমদম-শিংনী, অতুগা মায়াগী লৈফম্না প্রাকৃত ব্রহ্মাণ্ডনী। অতুগা অমূক, আভা-সনা নুমীৎ-তা তাংজত্না (আশ্রয লৌত্না) ঙাম্ভোইবিবনী। অতুগা নুমীৎ-না ঙ ম্থোবক্তুনা নু শা শারবা মতমদদা মাগী আভাস অতু লৈবক-পনী, নুমিৎ ঙাম্থোবক্রবদি আভাস অতু থোক্তে। হাযবদি অহিংদা নত্রগা নোংমংবা অযূক নুংথিন্দা নুমীৎকা আভাস পোক্তে। মতৌ অতুগুম্না মায়াস্থ শ্রীভগবান-দা আশ্রয তৌবগা (তা জবগা) লৈবিবনী, শ্রীভগ-বান্‌-না মাগী লৈশেম পাঙ্গল (সৃষ্টিকাবিনী শক্তি) শীজন্নবা মতমদদা মাযা ফোঙলক্‌যি, অতুগা শ্রীভগবান-না সৃষ্টিকাবিনী শক্তি শীজন্নদবা মতমদা (মহাপ্রলয়গী মতমদা) মায়া শক্‌ফোঙদে।

অতুদগী খূদম অমনা—যথা তমঃ হাযবসীনী। তমঃ গী অর্থদি অমম্বা হায়বনী। জ্যোতিঃ (মঙান) লৈবা মফমদা অমম্বা লৈত্রবস্থ জ্যো-তিঃ নৎতনদি অমম্ববু শকখঙবা যাদে। অমম্ববু খঙবসী মীৎনা খূলাই

ওইরগনী, মীৎতি জ্যোতিনা ( মঙান্না ) থরাই ওইবা ইন্দ্রিযনী। খোঙ-খুৎনচিংবা জ্যোতিনা-মথরাই-ওইদবা ইন্দ্রিযশিংনা অমম্ববু শকখঙদে। মরমসীনা জ্যোতিনা (মঙান্না) আশ্রয় ওইবগা অমম্ববু খঙলিবনী, মঙান্দা তাংজদ্রবদি অমম্বনা মছাবু উৎচবা ঙমদে। মতৌ অদুগুম্না, শ্রীভগবান-দা আশ্রয তৌদুনা ( তা২জদুনা ) মাযানা শকউৎচবনী, ভগবান্গী আশ্রয় নত্রবদি মাযানা মছাবু শকউংচবা ঙমদে।

মাযা শক্তিগী **জীবমায়া** অদুগা **গুন-মায়া** কৌবা বৃত্তি ( মওং ) অনীনী। জীব মাযানা ভগবানগী আশ্রয নত্তনা লৈবা ঙমদবা মবম্না মুমীৎকী আভাসগুম্বনী, অদুগা গুণ-মাযানা ( সত্ত্ব-রজস-তম হাযবা গুণগী চাং-মান্নবা লৈবা ফীভম প্রধান কৌবা অদুনা ) মুমীৎকী মঙান লৈতবা মতমগী অমম্বা হাযবদুগুম্বনী হাযবসু যাই।

হৌজিক অমূক কনাগুম্বনা হংবা যাই—ব্রহ্মাগী মফমদা মছাগী স্বরূপ-কী ( শক্কী ) অওইবা বা ফোঙদোকপা মতমদা শ্রীভগবান-না মাযাগী স্বরূপ তাক্লিবা করিগীনো? মসীগী পাওখুম অমদি অসী ওইবা যাই মদুদি—তত্ত্ব খঙবগী অথুপ্পা বাদি প্রেমভক্তি (নুংশিনা নীঙবা) হাযবদুনী। প্রেমভক্তিসু ভগবানগী স্বরূপ-শক্তিগী শক-ও ( বৃত্তি ) অমনী মরমদুনা স্বরূপ-শক্তিগী কৃপাদনা তত্ত্বজ্ঞান ফংবা যাই হাযবসী হান্না তাক্লগা নৈন রিবা শ্লোকসীদা তাক্লিবদি ভগবানগী বহিরঙ্গা শক্তি মাযাদা তাংজবনদি তত্ত্ব খঙবা যাবোই হাযবসীনী।

## মূল ৫৫

যথা মহান্তি ভূতানি ভূতেষুচ্চাবচেম্বনু।
প্রবিষ্টান্যপ্রবিষ্টানি তথা তেষু ন তেম্বহম্ ॥ ৫৫ ॥

## শব্দার্থ

যথা—গুম্না, মহান্তি—অচৌবা, ভূতানি—ভূতপুম্বা, ভূতেষু—জীবপুম্বদা, উচ্চ-অবচেষু—অচৌবা অপীকপা, অনু—মতুংদা, প্রবিষ্টানি—মনুঙদা চঙদুনা লৈ, অপ্রবিষ্টানি—মপান্-রাংমদা লৈ, তথা—অদুগুম্না ঃ তেষু—মখোয়গী মনুঙদা, নতেষু—খুরুম্লিবা মখোয়গী মনুঙদা, অহম্—ঐ।

**মৈতৈলোন্দা হল্দোকপা**

মহাভূতশিংনা ( লৈশেম্বগী মচাক মঙানা ) অচৌ-অপীশক জীব পূম্নমক্কী মছানূঙদা অমদি মপান্থোংদা লৈবঙম এহাকস্ন এঙোন্দা খুকম-জরিবা ভক্তশিংগী মনূঙ অমদি মপান্থোং অনীমক্তা লৈ।

## নৈনরোল

শ্রীভগবান্-না অন্তর্যামী ওইনা থরাই-পানবা পোং পূম্নমক্কী (জীবগী) মছানুংদা লৈ, অমুক মছাগী স্বরূপ অদু লৌদুনা মছাগী ধামদা ( জীবশিংগী মপান্থোংদা ) লৈ। মবমসীনা মহাক্তি ভক্তশিংগীদা নত্তনা জীব পূম্নমক্কী মনূঙদা অমস্তু মপান্দা লৈবিবনী। অদুগদি ভক্তশিংগী ( নভেম্বু—খুকমজরিবশিংগী ) মনূঙদা অমদি মপান্দা লৈ হাযবিবসী করিগীনো ?

পঞ্চভূতকী রাবু খূদম ওইনা পীথিবসীগা লোযননা যেংলগদি রাহংসীগী পাওখুম ফংবা যাই। ঈশীঙ-নুংশীংনচিংবা ভূত মঙামক জীবশিংগী হকচাঙ-নুংদা লৈ হাযবসী জীব পূম্নমক্কা খঙবা যাই, অদুগা মাপান্দা লৈবা ঈশীঙ-নুংশীংনচিংবস্নু মখোযনা খঙবা ঙম্বা যাই। মরমসীনা জীব খূদিংমক্কা নুং-পান অনীমক্তা মহাভূত মঙা লৈবিবসী খঙবা য়াই। জীব পূম্নমক্কী মনূঙদা অন্তর্যামী ওইনা ভগবান্-না লৈ হাযবসী জীব খূদিংমক্কা খঙদবা যাই, অদুগা জীবশিংগী মাপান্-বাংমদা লৈরিবা ভগবান্-গী স্বরূপ অদুবুস্নু মখোযনা খঙদবা যাই, মরমদি ভগবান-গী স্বরূপ অদুদি ভগবানগী ধামদা লৈ। মবমসীনদি জীব অযাম্বনা নুং-পান্ অনীদা ভগবান্-না লৈরিবদু খঙবা ঙমদে, মবমসীনা মহাভূত মঙাগী খুদমসী—সাধারণগীদমক্ত-দি শীজন্নবা যাদে। অদুবু ভক্ত ওইবা মীশিংদি নুং-পান মফম অনীমক্তা শ্রীভগবান্-না লৈবিবদু অনুভব ( খঙবা ) তৌযি। লৈ হাযবদুদা চুম্না খঙবদা নত্তনা ভগবানগী যজবা শক অমদি মতৌনচিংববু অনুভব তৌবগা নুংঙাইজবস্নু ঙমজে, মবমসীনা পঞ্চ-মহাভূতকী খূদমসী শ্রীভগবানগী মবমদা হাযবিবসী ভক্তশিংগা লৈনবা সম্বন্ধগী মতাঙদদা চন্নবা যাই। মবমসীনা নৈনবিবা শ্লোকসিদা যাওবিবা নভেম্বু হায়বা শব্দসী ভক্ত-শিংগী মতাঙদা হাযরিবনী।

জীব অতৈগা ভক্তগা মান্নদবা অঙকপা অমস্তু লৈ। মতুদি জীব অতৈগী থম্মোইক্তুংদা লৈবিবা অন্তর্যামী ভগবান দি কবিমতা থৌ রা-

শাদবা অমা ওইনা লৈ। ভক্তগী থম্মোইনুংদদি ভগবান-না তূমিন্না লৈতে। নুং-পান অনীমক্তা ভক্তগী প্রেম-রস চূপ্তুনা নুংঙাইনবগীদমক অদুগা ভক্তবুসু নুংঙাইহন্নবগীদমক ভগবান্ না খোযবাওহনদা লৈ। প্রেম-ভক্তিগী অথুপ্পা বাযম হাযববু অসীনী।

## মূল ৫৬

এতাবদেব জিজ্ঞাস্যং তত্ত্বজিজ্ঞাসুনাত্মনঃ।

অন্বয় ব্যতিরেকাভ্যাং যৎ স্যাৎ সর্ব্বত্র সর্ব্বদা ॥

## শব্দার্থ

এতাবৎ—মসীফাওবা, এব—লেপমক, জিজ্ঞাস্যম—হংনঙাই ওই-বা, তত্ত্বজিজ্ঞাসুনা—তত্ত্বখঙনীঙবনা, আত্মন—ঐগী, অন্বযব্যতিরেকা-ভ্যাম—বিধি (তৌগদবা) অমসুং নিষেধ (তৌরোইদোবা) অনীনা পান্থে ওইদুনা, যৎ—কৈনো অদু, স্যাৎ—লৈ, সর্ব্বত্র—মফম খুদিংদা, সর্ব্বদা—মতম পুম্নমক্তা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অন্বযব্যতিরেক-না মফম পুম্নমক্তা অমসুং মতম পুম্নমক্তা লৈ হাযনা লেপ্পবা অদুগী মবমদা ঐগী তত্ত্ববু খঙনীঙবা মীনা ( শ্রীগুরুগী মফমদা ) হংনঙাইনী।

## নৈননৱোল

শ্লোকসীদা **তত্ত্বজিজ্ঞাসুনা** হাযবা শব্দসী নৈননীঙঙাইনী। শব্দ-সীগী অর্থদি শ্রীভগবানবু তশেংনা খঙনীঙবা ( যথার্থ অনুভব তৌনীঙবা ) হাযবনী। শ্রীভগবানবু তশেংনা খঙবা (অনুভব) তৌবা হাযবসী কবিনো? শ্রীভগবানবু খঙবা হাযবসী মখল কযা থোক্লা ওইবা যাই। ভগবান লৈ হাযবসীদা ( সত্তাদমক ) কনামনা খঙবা যাই, মসীনদি খঙবদু যৌবে হাযবা যাদে। কনামনা মাগী থম্মোইমুংদা ভগবান্না ফুঙ লাউনা ফাওবক্তুনা মাবু খঙবগী মুংঙাইবা মখল অমা ফংবা যাই। অকোন্বগী মীসীনা সত্তাদমক খঙবদগী হেন্না খঙবা অমা ওইবে। মসীদা ভগবান্গী রূপ অদু খঙলে অদুগা রূপ অদু উবদগী পোক্লকপা নুংঙাইবা অদুসু

ফংলে। অদুবু মসীবুস্তু তশেংনা খঙবা মখঙ ( যথার্থ অনুভব ) হাযবদু কৌবা যাদে, মরমদি শ্রীভগবানগী মবমদা অতৈ খঙনঙাই পোৎ কযামস্তু লৈবি। কনা অমনা নুং-পান অনীমক্তা শ্রীভগবানবু উজবা যাই অদুগা উজবগী নুংঙাইবস্তু ফংবা যাই। মাগী ঐশ্বর্য্য-উৎপা লীলা উরগা কি-হঙ্গোইবগা লোযননা নুংঙাইবস্তু যাই। মদুম তৌবস্তু ভগবানবু খঙবা মখঙ অমনী। অদুবু মসানস্তু অশেঙবা মখঙ ( যথার্থ অনুভব ) হাযবদু ওইবা যাদে। ভগবানবু অনুভব তৌবদি থোইদোকপা মতৌ অমনী। মদুদি ভগবান না ভগবান ওইবগী ( ভগবত্তাগী ) মচি ( সাব ) অদু খঙবদা ( অনুভব তৌবদা ) খঙবগী থোইদোকপা মতৌ অদু ওইবিবনী। শ্রীচৈতন্যচরিতামৃতদা হাযবি—**মাধুর্য্য ভগবত্তা-সার**—মাধুর্য্যনা (অথুম্বনা হাযবদি নুংশিবনা) ভগবান ওইবগী মচি ওইবগী শক্কী। শ্রীভগবানগী চাংদম্নঙাই লেতনা বাংলবা মাধুর্য্যবু মহাউ তংবদুনা ভগবানবু খঙবগী ( অনুভব তৌবগী ) থোইদোকপা মতৌ হাযবদুনী। মসী ভগবানবু তশেংনা খঙবা ( যথার্থ অনুভব ) হাযবদু কৌযি। মখঙ অসী পাম্লগা মখঙসা ওইননবা পাম্দ খঙনীঙবা মহাক্তুনা ভগবানগী অওইবা তত্ত্ব খঙনীঙবা মী ( তত্ত্বজিজ্ঞাসু ) হাযবদুনী।

**জিজ্ঞাস্য** ( খঙনঙাই ওইবা ) হাংবা শব্দসী নৈননীঙঙাইনী। জগৎসাদা খঙনঙাই ওইনা হীবন যাম্না লৈ। অবাৎপা লৈবে হাযবদগী খঙনীঙঙাই ( জিজ্ঞাস্য ) হাংবসা থাবকপনী। জীবশিংগী অবাৎপা যাম্না লৈবগী মতীক হংনঙাই খঙনঙাইস্তু যাম্মী। ঐখোয়না মী কযাগী মফমদা রা যাম্না খঙনাঙংনা হংজৈ, পাওখুমস্তু ফংজৈ, মখোয়না তাকপীরকপা পাওখুমদুগী মতুং ইন্নস্তু ঐখোয থবক চৎথজৈ, অদুবু অদুম ওইনমক ঐখোয়গী অবাংপদি লোই খঙ্গা নাইদে। বা অমা হংলুবগা মদুগী পাও-খুম্না ঐখোযগী অবাৎপা অমা কোক্লনস্তু, অবাৎপা চামা চামা অস্থন থোরক-যি, অদুনা খঙনীঙবগী বাহ স্তু চামা চামা মওইরকযি। অবাৎপবু কোক্ত্রিব-মথৈদি হংবস্তু তেংকপা নাইদে। হংলিবা পোৎতুনা অবাৎপা পুম্বু কোক-হনবা ঙম্বা অমস্তুং থম্মোই পেন্না থল্লবা, অদু ওইববদি হংলিবদু খ্বাইদগী থোইবা ( মুখ্য ) রাহং ওইবা তাই, হাযবদি খঙনঙাই হংনঙাই (জিজ্ঞাস্য) ওইবনী। অবাৎপা পুম্নমক কোকপদি কবম্না কোক্কনী ? রাহংসীগী পাওখুম ফংগে হাযববদি অবাৎপগী মরু ( মূল ) থিগৎপা তারে। ঐখোয়গী অবাৎপা অরাৎপা হায়দুনা লৈবিবা থুদিংমক্কী থোরকফম মরুদি অমথক্তনী

—মতুদি মুংঙাইবা হাযবদু ৱাৎপা। নুংঙাইনীঙবসী জীবগী মহৌশানী, সংসাবদা নুংঙাইনীঙবসীবু লেথোকপা হাযবদু জীবগী লৈতে, মবমসীনা সংসারসীদা অৱাৎপা হাযবসী নুংঙাইবা ৱাৎপা অসীনী। মুংঙাইবা-ৱাৎপা হায়বসী শক-ও, মখল মখল লৌদুনা থোক্লগা ঐখোয জীবশিংবু থবক মখল মখা তৌহল্লী। সংসাবসীদা ঐখোযনা তৌবিবা থবক অমা খঙদে অমা খঙদে লোইনমক—পুণ্য কর্ম্মদগী হোৌদুনা হুবান-চীন্থীনচিংবা পুম্বা মুংঙাইবা নত্রগা নুংঙাইনবগী পেৎ ফংগে হায়বগী আশাদা তৌবা ঙাঙনী। অদুবু ঐখোযগী মুংঙাইনীঙবসী কোক্লবা মুংঙাইবা জাৎ অদুদি সংসারসিদা ফংদে। করম্বা জাৎকী নুংঙাইবা ফংলগা ঐখোযগী নুংঙাইনীঙবসী কোক্কদগে হাযবসু ঐখোয খঙদে। খঙলবদি মতু ফংননবা হোৎনগদবনী। মুংঙাইবা জাত্তাদু খঙলবা মীশিংনা হায—নুংঙাইবা হাযবা পোৎ অদুদি মচেৎ-মকায় তাদ্রবা মপূঙনবা পোৎনী, মাদি মপূঙন-দবা পোৎ নত্তে—"ভূমা ইব সুখম—নুংঙাইবদি লেপ্পমক মপূঙনবা পোৎনী।" মখোযনা অসীমসু হায—মপুঙনদবা পোৎতগী নুংঙাইবা মপুঙ ফংবা য়াদে—"ন অল্পে সুখম অস্তি—খজিন্তগী মনূঙদা নুংঙাইবা লৈতে।" ভূমা ওইবা ( মপূঙওইবা ) পোত্তি শ্রীভগবানদনী, মাগী স্বরূপতি আনন্দনী (নুংঙাইবনী)—**আনন্দং ব্রহ্ম।** আনন্দগী স্বরূপ ( নুংঙাইবগী মশক ) ওইবনা মহাক পূঙহেন-হেনবা তংনঙাই মহাওনী ( রসনী ) হাযনা হায—**ৱসো বৈ সঃ**। বসগী মশক ওইবা শ্রীভগবানবু ফংবা ঙম্লবদি জীবগী নুংঙাইনীঙবা হাযবদু কোক্লগনী, মহাক নুংঙাইবা ( আনন্দী ) হাযবদু ওইবা ঙমগনী—"রসং হি এব অযং লব্ধ্বা আনন্দী ভবতি।—বস ( নুং-ঙাইবা ) অদুমক ফংলগা আনন্দী ওইগনী।" মসুম্না নুংঙাইবগী খৌবাংবা কোক্লগা আনন্দী ( নুংঙাইবা ) ওইববদা জীবগী অবাৎপা পূম্নমক কোকপা যাগনী, অদুদদা খঙনীঙবা হাযবদু কোকপা যাগনী। মরমসীনা আনন্দস্বরূপ ওইবা ভগবানবু ফংননবা পাম্বৈদু মকুওইবা খঙনঙাই ( মুখ্য জিজ্ঞাস্য ) হাযবদুনী। মসীনী হংফম থোকপা হাযবদি খঙনঙাই ওইবা পোৎ হাযবদু। **ভগবানবু ফংব** হাযবসি মফমসিদা ভগবান বু অনুভব তৌবা ( খঙবা ) হায়বদুনী, মরমদি অনুভব তৌবা মতাংসী যৌরবদদা ফংবগী অর্থ চপ-চাবা হাযবদুনী। শ্রীভগবান বু ফংননবগী উপায অদু-তনী হংনঙাই খঙনঙাই ( জিজ্ঞাস্য ) ওইবা পোৎতি, মসীতনী মুখ্য জি-জ্ঞাস্য ( মক ওইবা খঙনঙাই ) হাযবদু।

হংগদোরিবা উপাযসীদি শূকশোই শোইরোইদোবা উপায় ওইগদবনী, উপায অদু শীজন্নরগা অনীঙবা ফংবদা করিমতা চীংননঙাই লৈবোই-দোবনী। উপায অমবু শোয়রোইদোবা উপাযনী হায়গদবদা ৱাফম খরদি যেংবা তাই—

অহানবদা, উপায়দুগী মরমদা শাস্ত্রদা **অন্বয়বিধি** ( তৌগদবনী হায-বগী বা লৈবরা ? হাযবদি উপায অদু শীজন্নববদি অনীঙবদু থুংগনী হাযবগী করিগুম্বা প্রমাণগা শাস্ত্রদা লৈবা উবরা ?

অনীশুবদা, উপাযদুগী মবমদা শাস্ত্রদা **ব্যতিরেক বিধি** ( তৌদ্র-বদি যাদে হাযবগী ৱা ) লৈববা ? হায়বদি উপায অদু শীজন্নদ্রবদি অনীঙ-বদু থুংলবোই হায়বগী কবিগুম্বা প্রমাণগা শাস্ত্রদা লৈবা উববা ?

অহুমশুবদা, উপাযদু **অন্যনিরপেক্ষ** ওইববা ( অতৈ অমবু ঙাই-দববা ) ? হাযবদি অনীঙবা থুংহন্নবগী মতাঙদা উপাযদুনা করিগুম্বা অতৈ অমগী মতেঙ ঙাইদবরা ? অতৈ পোৎ অমবু ঙাইববদি ঙাইরিবা পোৎ অদু লৈত্রবা, নৎত্রগা পোৎতুনা পীবা মতেঙতুগী অযাম-য়ামদগী চাং তুংইন্না অনীঙবা ফংবদা কাযবক্কদোরি।

মরিশুবদা, উপাযদু **সার্ব্বত্রিক** ওইববা ( মফম পুম্বদা শীজন্নবা যাববা ? সর্ব্বত্র ( মফম পুম্বদা ) হাযবগা লোক পূম্বদা, মফম পূম্বদা অদুগা ফীভম অবস্থা পুম্বদা খঙনবনী। লোক খূদিংদা, মফম খূদিংদা অদুগা ফীভম খূদিংদা শীজন্নবা য়াবা উপাযদি **সার্ব্বত্রিক** হাযবদু ওইরবনী।

মঙাশুবদা, উপাযদুগী **সদাতনত্ব** ( মতম পূম্বগী ওইবা ) হাযবদু লৈবরা ? হাযবদি উপাযদু শীজন্নীঙলকপা মতমদা হেক্তা শীজন্নবা যাববা ? **সদাতন** ওইদ্রবদি মতম্না যাদবনা অনীঙবা থুংবদা অকাযবা লাক্কদো-বিবনী।

অন্বয-বিধি, ব্যতিবেক-বিধি, অন্তনিরপেক্ষতা, সার্ব্বত্রিকতা অমসুং সদাতনত্ব লৈবা উপাযদুবু অনীঙবা থুংনবগী শুকশোইশোইদবা উপাযনী হাযনা লৌগদবনী। মরমদুনা নৈনরিবা শ্লোকসীদা শ্রীভগবান-না হায-রিবনী—"অন্বয-ব্যতিরেকাভ্যাং যৎ সর্ব্বত্র সর্ব্বদা স্যাৎ এতাবদেব জিজ্ঞা-স্যং।"

হৌজিক য়েংবা তান্নিবদি মথক্কী লক্ষণ মঙাসী শুনা য়াওবা উপায়দি

করিনো হাযবদুনী। কর্ম্ম, জ্ঞান, যোগ, ভক্তি-নচিংবা ভগবানবু ফংনবগী ( অনুভব তৌননবগী ) উপায় ময়ামগী ব্রা শাস্ত্রদা তাবা ফংঙী। মখোয খূদিংমক শোইদবা উপাযরা, নত্রগা করম্বনা শোইবোইদৌবা উপাযনো হাযবদু লেপ্পা তাবি। উপাযশিংসীদা মথক্তা পনম্বিবা লক্ষণ মঙাসী যাওবরা যাওদববা হাযবদু যেংবা তাই। মখোয়সীদা লক্ষণ-শিংসীগী অমতং বাৎপদা মখোযবু শোইরোইদৌবা উপাযনী হাযনা লৌবা যাদে।

কর্ম্ম অসী উপায ওইবা যাববা হাযবদি মঙোন্দা লক্ষণ মঙাদু শুনা যাওবরা যাওদবরা হাযবদু যেংসী। কর্ম্ম হাযবগা মতাঙসীদা বর্ণাশ্রম ধর্ম্ম নত্রগা স্বধর্ম্মবু খঙনগনী। যোগ হাযবগা অষ্টাঙ্গযোগ হাযবদি পরমাত্মাগা লোযননা জীবাত্মাগা উননবা সাধন খঙনগনী। জ্ঞান হাযবগা জীবগা ব্রহ্মগা অমতা ওইনা তিনশিন্নবগী খেন্নবা-লৈতব। ব্রহ্মাবু থিবগী সাধন-নী হাযনা খঙনগনী। অদুগা ভক্তি হাযবগা সাধন-ভক্তি হাযবদি ভগবানগী ধামদা শ্রীভগবানগী সেবা তৌবা ফংজনবগী সাধন-নী হাযনা খঙনগনী।

কর্ম্মজ্ঞানযোগনচিংবা উপাযশিংসী শোযবোইদৌবা উপাযরা হাযবদু মখাদা নৈনবি।

অহানবদা কর্ম্ম। কর্ম্ম তৌবগা খ্বাই ময়াম্না হন্দক মপোক্কী লন্থুম অদুগা হযেংমুক্কী মপোক্তা স্বর্গস্থখনচিংবা ফঙনৈ। অদুবু স্বর্গস্থখনচিংবসী অনিত্যনী ( তুংকোইদবনী ), কর্ম্মফল চাকববা মতুংদা জীবনা সংসারদা অমুক হল্লক্তবা যাদে। মরমদুনা কর্ম্মীশিং অযাম্বনা নিত্য ওইবা আনন্দ ফংদুনা আনন্দী ওইবা ঙমদে, হাযবদি ভগবানবু ফংদে ( অনুভব তৌদে )। কর্ম্ম তৌরগা কনাগুম্বনা করিগুম্বা মতমদা ভগবানবু ফংজৈ হাযবগী প্রমাণ-স্থ লৈ। শ্রীমদ্ভাগবতনা হায়রি—"স্বধর্ম্মনিষ্ঠ ( মছাগী মথৌদা থব্রাই যাওবা ) মীনা মপোক চামবক্তা বিরিঞ্চিতা ( ব্রহ্মা ওইবা ) ফংজৈ, অদুগী মতুংদা ঐবু ( ভগবানবু ) ফংজবা যাই।" ব্রাফমসী কর্ম্ম-না উপায ওইবগী মতাঙদা অন্বয-বিধিনী। অদুবু কর্ম্মগী মতাঙদা ব্যতিরেক-বিধি লৈবদি উদে, হাযবদি বর্ণাশ্রম ধর্ম্ম তৌত্রবদি ভগবানবু ফংবা যাদে হাযবা বিধি অমতা উবা ফংদে।

কর্ম্মগী অন্য নিরপেক্ষতা (অতোপ্পগী মতেঙ ঙাইদবা) হায়বদু লৈতে।

কর্ম্মদি ভক্তিগী মতেঙ লৌত্রগদি মবন্নাই ফল পীবা ঙমদে। শ্রীমদ্ভাগবতনা হাযরি—"যে এষাং পুরুষং সাক্ষাদাত্মপ্রভবমীশ্বরম্। ন ভজন্ত্যবজানন্তি স্থানাদ ভ্রষ্টাঃ পতন্ত্যধ ॥ ১১/৫/৩" শ্লোকসীগী মর্ম্ম-অনুবাদ হন্দোক্লুনা শ্রীচৈতন্য চরিতামৃতনা হাযরি—"চাবিবর্ণাশ্রমী যদি কৃষ্ণ নাহি ভজে। স্বধর্ম্ম করিযাও সে রৌরবে পড়ি মজে ॥২/২২/২৬॥ —বর্ণাশ্রম মরি চৎলিবা মীনা কৃষ্ণবু নীঙত্রবদি স্বধর্ম্ম (মথৌ) তৌদুনস্যু রৌবব কৌবা নরক-কোমদা তাদুনা মাঙজে।

কর্ম্মগী সার্ব্বত্রিকতা (মফম পুন্নমক্তা ওইবা) লৈতে, সদাতনত্ব (মতম পুন্নমক্তা ওইবা) হাযবদুস্যু লৈতে। কর্ম্মগী লন্নীদদি দেশ (মফম) অমদি কাল (মতম) অমদি পাত্র (মতীকচাবা মী) হাযববু ঙাই। মী পুন্নমক কর্ম্ম তৌবগী মতীক চাবা (অধিকাবা) ওইদে। বেদ-না তাক্লিবা বর্ণাশ্রমগী মনুং চন্দবা মীশিংনা বৈদিক কর্ম্ম তৌবগী অধিকাবী ওইদে, মদুদি—মুসলমান, খ্রীষ্টান্নচিংবা। বর্ণাশ্রমগী মনুং চনবা মী-মবক্তুস্যু লোইনমক্কী অধিকার মান্নদে, মদুদি যজন, যাজন, অধ্যযন, অধ্যাপন অসীনচিংবা থবক্তা শূদ্রশিংগী অধিকাব লৈতে। অদুদগী অধিকারী ওইবগী মবক্তুস্যু অশৌচ (যুম্মাঙ-কৈমাঙবা) ফীভমদদি কর্ম্ম তৌবা যাদে। কর্ম্মগী ফল ফংলবদি কর্ম্ম তৌবস্যু তোকযি। অশেঙবা (পবিত্র) মফম নত্তনা অতোপ্পদস্যু কর্ম্ম তৌহৈদে। মবম মযামসীনা কর্ম্মগী সার্ব্বত্রিকতা লৈবা উদে। কর্ম্ম তৌবমদাযদা তিথি (থাবান) অমদি নক্ষত্র শেংদববা হাযবগী রাস্যু লৈ　মরমসীনা কর্ম্মগী সদাতনত্ব হাযবা লক্ষণদু লৈতে। মরম মযামসীনা ঐখোযনা খঙবদি ভগবানবু অনুভব তৌনবগী শোয-রোযদৌবা উপায হাযবদু কর্ম্মমার্গনা ওইবা যাদ্রে হাযবসীনী।

অনীশুবদা জ্ঞান-মার্গ। শ্রুতিনা হায—"ব্রহ্মবিদ ব্রহ্মৈব ভবতি। —খেন্নবা-লৈতবা ব্রহ্মবু থিবগী ওইবা জ্ঞান অদুনা ব্রহ্মবু খঙলবা মীদি ব্রহ্মদুমক ওই।" জ্ঞান হাযবসীনা উপায ওইবগী মতাঙদা শ্রুতি-বচন অসীনা অন্বযবিধিনী। বচনসীগী ব্রহ্মৈব হাযবা শব্দগী অর্থ অনী ওই। জ্ঞানমার্গগী আচার্য্যশিংনা হায—ব্রহ্মখঙবা মীদি ব্রহ্ম ওই, ব্রহ্মগা করি-গুম্বা শব্দক্তা খেন্নবা অমতা লৈতে। ভক্তি মার্গগী আচার্য্যশিংনা হায—ব্রহ্ম-খঙবা মীনা ব্রহ্ম ওইদে। মৈ শম্নবা যোৎনা মৈশা ফংবদগী মৈ ওইবগুম তৌববস্যু যোৎনা যোৎ ওইবা তোক্কে অদুম মৈদগী তোঙান্নবা ওইবদু মাঙদে। মতৌ অদুগুম্না ব্রহ্ম-খঙবা মীস্যু ব্রহ্ম-তাদাত্ম্য ফংবদনী

অদুগা ব্রহ্মগা মাগা খেন্নবদুদি মাওবা লৈতে। মত অনীসী চুম্মী হাযনা খল্লগা ভগবান্‌বু অনুভব তৌবগী উপাযগী মরমদা নৈনবা যাই।

জ্ঞানমার্গগী আচার্য্যশিংগী মত মতুং ইন্না ব্রহ্মখণ্ডবা মীনা ব্রহ্ম ওই-প্রবদি মহাক **আনন্দ** ( নুংঙাইবা ) হাযবদুমক ওইখিবা তাবে। অদুনা মহাক তোঙাস্তাবা পোৎ অমা নত্রবনীনা ব্রহ্মবু অনুভব তৌবা যাদবা তাবে, মবমদুনা মহাক **আনন্দী** ( নুংঙাইবা মী ) হায়বদু ওইবা ঙম্মরোই। অনুভব তৌবা তারবদি তৌবিবা মী ( কর্ত্তা ) অদুগা তৌবিবা থবক ( কর্ম্ম ) অনীসী চঙঙী। "রসং হি এব অযং লব্ধ্বা আনন্দী ভবতি" হায়বা শ্রুতিবচনসীদস্থ কর্ত্তাগা কর্ম্মগা যাওবি। লব্ধা ( ফংদুনা ) হাযবা ক্রিয়াগী কর্ত্তা অয়ং ( জীব মহাক ) অদুগা কর্ম্মনা রসং রসস্বরূপ (নুংঙাইবগী মশক ওইবা) ভগবান হাযবসী যাওবি। রস অনুভব তৌরবা তুংদা জীবনা আনন্দ ফংদুনা **আনন্দী** হাযবদু ওইরিবনী, **আনন্দ** ওইগ্রে হাযবদি শ্রুতিনা হাযদে।

অসীগুম্বা মুক্তিদা ( অবান-খুভমদা ) অরাবদি খগ্না যাই হায়ববু নুংঙাইবা ফংবদি যাদ্রে। চিনি ওইবা য়াই, চিনিগী মহাওদি ফংদ্রে। অদুবু ঐখোযনা নৈনবিবা রাফমদি ভগবানবু অনুভব তৌবগী উপাযনা। মথক্তা হাযখিবা অর্থগী মতুং ইল্লবদি জ্ঞানমার্গনা ভগবান্‌বু খঙবগী ( অনু-ভব তৌবগী ) উপায ওইবা য়াদ্রে।

ভক্তিমার্গগী আচার্য্যশিংনা তৌবা ব্যাখ্যাগী মতুং ইন্না ব্রহ্ম তাদাত্ম্য-ফংলবা জীবগীদি তোঙাস্তাবা হায়বদু ওইবা য়াই, মবমসীনা জীবদুস্থ ভগবানবু অনুভব তৌবা ঙম্মা য়াই—অদুগা আনন্দী ওইবা য়াই। অর্থ অসীগী মতুং ইল্লবদি জ্ঞানমার্গস্থ ভগবানবু অনুভব তৌবগী উপায ওইবা যাই।

জ্ঞানমার্গগী মতাঙদা **ব্যতিরেক-বিধিস্থ** উবা ফংদে, হাযবদি জ্ঞানমার্গদা চংত্রবদি ভগবানবু অনুভব তৌবা যাদে হায়বগী প্রমাণ অমতা ফংদে।

জ্ঞানগী **অন্য-নিরপেক্ষত্বস্থ** লৈতে। মরম্নাই ফল পীরমদাইদা ভক্তিগী মতেঙ চঙঙী। শ্রীমদভাগবত না হায—"নৈষ্কর্ম্যমপ্যচ্যুতভাব-বর্জ্জিতং ন শোভতে জ্ঞানমমলং নিরঞ্জনম্ /১/৫/১২॥ উপাধি পূম্বা কোক-হনবা মক্তবা জ্ঞান স্থ অচ্যুত-শ্রীভগবানদা ভক্তি য়াওত্রবদি ফজবা ওইদ্রে হাযবদি তত্ত্বখঙবগী উপায় ওইদ্রে।"

জ্ঞানগী **সার্ব্বত্রিকতা** ( মফম খুদিংমক্তা য়াবা ) হাযবস্থ লৈতে অদুগা **সদাতনত্ব** ( মতম পুম্নদা য়াবা ) হায়বস্থ লৈতে। মী পুম্নমক জ্ঞানগী অধিকাবী ওইবা য়াদে, থম্মোই-শেংবা মীতনা জ্ঞানমার্গগী সাধন তৌবগী অধিকারী ওই। অদুগা সিদ্ধি ফংলবা মতুংদা জ্ঞান অনুশীলন তৌবহু ( হোংনবহু ) অদুম তোক্লে।

মরম ময়ামসীনা, ভগবানবু অনুভব তৌবগী মতাঙদদি জ্ঞান অসী উপায় অমা ওইববস্থ শোযবোইদবা অবেপ্পা উপায় হাযবহুদি ওইবা য়াদে।

অহুমশুবদা **যোগমার্গ**। শ্রীমদভগবদগীতা না হাযবি—"যোগযুক্তো মুনির্ব্রহ্ম ন চিবেণাধিগচ্ছতি—যোগ-তৌবা মুনিদি থুনমক ব্রহ্মবু ফংবা ঙম্মী।" মসী যোগগী মতাঙদা অন্বয়-বিধিনী।

"শুচৌদেশে প্রতিষ্ঠাপ্য স্থখমাসনমাত্মন৽। যোগী যোগং যুঞ্জীত"—অসিনচিংবা প্রমাণ মতুং ইন্না যোগ তৌবগীদমক অশেঙবা মফম অদুগা লুংঙাইবা ফম-ফম ঙাইদবা যাদে। মরমসীনা যোগগীদি **সার্ব্বত্রিকতা** হাযবহুস্থ লৈতে।

যোগমার্গগী **অন্যনিবপেক্ষতাস্থ** লৈতে। শ্রীমদভাগবত-না হায-বি—"তপস্বিনো দানপরা যশস্বিনো, মনস্বিনো মন্ত্রবিদ৽ সুমঙ্গলা৽। ক্ষেমং ন বিন্দন্তি বিনা যদর্পণং তস্মৈ সুভদ্রশ্রবসে নমো নম ॥ ২/৪ ১৭ ॥—তপস্বী ( জ্ঞানী ), দানশীল ( কর্ম্মী ), যশস্বী ( মিংচং-তানবা কর্ম্মী মখল অমা ), মনস্বী ( বাখল-হীবী-কোনবা যোগী ), মন্ত্রবিৎ ( আগমশাস্ত্র-তুংইনবা সাধক ) অমস্থং সুমঙ্গল ( ফজবা-আচাব-নাইবা ) মীশীংনা মঙোন্দা মা-মাগী তপস্যানচিংবহু কৎত্রবদি মঙ্গল ওইবা যাদে, অদুংস্বা মঙ্গলগা যশগগী মপু ওইববা ভগবান মঙোন্দা হন্না হন্না খুরুমজবি।" শ্রীচৈতন্যচবিতামৃতনা হাযবি—"ভক্তিমুখ নিবীক্ষক কর্ম্ম-যোগ-জ্ঞান-কর্ম্ম—যোগ, জ্ঞানদি ভক্তিবু যেংদুনা ঙাইবগা লৈ।" প্রমাণশিং অসীনা তাকৃপদি যোগমার্গগী অন্যনিবপেক্ষতা হাযবহু লৈতে।

মতৌ অস্থুম্না উবা ফংলিবদি **যোগনা** শুকৃশোয়শোয়বোইদোবা উপায় ওইবা ঙমদে হাযবসীনী।

মরিশুবদা **ভক্তি মার্গ**। গীতাদা শ্রীকৃষ্ণনা হায়রি—"মন্মনা ভব মদভক্তো মদযাজী মাং নমস্কুরু। মামেবৈষ্যসি সত্যং তে প্রতিজানে

প্রিয়োঽসি মে ॥ ১৭/৬৫ ॥—হে অর্জ্জুন, ঐগোন্দা মন কৎলো ( হাযবদি ঐবুদা খন্দুনা লৈযু ), ঐগী ভক্ত ওইরো, ঐবু লাৎলু, ঐবু খুরুম্মু। নঙসী ঐগী নুংশিবনী, ঐ ব্রাশক্নুনা হাযরিবসিনী, হাযরিবা স্নুম্না তৌরবদি ঐবু ফংগনী।" মসী ভক্তিমার্গগী মতাঙদা অন্বযবিধিনী।

ভক্তিগী মতাঙদা ব্যতিরেক-বিধিস্নু যাম্না ফংঙী। "য এষাং পুরুষং সাক্ষাদাত্মপ্রভবমীশ্বরং ন ভজন্ত্যবজানন্তি স্থানাদ ভ্রষ্টাঃ পতন্ত্যধঃ॥ শ্রীমদভাগবতম। ১১/৫/৩/ ॥ বর্ণাশ্রমী মবিগী মনুঙদা আত্মাগী থোরকফম ঈশ্বর-পুরুষবু ( খঙদহৗনা ) ভজন তৌদবা, ( খঙলগস্নু ভজন তৌদে হায-দুনা) উশীত্রবা—অদুগুম্বা মখোয়দি মফম তাহনা লৈখা পাংঙী।" "পারংগ-তোঽপি বেদানাং সর্ব্বশাস্ত্রবিদ যদি। যো ন সর্ব্বেশ্বরে ভক্তস্তং বিদ্যাৎ পুরুষাধমম্ ॥ বেদপূম্বা হৈরবা, শাস্ত্র পূম্বগী অর্থ খঙলবা মী অদুনা সর্ব্বে-শ্বরদা ভক্তি তৌদ্রবদি মাবু অতোনবা নুপানী হাযনা খঙগদবনী।" হায়-রিবা পূম্নমক্সী ভক্তিগী মবমদা ব্যতিবেক বিধিনী।

ভক্তিগীদি **অন্যনিরপেক্ষতা** ( অতৈগী মতেঙ ঙাইদবা ) হাযবতুস্নু লৈ। শ্রীচৈতন্যচবিতামৃতদা হায়রি—"ভক্তি বিনে কোন সাধন দিতে নাবে ফল। সব ফল দেয ভক্তি স্বতন্ত্র প্রবল ॥—ভক্তি সাধন নত্তনা করিগুম্বা সাধন অমতনা ফল পীবা ঙমদে। ভক্তি মথন্তনা ফল পুম্বা পীবা ঙম্মী।" শ্রীমদভাগবত-না হাযবি—"যৎকর্ম্মভির্যৎতপসা জ্ঞান-বৈরাগ্যতশ্চ যৎ। যোগেন দানধর্ম্মেণ শ্রেয়োভিরিতরৈরপি ॥ সর্ব্বং মদভক্তিযোগেন মদ্ভক্তো লভতেঽঞ্জসা। স্বর্গাপবর্গং মদ্ধাম কথঞ্চিদ যদি বাঞ্ছন্তি ॥—কর্ম্মনা, তপ-স্যানা, জ্ঞান-না, বৈবাগ্যনা, যোগনা, দানধর্ম্মনা নত্রগা তীর্থযাত্রা ব্রতনচিং-বা তৌবনা ফংবা ফল খিবিক্তো ভক্তিযোগতমক তৌরগা ঈলায লাযনা ফংঙী, ভক্তনা পাম্নবদি ভক্তিগী মপাম্না স্বর্গস্নু ফংবা ঙম্মী, মুক্তিস্নু ফংবা ঙম্মী, ভগবানগী ধামদা ভগবানগী চরণ সেবা তৌবস্নু ফংবা ঙম্মী।" শ্রীমদভাগবতনা অমুক্সু হায়রি—"ভক্ত্যাহমেকয়া গ্রাহ্যঃ শ্রদ্ধযাত্মা প্রিয়ঃ সতাম। ১১/১৪/২১ ॥—শ্রীভগবান্-না হায—ঐদি সাধু-শিংগী নুংশিজববা আত্মানী, শ্রদ্ধাগা ( থাজবগা ) লোয়ননা ঐগোন্দা কৎলবা ভক্তিগী মপান্তনা ঐহাক মখোয়গী মখা পোল্লী।" বাক্যসীদা য়াওবি **একয়া ভক্তিনা**, অতোপ্পা কনা করিগুম্বা অমতবু ঙাইদে হায়বসীনী।

কনাগুম্বনা হংবা য়াই, ভগবদ-অনুভব কৌবা ভক্তিগী ফল ফংবদা

জ্ঞান-কর্ম্ম-যোগগী মতেঙ চঙদবা যাই, অতুবু ভক্তি সাধন তৌবদদি জ্ঞান-যোগনচিংববু ঙাইদবরা ? ঙাইদে। শ্রীমদভাগবত-না হায— "তস্মান্মদভক্তিযুক্তস্য যোগিনো বৈ মদাত্মন ন জ্ঞানং ন চ বৈরাগ্যং প্রায়ঃ শ্রেয়ঃ ভবেদিহ।" ১০/২০/৩১ ॥ মসীগী মর্ম্মার্থ ফোঙদোক্তুনা শ্রীচৈতন্য-চবিতামৃতদা হায়রি—"জ্ঞান-বৈরাগ্য ভক্তির কভু নহে অঙ্গ।—জ্ঞান, বৈরাগ্যদি ভক্তিগী মতেঙ কদোউঁদেসু ওইদে।"

ভক্তি পোক্লমদাযদসু ভক্তি নত্তনা অতৈ অতোপ্পা করিমতা চঙদে। ভক্তিদি অহৈতুকীনী ( মাগী অপাম্বা মবম অমতা লৈতে ), ভক্তিদগী ভক্তি পোক্যি। অতুনা হৌজিক খঙলে, ভক্তিদি অন্যনিরপেক্ষানী ( অতোপ্পবু ঙাযদবীনী ), মনীঙ-তম্বীনী ( স্বতন্ত্রানী )।

ভক্তিগী **সার্ব্বত্রিকতা**-সু লৈ। মী খুদিংমক ভক্তিমার্গদা চৎতুনা অকারম তান্না কাবা যাই। শ্রীমদভাগবতম্‌দা হাযরি—"কিরাত-হূণান্ধ্র-পুলিন্দ-পুক্কসা-আভীব-শুহ্মাযবনাঃ খসাদয়ঃ। যেঽন্যে চ পাপা যদপাশ্রযাশ্রযাঃ শুধ্যন্তি তস্মৈ প্রভবিষ্ণবে নমঃ ॥২/৪/১৮ ॥—কিরাত, হূন, অন্ধ্র, পুলিন্দ, পুক্কসা, আভীর, শুহ্ম, যবন, খস-নচিংবা পাপ-জাতি লৈবিবশিং অমুগা পাপ-কর্ম্ম তৌবদগী পাপকী মশক ওইবা অতৈ-মখোয়সু ভগবানদা চঙজববা ভক্তদা চঙজবগা শেংলকযি, অতুগুম্বা পূঙ ঙম্-ঙম্বা (প্রভাবশালী) ভগবান্‌দা খুরুমজবি।" মীওইবা জাতিগী ব্রাদি লাযবতুনা, তীন-কাঙ -শা-উচেক্চিংবসু ভক্তিগী মপান্না অকাবম কারি হায়বা ব্রা-ফমসী গরুড-পুবাণ-দা যাওবি, মতুদি—"কীটপক্ষিমৃগাণাঞ্চ হরৌ সংন্যস্ত-কর্ম্মণাং। উর্দ্ধমেব গতিং মন্যে কিং পুনর্জ্ঞানিনাং নৃণাম ॥—হরিদা কর্ম্ম কৎথোক্লবা তীন, উচেক্ অমদি শাশিংসু অকারম্ কাবা ঙম্মী, জ্ঞানী ওই-বশিংগী ব্রাদি করিমুক্ হাযরুগনী ?"

আচার-ফজবা মীতাশিংবুদি ভক্তি চৎকে হায়ববদা মঙমে, মখোযদি লাযবতুনা আচার-ফজদবা মীসু ভক্তি চৎপা ঙম্মী। ব্রাফমসী গীতানা হাযরিবনী মতুদি—"অপি চেৎ সুদুরাচারো ভজতে মামনন্যভাক্। সাধুরেব স মন্তব্যঃ সম্যক্ ব্যবসিতোহি সঃ ॥৯/৩০ ॥—অতোপ্পা দেবতাদা চঙজবা তোক্তুনা ঐহাক্তবু নীঙলবদি শাজৎ-ফত্তবা মী ওইরবসু মহাকপু সাধুনী হায়না খন্নগদবনী, মরমদি, মহাক ঐঙোন্দা মপূঙ ফানা ঐতবু চেৎনা নীঙবা হায়বতু তৌরে।"

ঋীভম পূন্নমক্তা ভক্তি তৌবা যাই। প্রহ্লাদনচিংবনা মমাগী পুক্লুং-দা, ধ্রুবনচিংবনা অঙাঙ নাব্রা ওইরিঙৈদা অম্বরীষ খোযনা মথোক কাবা মতমদা, যযাতিখোযনা হনুরবা মতাঙদা, অজামিলখোযনা শিরমদাযদা, অদুগা চিত্রকেতু-নচিংবনা স্বর্গদা চৎলবা মতাঙদা ভজন তৌখিবশী। নরক-তা তাদুনা লৈবা মতমদসু ভজন তৌবা য়াই। মদুদি— 'যথা যথা হরের্নাম কীর্ত্তয়ন্তি চ নারকা। তথা তথা হরৌ ভক্তিমুদ্বহন্তৌ দিবং যযুঃ ॥ —নরক-তাবা মীশিংনা শ্রীহরিগী নাম শোল্লম-শোল্লম্বা মফমশিংদা মখোযনা হরিভক্তি হাযবদু ফংজদুনা দিব্যধামদা চৎখি।"

সিদ্ধি ফংলবদসু জ্ঞান-যোগনচিংবগী সাধন লেপ্লগুম্না ভক্তিগীদি লেপ্তে, ভক্তিমার্গগী সাধকশিংনা সিদ্ধদেহদা ভগবানগী ধামদা ভক্তি ( ভগবানগী সেবা ) অদুম তৌথৈ। মদুগী প্রমাণদি শ্রীমদভাগবতকী শ্লোক—**মৎসেবয়া প্রতীতং তে** (৯/৪/৬৭) অসীনী।

ভক্তি অনুষ্ঠান তৌবদা মফম নৎপা নৎতবা হাযবগী বিচার লৈতে। "ন দেশনিয়মস্তত্র ন কাল-নিয়মস্তথা। নোচ্ছিষ্টাদৌ নিষেধোঽস্তি শ্রীহরের্নাম্নি লুব্ধক।—শ্রীহরিনামগী মবমদদি লমদমগী নিযম লৈতে, মতমগী নিযম লৈতে, মফম মতম পূন্নমক্না হরিনাম শোনবা যাই, লুখারুচিংবা চাবিঙৈদসু থিংবা লৈতে।" "তস্মাৎ সর্ব্বাত্মনা রাজন হরিঃ সর্ব্বত্র সর্ব্বদা। শ্রোতব্যঃ কীর্ত্তিতব্যশ্চস্মর্ত্তব্যো ভগবান্ নৃণাম ॥ শ্রীমদ্ভাগবতম— ২/২/৩৬॥ —মী পূন্নমক্না মতম পুম্বদা অমসুং মফম পুম্বদা শ্রীহরিগী নাম-গুণ-নচিংবা তাবা ( শ্রবণ ), শোনবা ( কীর্ত্তন ) অমসুং নীঙশীঙবা ( স্মরণ ) তৌগ-দবনী।"

প্রমাণ মযামসীদগী খঙবা ঙম্বদি অসীনী মদুদি ভক্তিগী **সার্ব্বত্রিক-তা** অমসুং **সদাভনত্ব** হাযবদু লৈ।

হৌজিক ঐখোযনা উরে, উপায ওইবদা শোযদবা উপায ওইবগী লক্ষণ ( খুদম ) পুম্বা ভক্তিদা লৈ, মবমদুনা ভক্তি মথন্তনা ভগবানবু খঙনবগী ( অনুভব তৌনবগী ) শোযদ্রবা ( নিশ্চিত ওইবা ) উপাযনী।

ভক্তিনা ভগবানবু অনুভব তৌনবগী শোযদ্রবা উপাযনী হাযবসী অরেপ্পা ওইরে, অদুবু ভক্তিনা উপায ওইরগা ফংলিবা ভগবানগী অনুভব অশেংবা ওইফম থোকপা অনুভব অদুবা হায়বসী অমুক খঙবা তারকখি।

ভগবানগী মাধুর্য্যবু অনুভব তৌবনা তশেংবা অনুভব-নী হায়না হান্নবা হাযগ্রে। অদুবু মাধুর্য্যবু অনুভব তৌননবা উপাযদি কবিনো? মাধুর্য্য অনুভব তৌননবগী অমতা ঙাযবা উপাযদি প্রেম-নী ( নুংশিবনী )। শ্রীচৈতন্যচবিতামৃতনা হাযবি—"প্রৌঢ নির্ম্মলভাব প্রেম সর্ব্বোত্তম। কৃষ্ণের মাধুরী আস্বাদনেব কাবণ॥ ১/৪/৬৯—হেঙ্গৎতুনদা লৈবা, মছা মছাগী নুংঙাইনীঙবা কৌবা অমোংপনা মক্রবা কৃষ্ণগী ইন্দ্রিয পেলহন্নীঙবা (ভাব) অদু খ্বাইদগী হেনবনী। কৃষ্ণগী মাধুর্য্য অনুভব তৌনবগী মবম্নী॥" প্রেম অসী ফংননবা অমতা ঙায়বা উপাযদি ভক্তিনী। "সাধন-ভক্তি হৈতে হয রতিব উদয। বতি গাঢ হেলে তাব প্রেম নাম কয॥ ২/১৯/ ॥—সাধন-ভক্তি ( হোৎনবা কৌবা ভক্তি ) অদুদগী বতি ( থম্মোই হূকপা ) পোকযি। বতিনা নঙশল্লক্লগা প্রেম কৌযি।" "এবে সাধন-ভক্তি কথা শুন সনাতন। যাহা হৈতে পাই কৃষ্ণপ্রেম মহাধন॥ ২/২২/১০৪ ॥—হৌজিক সাধন ভক্তিগী বা তাওকো সনাতন, মদুগী মতেঙনা কৃষ্ণ প্রেম ( কৃষ্ণবু নুংশিবা ) হাযবা অচৌবা লন অদুবু ফংঙে।" হৌজিক উবে, ভক্তিদগী প্রেম ফংঙী অদুগা প্রেমতনা ভগবানগী মাধুর্য্যগী মহাও তংনবগী অমতা ঙাযবা উপাযনী। মরমসীনা শ্রীভগবান্-না হাযবম্বনী—"ভক্ত্যাহমেকযা গ্রাহ্য শ্রদ্ধযাত্মা প্রিযং সতাম্।"

কর্ম্ম, জ্ঞান, যোগনচিংবনা ভগবানবু অনুভব তৌবা যাইদি হায়ববু চপচাবা অনুভব নত্রগা মাধুর্য্যবু অনুভব তৌবদি যাদে। মদু শ্রীমদভাগবত-না হাযবি--"ন সাধযতি মাং যোগো ন সাংখ্যং ধর্ম্ম উদ্ধব। ন স্বাধ্যায়স্তপ স্ত্যাগো যথা ভক্তির্মমোর্জ্জিতা॥ ১১/১৪/২১ ॥—শ্রীভগবানদি প্রেমতনা খূদূম চনবা যাই—কর্ম্ম, জ্ঞান, যোগনচিংবনা শ্রীভগবানবু খূদূম চনবা যাদে।" শ্রীচৈতন্যচবিতামৃতদা হাযরি—"ঐছে শাস্ত্র কহে—কর্ম্ম, জ্ঞান, যোগ ত্যাজি। ভক্ত্যে কৃষ্ণ বশ হযে, ভক্ত্যে তাঁবে ভজি॥" ২/২০/১৩৩॥

ভক্তিসু অমুক মখল অনীগী লৈ, মদুদি—ঐশ্বর্য্যজ্ঞান-যাওবা (শ্রীকৃষ্ণবু ঈশ্বরনী হাযনা খংবা ) ভক্তি, অদুগা ঐশ্বর্য্যজ্ঞান-যাওদবা কেবলা (মথস্তা-ঙাযবা) ভক্তি। ঐশ্বর্য্যজ্ঞান-যাওবা ভক্তি তৌরগা ঐশ্বর্য্যজ্ঞান-যাওবা প্রেম পোকযি, মদুগী ফল ওইনা সাধক অমনা সারূপ্যনচিংবা মুক্তি ( অরান-খূভম ) মখল মবি ফংবা যাই অদুগা শ্রীভগবান্গী শ্রীনাবাযণ স্বরূপ অদুগী সেবা তৌবা ফংজৈ। "ঐশ্বর্য্যজ্ঞানেতে বিধিভজন করিযা।

বৈকুণ্ঠকে যায চতুর্ব্বিধ মুক্তি পাঞা ॥" ঐশ্বর্য্যজ্ঞান-যাওদবা কেবলা ভক্তি-গী মতেঙনা ব্রজপ্রেম ( ব্রজদা কৃষ্ণবু নুংশিনরিবা মনূঙশী ) অমু ফংগনী অমসুং মাধুর্য্যনা মপুঙ ফানা শাংকাযবগী মশক ওইরিবা ব্রজ-নিংথৌ মপাবি কৃষ্ণব্ সেবা তৌবা ফংগনী। বৈকুণ্ঠগী মবুংঙো নাবাযণ-স্বরূপগী স্বযংরূপ শ্রীকৃষ্ণস্বরূপতা লৈবা মাধুর্য্যনা য়াম্না হেল্লী মবমতুনা শ্রীনাবাযণ-গী থবাক-ঙান্‌বী ওইনা লৈরবী শ্রীলক্ষ্মী-দেবীন-ফাওবা শ্রীকৃষ্ণগী মাধুর্য্য চুপ্নীঙবনা খোযবাংখিতুনা তপস্যা তৌখিবম্মী। শ্রীকৃষ্ণগী মান্নবা-লৈত্রবা মাধুর্য্যগী অঙকপা শক্তি অমা লৈ শক্তি অসীনা অতৈগী বাদি লাপ্না থম-গ্রতুনা শ্রীকৃষ্ণ মহামক-ফাওববু খোযবাংহল্লী। "কৃষ্ণমাধুর্য্যেব এক স্বাভাবিক বল। কৃষ্ণ আদি নরনাবী করযে চঞ্চল ॥" শ্রীকৃষ্ণগী মান্নবা লৈত্রবা মাধুর্য্য আস্বাদন তৌননবগী অমতা ঙাযবা উপাযদি—মক্তবা অশেংবা প্রেম—ঐশ্বর্য্যজ্ঞান-যাওদবা কেবলা-প্রেমদনী, মসিদি অমতা ঙাযবা শুদ্ধভক্তি লৈবদদা ফংগনী। মবমসীনা ভক্তিদনা শ্রীকৃষ্ণমাধুর্য্যবু আস্বাদন তৌনবগী হাযবদি শ্রীকৃষ্ণবু চপ-চানা অনুভব তৌনবগী অমতা-ঙাযবা উপাযনী।

**এতাবদেব**— নচিংবা শ্লোক অমুদা **মুখ্য জিজ্ঞাস্যনী** ( মরু ওইবা হংনঙাইনী ) হাযবিবা উপাযগী বা হাযবিবদো ভক্তিবুনা হাযবসী হৌজিক্কি খঙলে। ভক্তিসীগী বানী শ্রীগুরুদেবগী চরণ-খাদা হংজগদবদি।

মতৌ অসুম্না ভক্তিতনা "অন্বযব্যতিরেকাভ্যাং সর্ব্বত্র সর্ব্বদা স্যাৎ।" হাযবতু ওইবিবনী। **এতাবদেব জিজ্ঞাস্যং** হাযবা শ্লোকসীদা শ্রীভগবত্তত্ত্বব্ অনুভব তৌগে হাযববদি ভক্তি-সাধনদি থাদোকপা যাদ্রবনী হাযবসী ফোঙদোক্লী। মবমতুনা ভগবত্তত্ত্ববু চপ-চানা অনুভব তৌনীঙবা মাশিংনা শ্রীগুরুগী চরণ-খাদা চঙজতুনা ভক্তিগী মবম ওইবা পাওতাক লৌবদি তৌদবা-যাদ্রবা মথৌনী।

ভক্তিসীনা মমূন-ফানা মুল্লবা মতমদা প্রেমভক্তি ( নুংশিবগী ভক্তি ) ওইরকযি হায়তুনা অতুগা ভগবানবু খূদ্দম চন্নবা ( বশীকরণ তৌননবা ) প্রেমভক্তিগী শক্তি লৈ হাযতুনা সাধনভক্তিনা প্রেমভক্তিগী হাযবদি ভগবানগী তত্ত্ব অনুভব তৌনবগী উপাযনী হাযবদি অঙনী হাযরিবনী।

নৈনরিবা শ্লোক অসীদা শ্রীলকবিরাজ গোস্বামীনা উৎলি—শ্রীভগ-বান্‌-না আচার্য্য ওইনা ব্রহ্মাদা তত্ত্বজ্ঞানগী পাওতাক পীরি অমুগা অন্ত-

র্য্যামী ওইনা তাকখ্রবা তত্ত্ব অতুবু ব্রহ্মাগী থম্মোইনুংদা ফাওহল্লী ( অনুভব তৌহল্লী )। মতৌ অসুম্না শ্রীভগবান্‌-না শিক্ষাগুরু ওইনা ব্রহ্মাদা শিক্ষা পীখি।

## মূল ৫৭

চিন্তামণির্জয়তি সোমগিরির্গুরুর্মে
শিক্ষাগুরুশ্চ ভগবান শিখিপিঞ্ছমৌলি ।
যৎপাদকল্পতরুপল্লবশেখরেষু
লীলাস্বয়ংবরবস লভতে জয়শ্রী ॥ ৫৭ ॥

## শব্দার্থ

চিন্তামণি জয়তি—চিন্তামণিনা জয় ওইরি, সোমগিরিঃ—সোমগিরিনা (ঐগী দীক্ষাগুরুনা), গুরু —দীক্ষাগুরুনা, মে—ঐগী, শিক্ষাগুরুঃ —পাংতোক-পীবা গুরু, চ—সু, ভগবান—শ্রীভগবান্‌, শিখিপিঞ্ছমৌলি — কোক্তা বাহোংমতুগী চূড়ানা লৈতেংবা, যৎ—মহাক্কী, পাদ—খোঙগী, কল্পতরু—অনীঙববু থুংহনবা পামেলগুম্বা, পল্লব—নানৌগুম্বা, শেখরেষু—মতোন্দা, লীলা স্বয়ংবরবস—মছাবু কৎথোকপা লীলাগীরস ( শৃঙ্গাবরস ), লভতে—ফংঙী, জয়শ্রী —শ্রীমতী বাধানা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( শ্রীল-বিল্বমঙ্গল ঠাকুবনা হায়বম্মী )—চিন্তামণিংম্বা, অনীঙবা পূবু থুংহনবা সোমগিরি কৌবা ঐগী মন্ত্রগুরুদেবগী জয় ওইসনু। ঐগী শিক্ষাগুরু বাহোং-চূড়া কোক্‌থোনবা ভগবান শ্রীকৃষ্ণগীসু জয় ওইসনু— মহাক্কী কল্পবৃক্ষ ( নীঙবা থুংহনবা পামেল ) মানবা চবণগী নানৌ মকুমদা শ্রীমতী বাধাবাণীনা শঙ শঙ লাউবা অনুবাগদগী স্বয়ংবব-সুখ ( মছাবু কৎথোকচবগী নুংঙাইবা-শৃঙ্গাববস ) আস্বাদন তৌছুনা লৈ।

## তৈনবোল

শ্লোক অসী শ্রীলবিল্বমঙ্গল ঠাকুরনা লেংলম্বা কৃষ্ণকর্ণামৃত কৌবা লাইরীক্তগীনী। শ্রীকৃষ্ণনা মহাক্কী শিক্ষাগুরুনী হায়বদু তশেংনা তাক্লী।

ব্রহ্মানা সমষ্টি জীবনী অদুগা ঐখোয় খুদিংমক্কা ব্যষ্টি জীবনী। শ্রীমদভাগবতকী শ্লোক পল্লগা শ্রীল কৃষ্ণদাস কবিবাজনা প্রমাণ তৌরি মতুদি, ভগবান-না শিক্ষাগুরু ওইনা সমষ্টিজীব ব্রহ্মাদা পাওতাক পীখি অদুগা অন্তর্য্যামী ওইনা পাওমেল্লিবা তত্ত্ববু অনুভব তৌহল্লম্মী। শ্রীভগবান্-না অন্তর্য্যামী ওইনা ব্যষ্টিজীবগীসু শিক্ষাগুরু ওই হায়বদু প্রমাণ তৌনবগীদমক নৈনরিবা শ্লোকসী লৌখৎতুনা উৎলিবনী। **সোমগিরি** হায়বসী শ্রীল বিল্বমঙ্গল ঠাকুবগী দীক্ষাগুরুনী। **চিন্তামণি** হাযবসী মণি মখল অমনী। মণিসীগী মফমদা নিজবা খুদিংমক থুংহল্লী। শ্রীগুরুগী খুযাখাদা চঙজবগসু অনীঙবা পূর্ণা থুংজৈ, মবমদুনা বিল্বমঙ্গল ঠাকুবনা শ্রীগুরুদেববু চিন্তামণি গা পাংখক্কী হায়বিবনী। **লীলাস্বয়ম্ববরস** শব্দসী নৈননঙাইনী। **লীলা** শব্দগী অর্থদি গাঢ অনুবাগ ( ণঙ ণঙ-লাউবা প্রেম ) হাযবনী। **স্বয়ংবব** শব্দগী অর্থনা মছামক্কা ববণ তৌজবা (খনদুনা লৌজবা) হায়ংদি কনামতনা হাযজবা নত্রগা ইনশনবা লৈতনা মছাবু কংথোক্কীঙনা কৎথোকচবা হায়বনী। **বস** শব্দগী অর্থনা খমথেংলবা নুংঙাইবা (পবমাস্বাদ্য সুখ) হাযবনী। অদুনা **লীলাস্বয়ংববস** গী অর্থদি নুংশি পস্থে( গাঢ অনুবাগ ) যৌবনা মছাবু কৎথোক্কীঙবনা কংথোকচবগী খমথেংনা নুংঙাইবা হাযবনী।

**জয়শ্রী** শব্দগী অর্থনা শ্রীমতী বাধিকাবু হাযবিবনী। **জয** শব্দগী অর্থদি যৌনা কাবা নত্রগা থাঙ্গৎপা ( উৎকর্ষ ) হাযবনী। **শ্রী**-গী অর্থনা ফজবা নত্রগা লৈতেং (শোভা) হাযবিবনী। দ্যুতক্রীডাদা (পাশাখেলাদা), নর্ম্মবাক্যদা, জলকেলিনচিংবদা শ্রীবাধাগী থোইগৎনা উৎকর্ষ ওই। উৎকর্ষসিদগী ওইবকপা ফজবসু শ্রীবাধাগীদি খ্বাইদগী হেনবনী, মবমসীনা **জয়শ্রী** শব্দনা শ্রীবাধিকাবু খঙহল্লিবনী। নত্রগা, মপুবোইববু নীঙবদা, শক-ফজবদা, লাইবক ফবদা অদুগা বৈদগ্ধ্য-দা ( বসিকতা—বস-খঙবদা ) লক্ষ্মী-পার্ব্বতী-অরুন্ধতী-সত্যভামা-খোযনা শ্রীমতী বাধাবু তানবা ফংবা নত্তে, অদুনা মহাক্তি মূর্ত্তি ওইনা চোংথোবক্কবী জযানী। অদুগা **শ্রী**-শব্দনা লক্ষ্মীবু খঙহল্লী, লক্ষ্মীগী থোবকফম ওইবী ( অংশিনী ) অদুদি শ্রীবাধানী, হাযবদি লক্ষ্মীদি শ্রীরাধাগী অংশনী, অদুনা মূল (মরু) ওইবা শ্রীদি শ্রীরাধানী। মতৌ অস্মুম্না জযা-শব্দনসু অদুগা শ্রী শব্দনসু শ্রীরাধাবু খঙহল্লবনীনা মহাক্কা **জয়শ্রী শ্রীরাধা** হায়বদু ওইবে।

শ্লোকসীগী মমৈদা হায়রি, জযশ্রী শ্রীরাধানা শ্রীকৃষ্ণগী মেঙলবা

ঙাঙলৈনবা খোঙগী খুজিল মতোন্দা লীলাস্বয়ম্বর-বস চূপচৈ। মসীনা তাকপদি শ্রীকৃষ্ণগী ফজবদি মান্নবা লৈতে অদুগা শ্রীমতী বাধাগী প্রেমস্তু খ্বাইগীদগী পূমহেন্ হেনবনী হাযবদু তাক্লী। শ্রীলবিল্বমঙ্গল ঠাকুবগী থম্মোইদা শ্রীকৃষ্ণনা ফো৲-ফাওরকপা মতমদা মহাক্কী খ্বাইদগী হেনবা সৌন্দর্য্য-মাধুর্য্য অদু অনুভব তৌবম্মী। সৌন্দর্য্য মাধুর্য্য অদু কবম তৌবা মখনগীনো হাযনীঙলকপা মতমদা চাংদম্নঙাই ওইবা মতীক চাবা পোৎ কবি লৈবগে হাযবদু খল্লম্মী। মমাঙদা হৌখিবা কবিশিংনা হাযরম্বা চাংদম-ব্রাহৈ (উপমা) অমতস্তু খোযদাবা অমতা ফংদবগুম তৌখি। অঙ্গ-পূম্বগী ফজববু থাবদি লাযবদুনা, শ্রীকৃষ্ণগী চবণ খূজালগী ফজবদুবু ফাংবো থাবদা হৌখি-বা কবিশিংগী উপমাশিংদু মতীক অমতা চাবমদ্রে হাযনা খল্লী। মস্তুম্না হেক খনবগা শ্রীকৃষ্ণগী পদনখগী ফজবদু শ্রীলবিল্বমঙ্গল ঠাকুবগী থম্মোইদা যুং-ফাওবকখি, মদুদা পদনখগী সৌন্দর্য্যদু কযাম্বক যৌবগে হাযবদু হায়-থবম্মী। মদুদি—শ্রীমতী বাধিকানা ঈকাই-থীগনবী ওইবনা মবায লূক-থবদুনা শ্রীকৃষ্ণগী মাঙদা লেপ্লগা মবু ঙোগী পদ-নখগী মতোন্দুদা মীংযেং হেক তাববদা পদ নখগী শোভাদু উবগা কযাম্বক শুমহংলম্বগে হায়ববু থোইদোকপা ভাব অমা পোক্লদুনা গাঢ-অনুবাগ-না লাব্থুখিদুনা শ্রীমতীদু ইকায-ইকি, মাগী ওইব, মী ( স্বজন ) অমদি আর্য্যপথনচিংবা পূমথা থাদোক্লগা শ্রীকৃষ্ণগী চবণ-খাদা মপূঙ ফানা মছাবু কৎথোকচৈ ( আত্মসমর্পণ তৌজৈ ), মস্তুম্না আত্মসমর্পণ তৌবদা হাযনঙাই লৈতবা মনুংঙাই ( আনন্দ ) অমা যংখি, মাগী আনন্দসীগা চাংদম্নঙাই ওইবা পোংতি মাগী আনন্দসীমক্লী অতৈ অমগা চাংদম্নবা যাদে।

অসীগুম্বা সৌন্দর্য্য-মাধুর্য্য-না খল্লবা শ্রীকৃষ্ণদুনা শ্রীলবিল্বমঙ্গল ঠাকুবগা শিক্ষাগুরুনী। শ্রীকৃষ্ণনা কবম্না মাগা শিক্ষাগুরু ওইখি? শ্রীকৃষ্ণ-মক্লা থৌজানবিদুনা শ্রীকৃষ্ণগী সৌন্দর্য্য-মাধুর্য্য অনুভব তৌবা যাননবা বিল্বমঙ্গল ঠাকুবগা চিত্তদা উপায পূম্বা ফাওহনখি, অদুগা শ্রীকৃষ্ণনা কৃপা তৌবিদুনা বিল্বমঙ্গলগী চিত্তদা শ্রীকৃষ্ণ-মছামক্কী সৌন্দর্য্য-মাধুর্য্যনচি বদু ফাওহল্লগা মদুগী অনুভব তৌহনখি। মতৌ অসুম্না শ্রীকৃষ্ণনা অনুভবকী মতাঙদস্তু বিল্বমঙ্গলগী শিক্ষাগুরু ওইবিখি।

শ্রীকৃষ্ণকর্ণামৃতগী মঙ্গলাচবণ-শ্লোক অসীদা শ্রীলবিল্বমঙ্গল ঠাকুবনা মহাক্কী দীক্ষাগুরু শ্রীলসোমগিরিগী অমস্তুং শিক্ষাগুরু শ্রীকৃষ্ণবু খুরুম-জবি।

মঙ্গলাচরণ-শ্লোকসীদা শ্রীল বিল্বমঙ্গল ঠাকুরনা মহামকী বর্ত্মগুরু, দীক্ষাগুরু অমসুং শিক্ষাগুরুবু খুরুম্লিবনী হায়না কনা কনাগুম্বনা হায। মখোযগী মত-সীগী মতু, ইম্না চিন্তামণি শব্দগী অর্থদি চিন্তামণি কৌবী বেশ্যা অদুনী, বেশ্যা অসী শ্রীসবিল্বমঙ্গলগী বর্ত্মগুরুনী ( পরমার্থগী লম্বী তাকপা মীনী ), মরমদি মহাক্কী কবেম্নবা—শ্লেষবাক্যনা বিল্বমঙ্গলগী মোহ ( পঙথবম্বদু ) কোকখিবম্মী অদুগা শ্রীকৃষ্ণ ফংননবা হায়দুনা যুম থাদোক্লুনা চংখিরম্মী।

## মূল ৫৮

জীবে সাক্ষাৎ নাহি, তাতে গুরু চৈত্ত্যরূপে।
শিক্ষাগুরু হয কৃষ্ণ মহান্তস্বরূপে ॥ ৬৮ ॥

## শব্দার্থ

জীবে—জীবনা, সাক্ষাৎ নাহি—উবা ফংদে, তাতে—মবমদুনা, গুরু—গুরু, চৈত্ত্যরূপে—চিত্তদা ( থম্মোইদা ) লেঙশল্লিবা পরমাত্মা ওইনা, শিক্ষাগুরু—ভজন তাকপীবা গুরু, হয—ওই, কৃষ্ণ—কৃষ্ণনা, মহান্তস্বরূপে—ভক্ত অথোযবা ওইনা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অন্তর্য্যামী পবমাত্মাবু কনাগুম্বনস্ত নমীৎনা উবা যংদবনীনা পবমাত্মা মহাক্না ভক্ত অথোযবা অমা ওইনা থোবকয়ি। অসীগুম্বা শিক্ষাগুরুসে শ্রীকৃষ্ণ নত্তনা অতৈ অমা নত্তে

## নৈনরোল

মহান্ত হাযবদি ভক্ত মকোক হায়বসীগী লক্ষণদি শ্রীমদভাগবত-না মখাগী অস্মূম্না পীবি —

মহান্তস্তে সমচিত্তা প্রশান্তা বিমন্যব সুহৃদঃ সাধবো যে।
যে বা ময়ীশে কৃতসৌহৃদার্থা জনেষু দেহম্ভববার্ত্তিকেষু।
গৃহেষু জায়াত্মজরাতিমৎসু ন প্রীতিযুক্তা যাবদর্থাশ্চ লোকে।
৫/৫/২৩।

"জীব পুন্নমকপু চপ মান্নবা উবা, মপূক-খোযদবা, প্রশান্ত হাযবদি শ্রীভগবানদা লৈবা মবুদ্ধিতু চেৎলবা, শাউগন্দবা, মী পুন্নমক্কী মরূপ ওইবা, সাধু হাযবদি আচার-ফজবা, শ্রীভগবানবু প্রীতি তৌবনা ( নুংশিবনা ) পুরুষার্থ ওই হায়না খল্লবা, ভগবান-না পেনবা হাযবতু নত্তনা অতোপ্পা পোৎ অমবু পুরুষার্থনী খল্লবা, হকচাঙ যোক্লবা অমদি হকচাঙগী পেন্নন-বদা হিংলিবা ( ধর্ম্মগী রা নৈনদবা ), বিষযদা লূপ্পা মীশিংবু নুংশিদবা, নুপী-অঙাঙ যুম্নচিংববু নুংশিদ্রবা, হিংবগী চঙগদবা শেল খবদংদা ফংলগা পেন্দূনা ভগবান-না পেনগদবা ভক্তি হাযবতুদা চৎলগা শেল পামদ্রবা— অদুগুম্বা মখোযতুনা মহৎ নী।"

## মূল ৫৯

তত্তো দুঃসঙ্গমুৎসৃজ্য সৎসু সজ্জেত বুদ্ধিমান্।
সন্ত এবাস্য ছিন্দন্তি মনোব্যাসঙ্গমুক্তিভি ॥ ৫৯ ॥

## শব্দার্থ

তত৹—মবমতুনা, দুঃসঙ্গম্—ফত্তবা সঙ্গ, উৎসৃজ্য—থাদোক্লুনা, সৎসু—অফবা মীশিংদা, সজ্জেত—হকচন্না নকশনগনী, বুদ্ধিমান্—অশীঙবা মীনা, সন্তঃ—সাধু-ভক্তশিং, এব—লেপ্পমক, অস্য—মহাক্কী, ছিন্দন্তি—কক্থৎলী, মনোব্যাসঙ্গম—পূক্লীঙনা হক্‌চিনববু, উক্তিভিঃ—পাওতাক পাওমেন রাহৈনা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মবমতুনা বুদ্ধি-লৈবা মীশিংনা ফত্তবা সঙ্গ থাদোক্লুনা অফবা মীশিং-গী নাক হকচন্না নকশনবা চুম্মী। সাধুভক্তশিংনা পাওতাক পাওমেন-বাহৈ শীজন্নতুনা মী অদুগী পূক্লীঙগী থোইদোক্লা হক্‌চনবতু ( সংসাবদা পূক্লীঙ থিংজনবতু—আসক্তিতু ) কক্থৎপী।

## নৈনরোল

শ্লোক অসী শ্রীমদভাগবতম্-দগীনী (১১/২৬/২৬)। শ্রীকৃষ্ণনা উদ্ধবকী মফমদা শ্লোক অসীদা য়াওবা রাফমসী হায়খিবনী। মতাঙদি পুরুরবা অমসুং স্বর্গগী অপ্সরা উর্ব্বশী অনীগী রাবী অতু নৈনরকপগী মতাঙনী।

উর্ব্বশীনা থাদোক্লম্লবা মতমদা পুরূরবা-না কায়ন-মৈচাক চাক্লম্বা মতমদা মৈচাক কোক্লবা তম্বগী মতাঙতুনী।

ফত্তবা সঙ্গনা মীওইবগী পূক্লীঙবু ভগবানগী মায়কৈদগী চিংথোকযি হাযবা মবম্না ফত্তবা সঙ্গবু অশীঙবা মীনা থাদোকয়ি। ফত্তবা সঙ্গ-সী করিনো হাযবতু শ্রীমন্ মহাপ্রভুনা হায—"স্ত্রীসঙ্গী এক অসাধু, কৃষ্ণাভক্ত আর॥ —নুপীগা তিন্নবা মীতা অতুগা কৃষ্ণদা ভক্তি-লৈতবা মীতা অনীসী ফত্তবা মীনী।" শ্রীমদভাগবতমদস্ত হাযবি—"তস্মাৎ সঙ্গো ন কর্ত্তব্য স্ত্রীষু স্ত্রৈণেষু চেন্দ্রিয়ৈ। —মরমতুনা নুপীনে অতুগা নুপী-পামগনবা মীনে অনীসীগা লোযননা ইন্দ্রিযনা সঙ্গ তৌফদে। হাযবদি মখোযগী মশক যেংফদে মখোযগী বা তাফদে—অসীনচিংবা)। ১১/২৬/২৪॥"

নৈনবিবা শ্লোকসীদা যাওবিবা দুঃসঙ্গ (ফত্তবা সঙ্গ) শব্দগী মতাঙ-দা শ্রীমনমহাপ্রভুনা হায়বিবম্মী—"দু সঙ্গ কহিযে কৈতব আত্মবঞ্চনা। কৃষ্ণ, কৃষ্ণভক্তি বিনা অন্য কামনা॥ ২/২৪/॥" কৃষ্ণবু পান্বা অতুগা কৃষ্ণভক্তিবু পান্বা অনীসী নত্তনা অতোপ্পা অমা পান্ববু দু সঙ্গ (ফত্তবা সঙ্গ) কৌযি। ফত্তবা সঙ্গনা ভগবানগী ওইবা হীরমদগী পূক্লীঙবু চিংথোক-যি, অতুনা দু সঙ্গ থাদোকফম থোকযি হাযবিবনী। অতুবু দু সঙ্গ তোক্লগা হেক্তা পূক্লীঙসী ভগবানগী মাযকৈদা মায লেন্দে, দু সঙ্গ তোকপগ লোযননা সৎসঙ্গস্ত (অফবা সঙ্গস্ত) তৌগদবনী। সৎসঙ্গ তৌদ্রবদি অসৎ-সঙ্গ থাদোকপা যাদে। ফত্তবা মী অমদি ফত্তবা পোৎকী মফমদগী ইছাবু মতম খবদি লাপ্না থন্বা যাই, অতুবু মন বুদি লাপ্না থন্বা বাই। মন অসীনা তৌবমখৈ তৌরুবগা ফৎতবা পোৎকী মাযকৈদা হেক্তা অমূক চেনশল্লী। প্রাকৃত ওইবা পোত্তাদা পূক্লীঙ থিংজনবসী (আসক্তিসী) জীবগী মৈহৌবোন অনাদিকালদগী তৌবকপা কর্ম্মগী মখা পোনবনা মাযাশক্তিদগী পোকপনী। মাযাশক্তি হাযবি সীদি ঈশ্বরগী শক্তিনী। মাযাশক্তিদগী নান্থোক্কে হাযব-বদি ঈশ্বরদা চঙজববদদা যাই। গীতানা হাযবি—"দৈবী হ্যেষা গুণময়ী মম মাযা দুরত্যযা। মামেব যে প্রপদ্যন্তে মাযামেতাংতরন্তি তে॥ ৭/১৪॥ —ঐগী মাযা অসী লান্থোকপা যাম্না বাবনী। অতুবু ঐঙোন্দদবু চঙজববা মীশিংনা মাযা অসীবু লান্থোক্কনী।" ভগবানগী কৃপা নত্তনা জীবনা মাযাগী মখুত্তগী অতুগা মাযাদগী পোকপা দুঃসঙ্গ অদু তৌনীঙবদগী লান্থোকপা ঙমদে। অতুবু ভগবান্গী কৃপা ফংবদি ভক্তগী কৃপা নত্তনদি য়াদে। মরম-সীনা দুঃসঙ্গ থাদোকপগা লোযননা ভক্তশিংগস্ত সঙ্গ তৌগদবনী। নত্রগদি

কণ্ডবা পাম্বা হায়বতু পূরক্লীও দা অতুম ভূত্তনা লৈগনী। মরমসীনা তু'সঙ্গ থাদোকপগা লোয়ননা সৎসঙ্গস্তু তৌগদবনী হায়না হাযরিবনী।

**সৎসঙ্গ** হাযবসী কবিনো ? সৎ (অফবা) হাযবসী করিবু কৌবগে ? শ্রীমদভাগবতমদা শ্রীভগবান-না হায— "সন্তোঽনপেক্ষা মচ্চিত্তা প্রশান্তা সমদর্শিন। নির্ম্মমা নিবহঙ্কাবা নির্দ্বন্দ্বা নিষ্পরিগ্রহা॰।। ১১/২৬'২৭।। অনপেক্ষা ( ঙাইদবা হাযবদি কর্ম্ম-জ্ঞান নচিংববু অতুগা দেব-দেবী অমদি মীওইবা কনাবু ঙাইদবা ) ওইবা, ঐঙোন্দা ( শ্রীভগবান্-দা ) থম্মোই কৎলবা, শাউগন্দবা, জীব পুন্নমকপু চপ মান্নবা উবা, হকচাঙ অমসুং হকচাঙগী ওইবা পোত্তাদা মমতা ( ঐগী হায়বা ) লৈত্রবা, নাপল-থারবা, নির্দ্বন্দ্ব ( তূমাদগী হাযবদি মান-অপমান, অই-অশানচিংববু চপমান্নবা উবা ) ওইবা, মচা-মশু-তালোইনচিংবদা হকচল্লা পূরক্লীও থিং-জন্দবা—অতুগুম্বা মখোয়তু সংনী হাযবদি সাধুনী ( অফবা মীনী )।

**বুদ্ধিমান্** (লৌশিং লৈবা মী) হাযবা শব্দসীনা তাক্লিবদি অসীনী, তু সঙ্গ থাদোক্লগা সৎসঙ্গ তৌবা মীদি **বুদ্ধিমান্**-নী, অতুগা ফৎতবা সঙ্গ তোক্তনসু অফবা সঙ্গবু তৌব্রবদি বুদ্ধি লৈবা নত্তে।

সংসাববিষযদা লূপ্পসী ( আসক্তি ওইবসী ) কোক্হন-ঙম্বা কান্নবা পাওতাক-পাওমেলগী ব্রাহৈদি মহান্তশিংগী মফমদগী ফংনৈ হাযবগীদমক মহান্তশিংদি শিক্ষা-গুরুনী হাযবসী প্রমাণ তৌননবা হায়তুনা নৈনরিবা শ্লোকসী লৌখৎতুনা শ্রীলকবিবাজ গোস্বামীনা পল্লিবনী।

## মূল ৬০

সতাং প্রসঙ্গান্মম বীর্য্যসংবিদো
ভবন্তি হৃৎকর্ণরসাযনা কথা॰।
তজ্জোষণাদাশ্বপবর্গবর্ত্মনি
শ্রদ্ধাবতির্ভক্তিবনুক্রমিষ্যতি ।। ৬০ ।।

## শব্দার্থ

সতাং—সাধুশিংগী, ভক্তশিংগী, প্রসঙ্গাৎ—চেৎনা নক্কন্নবদগী, মম—ঐগী, বীর্য্যসংবিদঃ—মহিমাগী জ্ঞান-না থল্লবা মী ভবন্তি—ওই ; হৃৎ

—থম্মোই , কর্ণ—নাকোঙ , রসায়নাঃ—রসগী থোরকফম্ , ( হৃৎ-কর্ণ-রসায়না'—থম্মোইদা অমসুং নাকোঙদা পেন্নঙাই ওইবা ), কথাঃ—ৱারী , তৎ—মখোযদু , জোষণাৎ—চপচানা নৈনহনা মহাও তংবদা , আশু—থুনমক , অপবর্গ—অরান্-খুভমগী , বত্ম নি—লম্বীদা , (অপবর্গ-বর্ত্মনি—মুক্তি-লম্বীগী মশক ওইবা ভগবান-দা) , শ্রদ্ধা—থাজবা ; রতিঃ—প্রেমগী মযোন্ , ভক্তিঃ—প্রেমভক্তি ( মুংশিনা ভক্তি তৌবা ) অনু-ক্রমিষ্যতি—মথঙ মথঙ ওইখৎলকযি।

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

শ্রীভগবান-না হায়রম্মী "সাধুশিংগা লোযননা চেৎনা সঙ্গ তৌববদি ঐগী-ইতীক-ইযাযগী ( মহিমাগী ) ৱাবী পোকথোক্লকযি , বাবী অদুদি থম্মোই অমসুং নাকোঙগী পেন্নঙাই মশক্নী , প্রেমগা লোযননা বাবীদুগী মহাও তংলবদি, অরান্-খূভমগী-লম্বীগী-মশক-ওইবা ঐঙোন্দা শ্রদ্ধা (থাজবা), রতি ( প্রেমগী মযোন ), অদুগা প্রেমভক্তি মথঙ্ মথঙ ওইখৎ-লকযি।

## নৈনৱোল

শ্লোক অসী শ্রীমদ্ভাগবতমদগীনী ( ৩/২৫/২৫ )। কপিলদেবনা মমা-বেম্মা দেবহূতিগী ৱাহংগী পাওখুম ওইনা শ্লোকসীদা য়াওবা ৱাফমসী হাযখিবনী। শ্লোকসীদা উৎলিবদি সাধু সঙ্গ তৌবদগী প্রেমভক্তি ফাওবা ফংলকপা য়াই হায়বদুনী।

প্রসঙ্গ শব্দগী অর্থদি প্রকৃষ্ট ( পূঙহেন-হেনবা ) মওংদা সঙ্গ তৌবা হাযবনী। খ্বায ময়াম্না তৌবদগী হেন্না নকসন্নবসু প্রসঙ্গ কৌবনী। খ্বাযনা তৌনবা সঙ্গদদি মনাক্তা চংথোক-চংশিন তৌবা, মনাক্তা ফম্বা, সাধুশিং-গী মতৌ যেংবা, চাওবাকপা পাওতাক তাবা, অসীনচিংবা ওই। প্রকৃষ্ট সঙ্গদদি সাধুগী থৌগল সেবা তৌদুনা সাধুবু পেলহল্লী , মতুদা থৌগল-সেবক অদুবু সাধুদুনা মুংশিরকল্লি অমসুং থৌজানবিরকযি। সেবক অদুনা ৱা হংজরকপদা থম্মোই-নাকোঙ অনীমক পেন্নঙাই ওইবা হরি-কথা তৌনরকল্লি। অসীগুম্বা হরি-কথাদি শ্রীহরিগী বীর্য্য-সংবিৎ ওই, হায়বদি সাধুসঙ্গদগী ওইরিবা কথাদুদগী শ্রীহরিগী মতীক-মযাই ( বীর্য্য ) মপূঙফানা থঙবা ঙম্মী। অসুম্না শ্রবণ তৌবনা শ্রীহরিনা থৌজাল-হৈবগী

অতুগা সংসার-মায়াদা পুৎথববা মীবু ( পতিত জনবু ) লৌখৎপগী গুণ অতুনা মীওইবগী থম্মোইবু চিংশল্লী, অহুদগী অম্সুম মথঙ মথঙ্ শ্রদ্ধা ( থাজবা ) পোল্লকযি। সাধুশিংগী পাওতাক অমসুং ফিদম মতুং ইন্না ভজন তৌশল্লকপতুনা, হাযবদি শ্রদ্ধাগা প্রীতিগা ( নুংশিবগা ) লোয়ননা হবি কথা তাব তাবগা মমৈদা সংসাববিষযগী বাখল তোল্লকযি অমসুং ভক্তি পোল্লকপনা কোন্থংদা রতি (প্রেম-অঙ্কুব—নুংশিবগী মযোন), অতু-দগী প্রেম ( শ্রীহবিবু নুংশিবা ) ফাওবা ওইবা যারকযি।

অপবর্গ-বর্ত্ম হাযবগী অর্থদি **শ্রীভগবান্‌-বু** হাযবনী। **অপ-বর্গ** হাযবদি অবান-খুভম হাযবনী, অতুগা **বর্ত্ম** হায়বনা লম্বী হায়বনী। মহাক্কী লম্বীদা ( বর্ত্মনি ) অরান্‌-খুভম ( অপবর্গ ) ওই হাযতুনা মহাকপু **অপবর্গবর্ত্ম** কৌরিবনী। মহাক্কী লম্বীদা চৎপা মতমদা মোক্ষনচিংবগা থেংনৈ হাযবগীদমক মহাক **অপবর্গবর্ত্ম** ওই হাযবনী। মসী হাযরুবগী মরমদি অসীনী, শুদ্ধা ( মায়া-পত্তবা ) ভক্তিগা লোযননা শ্রীভগবানবু লাংচবিবা মীশিংনা অবান-খুভম্বু ( মোক্ষবু ) পামদে। মখোযনা পামজবা অমখক্ত, লৈজবতুদি—প্রেমগা লোযননা শ্রীভগবানবু সেবা তৌবা হায়-বসীনী। ভগবান-না মোক্ষ পীগে হাযরবফাওবদা মখোযনা লৌদে, 'দীযমানং ন গৃহ্নন্তি বিনা মৎ-সেবনং জনাঃ—ঐগী সেবা নত্তনা ( মোক্ষ ) পীববফাওবদা মখোয়না লৌদে।' মবমসীনা হায়বিবনী, ভক্তিগী কৃপানা শ্রীভগবানগী চবণ তম্না চঙশল্লকপগী লম্বীদা অপবর্গ (অবান খুভম-মোক্ষ) লৈরিবনী, মবমন্থনা শ্রীভগবানগী মিং অপবর্গ-বর্ত্ম কৌরিবনী। অতুবু ভগবানবু নুংশিবা ( ভগবৎপ্রেম ) হায়বতুদি রানা ফংনওাইনী, প্রেমসীবু ভগবান-না ঈরায লাযনা পীথোকপিদে, ভুক্তি-মুক্তি পীরগা থাদোক-দবগী ওাক তৌযি। অসুম্না ফংবদা রাববা প্রেম অসিসু সাধুশিংগী চীন্দগী হবি কথা তাজবদা থুনমক ফংবা ওম্মী—বাফমসী নৈনবিবা শ্লোকসীনা উৎলি।

সাধুশিংনা থম্মোই নাকোঙ-পেন্নওাই ওইবা হরিকথা তাহন্দুনা জীববু ভক্তিগী লম্বীদা চঙশন হল্লী, মরমতুনা সাধুশিংসে জীবগী শিক্ষাগুরুনী। রাফমসী নৈনরিবা শ্লোকসীনা উৎলি।

**মূল ৬১**

**ঈশ্বরস্বরূপ** ভক্ত তাঁব অধিষ্ঠান।
**ভক্তের হৃদযে কৃষ্ণের** সতত বিশ্রাম ॥ ৬১ ॥

## শব্দার্থ

ঈশ্বরস্বরূপ—ঈশ্বরগী মশক ওইবা, ভক্ত—ভক্ত, তাঁর—মহাক্কী (ঈশ্বরগী), অধিষ্ঠান—লৈফম্নি, ভক্তের—ভক্তগী, হৃদয়ে—থম্মোইশুংদা, কৃষ্ণের—কৃষ্ণগী, সতত—মতম পুম্বদা, বিশ্রাম—পোত্থাবা, লৈবা (ওই)।

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

ভক্তিদি ঈশ্বরগী মশক্কী, ( মবমদি ভক্তদি ) ঈশ্বরগী লৈফম্নী, ( করিগীনো হায়রবু ) ভক্তগী থম্মোইশুংদা ঈশ্বরনা লৈ।

## তৈনরোল

ভক্তগী থম্মোইলকানুংদা শ্রীকৃষ্ণনা মতম পুম্বদা পোত্থাবগী শুংঙাই-বতু ফংঙী হাযবদি ভক্তগী থম্মোইশুংদা শ্রীকৃষ্ণ মতম পুম্বদা লৈ। ভক্তগী থম্মোইদি শ্রীকৃষ্ণগী সিংহাসনগুম্বনী, অদুগা ভক্তগী দেহনা মহাক্কী শ্রীমন্দিরনী। শ্রীমন্দিরস্তু শ্রীমন্দিরগী মনূঙদা লৈবা ইষ্টদেবগা মান্নবা ভক্ত-শিংগী লাংনফম্নী, মতৌ অদুগুম্না ভক্তস্তু কৃষ্ণগা মান্নবা পূজা-তৌফম্নী, মবমদি ভক্তগী থম্মোইদা শ্রীকৃষ্ণ লৈ। অর্থ অসী লৌদুনা ভক্তবু ঈশ্বরগী মশক্কী হাযবদি ঈশ্বরগুম্বনী হাযরিবনী। স্বরূপ অশেঙবা হাযবগবুদি ভক্তগা শ্রীকৃষ্ণগা খেন্নদবদি নত্তে, মবমদি ভক্তনা শ্রীকৃষ্ণগী মনাইনী।

ভক্তগী থম্মোইদি শ্রীকৃষ্ণগী পোত্থাশঙগুম্বনী। মীওইবনা মরূপ মপাঙ পুশন্দুনা পোত্থাশঙদা হবাও-তয়াংমিন্নগে হাযনা ফম্মিন্নৈ। কনাগীস্তু পুক্নীঙদা নুংঙাইতবা যাবা থবক অমতা পোত্থাশঙদুদা কনামতনা তৌদে, পোত্থাশঙদদি হরাওমিন্নবা নত্তনা করিমতা তৌদে। ভক্তগী প্রেমগী মখা পোন্দুনা শ্রীকৃষ্ণস্তু মতম পুম্বদা ভক্তগী থম্মোইশুংদা লৈ—অদুগা আনন্দ ভোগ তৌযি অমস্তুং ভক্তবু আনন্দ ভোগ তৌহল্লী। শ্রীকৃষ্ণনা ভক্তগী প্রেমরস ফান্দুনা মথন্তু নুংঙাইজৈ অদুগা ভক্তদা মাগী ফজবা শক্কী অমস্তুং মাধুর্য্যগী মহাও তংহল্লগা ভক্তবু নুংঙাইহল্লী। আনন্দগী চুপ থোক-চুপশীন্ তৌনবসীদা আনন্দ-স্বরূপ ওইবা শ্রীভগবান্-না কয়ামুক পুক্নীঙ চঙবগে হায়রবু—ভক্তশিংনা মহাকপু নত্তনা অতৈ কনামতবু খঙদবদোনা মহাকস্তু ভক্তবু নত্তনা কনামতবু খঙবা লৈতে। মরমসীনা মহাক্না ভক্ত-থম্মোইবু কদৌঙৈদস্তু থাদোক্নীঙদে। মরম ময়ামসীনা—"**ভক্তের হৃদয়ে কৃষ্ণের সতত বিশ্রাম**" হায়না হায়রিবনী। ভক্তগী থম্মোইশুংদা শ্রীকৃষ্ণনা

মতম পূন্বদা নুংঙাইবদমক ফংঙী, পুক্নীঙ লাংতক্নঙাই করিমতা ফংদে, মরমদি ভক্তদি ভগবানগী মফমদা অন্না-অনঙগী বা অমতা হঙ্গত্তে।

শ্রীকৃষ্ণনা অন্তর্য্যামী ওইনা জীব-খুদিংগী থম্মোইনুংদা ডাম্বোইদুনা লৈ, অদুবু মদুদি করিমতা লিপ্ত ( থৌশা-রাশাবা ) ওইদবা সাক্ষী-গুম্বনী। অন্তর্য্যামীনা জীবগী থম্মোইদা আনন্দগী মওং অমতা ফংদে, জীবনসু অন্তর্য্যামীবু আনন্দ ফংহনগে হায়না কবিমতা তৌদে। মবমসীনা শ্রীকৃষ্ণনা ভক্তগী থম্মোইদা আনন্দ ফংবগুম্না অন্তর্য্যামীনা জীবগী থম্মোই-দা নুংঙাইবা ফংদে। বাযেনশঙগী বিচাবপতিনা বাপাশিংগী মীচঙ চঙদব-গুম জীবগী থবক্তা অন্তর্য্যামীনা থৌশা-রাশাদে ( লিপ্ত ওইদে )। অদুগা বিচাবপতি ওইবা মীদুনা মযুমদদি নুংশিবা মুপী-অঙাঙনচিংবা যুমগী মীশিংগা বিচাবপতি নংতবগুম চংলগা হরাওমিন্নে নুংঙাইমিন্নে মতৌ অদুগুম্না ভক্তগী থম্মোইনুংদা লৈবা শ্রীকৃষ্ণদি আনন্দ উপভোগ তৌযি।

পয়াব অসিগী প্রমাণ ওইনা শ্রীমদ্ভাগবতকী শ্লোক অনীথক লৌখং-তুনা পল্লি।

## মূল ৬২

সাধবো হৃদযং মহ্যং সাধুনাং হৃদযস্ত্বহম।
মদন্যত্তে ন জানন্তি নাহং তেভ্যো মনাগপি ॥ ৬২ ॥

## শব্দার্থ

সাধবং—সাধুশিংনা, হৃদয়ম—থম্মোইনী, মহ্যম—ঐগী, সাধু-নাম্—সাধুশিংগী, হৃদযম—থম্মোইনী, তু—লেপ্পমক, অহম—ঐ, মৎ—ঐঙোন্দগী, অন্যৎ—অতোপ্পা, ( মৎ অন্যৎ—ঐ নত্তবা অমবু ), তে—মখোযনা, ন জানন্তি—খঙদে, ন—নত্তে, অহম—ঐ, তেভ্যং—মখোয নত্তবা অমতা, মনাক্—মরীক ( বিন্দূ ), অপি—সু।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীভগবান-না হায—"সাধুশিংনা ঐগী থম্মোইনী, ঐসু সাধুশিংগী থম্মোইনী। মখোযনা ঐবু নত্তনা অতৈ করিমতা খঙদে, ঐসু মখোয়বু নত্তনা অতৈ অমা খঙদে।"

## নৈনরোল

শ্লোক অসী শ্রীমদ্ভাগবতম্‌দা যাওবি ( ৯/৪/৬৮ )। দুর্ব্বাসা মুনিগা মহারাজা অম্বরীষগা শাওনবা মতাঙহৃদা শ্রীভগবান-না হায়খিবনী। দুর্ব্বাসানা অম্বরীষবু হাৎকে হোৎনবকপদা ভগবান্‌গী পুন্নমক্না খঙনববা খূৎলাই সুদর্শন চক্র অদু ভক্ত অম্বরীষগী থব্রাই কন্ননবা হাযত্নুনা চোংথোবক্লে। সুদর্শন চক্রনা দুর্ব্বাসাগী থবাই লৌবগে তৌবকপদা মুনি কিবত্নুনা চেনথ্রগা স্বর্গগী লাইয়াম লক্তা চঙজখি। লাই অমতনা মুনিবু কনবা ঙমখিদে। মবমত্নুনা দুর্ব্বাসানা ভগবান বিষ্ণুদা ঙাকপীযু হাযজখি। মহাবাজা অম্বরীষতনা মাবু ঙাকপীবা ঙমগনী, ভগবান বিষ্ণুস্মু ঙাকপীবা ঙম্মোই হাযনা তাকপীবকযি। মতাঙসীদা ভগবান্ বিষ্ণুনা শ্লোকসী হায়খিবনী।

ভক্তশিংনা মতম পুম্বদা ভগবানবু থম্মোইনুংদা খন্দুনা লৈ, ভগবান নত্তনা মখোযনা অতৈ অমবু সাববস্তনী ( মচি ওইবা পোৎনী ) হাযনা খঙদে। মবমত্নুনা ভগবান-না ভক্তগী থম্মোইদা লৈ। পোৎ-তৃঙফমগা ( আধাবগা ) মনূঙদা লৈবিবা পোৎকা ( আধেযগা ) অমতা ওই হাযনা খন্দুনা, নত্রগা ভগবান্‌গা লোযননা ভক্ত থম্মোইস্মু অমতা ওইশল্লে হাযনা খন্দুনা ভগবানবু সাধুশিংগী থম্মোইনী হাযনা হাযবিবনী। মতৌ অদুগুম্না ভগবান্নস্মু ভক্ত নত্তনা অতৈ করিমতবু মাগী নুংঙাইবগী মরম্নী হায়না খঙদে। মহাকস্মু মতম পুম্বদা ভক্তবু থম্মোইনুংদা খল্লী। মবমত্নুনা মতম পুম্বদা ভগবানগী থম্মোইদা ভক্তস্মু ঙাম্হোইত্নুনা লৈ। মবমসীনা ভক্তবু ভগবান্‌গী থম্মোইনী হাযনা হাযব্বিবনী।

ভক্তগী থম্মোইদা ভগবান্-না মতম চুপ্পদা লৈ হাযবগী প্রমাণ অদু শ্লোকসীনা ওইবে। শ্লোকসীনা বা অমস্মু তাক্লি মত্নুদি ভক্তগী থৌজাল নত্তনা ভগবানবু ফংবদি ওইথোক্কে।

## মুল ৬৩

ভবদ্বিধা ভাগবতাস্তীর্থীভূতা স্বযং প্রভো।
তীর্থীকুর্বন্তি তীর্থানি স্বান্তস্থেন গদাভৃতা ॥ ৬৩ ॥

## শব্দার্থ

ভবৎ—নহাক, বিধা —গুম্বা, (ভবদ্বিধাঃ—নহাক্গুম্বা), ভাগবতাঃ

—ভগবান্‌গী ভক্তশিংনা, তীর্থীভূতাং—তীর্থগী মশক ওইবা, স্বয়ম্—মহা মহামক্না, প্রভো—হে ইবুঙেঙা, তীর্থীকুর্বন্তি—তীর্থ ওইহল্লী, তীর্থানি—তীর্থশিংবু, স্ব অন্তঃস্থেন—মখোয় মখোয়গী থম্মোইন্নুংদা লৈবা, গদাভৃতা—গদা-পায়বা ভগবান-না।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(যুধিষ্ঠিরনা বিদুরদা হঙ্গৎলম্মী)—হে প্রভু, নহাক্নুন্না ভগবদ্ভক্তশিংদি মহা মহামক্না তীর্থগী মশক্নী, মখোয মখোযগী থম্মোইন্নুংদা লৈবা গদাধর (গদা পাযবা) ভগবানগী মপান্না তীর্থশিংবু (লাইফমশিংবু) লাইফম (তীর্থ) ওইহল্লী।

### নৈনবোল

বিদুরনা তীর্থ কোযকুবগা যুধিষ্ঠিরগী নাক্তা থুংলববা মতমদা যুধিষ্ঠিরনা বিদুরদা শ্লোকসিদা যাওরিবা ৱাফমসী হাযখিবনী। শ্লোকসী শ্রীমদ্ভাগবতমদগী লৌথোরকপনী (১/১৩/১০)। তীর্থ ওইবা মফমশিংদি জীব পুন্নমকপু পবিত্র ওইহল্লী (শেংদোকযি)। মীওইবনা তীর্থ চৎপদি মহা মহাবু শেংদোক্লবনী। অদুবু বিদুরগুম্না পরম ভাগবতশিংদি মহা মহাবু শেংদোক্লবগীদমক তীর্থ চৎত্রবস্ত যাই, মরমদি মখোযগী মহান্নুংদা অমোৎপা শেংদবা করিমতা লৈতে। অশেঙবা হায়বা পুম্বগী থোবকফম ওইবা, অদুগা মহাকপু হেক নীঙশীঙবগা জীবগী নুং-পান অনীমক পবিত্র হেক্তা ওইবা, অদুগুম্না গদা-পাযবা শ্রীভগবান্-না পরমভাগবতশিংদুগী থম্মোইদা মতম পুন্নমক্তা ঙাল্লি, মরমদুনা ভাগবতশিংদুগী মহা মহাদা অমোৎপা শেংদবা কবিমতা লৈফম থোক্তে। অদুম ওইনমক ভাগবতশিংসীনা তীর্থ চৎপদি মখোয মহাগীদমক্তি কবিস্থ তোংজনঙাই লৈতে, তোংজবা ফংলিবদি তীর্থ ওইবা মফমশিংদুদনী। মহানা ঙাল্লবা মৈদা ঘী হৈজল্লবদি মৈঙান্দ্ অমুক হেন্না ঙানখৎলকপগুম মহানা শেংদুনা লৈরবা তীর্থস্থানশিংদু পরমভাগবতশিংনা লেঙশল্লকপদা মখোযগী থম্মোইন্নুংদা ঙাল্লিবা গদাধর ভগবান্‌গা শম্নবদগী পবিত্র ওইবদু হেঙ্গৎলকয়ি হাযবদি মহাতীর্থ ওইখৎলকয়ি। ৱাফম অসী শ্রীল-বিশ্বনাথ চক্রবর্ত্তীনা অস্থুম্না হাযরম্মী—"মহাতীর্থীকুর্ব্বন্তি, পাবনং পাবনানামিতিবৎ।" অমুক কনা কনাগুম্বনা হায, পূক-শেংদবা তীর্থযাত্রীশিংগা শম্নবদগী লাইফমশিংস্থ শেংদবা ওইদুনা

তীর্থ নত্তবগুম্লকয়ি , তীর্থ শিংতু পরমভাগবতশিংনা লেঙশল্লকপদা পবিত্র ওইরক্তুনা তীর্থগী শক অমূক লৌখৎলকযি। মরমসীনা পবম ভাগবত-শিংনা তীর্থ কোযবদি তীর্থগীদ মঙ্গল ওইননবগীনী ।

গদাধব শ্রীভগবান্-না ভক্তগী থম্মোইনুংদা মতম পূম্বদা লৈ হাযবতু উৎননবগীদমক শ্লোক অসী মফমসিদা পল্লিবনী ।

## মূল ৬৪

সেই ভক্তগণ হয়ে দ্বিবিধ প্রকাব ।
পাবিষদগণ—এক, সাধকগণ আব ॥

## শব্দার্থ

সেই—মখোয , ভক্তগণ—ভক্তশিংতু , হয—ওই , দ্বিবিধ—অনী থোকপা , প্রকাব—মখল মও , পাবিষদগণ—ভগবানগা লোযনতুনা লৈবা ভক্ত, পার্ষদশি , এক—অমা , সাধকগণ—ভক্ত ওইগে হোৎ-নবিবা মীতাশি ( সাধক ভক্ত ) , আর—অতোপ্পা অমনা ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মখোয় ভক্তশিংদি মখল অনীনী। অমনা ভগবানগা লোযনবা পার্ষদ-ভক্তশিংনী অতুগা অমনা ভক্ত ওইগে হোৎনবিবা সাধকশিংতুনী ।

## নৈনরোল

ভগবানগী পরিকব ওইনা মতম পূম্বদা মহাক্কা লোযনতুনা লৈবশিংবু পাবিষদ-ভক্ত কৌযি। পার্ষদ-ভক্তদি অমুক মখল অনী থোকযি। মতুদি —নিত্যসিদ্ধ ( মতম পূম্বদা সিদ্ধ ওইরিবা ) পার্ষদ, অতুগা অমনা সাধন-সিদ্ধ (হোৎনববা মতুংদা সিদ্ধ ওইবকপা) পার্ষদ—অসীনী। অনাদিকাল-দগী শ্রীভগবান্‌গী পবিকব ( লোযনবা ) ওইনা মংগী লীলাদা সহায ওইবা, অতুগা মখোয় মাযালাংদা থুত্নুনা সংসাবদা লাক্কবা, অতুগুম্বা মখোয-দি নিত্যসিদ্ধ পার্ষদনী। নিত্যসিদ্ধ পার্ষদশিংগী মনুংদা থরনা শ্রীভগবানমক্কী অংশ ( স্বাংশ ) নত্রগা স্বরূপকী অংশনী, মতুদি সঙ্কর্ষণ-নচিংবা , থব অমনা ভগবান্‌গী শক্তিগী বিলাস ওইবা যাই, মতুদি ব্রজগোপীশিং , পার্ষদশিংগী মরক্তা নিত্যসিদ্ধ জীবসু য়াওবা য়াই। মাযানা শুমহৎলবা

মতাওদা সংসাব ভোগ তৌরগা কোন্থ্রদা ভজন তৌবগী মপাল্লা ভগবান্‌গী কৃপা ফংদুনা সিদ্ধি ফংলগা ভগবানগী পার্ষদ ওইবা ফংজবা মীতাশিংবু সাধনসিদ্ধ পার্ষদ কৌযি।

পযাবসীদা হাযবিবা **সাধকগণ** অসী সাধক ভক্তবু হাযবনী। সংসারসিদা লৈবগা ওইবিবা দেহ অসীদা সাধন-ভক্তি তৌববা মীশিংবু সাধক কৌবা যাই। অদুবু ভক্তিশাস্ত্রদদি থোইদোকপা ফীভম অমদা কাখৎলবা সাধকশিংবু সাধকভক্ত কৌযি। ভক্তি সাধন তৌবগা প্রেম পোক্লকপগী মথঙ-মনাওদি অসীনী—অহান্‌বদা শ্রদ্ধা ( থাজবা ), মদুগী তুংদা সাধুসঙ্গ, মদুগী তুংদা ভজনগী থৌ, মদুগী তুংদা ভজনগী মপাল্লা অনর্থ-নিবৃত্তি হাযবদি ভজনগী নত্তবা মাযাগী বাখল কোকপা ( কোক্লিবসী আ শিকনা হাযবদি খবতনী ) অদুগী তুংদা ভজন-দা নিষ্ঠা (নৈশনবা, থব্রাই যাওবা), মদুগী তুংদা ভজন পামশন বা (রুচি), মদুগী তুংদা ভজন-দা আসক্তি ( হকচন বা ), মদুগী তুংদা কৃষ্ণদা বতি হাযবদি প্রেমাঙ্কুব ( মুংশিবগী মযোন ) পোকপা, অদুগী তুংদা প্রেম ( নুংশিবা )। জীবগী লৈবিবা দেহগী ফীভমসিদা হাযবিবা প্রেমগী মতাওসিদগী হেন বা যাদে। প্রেমগী মমাঙ থংবা মতাওদি বতিনী, বতিগী মতাওসিফাওবা কাববা সাধকশিংবু **জাতবতি** ( বতি পোক্লবা ) ভক্ত কৌযি, জাতরতি ভক্ত শিংগীস্থ অপবাধ ওইবকুনা অনর্থ পোকপগী তাঞ্জা লাকপা য'ই। জাত বতি ভক্তশিং অসৌবু **সাধকভক্ত** কৌযি। বিল্বমঙ্গলঠাকুবগুম্বা ভক্তশিংদি সাধক ভক্তনি। ভক্তগী থম্মোইদা শ্রীকৃষ্ণনা ভক্তগী প্রেমবু মহাও তংঙী। থম্মোইদা-প্রেম-লৈত্রবা মীদুগী থম্মোইদুদা শ্রীকৃষ্ণনা মহাও তংগদবা কবিগুম্বা পোৎ অমতা লৈত্রে অদুনা মাগী থম্মোইদু শ্রীকৃষ্ণগী মতম-পুম্বগী বিশ্রাম তৌফম ওইদ্রে। জাতরতি ভক্তগী থম্মোইদা প্রেমগী অঙ্কুব ( মযোন ) অদুদং চোংঙী, মরমদুনা মখোয়গী থম্মোইদস্থ শ্রীকৃষ্ণগী মহাও তংনঙাই ওইবা পোৎকী মযোন্‌ চোংলে।

অমবু ওইববস্থ অমবু ওইববস্থ, সাধকভক্তশিংনা জীবগী উপদেষ্টা ( পাওতাকপীবা ) শিক্ষাগুরু ওইবা যাই, জীবশিংনা সাধকভক্তশিংবুদি দর্শন ফংবা ঙম্মী। অদুগা পার্ষদভক্তশিংদি কনামতগী শিক্ষাগুরু ওইবা যাদে, মরমদি মখোযদি মতমপুম্বদা শ্রীভগবানগী পরিকর ওইদুনা লৈ, অদুনা জীবনা মখোয়বু উবা ফংবদি ওইথোক্কে। অদুমকপু ভগবান্‌-না প্রকটলীলা শাম্নবা মতমদা পরিকরশিংস্থ প্রকট ওই, অদুনা মখোয়বু

মীওইবশিংনা উবা ফংজে। মতুম্না প্রকট ওইরকপা মতমদা পার্ষদভক্তশিং-না জীবগী শিক্ষাগুরু নত্রগা দীক্ষাগুরু ফাওবা ওইবা যাই।

পয়ার অসী ফাওবদা গুরুগী মবমদা তৌবা প্রসঙ্গ লোইরে। শ্রীকৃষ্ণ-না গুরু ওইনা করম্না বিলাস তৌয়ি হাযবদু উৎনবা তৌবদা গ্রন্থকার কবিরাজনা উৎলিবদি অসীনী—অন্তর্যামী পবমাত্মাগী মশক ওইবা শিক্ষা-গুরুগী স্বরূপতি শ্রীকৃষ্ণগী স্বরূপ-নী; মরমদি মহান্তি শ্রীকৃষ্ণগী মছামক্কী অংশনী, স্বরূপকী অংশনী। দীক্ষাগুরুগী স্বরূপতি শ্রীকৃষ্ণগী নুংশিথোইবা ভক্তনী অদুগা মহান্তগী মশক ওইবা শিক্ষাগুরুসু স্বরূপ যেংদুনা হাযবগদি শ্রীকৃষ্ণগী নুংশিবা ভক্তনী, নুংশিবা অমা ওইবনা শ্রীকৃষ্ণগা মখোয়গা খেন্নদে হাযবনী অদুগা শ্রীকৃষ্ণগুম্না পূজানী হাযবগী বা ওইনবা হাযদুনা দীক্ষাগুরুবু কৃষ্ণস্বরূপনী নত্রগা কৃষ্ণগী প্রকাশ-স্বরূপনী হাযরবনী।

শিক্ষাগুরুগী বা হাযবকপা মতমদা মতা চাকদুনা পয়ারসীদা ভক্তগী রাস্তু হাযবি। শ্রীকৃষ্ণনা ভক্ত ওইনা শাম্নে হাযবদু উৎপা মতমদা গ্রন্থকার কবিরাজ গোস্বামীনা হাযবি—**পারিষদগণ এক, সাধকগণ-আর**। নিত্যসিদ্ধ নত্রগা সাধনসিদ্ধ জীব, অদুগা সাধক ওইবা ভক্তশিং, মখোয-পুম্নসে মশক অশেঙবা (স্বরূপ) অদু য়েংলুরগদি শ্রীকৃষ্ণগী মনাই ওাক্নী, মখোযসে শ্রীকৃষ্ণগী নুংশিবা ওাক্নী হাযদুনা নত্রগা শ্রীকৃষ্ণগী চিত্তগা মখোম্নগী চিত্তগা অমতা ওইশল্লী হাযবগীদমক মখোযসীবু কৃষ্ণ-স্বরূপনী হাযবিবনী।

## মূল ৬৫-৬৭

ঈশ্বরের অবতার এ তিন প্রকার।
অংশ-অবতার আর গুণ-অবতার॥ ৬৫॥
শক্ত্যাবেশ অবতার তৃতীয এমত।
অংশ-অবতার পুরুষ মৎস্যাদিক যত॥ ৬৬॥
ব্রহ্মা বিষ্ণু শিব—তিন গুণাবতারে গণি।
শক্ত্যাবেশ—সনকাদি, পৃথু, ব্যাসমুনি॥ ৬৭॥

## শব্দার্থ

ঈশ্বরের—পরমেশ্বর ভগবানগী, অবতার—নোংঙুম্নকপা শাযোন, এতিন—অহুম অসী, প্রকার—মখল, অংশ-অবতার—শরুক্না ওইবা

অবতাব , আর—অদুগা , গুণ-অবতার—সত্ত্ব-রজঃ-তমঃগুণ-অহুমগী ওইবা অবতার , শক্তি-আবেশ-অবতার—ঈশ্বরগী শক্তি ( মঙম ) চঙবা অবতার , তৃতীয়—অহুমশুবা , এমত—অস্থূম্না , অংশ-অবতার—অংশ ওইবা অবতার পুরুষ—পুরুষ অবতার অহুম , মৎস্য—ঙাগী শাযোন , আদিক—অসিনচিংবা , যত—লৈবা পৃম্বা , ব্রহ্মা—ব্রহ্মা , বিষ্ণু—বিষ্ণু , শিব—শিব মহাদেব , তিন—অহুম , গুণ-অবতারে—গুণগী মপু ওইবা অবতারলক্ত্রা , গণি—ঐনা শীঙথাযে , শক্তি-আবেশ—শক্তি-চঙবা অবতাবদি , সনক-আদি—সনকনচিংবা কুমার মরি , পৃথু—নিংথৌ পৃথু , ব্যাস মুনি—ব্যাসদেব ।

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

ভগবান্‌গী অবতাব মখল অহুম্নী—অংশ-অবতার ( মপুমগী শরুক ওইবা শাযোন ) অদুগা ( সত্ত্ব-নচিংবা ) গুণ অহুমদা-তোংবা অবতাব অদুগা শক্তি-চঙবা ( শক্ত্যাবেশ ) অবতার । পুরুষশিং অদুগা ম্যস্যনচিং-বসু অংশ-অবতাবনী । ব্রহ্মা, বিষ্ণু, শিব অহুমসী গুণ অবতারনী, অদুগা শক্তি-চঙবা অবতাবশিংদি সনকনচিংবা কুমাবশিংনে, পৃথু নিংথৌনে, ( বেদ-লেংলম্বা ) ব্যাসদেব মুনিনে অসীনী ।

## টৈননরোল

অংশ-অবতাব, গুণ-অবতার, শক্তি-আবেশ অবতার হায়না ভগ-বানগী অবতাব মখল অহুম্নী । অংশাবতারবু স্বাংশ ( স্ব-মছামকী, অংশ-শরুক ) হায়নসু হায । মসী স্বযং রূপকী অংশনী, তৌবগীবুদি স্বয়ং রূপ নত্রগা বিলাস-রূপতগী শক্তি খব য়াৎনা অংশাবতারদা উংলী । কারণা-র্ণবশাযী, গর্ভোদকশায়ী, অমসুং ক্ষীবোদশায়ী কৌবা পুরুষ অহুমসীনে, মৎস্য (ঙা)-কূর্ম্মনচিংবা অবতাবশিংনে—মখোয়সী অংশ-অবতাব কৌযি ।

বিশ্ব-টাইবং শেম্বা ( সৃষ্টি ), ঙাকপা ( স্থিতি ) অদুগা মাঙহনবা ( সংহার ) হাযবা থবকশিংসী তৌননবগীদমক রজঃ, সত্ত্ব, অদুগা তমঃ—গুণশিংগী মপু ( অধিষ্ঠাতা ) ওইনা অনীশুবা পুরুষ গর্ভোদকশায়ী অব-তারদগী মথংশীংনা ব্রহ্মা, বিষ্ণু, অদুগা শিব থোরকয়ি । সত্ত্বনচিংবা গুণ-শিংগী অধিষ্ঠাতানী ( মপুনী ) হায়ত্রনা মখোযসীবু গুণাবতার কৌয়ি । মখোয়সীগী মনূঙদা ব্রহ্মানা রজঃ গুণগী অধিষ্ঠাতৃদেবতানী, মহাক্ষা

জীবশিংবু সৃষ্টি তৌবনী। বিষ্ণুনা সত্ত্বগুণগী অধিষ্ঠাতানী, মহাক্না জগৎপু ঙাক-শেন্‌বনী। অহুগা শিবনা তমঃ গুণগী অধিষ্ঠাতানী, মহাক্না জগৎপু প্রলয় তৌবনী। করিগুম্বা কল্প অমদা মতীক-চাবা জীব ফংলবদি কল্পতু-মক্তদা মতীক চাবা জীবহুদা শক্তি সঞ্চার তৌতুনা ( শক্তি হান্‌জন্দুনা ) ভগবান্-না জীবতুবু ব্রহ্মা অমস্নুং শিবগী থবক তৌহল্লী, হাযবদি সৃষ্টি অমসু প্রলয় তৌহল্লী। অসীগুম্বা জীবনা ওইবা ব্রহ্মাবু জীব-কোটি ব্রহ্মা অমস্নুং শিববু জীবকোটি শিব কৌযি। মখোযসী আবেশ-অবতাবনী। অনীশুবা পুরুষগী অংশ ওইবশিংতুনা ঈশ্বরকোটিনী।

জ্ঞান শক্তিনচিংবা খাইদোক্তুনা ভগবান না অথোইবা জীবদা চঙতুনা তোংলবদি জীবদো **শক্ত্যাবেশ** অবতার কৌযি। ভগবান্ গী শক্তি চঙলগা মীতুদি গ্রহশিংনা তোংবা মীতাগুম্না তৌযি। **আবেশ** অসি মখল অনীনী, ভগবানগী **শক্তি** বাৎতক্না চঙবা অথোইবা জীবশিংদি মছা মছাবু ঈশ্বব-পবতন্ত্রনী ( ঈশ্ববদগী তোপ্পনী ) হায়না খল্লী, মতুদি নাবদ, সনক, অসিনচি বা। অতুগা শক্তি খবা হেন্তক্না চঙলনা জীবশিংদি **ঐহাক ভগবান্-নী** হাযনা খল্লী, মতুদি ঋষ্যদেব নচিংবা।

অবতাব মখল অহুমসীগী মনূঙদা অংশাবতাবশিংনে অতুগা ঈশ্বব কোটি-ব্রহ্মা, শিব অমসু বিষ্ণুনে—মখোয পুম্বা ভগবানগী স্বরূপকী অংশনী। ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা মাগী অংশনা হাযবিবা রূপ কযাসী লৌতুনা শান্নে। শক্ত্যাবেশ অবতাবদনা শক্তি চঙলিবা জীবশিংতুগী স্বরূপ অশেবা হাযরগদি মখোযতু ভক্তনী, অসীগুম্বা ভক্তশিংগী দেহদা কবিহন্বা থবক পাঙথোক্নীঙবগীদমক শ্রীকৃষ্ণনা শক্তি ওইনা শান্নবনী।

## মূল ৬৮

তুইরূপে হয ভগবানেব প্রকাশ।
একেত' প্রকাশ হয আবেত' বিলাস ॥ ৬৮ ॥

## শব্দার্থ

তুইরূপ—মওং অনীদা, হয—ওই, ভগবানেব—ভগবানগী, প্রকাশ—শকউং, একে—অমদনা, ত'—লেপ্পমক, প্রকাশ—মছামক্কী শকউং, হয—ওই, আরে—অমা অতোপ্পদনা, ত'—লেপ্পমক, বিলাস—লীলা শান্নবগী তোঙানবা শকউং।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ভগবান-না শকউৎ মথল অনীদা মছাব উৎলী। অমনা প্রকাশ ( মছামক্কী শক অত্তুমক উৎপা ) অত্তুগা অমনা বিলাস (লীলা শান্নবগীদমক তোঙান্বা শক্তম) হায়বসীনী।

## তৈনবোল

**দুইরূপে ভগবানের প্রকাশ** হায়বা বাক্যসীদা যাওবা **প্রকাশ** শব্দগী চুম্নগী শক-উৎকী অথদা শীজন্নবনী। অকোন্বা পবেৎদা যাওরিবা **প্রকাশ** অমসুং **বিলাস** শব্দ অনীসী পারিভাষিক অর্থদা শীজন্নবিবনী। অনীসীগী খেন্নবদি মখাগী শ্লোক পংক্তি ( ৬৯-৭০ ) অসীদা ব্যাখ্যা তৌদুনা তাক্লি।

## মূল ৬৯ ৭০

একই বিগ্রহ যদি হয় বহুরূপ।
আকারে ত' ভেদ নাহি, **একই স্বরূপ** ॥ ৬৯ ॥
মহিষী বিবাহে যৈছে কৈল রাস।
**ইহাকে কহিযে কৃষ্ণের** মুখ্য **প্রকাশ** ॥ ৭০ ॥

## শব্দার্থ

একই—অমত্তুমক্তা　বিগ্রহ—মূর্ত্তি, হকচাঙ, যদি—বদি, হয়—ওই, ( যদি হয়—ওইববদি ), বহুরূপ—তোঙাস্তাবা মূর্ত্তি ময়াম, আকারে—শক্তাদা, ত'—লেপ্নমক, ভেদ—খেন্নবা, নাহি—লৈতে, একই—অমতা ওইবা, চপমান্নবা, স্বরূপ—শক্, মহিষী—দ্বারকাগী লৈমাশিংবু, বিবাহে—লুহোংবদা, যৈছে—ওইবা মওংদা, যৈছে—মওংদা, কৈল—তৌখি, রাস—জগোই রাস, ইহাকে—মসীবু, কহিযে—কৌয়ি, কৃষ্ণের—কৃষ্ণগী, মুখ্য—মক্কওইবা, **প্রকাশ**—প্রকাশ কৌবা শকউৎ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মূর্ত্তি অমত্তুমক্তা মূর্ত্তি ময়াম থোক্লগা আকারদি ( মশক্তি ) খেন্নদবা, অত্তুগা **স্বরূপ** অমতগী ওইবা—মত্তুদি কবম্বা মওংদনো হায়বদু **শ্রীকৃষ্ণনা** দ্বারকাদা লৈমা ( লীশীঙ তরাতরক্কী মশীঙ গুননবা ) চপ মান্নবা মূর্ত্তি

( লীশীঙ তরাতরক-খক ) ওইখিবা অতুগা জগোই শান্নবদা ( গোপী অনী অনীগী কাবক্তা কৃষ্ণ মূর্ত্তি অমমম্ ) থোকখিবা—অতুগুম্বা শকউৎপু কৃষ্ণগী মকওইবা প্রকাশ কৌযি।

## নৈনরোল

ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণনা মছা মথন্তনা মতম অমতদা মফম তোঙান তোঙান বদা মশক উৎপগী পাবিভাষিক শব্দদি **প্রকাশ** কৌযি। অস্মূন্না উৎপদি দ্বাবকাদা উৎখী। দ্বাবকাদা শ্রীকৃষ্ণগী লৈমা লীশীঙ তাবাতরক্কখক লৈবম্মী। লৈমা অমমমগী সঙ্গায অমমম তোঙান-তোঙান্না লৈবম্মী। সঙ্গায খূদিঙ-মক্তা মতম অমতদা শ্রীকৃষ্ণ লৈমা খূদিঙগী নাক্ত লৈবম্মী। অস্মূন্না লৈবা মতমদা মূর্ত্তি লীশীঙ তাবাতরক্কমক রূপ গুণদা কবিমতা খেন্নদবা মওংদা উৎলম্মী। অসীগুম্বা প্রকাশবু মখ্য প্রকাশ কৌযি। মথন্তনা জগোই বাস-দস্ত গোপী খুদিঙগী ওইনা বৃষ্ণ মূর্ত্তি অমমম উৎখি।

হাযবিবা মুখ্য প্রকাশ নত্তবা গৌণ ওইবা প্রকাশ জাত্তা অমস্ত লৈ। মতুবু **বিলাস** কৌযি। বিলাস হাযবসিদি মছামক্কী রূপ ( শক ) অতুদগী আকারদা খবা খেন্নৈ, অদুবু স্বরূপতদি মছামক্কা কবিমতা খেন্নদে। শ্রীকৃষ্ণ-গী ইহান হানবা বিলাসদি শ্রীবলবাম-নী, অতুগা বৈকুণ্ঠদা লৈবিবা নাবায়ণ মূর্ত্তিশিংতু বলবামদগী থোকখিবা বিলাস মূর্ত্তি ওাক্লী। শ্রীকৃষ্ণগা বলবামগা অনীগী দেহতু কুচুদা খেন্নবতুদ নত্তনা মূর্ত্তিদা কবিমতা খেন্দে। বৈকুণ্ঠগী শ্রীনাবাযণ-না খূৎ-মবি-লোঙবনী অতুগা শ্রীকৃষ্ণগীনা খূৎ অনী-দমক পাল্লী।

লৈমা মযাম লুহোংবদা অতুগা জগোইবাসদা শ্রীকৃষ্ণগী প্রকাশ মূর্ত্তি ফোঙখিবতুগী প্রমাণ ওইনা শ্রীমদ্ভাগবতমগী শ্লোক অনীসী গ্রন্থকাবনা উৎলী।

## মুল ৭১

চিত্রং বতৈতদেকেন বপুষা যুগপৎ পৃথক।
গৃহেষু দ্ব্যষ্টসাহস্রং স্ত্রিয় এক উদাবহৎ ॥ ৭১ ॥

## শব্দার্থ

চিত্রম্—অঙকপগী মশক ওইবা, বত—ওঃ, এতৎ—মসী, একেন

—অমতনা, চপমান্নবনা , বপুষা—হকচাঙনা , ( একেন বপুষা—হকচাঙ অমতনা ) , যুগপৎ—মতম অমতদা , পৃথক্—তোঙান্ তোঙান্না , গৃহেষু —সঙ্গাযশিংদা , দ্বি-অষ্ট-সাহস্রম্—লীশীঙ তরাতরুক , স্ত্রিয় —লৈমশিং , এক:—মথন্তনা , উদাবহৎ—লুহোংখি।

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

( শ্রীনারদনা হাযখি )—ভগবান শ্রীকৃষ্ণ মথন্তনা চপমান্নবা হকচাঙ অমতনা মতম অমতদা সঙ্গায় মযামদা তোঙান তোঙানা লৈমা লীশীঙ তারাতরুকপু লুহোংখি , মসী যাম্না ঙক্লবা বাবম্নী।

## নৈনবোল

শ্রীকৃষ্ণনা নবকাসুরবু হাৎলগা নবকাসুবগী মযুমদগী লৈশাবী লীশীঙ তাবাতরুক পুবরুগা মতম অমতদা হকচাঙ অমতনা তোঙান-তোঙানবা যুম খৃদিংমক্তা তোঙান-তোঙান্না লৈবা লৈমা লীশীঙ তাবাতরুকপু লুহোংখি হ যবসী তাকুবদা শ্রীনাবদ মুনিনা ঙক্লুতুনা শ্রীমদ্ভাগবতমগী শ্লোক ( ১০/ ৬১/২ ) অসীদা যাওবিবা বার্স ফোঙদোকখিবনা।

সৌভবি ঋষিনা কাযব্যহ প্রকাশ তৌডুনা, হাযবদি মূর্ত্তি মযাম লৌব ডুনা মতম অমতদা নুপী মযাম্বু উপভোগ তৌখি নাবদমুনিস্ন কাযবূ্যহ শাবা ঙম্মী , অদম ওইনমক শ্রীকৃষ্ণনা লৈমা লীশীঙ তারাতরুক মতম অমতদা তোঙান্ তোঙানবা যুমদা মচা মথন্তনা লুহোংবদা ঙক্লুবগী মবমদি অসীনী—শ্রীকৃষ্ণদি কাযব্যহ শাবগা মতম অমতদা লৈমা লীশীঙ তারাতরুকপু লুহোংখিবা নত্তে। কায়বূ্যহদদি যোগশক্তিনা দেহ যাম্না থোকপা যাই , শ্রীকৃষ্ণদি হকচাঙ মযাম থোকখিবা নত্তে মাগী হকচাঙ অত্থমতনা মতম খূদিঙদা লৈদুনা লৈমা মযাম্বু লুহোংখিবনী। থৌদৌসীদি যোগীশিংগী মতীক নত্তে , মীওইবনস্ন অস্মম তৌবা ওইথোক্তে , মবমদি মীওইবগী হকচাঙদি ঙমখৈ নাইবনী, মতম অমতদা যুম ময়ামমক্তা মীওইবগী হকচাঙনা লৈবা ঙমদে। মরমসীনা যোগশক্তিচেনবা মীওইবনা মফম মযামগীদমক হকচাঙ মযাম লৌরগা কায়ব্যুহ শাই—মহাক্কী জীবাত্মাবু হকচাঙ ময়ামদা চঙহন্‌বা ঙম্মী। ভগবান্‌দি খনবদা থোক্তবা শক্তি চেনবনীনা কায়বূ্যহ শারুত্রবস্নু য়াই। মহাক্তি বিভুবস্তুনী ( মফম পূম্নমক্তা শীন্থুংনা লৈবনী ), মাগী স্বরূপ অদুনা দেহ অমতদা মহাক্তি মতমপুম্বদা মফম খূদিঙদা লৈবনী

মরমতুনা হকচাঙ অমতনা মতম অমতদা মফম অয়াম্বদা রূপ-গুণ চপমান্নবা হকচাঙ ময়াম ফোঙবা ঙম্মী, বিভুবস্তুনা অম্মন্না ফোঙবসী প্রকাশ হায়-বন্থনী। লঘুভাগবতামৃতদা হাযরি—প্রকাশস্তু ন ভেদেষু গণ্যতে স হি ন পৃথক্। —স্বযংরূপকা প্রকাশগা খেন্নদে, স্বয়ংরূপকী দেহদগীসু তোঙান্দে।" কাযব্যূহদদি হকচাঙ তোঙান-তোঙানবদা জীবাত্মা অমতনা চঙবনী, অদুগা প্রকাশদদি বিভু ওইবা দেহে অম্নমতনা মফম তোঙান্-তোঙানবদা রূপ অমতদা উৎপনী। বিভু ভগবান্‌গীদি দেহগা ( হকচাঙগা ) দেহীগা ( আত্মাগা ) খেন্নবা হাযবদু লৈতে, মরমতুনা প্রকাশগী মতমদা জীবাত্মানা চঙবা হাযবা বাদু লৈতে, ভগবানগী দেহগা দেহীগদি অমতনী—মদুদি আনন্দ হাযবদুঙাক্নী। রাখলগী রাংমদা লৈবা ( অচিন্ত্য ) শক্তিনা মহাক্কী বিভুদেহবু মহাক্না নীঙলকপা মতমদা অমসুং মফমদা মাগী পবিকরশিংদা উহন্‌বী।

## মূল ৭২

রাসোৎসবঃ সম্প্রবৃত্তো গোপীমণ্ডলমণ্ডিতঃ।
যোগেশ্বরেণ কৃষ্ণেণ তাসাং মধ্যে দ্বয়োর্দ্বযো ॥ ৭২ ॥

## শব্দার্থ

রাস-উৎসব—জগোই বাসগী কুম্মৈ হরাওবা, সম্প্রবৃত্তঃ—হৌরম্লে, গোপীমণ্ডলমণ্ডিতঃ—গোপী মযাম্না চক্র শানা লৈতেংলবা, যোগেশ্বরেণ—যোগশক্তি পূম্নমক্কী মপুনা, কৃষ্ণেণ—কৃষ্ণনা, তাসাম—মখোযগী, মধ্যে—মরক্তা, দ্বযো দ্বয়োঃ—অনী অনীগী।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

গোপীশিংনা কোয়না লেপ্লগা লৈতেংলবা জগোইবাস উৎসব অদু মপুঙ ফানা হৌগৎলম্লে। যোগগী মপু ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা মছাবু গোপী অনী অনীগী কারক্তা থনম্মী।

## নৈনরোল

শ্লোক অসী শ্রীমদ্ভাগবতম্‌দগী লৌথোরকপনী ( ১০/৩৩/৩ )। রাস শব্দগী অর্থদি বস পুম্বনা তিন্নবা মপূম হায়বনী। উৎসব শব্দগী অর্থনা থোইদোকপা মশান্না অমগী নুংঙাইরবা পর্ব্ব ( কুম্মৈ-থোদোক ) হায়বনী।

নুংঙাইরবা পর্ব্ব অমদা থোইদোকপা মশান্না ( ক্রীড়া ) অমা শান্নতুনা পুমহাও-হাওনা তংনঙাই ওইরবা রস পূন্থা ফোঙদোক্লবা অমসুং মহাও তংনববা,—অদুগুম্বা পর্ব্ববু রাস-উৎসব কৌযি। শ্রীকৃষ্ণদি রস-স্বরূপ-নী —রসো বৈ স — হায়রি। রস শব্দগী অর্থদি মহাও তংনঙাই ওইবা পোৎ ( আস্বাদ্য ) অমসু, মহাও তংলিবা মহাক ( আস্বাদক ) হায়বনী, মরম-সীনা শ্রীকৃষ্ণদি আস্বাদ্য অমসু, আস্বাদক অনীমক্কী। শ্রীকৃষ্ণবু নুংশিবদা পুঙহেন-হেন্নবী গোপীশিংগা লোযননা জগোই শামিন্ন ঈশৈ শকমিন্ন হক্ক-হক্ক কোন্নমিন্ন রাসলীলাদা শান্নমিন্নবদা ব্রজগী শকহেনবীশিংগী নুংশিবা মও, মখল মখল অদুগা শ্রীকৃষ্ণগী অসুম অসুম হেন্নৎলক্তুনদা লৈবা মাধুর্য্য (মধুবভাব—অথুম্বা মও,) মপূঙ ফানা ফোঙদে ক্লম্মী। গোপীশিংনা শ্রীকৃষ্ণগী মাপা-লৈত্রবা মাধুর্য্য বসদু থক্লম্মী অদুগা শ্রীকৃষ্ণসু গোপীশিংগী নঙ-নঙ-লাওবা প্রেমবসদুগী মহাও তংলম্মী। কবিংম্বা পর্ব্ব অমা থোকপদা অচা-অথক মথেন মথেন মরা, কাযনা চাবগুম বাসলীলাদসু শ্রীকৃষ্ণগা গোপী-শিংগগী মীৎ নাকোঙনচিংবগী অপেনবা পোকহন্নবা রস মথেল মখল মযামদু ফোঙদোক্লখি, মবমদুনা রাসবু রাস উৎসব হাযরিবনী।

বাস-উৎসব-না সম্প্রবৃত্ত ওইবে হাযরি। সম্প্রবৃত্ত শব্দগী অর্থদি মপূঙফানা হৌবে হাযবনী। সম্প্রবৃত্ত হায়বা ৱাহৈসীনা তাকপদি রাস উৎ-সবনা কর্ত্তা ( থৌবু ) ওইবগা শ্রীকৃষ্ণবু করণ (খুৎলাই) ওইহল্লে হাযবনী। বসিক শেখব ( বসিকলশা মকোক ওইবিবা ) শ্রীকৃষ্ণনা বাসলীলাবু কর্ত্তা ওইহল্লগা মহাক মছাদুনা করণ ওইবিখি—উৎসবসীনা কৃষ্ণবু পুনিংবা মও,দা পুবদা শ্রীকৃষ্ণনা যাবম্মী, মদুগী মরমদি শ্রীকৃষ্ণনা পবম-বসগী মখল মথেল শুনা চুপ্পীঙবদগীনী। অতোপ্পা লীলাশিংদদি শ্রীকৃষ্ণনা কর্ত্তানী, করণ ( খুৎলাই ) থক ওইদে। মবমসীনা লীলা অতৈদগী বাসলীলানা পুঙহেন হেন্না নুংঙাইবা লীলা ওইবিবনী। শ্রীকৃষ্ণনা শক্তিমান ( শক্তিচেনবা ) ওইবিবনী, মাগী লৈজবা শক্তি পূম্ববু মহাক্না শীজন্নীঙবা মওংদা শীজন্নবি-বনী, মহাকপু মাগী শক্তিনা শীজন্নদে—মতৌসুম্না শক্তিমানগা শক্তিগা অনীগগী মবী ওইবিবনী। অদুবু রাসলীলাদদি শ্রীকৃষ্ণ মছামকপু বাস-লীলানা শীজন্নরে—মরমদুনা মহাক্কী লৈজবা শক্তিপূম্নমক্কী মনূঙদা বাস-লীলানা পুঙহেন হেল্লীবনী। কনাগুম্না কনাগুম্বা অমবু ঙাইরবদি ঙাই-বন্নিবা মীদু লাক্লদৌরিবা মীগী মখা পোল্লে। শ্রীকৃষ্ণনা ঙাইবম্বদি রস-আস্বাদন হাযবদুবুনী, বাস-উৎসবতদি খ্বাইদগী হেন্না চুপ্পঙাই ওইবা

রসতু ওইথোকযি, মবমতুনা শ্রীকৃষ্ণনা রাস-উৎসব অতুবু ডাইরিবনী, মবমতুনা শ্রীকৃষ্ণবু করণ ওইহল্লগা রাস-উৎসবনা কর্ত্তা ওইতুনা পুনিংবা মওংদা পুবিবনী।

**যোগেশ্বরেণ কৃষ্ণেণ** হাযবসীনা তাক্লিবদি শ্রীকৃষ্ণদি যোগেশ্বরনী হাযবনী। **যোগ+ঈশ্বর** হাযবসীনা **যোগেশ্বর** ওইবকপনী। **যোগ** হাযবদি যোগমাযাবু হাযবনী। যোগমাযাদি ওইথোক্তববু ওইথোকহনবা ঙম্বী (অঘটনঘটনপটীযসী) মহাশক্তিনী, অতুগুম্বী মহাক্কী মবুঙেঙাবু (ঈশ্বরবু) যোগেশ্বর হাযবিবনী। যোগমাযাগী মপু ওই হাযতুনা শ্রীকৃষ্ণবু যোগেশ্বর কৌবিবনী। শ্রীকৃষ্ণবু আলিঙ্গন তৌনীঙবনা গোপী পুম্নমক্কী লাঙতক্কবতু খঙলদ্রুনা যোগমাযা কৌবা মহাশক্তি অসীনা মতম অমতদা শ্রীকৃষ্ণগী প্রকাশ-মূর্ত্তি মযাম পুথোক্লগা গোপী অনী অনীগী কারক্তা শ্রীকৃষ্ণ-মূর্ত্তি অমমম অমমম লৈবস্বতু ওইথোকহল্লম্মী, মসীনা তাকপদি শ্রীকৃষ্ণদি যোগেশ্বরনী হাযবা তাকপনী।

## মুল ৭৩-৭৪

প্রবিষ্টেন গৃহীতানাং কণ্ঠে স্বনিকটং স্ত্রিয ।
য, মন্যেরন্নভস্তাবদ্বিমানশতসঙ্কুলম ॥ ৭৩ ॥
দিবৌকসাং সদারাণামত্যোৎসুক্যভৃতাত্মনাম।
ততো দুন্দুভযো নেদুর্নিপতুঃ পুষ্পবৃষ্টয়ঃ ॥ ৭৪ ॥

## শব্দার্থ

প্রবিষ্টেন—চঙলগা। গৃহীতানাম—(মপান্বোমনা) কোল্লক্লিবশিংগী, কণ্ঠে—ঙক্তা, স্বনিকটম—মনাক মনাক্তা লৈবিবা, স্ত্রিযং—নুপীশিংনা, যম—মাবু, মন্যেরন্—খল্লম্মী, নভং—নোংদোন অতিযা, তাবৎ—খুদক্তা, বিমান—দোলাই অপাযবী (এরোপ্লেন), শত—চামা চামা, সঙ্কুলম—তিল্লবা, দিব-ওকসাম্—দেবতাশিংগী (লাইনাওশিংগী), সদারাণাম্—নুপীশিংগা লোযনবা, অত্যোৎসুক্য—যাম্না থৌরাংবনা, ভৃত-আত্মাণাম—মপূক্কীঙ থল্লবা। তত—অতুগী তুংদা, দুন্দুভয়ঃ—দুন্দুভি কৌবা পূঙ ময়াম, নেদুঃ—য়্রেরম্মী, নিপেতু—চাইথরকখি, পুষ্পবৃষ্টয়ঃ—লৈগী নোং।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

গোপীশিংগা শ্রীকৃষ্ণগা মতৌ অসুম্না তিন্নরম্বা মতমদা গোপী খুদিঙ-মক্না খল্লম্বদি—মহাক মথন্তবু শ্রীকৃষ্ণনা মুংশিনা কোন্‌শল্লম্মী হাযবসীনী। ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী অঙকপা লীলাসা যেংগে হাযত্নুনা লাইবৈপাক্কী লাইনাও-শিংনা মখোয মখোযগী নুপীশিংগা লোযননা—মখোয লোইনমক জগোই রাসতুবু য়েংনীঙবগী খোৱাংবনা—মখোয় মখোয়গী বিমান তোংতুনা নোংদোন অতিযাদা পাইরম্মী। মখোযনা নোং-চুবগুম লৈ চাইথবকখি অতুগা দুন্দুভি কৌবা পুঙজাও থীল্লম্মী।

### ঐনবোল

শ্লোকসী শ্রীমদ্ভাগবতমদগী লৌথোক্লকপনী (১০/৩০/৪৫)। মসীসু রাসলীলাদা শ্রীকৃষ্ণনা প্রকাশ-মূর্ত্তি মযাম উৎখিবগী প্রমাণ অমনী।

### মূল ৭৫

অনেকত্র প্রকটতা রূপস্যৈকস্য যৈকদা।
সর্ব্বথা তৎস্বরূপৈব স প্রকাশ ইতীর্যতে॥ ৭৫॥

### শব্দার্থ

অনেকত্র—মফম অযাম্বদা, প্রকটতা—উৎপা, রূপস্য—শক্কী, একস্য—অমতগী, (একস্য রূপস্য—শক অমতগী), যা—মতু, একদা—মতম অমতদা, সর্ব্বথা—মওং পুম্বদা, তৎ—মহাক্কী (শ্রীকৃষ্ণগী), স্বরূপ—মামক্কী শক, এব—লেপ্পমক, স—মতু, প্রকাশং—প্রকাশ কৌবা শকউৎ, ইতি—অসুম্না, ঈর্য্যতে—হাযনৈ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

আকাব (মওং), গুণ অমসুং লীলাদা মপুঙফানা অমতা ওইবগা মূর্ত্তি অমতনা মতম অমতদা মফম অযাম্বদা থোরকপতুবু প্রকাশ কৌযি।

### ঐনবোল

শ্লোকসী লঘুভাগবতামৃত (১/১১) কৌবা শ্রীল রূপ গোস্বামীনা লেংলম্বা লাইরীক্তগী লৌথোক্লকপনী। মসীসু শ্রীকৃষ্ণনা প্রকাশ ওইবগী প্রমাণ অমনী।

## মূল ৭৬

একই বিগ্রহ কিন্তু আকারে হয় আন।
অনেক প্রকাশ হয়, 'বিলাস' তার নাম ॥ ৭৬ ॥

## শব্দার্থ

একই—অমা, বিগ্রহ—হকচাঙ, কিন্তু—তৌইগুম্বস্নং, আকারে—মওংদা, হয—ওই, আন—অতোপ্পা, অনেক—তোঙান-তোঙান্‌বা ময়াম প্রকাশ—শকউৎ, হয—ওই, বিলাস—লীলাগী শকফম, তার—মতুগী, নাম—মিং।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হকচাঙ অমতগী মূর্ত্তি ময়াম্না মহৈ মহৈ মওংদা তোঙাম্নবগদি মথোয়-তুবু **বিলাস** কৌয়ি।

## নৈনরোল

হকচাঙ অমতনা ময়াম তোঙান-তোঙাম্না থোবক্লবদি তোঙানবা মথোক অতুবু **বিলাস** কৌযি। **প্রকাশ**-গুম্না **বিলাস**-সু বিভু ওইবা রূপ ( শক ) অমতনা ওইবা মখল অমনী, অহুমকপু অনীসীগী খেন্নবা অমা লৈবদি অসীনী—প্রকাশ-দনা হকচাঙ-কায়াৎ, শকফম, গুন্নচিংবা মূল স্বরূপকীগা ( থোরকফম ওইবা অত্তুগা ) মান্নে, অতুগা বিলাসদদি আকৃতি ( শকওং-শাদা ) অমস্তুং রূপনচিংবতু মূল স্বরূপকীগা খেন্নে, বিলাস-গী শক্তিসু মূলস্বরূপতগী খরা ৱাংথৈ। ৱাসী মখাদা থংনবিবা প্রমাণ শ্লোকসীদগী খঙবা যাগনী। পরব্যোম-নাথ নারাযণ, ব্রজগী শ্রীবলদেব-নচিংবসী শ্রীকৃষ্ণগী বিলাসরূপ ঙাক্নী।

## মূল ৭৭

স্বরূপমন্যাকারং যত্তস্য ভাতি বিলাসতঃ।
প্রায়েণাত্মসমং শক্ত্যা স বিলাসো নিগদ্যতে ॥ ৭৭ ॥

## শব্দার্থ

স্বরূপম—মশক, অন্য-আকারম—অতোপ্পা মওংগী ওইবা, যৎ—

মতু , তস্য—মহাকী ( শ্রীকৃষ্ণগী ), ভাতি—ঙাল্লী , বিলাসতঃ—লীলা-গীদমক , প্রায়েণ—মরোম , আত্মসমম্—মছামক্কা মান্নবা , শক্ত্যা—শক্তিনা , সং—মতু , বিলাসং—( লীলাগী ওইবা ) মূর্ত্তি , নিগদ্যতে—কৌযি ।

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

ভগবান-না মাগী শক্তি শীজন্নতুনা মছামক্কা মান্নবগুম্বা তোঙান্-তোঙানবা শক্তমগী তোঙান-তোঙান্‌বা মূর্ত্তি মযাম উৎপা মতমদা মূর্ত্তি-শিংতুবু বিলাস বিগ্রহ কৌযি ।

## নৈনরোল

শ্লোকসী লঘুভাগবতামৃতদগী লৌথোবকপনী । **প্রায়েণ আত্ম-সমং** হায়বসীদা যাওবিবা **প্রায়েণ** অসীনা তাক্লিবদি খবা বাৎথবা হাযবনী । অতুনা খণ্ডনগদবদি বিলাসদদি স্বযংরূপকী কবি কবিগুম্বা গুণ-যাওদে । খ্বাইদা যাওদবা শ্রীকৃষ্ণগী গুণ-মরিখক লৈ, মতুদি—লীলা, প্রেযসীশিংগী ( নুংশিজবীশিংগী ) মফমদা হেনজন্না লৈবা প্রেম (নুংশিবা), বেণুগী মাধুর্য্য ( ফজবা ), রূপ মাধুর্য্য ( শক্কী নুংশিবা ) । গুণ মবিসী শ্রীকৃষ্ণতগী ওইবা মবন্না বিলাসদা য়াওদে ।

## মূল ৭৮

যৈছে বলদেব, পরব্যোমে নারাযণ ।
যৈছে বাসুদেব প্রদ্যুম্নাদি সঙ্কর্ষণ ॥ ৭৮ ॥

## শব্দার্থ

যৈছে—গুম্না , বলদেব—বলদেব , পবব্যোমে—প্রাকৃত-নত্তবা আকা-শদা , নারাযণ—নাবায়ণ যৈছে—গুম্না , বাসুদেব—বাসুদেব , প্রদ্যু-ম্নাদি—প্রদ্যুম্নচিংবা , সঙ্কর্ষণ—সঙ্কর্ষণ ।

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

বিলাসগী খুদম মযামদি বলদেব, পরব্যোমগী নারায়ণ, দ্বাবকাগী ব্যূহ মরি—বাসুদেব, সঙ্কর্ষণ, প্রদ্যুম্ন অমসুং অনিরুদ্ধ অসীনী ।

## মূল ৭৯—৮০

ঈশ্বরের শক্তি হয় এ তিন প্রকার—
এক লক্ষ্মীগণ, পুরে মহিষীগণ আর ॥ ৭৯ ॥
ব্রজে গোপীগণ আর সভাতে প্রধান।
ব্রজেন্দ্রনন্দন যাতে স্বয়ং ভগবান ॥ ৮০ ॥

## শব্দার্থ

ঈশ্বরের—ঈশ্বর ভগবানগী, শক্তি—শক্তি, হয—ওই, এ—মসী, তিন—অহুম, প্রকার—মখল, এক—অমনা, লক্ষ্মীগণ—লক্ষ্মীশী, পুরে—দ্বারকাপুরদা, মহিষীগণ—লৈমশিং, আর—অতৈমনা, ব্রজ—ব্রজদা, গোপীগণ—গোপীশিং, আর—অতৈ, সভাতে—পূম্নমক্কী মনূঙদা, প্রধান—মকোক্নী, ব্রজেন্দ্রনন্দন—ব্রজনিংথৌগী মপারি কৃষ্ণ, যাতে—মবম্না, স্বয়ং—মছামক্না শংশংনা ওইবা, ভগবান—ভগবান।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ভগবানগী শক্তিশিংদি (নুপী ওইবীশিংদি) মখল অহুম থোক্না লৈং—অমনা বৈকুণ্ঠগী লক্ষ্মীশিংনী, অদুগা অমনা দ্বারকাগী লৈমশিংনী, অমসুং অমনা বৃন্দাবন-দা গোপীশিংনী। মযামপূম্বগী মনূঙদা গোপীশিংনা মকোক্নী, মবমদি ব্রজনিংথৌগী মপারি স্বয়ংভগবান্ শ্রীকৃষ্ণবু সেবা তৌবা গোপীশিংনা ফংজৈ।

## নৈনরোল

শ্রীকৃষ্ণগী শক্তিদি শীঙলাকপা ঙম্বা নত্তে। শক্তিশিংদুগী মনূঙদা **অন্তরঙ্গা** (মনূঙগী ওইবা) **চিৎ-শক্তি, বহিরঙ্গা** (মপান্থোংগী ওইবা) **মায়া-শক্তি** অমসুং **তটস্থা** (তোর্বান্তাবা) **জীবশক্তি**—অহুম্না মকোক্নী। অন্তরঙ্গা চিচ্ছক্তিসী অমূক মখল অহুম থোক্না উৎলী, মহুদি—**হ্লাদিনী, সন্ধিনী** অদুগা **সংবিৎ**। শক্তিদুনা খূৎলাই ওইরগা শ্রীকৃষ্ণনা মথন্তসু নুংঙাইবা অদুগা ভক্তশিংবুসু নুংঙাইহনবা অদুগুম্বা শক্তিবু **হ্লাদিনী** কৌযি। শক্তিদুনা শ্রীকৃষ্ণ মছাগীসু অতৈ পূম্নমক্কীসু সত্তা (লৈবা) ঙাকপা অদুগুম্বা শক্তিবু **সন্ধিনী** কৌয়ি, শক্তিদুনা খূৎলাই

ওইবগা শ্রীকৃষ্ণ মছামক্লা খঙবা হাযবতু ঙম্না অতুগা অতৈ পুম্নবুসু খঙহন্‌বা ঙম্না অতুগুম্না শক্তিবু সংবিৎ কৌয়ি।

নৈনরিবা শ্লোকসীদা চিচ্ছক্তিগী নাওং থোইদোকপা ওইরিবা হ্লাদিনী শক্তিগী রাদমক হাযরি। হ্লাদিনী শক্তিগী বিলাসদি ( শকউৎতি ) মখল অহুম্নী মতুদি—ব্রজদা কৃষ্ণগী নুংশিনবী ( প্রেয়সী ) ওইবিবী গোপীশিং, দ্বারকাদা শ্রীকৃষ্ণগী লৈমশিং (মহিষীশিং), অতুগা বৈকুণ্ঠগী লক্ষ্মীশিং।

পরব্যোমদা ( প্রাকৃত-নত্তবা আকাশদা ) ভগবানগী শীঙলাকুঙমদবা স্বরূপকী ধাম মযাম লৈ। ধাম খুদিঙমতুবু বৈকুণ্ঠ কৌযি। স্বরূপ পুম্নমকতুগী নুংশিবীশিংতুবু ( প্রেয়সীশিংতুবু ) লক্ষ্মী কৌযি। মবমসীনা শ্লোকসীদা লক্ষ্মীগণ—লক্ষ্মীশিং হাযবিবনী।

নৈনবিবা মূল অসীদা যাওবিবা **গোপী** হাযবা শব্দসীবু থোইদোক পা অর্থদা শীজন্নরি। মমা ইবেম্মা যশোদাসু গোপী-নী মবমদি মহাক গোপনিংথৌ নন্দগী লৈমনী, অতুবু মূলসীদদি মমাবেম্মা যশোদাবু নত্রগা মাশকপীগুম্বা অতোপ্পা গোপীশিংবু হাযবা নত্তে, মখোযসীদি সন্ধিনী শক্তিগী বিলাস ( শক্লোন ) ওাক্নী হ্লাদিনী শক্তিগী বিলাস নত্তে। গোপী প্রেম, গোপী-ভাব হাযবনচিংবা মফমদা ওইবা **গোপী** শব্দগুম্না নৈনবিবা মূলসীদসু গোপী শব্দসী থোইদোকপা অর্থদা হাযবদি শ্রীকৃষ্ণগী প্রেয়সী খঙনবদা শীজন্নবিবনী। অর্থসী করম্না যুং-চাবিবনো হাযবগী মবম মখাদা নৈনবি।

গুপ-ধাতুদগী গোপী-শব্দ থোরকপনী। গুপ-ধাতুদি ঙাকশেন্‌বা অর্থদা শীজন্নে, মতুনা গোপী-গী অর্থদি ঙাকশেল্লিবী হাযবনী। গোপীশিংনা ঙাকশেল্লিবতু কবিনো হাযনা পল্লমত্রবনীনা ব্যাপক অর্থদা লৌবা তাবে। অতু ওইববদি, গোপীশিংনা ঙাক-শেল্লিবদি ঙাকশেন্নঙাই ওইবা পোৎপু শেম্নবিবনী হাযতুনা অতুম্না শেন্নরিবীশিংবু গোপী হাযবা তাবে। মফম খুদিঙদা লৈবিবা পোৎ পুম্নমক্কী তুঙফম ( আধার নত্রগা আশ্রয় ) ওইরিবদি শ্রীকৃষ্ণনী। মরমদি শ্রীকৃষ্ণদি আশ্রয় তত্ত্বনী, শ্রীকৃষ্ণবু খুতুম চন্দুনা বশ (তৌহনা) মপুঙফানা ঙাক-শেন্দুনা থম্বা ঙম্বী বমণীশিংবু ( ব্রজাশিংবু ) গোপী কৌবিবনী। শ্রীকৃষ্ণবু খুতুম চন্দুনা থম্নবা অমতা ঙাযবা পাম্বৈদি প্রেম ( নুংশিবা ) হাযবতুনী, প্রেম অসে লৈবা অদূক্কী মতীক শ্রীকৃষ্ণবুসু অতুক্কী মতীক খুতুম চন্নী। প্রেমগী মখা পোন্‌বসী কয়ামূক

শ্রীকৃষ্ণনা ওইরম্বগে হায়ববু মহাক মছাবু গোপীশিংগী মফমদা লমন্-তোল্ল-বনী হায়না হায়জখি। অস্থুম্না লমন তোনবসে গোপী নত্তবা অতৈ অমগী মফমদা শ্রীকৃষ্ণনা তোনদে। মরমসীনা কৃষ্ণপ্রেয়সীবু গোপী হায়বিবনী।

অমরোমদা অস্থুম্না খন্নবস্থু যাইমা। মহাও তংনঙাই ওইবা অহাওবা পোৎপু অতুগা নুংঙাইনঙাই ওইবা পোৎপু মীওইবনা ঙাকশেন্দুনা থম্মী। শ্রীকৃষ্ণ মছামক্তি রসস্বরূপ-নী, মরমতুনা সৌন্দর্য্য-মাধুর্য্যগী ( শকফজবা-শকনুংশিবা হাযবতুগী ) খমথেংবা হায়বতুদি মঙোন্দা লৈরিবনী। মহাক্কী সৌন্দর্য্য-মাধুর্য্যবু মপূঙফানা মহাও তংগে হাযবগী অমতা-ঙায়বা উপায মহাভাব ( প্রেমগী খমথেংবা মতাঙ ) হায়বতু শ্রীকৃষ্ণগী নুংশিবী গোপী-শিংতগী মরম্নাই ওইবা লম্নী। অসিগুম্বা মহাভাব কৌবা মবন অতুবু ঙাকশেল্লী হাযতুনা কৃষ্ণ প্রেয়সীশিংবু গোপী কৌরিবনী।

লক্ষ্মীশিং অমসুং মহিষীশিংসু ভগবান্‌গী প্রেয়সীনী ( নুংশিবীনি ), মখোয়গা লোইননা গোপীশিংবু পল্লিবসীনা তাক্পদি গোপী-শব্দনা শ্রীকৃষ্ণগী প্রেয়সীশিংবু অতম্না পল্লবনী হাযবসিনী।

ব্রজনি থৌ মপারি শ্রীকৃষ্ণগী প্রেয়সী গোপীশিংনা লক্ষ্মীশিং অমদি মহিষীশিংদগী হেন্‌বগী মবমতু মতূঙ তারকপা পযারদা পীবি।

## মুল ৮১

স্বযংরূপ কৃষ্ণেব কাযব্যূহ—তাঁব সম।
ভক্ত সহিতে হয তাঁহার আববণ ॥ ৮১ ॥

## শব্দার্থ

স্বযংরূপ—মছামক্কী তশেংবা শকফম ওইবা মশক ( খুৎ-অনীদমক পান্‌বা কৃষ্ণ ), কৃষ্ণের—কৃষ্ণগী, কাযব্যূহ—মছাদগী থোবকপা শকযাম্, তাঁর—মহাক্কী, সম—মান্নবা, ভক্ত—ভক্তশিং, সহিতে—লোযননা, হয়—ওই, তাঁহার—মহাক্কী, আবরণ—পরিকর ( লোয়িন্—খমযিন্ )।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মছামক্কী তশেংবা শক্ফম্ ওইবা শ্রীকৃষ্ণগী কায়ব্যূহদি ( শাযোন-শিংদি ) মহাক্কা অমতনী। ভক্তশিংগা লোয়ননা মাগী কাযব্যূহনা মাগী পরিকর ওইরিবনী।

## টৈনরোল

**কনাগুম্বগী স্বরূপ** অহুনা অতোপ্পা **স্বরূপ** অমগী মতেঙ **ভাঙ্গবা** অদুগা **মথন্তমক ওইজবা** (স্বতঃসিদ্ধ ওইবা) মহাকপু **স্বয়ংরূপ** কৌয়ি। রূপকমসী লঘুভাগবতামৃতদা হায়বি "অনন্যাপেক্ষি যদ্রূপং স্বযংরূপঃ স উচ্যতে॥ ১২ ॥" পরব্যোমগী মবুঙেঙা নারায়ণ অদুগা ভগবৎ-স্বরূপ অতোপ্পা লৈরিবশিং পুম্নমক্কী মূল-দি ( থোরকফম মরুদি ) শ্রীকৃষ্ণনী , ভগবৎ-স্বরূপ অতৈ-অতৈ লৈবিবশিংনা লৈরিবদু শ্রীকৃষ্ণনা লৈবনা লৈবনী অমসুং মথোয় মথোয়গী ভগবত্তা ( ভগবান্ ওইরিবদস্ু ) শ্রীকৃষ্ণগী ভগবত্তাগী মপান্তাংবনী। অদুবু শ্রীকৃষ্ণনে মাগী ভগবত্তানে অসীনা অতোপ্পা কনামগী মপান্ তাংদে , শ্রীকৃষ্ণদি স্বয়ংসিদ্ধ ( মথন্তনা ওইজবনী ) মরমদুনা শ্রীকৃষ্ণ-রূপতি স্বয়ং-সিদ্ধ-রূপনী, শ্রীকৃষ্ণদি স্বয়ং ভগবান-নী। শ্রীচৈতন্যচবিতামৃতদসু হাযবি— "যাঁব ভগবত্তা হৈতে অন্যের ভগবত্তা। স্বযং ভগবান শব্দের তাঁহাতেই সত্তা॥ ১/২/৭৪ ॥" "স্বযং ভগবান কৃষ্ণ ব্রজেন্দ্রনন্দন॥ ১/২/১০২ ॥" "স্বয়ং ভগবান কৃষ্ণ—কৃষ্ণ সর্ব্বাশ্রয। পরম ঈশ্বব কৃষ্ণ সর্ব্ব-শাস্ত্রে কয॥ ১/২/৮৯ ॥" ব্রহ্মসংহিতানসু হাযবি—"ঈশ্বর পবমং কৃষ্ণঃ সচ্চিদানন্দবিগ্রহ। অনাদিরাদি র্গোবিন্দঃ সর্ব্বকারণ-কারণম্॥ ৫/১ ॥"

**কায়-গী** অর্থদি হকচাঙ হাযবনী। অদুনা **কায়ব্যূহ-গী** অর্থনা হকচাঙ পুম্নমক হায়বনী। গোপীশিংসী স্বয়ংরূপ শ্রীকৃষ্ণমক্কী হকচাঙ ময়াম্নী, শ্রীকৃষ্ণমক্কা গোপী ওইনা শকউৎলকপনী। মফমসীদা শক্তিগা শক্তিমানগা ( শক্তিচেম্বগা ) অমতনী হায়বদু উৎলী। তশেংবদি অদ্বয-জ্ঞানতত্ত্ব ব্রজেন্দ্রনন্দনদি মাগী স্বরূপ, ধাম অমসুং পবিকরনচিংবা ওইবা মছামরা চোংথোক্লগা লীলা শান্নরিব্নী। স্বরূপ-নে শক্তিনে অমসুং শক্তিগী থবক্কা লোয়ননা মহাক্কী পূর্ণতা (মপুঙ ফাবা হায়বদু) ওইরিবনী। পরিকরশিংদি মহাক্কী স্বরূপশক্তিগী বিলাসনী ( শকউৎনী ), মরমদুনা পবিকবশিংসু মহাক্কী রূপ থোইদোকপা অমনী।

**কায়গী** অর্থ অমনা মূর্ত্তিনী ( শব্দকল্পদ্রুম )। কায়ব্যূহগী অর্থদি মূর্ত্তি পুম্নমক হাযবনী। ব্রজগোপীশিংসী শ্রীকৃষ্ণগী স্বরূপ শক্তি ওইবনা, অদুগা শক্তিগা শক্তিমানগা খেন্নদবা মরম্না, ব্রজগোপী পুম্নমক শ্রীকৃষ্ণমক্কী মূর্ত্তি বিশেষনী।

**ভাঙ্গ সম** হাযবদি কৃষ্ণগা মান্নে হাযবনী। গোপীশিংদি শ্রীকৃষ্ণগী

শক্তিনী হায়দুনা অমসুং শক্তিগা শক্তিমানগা মান্নে খেন্নদে হাযবা মরম্না মখোয শ্রীকৃষ্ণগী মূর্ত্তি বিশেষনী হাযদুনা মখোযনা থোরকপসু ( আবির্ভাব ওইরকপসু ) শ্রীকৃষ্ণগী আবির্ভাবকা অমতনী। শ্রীবিষ্ণুনা লীলা শান্নবা মফম মফমদা অদুগা শান্নবগী মওং মওংদা মহাক্কী প্রেয়সী ওইবী স্বরূপ শক্তিসু মাগী মতৌগা মান্নবা শ্রীবিগ্রহদা মহাক্কী লীলাগী তেঙবাঙবী ওই, শ্রীবিষ্ণুনা দেব ওইনা লীলা শান্নবদা প্রেয়সীদুসু দেবী ওই, অদুগা শ্রীবিষ্ণুনা মীওইবা (মানব) ওইনা লীলা শান্নরবদা প্রেয়সীদুসু মীওইবগী নুপী (মানবী) ওই। রাফমসী বিষ্ণুপুরাণ-দা যাওরি, মদুদি—"দেবদেহেষ্ মানুষত্বে চ মানুষী। বিষ্ণোর্দেহানুরূপাং বৈ করোত্যেষাত্মনস্তনুম ॥ ১/৯/-১৪৩ ॥" প্রমাণ অসীদগী এখোয়না খঙলিবদি অসীনী, শ্রীভগবান্-না স্বয়ংরূপ-তা করিগুম্বা ধাম অমদা লীলা শান্নবদা মাগী স্বরূপ শক্তি প্রেয়সীসু হাযরিবা ধামদুদা স্বয়ং রূপ-তা মাগী লীলাগী মতেঙ পাংঙী। করিগুম্বা ধামদা ভগবান-না বিলাস-রূপতা লীলা শান্নবগনা ধামদুগী প্রেয়সীসু স্বয়ং-রূপকী প্রেয়সীগী বিলাস-নী। ব্রজেন্দ্রনন্দনদি স্বয়ংরূপ-নী, মরমদুনা মাগী প্রেয়সী মকোক শ্রীরাধাসু শ্রীকৃষ্ণ-শক্তিগী স্বয়ংরূপ-নী। ব্রজেন্দ্র-নন্দন-না ভগবৎস্বরূপ অতৈ অতৈগী মূল ( মরু ) ওইবগুম্না শ্রীরাধাসু অতৈ অতৈ স্বরূপকী ওইবী প্রেয়সীশিংগী মূল-নী—শ্রীরাধানা মূলকান্তা শক্তিনী। দ্বারকানাথ অদু ব্রজেন্দ্র-নন্দন শ্রীকৃষ্ণগী প্রকাশ-নী, মরমদুনা দ্বারকাগী মহিষীশিংসু শ্রীরাধাগী প্রকাশনী। পরব্যোমগী মবুঙেঙা নারাযণদি শ্রীকৃষ্ণগী বিলাসনী, মরমদুনা নারাযণগী প্রেয়সী লক্ষ্মীসু শ্রীরাধাগী বিলাসনী। মতৌ অসুম্না শ্রীরাধিকানা মহিষী অমসুং লক্ষ্মীশিংদগী হেন্না, মরমদি মহাক্না মখোয শ্রাইগী মূল ওইবনী। অদুগা শ্রীরাধা নত্তনা ব্রজ-গোপী অতৈ অতৈসু শ্রীরাধাগী কাযব্যূহগী মশক্নী। মরমসীনা ব্রজ-দেবীশিংসু দ্বারকাগী মহিষীশিংদগী অমসুং লক্ষ্মীশিংদগী হেন্না মুংশিবী ওইরিবনী।

**ভক্ত সহিতে হয়** হাযবনচিংবগী অর্থদি অসীনী—ভক্তশিংগা লোযননা শ্রীকৃষ্ণগী আবরণ ( পরিকর-মচামনাইশিং ) ওই হায়বনী। মমাঙগী ৩২-শুবা মূল অদুদা হাযরি—"কৃষ্ণ, গুরু, ভক্ত, শক্তি, অবতার, প্রকাশ। কৃষ্ণ এই ছয় রূপে করেন বিলাস।।" অসীদা য়াওরিবা ভক্ত, অবতার, প্রকাশ, শক্তি হায়রিবা মখোযসীনা শ্রীকৃষ্ণগী নত্রগা শ্রীকৃষ্ণ-চৈতন্যগী আবরণ হায়বদি পরিকরনী হাযবসীনা নৈনবিবা 'ভক্ত সহিতে-

নচিংবগী' ভাব উৎপনী। নারদ, সদাশিব, বলদেবনচিংবনা শ্রীকৃষ্ণগী আবরণ ওইবগুম্না শ্রীবাস-নচিংবা, অদ্বৈতনচিংবা, শ্রীনিত্যানন্দনচিংবা অমসুং শ্রীগদাধবনচিংবসী শ্রীমন্ মহাপ্রভুগী আবরণ ওইরিবনী।

মফমসীদা পল্লিবা ভক্ত-শব্দসীনা নিত্যসিদ্ধ অমসুং সাধনসিদ্ধ পরিকরশিংবু খঙহল্লিবনী।

## মূল ৮২

ভক্ত আদি ক্রমে কৈল সভাব বন্দন।

এ সভাব বন্দন সর্ব্বশুভের কাবণ ॥ ৮২ ॥

## শব্দার্থ

ভক্ত—ভক্তশিং, আদি—নচিংবা, ক্রমে—মথংমনাও নাইনা, কৈল—তৌরে, সভাব—লোইনমক্কী, বন্দন—খুকুম্বা, এ—মসী, সভার—পুম্নমক্কী ; বন্দন—খুকুম্বদি, সর্ব্বশুভেব—যাইফবা পুম্বা ওইনবগী, কাবণ— মবম্নী।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ভক্তশিংনচিংবা লোইনমকপু মথং মনাও নাইনা ঐনা খুরুম্লে। মখোয পুম্বসিবু খুরুম্বদি য়াইফবা পুম্বা ওইননবগী মবম্নী।

## তৈনবল্লোল

ভগবানবু খুকুমগে হায়রবদি অহানবদা ভগবানগী ভক্তশিংবু অমসুং পরিকরশিংবু খুরুমগদবনী।

## মূল ৮৩

প্রথম শ্লোক কহি সামান্য মঙ্গলাচরণ।

দ্বিতীয় শ্লোকেতে করি বিশেষ বন্দন ॥ ৮৩ ॥

## শব্দার্থ

প্রথম—অহানবা, শ্লোকে—শ্লোক-তা, কহি—হায়, সামান্য—ময়ামগী ওইবা ; মঙ্গল-আচরণ—মঙ্গল ওইনবা হায়বা, দ্বিতীয়—

অনীশুবা, শ্লোকেতে—শ্লোকতনা, করি—তৌয়ি, বিশেষ—থোই-দোকপা ( ময়ামগী ওইদবা ), বন্দন—থুরুম্বা।

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

অহানবা শ্লোকতা ময়ামগী ওইবা মঙ্গলাচরণ তৌযি, অনীশুবা শ্লোকতা থোইদোকপা ( নাইতোম ওইবা ) থুরুম্বা হাযবতু তৌযি।

## মূল ৮৪

বন্দে শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্য-নিত্যানন্দৌ সহোদিতৌ।

গৌড়োদযে পুষ্পবন্তৌ চিত্রৌ শন্দৌ তমোনুদৌ ॥ ৮৪ ॥

অধ্যায়সিগী মূল ২-গী পীরিবা অর্থনচিংবতু যেংবিযু। মখাগী মূল ৮৫-৮৬-তা মূল ৮৪-গী অর্থ তৌরি।

## মূল ৮৫-৮৬

ব্রজে যে বিহবে পূর্ব্বে কৃষ্ণ-বলরাম।

কোটি সূর্য্য-চন্দ্র জিনি দোঁহার নিজধাম ॥ ৮৫ ॥

সেই দুই জগতেবে হইযা সদয।

গৌড়দেশে পূর্ব্বশৈলে করিলা উদয ॥ ৮৬ ॥

**শব্দার্থ**

ব্রজে—ব্রজদা ( বৃন্দাবন-দা ), যে—মহাক, বিহবে—শাশৈ, পূর্ব্বে—মমাঙৈঙদা, কৃষ্ণ-বলরাম—ভগবান কৃষ্ণ অমসুং ভগবান্ বলরাম, কোটি—কোটি সূর্য্য—নুমিৎ মযাম, চন্দ্র—থাজ মযাম, জিনি—ঙমজনা, দোঁহার—অনীসী, নিজ—মছাগী, ধাম—মঙাল ( কান্তি, জ্যোতি ), সেই—মখোয, দুই—অনীনা, জগতেবে—জগৎকী মফমদা ( জগৎতা লৈবা জীবশিংগী মফমদা ) হইযা—ওইদুনা, সদয—মুংশি-বিবা, গৌড়দেশে—গৌড়দেশদা, পূর্ব্বশৈলে—নোংপোক-মাযকৈগী চীঙদা, করিলা—তৌখি, উদয—থোকপা।

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

মমাঙৈঙদা ব্রজদা শান্নখিবা অনুগা মখোয়গী অঙ্গ কান্তিনা (মঙাল্না)

নুমিৎ কোটি থাজ কোটিবু ঙমজরিব। কৃষ্ণ অমসুং বলরাম অনীহুনা জগৎপু নুংশিবিহুনা গৌড়দেশদা নোংপোক মাযকৈগী চীঙদোন্দা ( নুমীৎ-থা থোরক্‌ফম উদযাচলদা ) থোক্লহুনা ঙাল্লরে।

## হৈনবোল

গৌর নিত্যানন্দবু নুমীৎ-থাগা চাংদম্নহুনা সংস্কৃত মূল-দা যাওরিবা পুষ্পবন্তৌ ( নুমীৎ-থা ) শব্দগী অর্থ পযারসীদা তৌরি।

শ্রীকৃষ্ণনা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য ওইনা অদুগা শ্রীবলদেবনা শ্রীনিত্যানন্দ ওইনা নোংথম্নকযি হাযবসানা তাক্‌পদি শ্রীচৈতন্যগা শ্রীনিত্যানন্দগা অনীসী যুগাবতাব নত্তে হাযবনী।

## মূল ৮৭

শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য আব প্রভু নিত্যানন্দ।
যাঁহাব প্রকাশে সর্ব্ব জগৎ আনন্দ ॥ ৮৭ ॥

## শব্দার্থ

শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য—( শ্রীগৌবাঙ্গ মহাপ্রভুগী সন্ন্যাস-নাম ) শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য, আর—অদুগা, প্রভু নিত্যানন্দ—শ্রীনিত্যানন্দ, যাঁহাব—মখোযনাগী, প্রকাশে—শকউৎপীরবদা, সর্ব্ব—পুম্বা, জগৎ—মালেম, পৃথিবী, আনন্দ—নুংঙাইবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যগা প্রভু নিত্যানন্দগা অনীনা শকউৎপীববদা জগৎপুম্বা নুংঙাইবগী মশক ওইরে।

## হৈনবোল

নুমীৎ থোরক্‌পদা অমম্বা মাঙবা মরম্না জীবগী নুংঙাইবা ওই, অদুবু নুমীৎকী নুংশানা শাবা হেঙ্গৎলকপগা লোয়ননা জীবগী নুংঙাইতবা ওই। অহিংদা থাজগী মেঙন, ঈঙবা থাবন্দা নুংশাগী মৈশা কোক্লনা জাবগী নুংঙাইবা অমূক ওই। মাগী মঙাম্না নুমীৎ কোটিদগী হেন্না ঙানবা অদুগা নুংশাগী মৈশাদি য়াওদবা অমসুং থাজ কোটিদগী হেন্না মেনা ঈংবা—

অতুগুম্বা পোৎতা অমা থোরক্লবদি মীপুম্মক্কী হায়নভাই লৈতবা ম্নুংঙাইবা অমা ওইগনী। অতুগুম্বা হায়বদা থোক্কবা ম্নুংঙাইবসী গৌর-নিত্যানন্দ অনীনা অবতার তৌবিরবা মতমদা ওইখি।

## মুল ৮৮—৮৯

সূর্য্যচন্দ্র হরে যৈছে সব অন্ধকার।
বস্তু প্রকাশিয়া করে ধর্ম্মের প্রচার ॥ ৮৮ ॥
এই মত দুই ভাই জীবের অজ্ঞান-।
তমোনাশ করি কৈল তত্ত্ববস্তু-দান ॥ ৮৯ ॥

## শব্দার্থ

সূর্য্যচন্দ্র—নুমীৎথানা হরে—হূই, মাঙহল্লী, যৈছে—অদুংম্না, সব—পুম্বা, অন্ধকার—অমম্বা বস্তু—পোৎ, তত্ত্ব, প্রকাশিয়া—ফোঙদোক্কুনা, করে—তৌযি, ধর্ম্মের—ধর্ম্মগী, প্রচার—শন্দোকপা, এই মত—মতৌ অসূম্না, দুই—অনী, ভাই—মচীম্মনাও, জীবের—জীবগী, অজ্ঞান—খঙদবা কৌবা, তমোনাশ—অমম্ববু মাঙহন্‌বা, করি—তৌদুনা, কৈল—তৌরম্মী, তত্ত্ব-বস্তু—অওইবা পোৎ ( সত্য-বস্তু ), লেঙদবা পোৎ ( নিত্যবস্তু ), দান—পীবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নুমীৎ-থা থোক্লগা অমম্বা পুম্বা মাঙহন্দুনা পোৎ পুম্বা ফোঙদোক্কুনা পোৎকা নাও ( ধর্ম্ম ) শন্দোকপগুম মচীম্মনাও অনীনা জীবগী খঙদবা কৌবা অমম্ববু মাঙহন্দুনা অওইবা পোৎ ( তত্ত্ববস্তু ) করিনো হায়বদু তাকপীরম্মী।

## নৈনরোল

**করে ধর্ম্মের প্রচার** হায়বা অসীদা যাওরিবা **ধর্ম্ম**-গী অর্থদি করিগুম্বা পোৎ অমগী নাওংবু হায়রিবনী। নুমীৎকা থাগা থোক্কুনা ভাল্লবা মতমদা পোৎ খুদিঙ মক্কী মশক মুন্না খঙবা ঙম্মী। ধর্ম্মপ্রচার তৌরিবসী নুমীৎ-থা অনীননী হায়না লৌবা য়াই। অর্থ অতোপ্পা অমনা অসুম্না হন্‌বা য়াই, মতুদি—অযুক ম্নুংথিন্দা তৌগদবা ধর্ম্ম-অনুষ্ঠান পুম্নমক নুমীৎ

থোক্লগা তৌবা হৌয়ি, অদুগা মুংদাংদা তৌগদবা ধর্ম্মগী থবক পূম্বা থা থোক্লগা তৌবা হৌযি। থাগা অহিংগা মায়া নক্লবা মরী লৈনৈ, মরমসীনা থাগী মমিং অমদি বজনীকান্ত ( অহিংগী মবুঙেগা মুংশিবা ) কৌয়ি। মবমসীনা চন্দ্র-শব্দ পল্লিবসীনা অহিংগী মতম্ব তাক্লিবনী। নক্রগা থাবান্ ( তিথি ) খেন্নবা মতুং ইন্না তৌগদবা ধর্ম্ম-অনুষ্ঠান চন্দ্রগী ( থাগী ) খোঙচৎ মতুং ইন্দুনা অনুষ্ঠান-গী মতম লেপ্পে, মরমদুনা থাজবু অনুষ্ঠান-শিংদুগী প্রচাবক-নী ( শন্দোকপা মহাকতুনী ) হায়বিবনী। দুইভা২ হাযবসী শ্রীচৈতন্য অমসুং শ্রীনিত্যানন্দবুনি। জীবের অজ্ঞান হায়ব-সীদা অজ্ঞান শব্দনা তাক্লিবদি তত্ত্বজ্ঞান য়াওদবা হায়বনী। শ্রীকৃষ্ণতমক সেব্যনী ( সেবা-তৌফম্মী, লাংনঙাইনী ) জীবনা শ্রীকৃষ্ণগী সেবক-নী ( সেবা-তৌবা সেবক অদুনী ), শ্রীকৃষ্ণবু নুংশিবগী নক্রগা পেলহন্নবগী ( প্রীতিগী )-দমক শ্রীকৃষ্ণবু সেবা তৌবদি জীবগী মথৌনী, অসুম্না খঙবনা ( জ্ঞান না ) তশেংবা জ্ঞান-নী। অদুগা শ্রীকৃষ্ণ সেবা তোক্থোক্লুনা ধর্ম্ম-অর্থ কাম-মোক্ষনচিংবা পাওবু অজ্ঞান কৌযি, মরমদি পূম্নমক অসে ইছাগী ইন্দ্রিয় পেন্নবগী ঙাক্নী, শ্রীকৃষ্ণসেবাগা মথোযসীগা মবী লৈনদে।

তত্ত্ববস্তু হাযবদি অওইবা পোৎ (সত্যবস্তু), লেঙদবা পোৎ (নিত্য-বস্তু) হাযবনী। শ্রীকৃষ্ণগী তত্ত্ব ( ওইরিবা মতাদু ), জীবগী তত্ত্ব, শ্রীকৃষ্ণগা জীবগা লৈনরিবা মরী, মায়া-লাংদা থুববা জীবনা মবী অদু খঙনবা পাম্বে —তত্ত্ব খরসী জীবনা খঙগে হায়না তানগদবা পোৎনী। অদুবু জীবগী অজ্ঞান-গী মশক্ ওইবা অমম্বদা তত্ত্বশিংসী লোৎতুনা লৈরে, অদুনা জীবনা মসী পূম্নমক খঙবা ঙমদে। শ্রীচৈতন্য নিত্যানন্দ না কৃপা তৌবিদুনা জীবগী অজ্ঞান-বু মাঙহল্লগা তত্ত্বগী মশক ওইবা পোৎশিংসী প্রকাশ তৌবিরম্মী, হাযবদি জীবদা তত্ত্ব খঙহনবিবম্মী। মুমীৎ থানা থোক্লগা অমম্বা কোক্লবদা লৈরম-লৈরম্বা মফমদা পোৎশক খঙবগুম শ্রীনিতাই-গৌর অনীনা নোং-গুম্বিবম্বনা জীবগী অজ্ঞান (খঙদবা হায়বদু) মাঙব্রে অদুগা জীবনা খঙকম থোকপা বিষযশিং জীবগী থম্মোইদা ফোংদোপীরম্রে।

## মুল ৯০

**অজ্ঞান-তমের নাম কহিযে 'কৈতব'।**
**ধর্ম্ম-অর্থ-কাম-মোক্ষ-বাঞ্ছা আদি সব ॥ ৯০ ॥**

## শব্দার্থ

অজ্ঞান-তমের—খঙদবগী মশক ওইবা অমম্বগী, নাম—মিংদি, কহিয়ে—কৌয়ি, কৈতব—লৌনম, ধর্ম্ম—বর্ণ আশ্রম ধর্ম্ম, অর্থ—লম্থুম, কাম—অপাম্বা পোৎ, ইছাগী ইন্দ্রিয় পেনবা, মোক্ষ—অৱান থুভম, নির্ব্বিশেষ ( শক্লাইদবা ) ব্রহ্মগা অমতা ওইসনবা ( সাযুজ্য ), বাঞ্ছা—অপাম্বা, আদি—নচিংবা, সব—পূম্নমক।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অজ্ঞান ( খঙদবা ) কৌবা অমম্বগী মিংদি কৈতব (লৌনম্বা) কৌযি। ( বর্ণাশ্রমগী ) ধর্ম্ম, লম্থুম, ইন্দ্রিয-পেনবা ( কাম ), অমসুং অবান-খুভম্মু ( মোক্ষবু ) পাম্বনচিংবা পূম্বা ( কৈতব ঙাক্নী )

## নৈনরোল

**অজ্ঞান-বু তমনী** ( অমম্বনী ) হাযবগী মবম খিজনঙাইনী। কৃষ্ণবু পাম্বা অদুগা কৃষ্ণভক্তিবু পাম্বা নত্তনা অতৈ অপাম্বা পূম্নমক অজ্ঞানগী ( খঙদবগী ) ফল ঙাক্তনী। অমম্বদা পোৎ উবা ফংদবগুম্না কৃষ্ণভক্তিগী নত্তবা অতৈ অপাম্বা থম্মোইন্নুংদা লৈরবদি তত্ত্ববস্তুবু ( লেঙদবা অমদি অওইবা পোৎপু ) খঙবা ঙমদে। অজ্ঞানগী ওইদবা যাত্রবা ফলদি জীবগী মছা মছাগী হুংঙাইনীঙবা অদুগা অৱাবা-কোক্‌হন্নীঙবা ( ভুক্তি মুক্তি কামনা ) অসিনী। ভুক্তি-মুক্তিবু থম্মোইনা পাম্লিবমখৈ জীবগী থম্মোইদা ভক্তিরাণীগী মফম চন্দে। ভক্তিরসামৃত সিন্ধুদা বাফমসী অস্তুম্না হাযরি—

ভুক্তি-মুক্তি-স্পৃহা যাবৎ পিশাচী হৃদি বর্ত্ততে।
তাবৎ ভক্তিসুখস্যাত্র কথমভ্যুদযো ভবেৎ॥ ২/পূ/১/১৫

ভক্তিগী কৃপা নত্তনসু তত্ত্ববস্তু খঙবা ঙমদে হায়রসিনু শ্রীভগবানন্মক্না হায়রি—"ভক্ত্যাহমেকযা গ্রাহ্যঃ—ভক্তিদনা ঐবু লৌবা ফংবা ( খঙবা ) যাই।"

**কৈতব**-গী অর্থদি লৌনম্বা, ইছাবু লৌনমজবা হাংবনী। কবিগী-দমক অজ্ঞান তমবু ( খঙদবা কৌবা অমম্ববু ) কৈতব (লৌনম্বা) কৌবিরনো হাযবদু নৈনরি। অজ্ঞান-তম হাযবসিনা থম্মোইন্নুংদা লৈবিরমখৈ ভক্তি-রাণীনা কৃপা তৌবিদে, ভক্তিরাণীগী কৃপা নত্তনসু জীবনা মাগী অওইবা

মশক্কী (স্বরূপ-কী) তৌকমথোক্‌পা মথৌ শ্রীকৃষ্ণ সেবাস্থ ফংবা য়াদে, শ্রীকৃষ্ণ-সেবা তৌরগা মাপা চৈতনা য়াংখৎলক্‌পা আনন্দ (নুংঙাইবা) হাযবস্থ ফংবা ঙমদে। জীবদি মতমপুম্বদা নুংঙাইবা পাম্মী, চিদানন্দ-স্বরূপ ওইবা শ্রীকৃষ্ণবু ফংলবদদা জীবনা লেঙদনা মতম পুম্বগী ওইবা নুংঙাইবদো (আনন্দদো) ফংবা ঙমগনী, মসী শ্রুতিগী সিদ্ধান্ত নী (য়ারেপ্পী)। "রসো বৈ সঃ। রসং হ্যেবায়ং লব্ধ্বানন্দী ভবতি। রসবু ফংলগা লেপ্পমক নুংঙাইবা (আনন্দী) ওইগনী। তৈত্তরীয় উপনিষদ ২/৭॥" অজ্ঞান তমগী ফল ওইনা জীবনা মতম পুম্নমক্তা খৌরাংজরক্লিবা আনন্দ অদু ফংদে (বঞ্চিত—লৌনস্থিরবা হাযবদু ওই)। মদুগী মহুত্তা হন্দক মপোক্কী নুংঙাইবা নংত্রগা হযেংমুক মপোক্কী স্বর্গনচিংবা ফংবগী নুংঙাইবা—তুংকোইদবা অমদি অরাবগা তিন্নবা—অদুগুম্বা মনুং-ঙাইদু অজ্ঞানগী ফল ওইনা জীবনা ফংঙী। অসীগুম্বা মতম খরদগী ওইবা মনুংঙাইবু জীবনা পঙবদগী পাম্নাই ওইবা পোৎনী হাযনা খন্দুনা নিত্য ওইবা আনন্দবু থিবা তোকযি। অজ্ঞানগী ফল ওইনা জীবনা মতৌ সুম্না বঞ্চিত (লৌনম্‌জববা) ওই হাযবা মবম্না অজ্ঞানবু কৈতব (বঞ্চনা—লৌনম) কৌরিবনী।

ধর্ম্ম-অর্থ-কাম-মোক্ষ-নচিংবসীবু পাম্বদি অজ্ঞানগী মশক্ ওইবা কৈতব নী (লৌনম্নী)। মখোযসীবু পাম্বদি ইন্দ্রিযগী নুংঙাইবগী মাযকৈদা জীববু হোইদুনা পুই, অদুনা নিত্য আনন্দবু থিবা তোকহন্দুনা জীববু লৌ-নম্মী। অসিদা হায়রিবা ধর্ম্ম শব্দনা খঙনরিবদি বর্ণাশ্রম ধর্ম্ম অদুগা বর্ণা-শ্রম ধর্ম্মগী ফংফম থোকপা স্বর্গলোক ফংবনচিংবনী। স্বর্গগী ভোগ (চাবা) লোইবগা অমুক সংসারদা জীবনা হল্লকযি। অর্থ শব্দনা খঙহল্লিবদি লম্থুম-সনা-লুপাবুনী, লম্থুমদি ইন্দ্রিয পেন্‌নবগী মচাক ঙাক্তনী। ইন্দ্রিয-পেনবা হায়বসিস্থ তুং-কোইদে, মদুগী মথক্তা অরাবস্থ লোয়নৈ। কাম শব্দগী অর্থনা অপাম্বা পোৎ অদুগা ইন্দ্রিয়গী নুংঙাইবা হাযবনী। মোক্ষ শব্দগী অর্থদি অরান-খুভম (মুক্তি) হাযবনী, নির্ব্বিশেষ (শক্লাইদবা) ব্রহ্মদা তিন্‌বা সাযুজ্য মুক্তি হাযবদুনী। সাযুজ্য মুক্তি ফংলবা জীবাত্মাশিংদি লম্নাই তোঙান্তাবা হাযবদু ওইদ্রে। ভগবানগা লোয়ননা সেব্য-সেবক ওইনমিন্ন-বগী মতৌস্থ ওইদ্রে। জীবগী স্বরূপ অশেঙবদি ভগবানগী দাস (মনাই) ওইবনী, অদুবু দাস ওইনা ওইনা মখোয় মছা মছাবু ব্রহ্মনী হাযনা খল্লী, মরমদুনা ভগবানবু সেবা তৌবগী তান্‌জাদি মখোযগী লৈত্রে, মরমদুনা সেবা তৌরগা নুংঙাইবদু মখোয়বু মুক্তিনা ফংহন্দ্রে।

মূল পয়ারদা হায়রিবসীগী প্রমাণ ওইনা শ্রীমদ্ভাগবতমদগী শ্লোক অমা গ্রন্থকারনা লৌখৎতুনা মখাদা উৎলী।

## মুল ৯১

ধর্ম্মঃ প্রোজ ঝিত-কৈতবোঽত্র পরমো নির্ম্মৎসরাণাং সতাং
বেদ্যং বাস্তবমত্র বস্তু শিবদং তাপত্রয়োন্মূলনম।
শ্রীমদ্ভাগবতে মহামুনিকৃতে কিংবা পরৈরীশ্বর
সদ্যো হৃদ্যবরুধ্যতেঽত্র কৃতিভিঃ শুশ্রূষুভিস্তৎক্ষণাৎ ॥ ৯১ ॥

## শব্দার্থ

ধর্ম্মঃ—ধর্ম্ম (ভক্তি পোকৃহনবা ধর্ম্ম) প্রোজ্‌ঝিতকৈতবঃ—কৈতব মচেৎ অমফাওবা যাওদ্রবা, অত্র—মফমসিদা, পরমঃ—পুঙথোই-থোইবা, নির্ম্মৎসরাণাম্—অতোপ্পগী অফবা উরগা কলক-মিহৌদ্রবশিংগী, সতাম সাধুশিংগী, বেদ্যম—খঙনঙায ওইবা, বাস্তবম্—তশেংবা, অত্র—অসিদা, বস্তু—পোৎ, শিবদম—যাইফনবগী ওইবা, তাপত্রয়—মৈচাক অহুম (আধ্যাত্মিক, আধিদৈবিক অমসুং আধিভৌতিক হায়বা সংসারতাপ), উন্মূলনম—মরু ফুক্নবগী ওইবা, শ্রীমদ্ভাগবতে—শ্রীভাগবত পুরাণ-দা, মহামুনি—মুনি অচৌবনা (ব্যাসদেবনা), কৃতে—লেংলম্বা, কিম্—করি, হা—অওইবমক, পরৈঃ—অতোপ্পা শাস্ত্রনা, ঈশ্বরঃ—ঈশ্বর, সদ্যঃ—খুদক্তা, হৃদি—থম্মোইনুংদা, অবরুধ্যতে—ফাজন্দুনা লৈ, অত্র—অসিদা (শ্রীমদ্ভাগবতমদা), কৃতিভিঃ—মহৈ-যাল্লবশিংনা, শুশ্রূষুভিঃ শ্রবণ-তৌনিংবশিংনা (নাকোঙনা তানিঙবশিংনা), তৎক্ষণাৎ—খুদক অতুমক্তদা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহামুনি শ্রীব্যাসদেবনাবায়না লেংলম্বা শ্রীমদভাগবত অসীদা, মীগী অফবা উরগা কলক-খত্বন্দবা সাধুশিংনা তৌগদবা, মপুঙফানা কর্ম্ম-ফল পামজবা পরম ধর্ম্ম করিনো হায়বতু লেপ্পা তাক্লী। শ্রীমদ্ভাগবতমসীদগী, সংসার মৈচাক অহুমগী মরু ফুক্নবা অমসুং পরম মঙ্গলগী মশক ওইবা অশেংবা পোৎ করিনো হায়বতু খঙবা ঙম্মী। শাস্ত্র অতৈনা, নত্রগা শাস্ত্র-নদি তাকপা অতোপ্পা সাধন করম্বনা ঈশ্বরবু খুদক্তা থম্মোইনুংদা ফাজন্দুনা

থম্বা ওম্বগে ? ( হায়বদি ওমদে )। তৌইশুম্বম্লুং পুন্সি-মহৈ-মাল্লবা ভক্ত-নদি শ্রীমদ্ভাগবত-পু মনাকোঙনা তাজনীঙঙী, মখোয়না শ্রবণ তৌবা মতমদগী হৌরক্তুনা ঈশ্বরনা মখোযগী থম্মোয়গী থম্মোইন্নুংদা ফা-পুল্লবা ওইনা লৈ।

## তৈনবরোল

শ্লোক অসী শ্রীমদ্ভাগবতমদগীনী ( ১/১/২ )। শ্লোকসিদা শ্রীমদ্ভা-গবতম থোকখিবগী রারোল, শ্রীমদ্ভাগবতম-না তাক্লিবা ধর্ম্মগী মশক অমসুং শ্রীমদ্ভাগবতম শ্রবণ তৌবগী ফল করিনো হায়বত্তু তাক্লী।

শ্লোকসীদা হায়বদি, শ্রীমদ্ভাগবত কৌবা লাইরীকসে মহামুনি-না লেংবনী। মহামুনিসী স্বয়ং শ্রীনারায়ণগী অবতারনী। অতুনা ব্যাসদেববু নারায়ণ মহামুনি হায়নসু থঙনৈ। শ্রুতিনা হায—স মুনির্ভূত্বা সমচিন্তয়ৎ। সৃষ্টিগী মমাঙদা শ্রীনারায়ণনা ব্রহ্মাদা চতুঃশ্লোকী ওইনা শম্পৎনা শ্রীমদ্ভা-গবতসী ফোঙদোকখি। মতুঙদা চতুঃশ্লোকীসিবু শন্দোক্না ইবগা শ্রীমদ্ভা-গবত মপূমসী থোকখিবনী। পরিচ্ছেদসিদা পনখ্রবা ৫৩-৫৬ শ্লোকশিংসী শ্রীনারায়ণনা তাকৃপিখিবা শ্লোক মবিত্তুনী।

লাইরীকসীবু শ্রীমদ্ভাগবত কৌবদি মতীক চপচাবনী। লাইরীকসিদা ভগবানগী তত্ত্ব ( অওইবা ) অতু লেপ্লি হায়তুনা মমিং ভাগবত কৌরিব-নী। শ্রীমৎ শব্দগী অর্থদি হৌনশা ওইবা শক্তিতু চেল্লী হায়বনী, শ্রীভগ-বানগী মিং-শক-গুণ-লীলার্নাচিংবগী থনবদা-থোক্তবা ( অচিন্ত্য ) শক্তি অমা মছাগী ওইনা লৈবগুম্না ভাগবত কৌবা লাইরীকসিগীসু থনবদা থোক্তবা ( অচিন্ত্য ) শক্তি অমা মছাগী ওইনা লৈ হায়তুনা লাইরীকসী শ্রীমদ্ভাগবত হায়না থঙনরিবনী। ভগবানগী তত্ত্ব তাক্লিবা শ্রীগ্রন্থ অসিবু শ্রীনারায়ণ মছামক্না ফোঙদোকখিবনী হায়তুনা মসিবু থাজবা যাবনী অমসুং লাইরীক পূম্নমক্তগী অথোযবনী হায়বদা করিস্নু য়েৎনঙাই লৈত্রে।

শ্রীমদ্ভাগবত-না তাক্লিবা ধর্ম্মগী মওংনা করম্বনো হাযববু শ্লোকসীনা হাপ্পবা মতুং ইন্না ধর্ম্মতু পরম ধর্ম্মনী। পরমধর্ম্ম হাযবা শব্দনা করি উৎলী ? "স বৈ পুংসাং পরো ধর্ম্মঃ যতো ভক্তিরধোক্ষজে। শ্রীভাগবত ১/২/৫ ॥—ধর্ম্মতুনা অধোক্ষজ সচ্চিদানন্দঘন শ্রীভগবানদা ভক্তি পোকহ-ল্লবা অহুঙ্গুম্বা ধর্ম্মবু পরমধর্ম্ম হায়।" ভক্তিসিগী মশক করম তৌযি ?

"স্বনুষ্ঠিতস্য ধর্মস্য সংসিদ্ধি র্হরিতোষণম্—ফজনা পাঙথোক্লবা ধর্ম্মগী মপূঙফাবা সিদ্ধিদি হরিনা পেন্‌বা হাযবতুনী। শ্রীভাগবত ১/২/১৩॥" হায়রিবা প্রমাণসিগী মতুং ইন্না শ্রীভগবান-না পেন্নবা তৌবব্বু পরমধর্ম্ম নী হাযবা তারে। অতু ওইববদি শ্রীমদ্ভাগবত-গ্রন্থদা তাক্লিব। ধর্ম্মগী অমতা ঙায়বা পান্দমদি শ্রীভগবৎ-প্রীতি ( শ্রীভগবান-না পেন্‌বা ) অসিনী। ভগবৎপ্রীতি ওইনবা অতুতা নত্তনা অতোপ্পা মরম অমা পাম্বা যাওববদি তৌরিবা ধর্ম্মতু ধর্ম্ম কৌরবসু পরম-ধর্ম্ম ( পুঙথোই-থোযবা ধর্ম্ম ) হায়বতুদি কৌবা যাদ্রে। মরমসীনা পরম-ধর্ম্মবু প্রোজ্‌ঝিতকৈতব ( মপূঙফানা লৌনম যাওদ্রবা ) হাযরিবনী। কৈতব শব্দগী অর্থদি লৌনম হায়বনী। মপাম্মোৎদনা অমা অতুগা মুংদনা অমা ওইনা শাজৎ চৎলবদি মতুবু লৌনম্বা কৌয়ি। ধর্ম্ম অনুষ্ঠান তৌবগী মরম ওইফম থোক-পতুগী মথক্তা মরম অতোপ্পা অমসু সাধক-কী থম্মোইদা য়াওরবদি ধর্ম্ম-অনুষ্ঠান অতুদা কৈতব (লৌনম—কপটতা) হায়বতু যাওরে। ধর্ম্ম অনুষ্ঠান তৌবগসু ভগবৎ-প্রীতি ওইহন্নীঙবগী মথক্তা ইছাগী ইন্দ্রিয়-প্রীতি পাম্ববু যাওরবদি ধর্ম্মগী মবমদা লৌনম্বা ( কৈতব ) হায়বতু ওইরে। অসিংম্বা ইছাগী মুংঙাইবা পাম্বগী মশক ওইবা লৌনমসু ( কৈতব-পু ) থাদোক্লবা ধর্ম্মবু প্রোজ্‌ঝিতকৈতব ধর্ম্ম কৌযে।

কনাগুম্বনা হংবা যাই, উজ্‌ঝিতকৈতব ধর্ম্ম হায়বগা ইছাগী মুংঙাই-পাম্বা যাওদ্রবা ধর্ম্ম হায়বতুনী হায়না উৎপা যারে, অতুগসু প্র-উপসর্গসী উজ্‌ঝিত-দা হাপচিল্লক্লিবসী করি কান্নরি? টীকাকার শ্রীধর স্বামীচরণ-না হায়, মফমসিদা 'প্র-উপসর্গ হাপ্লগী কান্নবা অমা লৈ, মতুদি "প্র-শব্দেন মোক্ষাভিসন্ধিরপি নিরস্তং।" প্র-উপসর্গগী অর্থদি 'মপূঙফানা চঙথোন্না' হায়বনী, প্রোজ্‌ঝিত শব্দগী অর্থনা 'মপূঙফানা চঙথোন্না থাদোক্লবা' হায়বনী, মসীনা তাক্লিবদি অসিনী, হন্দক মপোক্কী মুংঙাইবা মথল পুন্নমক অতুগা হযে, মপোক্কী স্বর্গনচিবা লৈক-শিং ফংলগা ওইগদবা মুংঙাইববু থাদোক্কদবনী। অতুদা নত্তনা মোক্ষ পাম্বা ফাওববু থাদোক্কদবা ধর্ম্মবু "প্রোজ্‌ঝিতকৈতব ধর্ম্ম" কৌয়ি হাযনা তাকপনী। মোক্ষ পাম্ববু লৈরবদি ধর্ম্মগী মতাঙদা ওইবা লৌনম হায়বতু মপূঙ ফানা থাদোকপা কৌদ্রে। অসিদগী ঐখোয়না খঙগদবদি মোক্ষ পাম্বসিসু ধর্ম্মগী মতাঙদা লৌনম ( কৈতব ) মথল অমনী।

মোক্ষ-পাম্বনা করম্বা কৈতব ওইরিবনো হায়বতু থরতুনা অমুক য়েংসী

মোক্ষ শব্দগী অর্থদি অয়ান-খুভম (মুক্তি) হায়বনী—সংসারদা হুন্নৎ-হন্দা পোক্ল-শিব-পোক্ল-শির তৌরিবসী লেপ্পা হায়বনী। মোক্ষসী মখল মঙানী —সার্ষ্টি, সালোক্য, সারূপ্য, সামীপ্য অমসুং সাযুজ্য। সার্ষ্টিদদি মুক্ত ওইবা ফীভমদা উপাস্যদেবগা (লাৎচবা লাইগা) মান্নবা ঐশ্বর্য্য ফংঙী। সা-লোক্যদনা উপাস্যগা লোয়ননা লোক অমতদা হায়বদি ভগবদ্ধাম অমতদা পুন্না লৈমিন্নৈ। সারূপ্যদনা উপাস্যগা মান্নবা শক ( রূপ ) হায়বদি চতুর্ভুজ ওইবনচিংবা ফংঙী। মুক্তি মখল মরিসিদদি সিদ্ধ ওইরবা ফীভমদা সাধক অহ্ তোঙান তানা লৈ। সাযুজ্যদদি উপাস্যগা লোয়ননা সাধক অতু তাদাত্ম্য ( আত্মা অমতা ওইশন্নখিদুনা ) তিন্নৈ। অদুনা সাযুজ্যদদি সাধক অদুগী তোঙান্নবা ফীভম ( স্বতন্ত্র সত্তা ) ওইদে। মোক্ষ নত্ত্রগা মুক্তি ( অবান-খুভম ) হায়রগা ময়াম্না রূঢ়ি-অর্থদা খঙনবদি সাযুজ্যমুক্তিসীদবু ওইনা খঙনৈ।

সার্ষ্টি নচিংবা অহানবা মখল মরিসিগী মুক্তি পাম্বগী মবম অনীথক লৈবা য়াই। অহানবনা উপাস্য দেবগা মান্নবা ঐশ্বর্য্য-নচিংবা ফংবা, অদুগা অনীশুবা মরম্না উপাস্যগী ঐশ্বর্য্যনচিংবগা লোয়ন লোয়ননা উপাস্যবু সেবা তৌবগী লাইবক ফংবা। অহানবা মবমগী মুক্তি মখল মরিসিদদি ভগবৎ-সেবাগী রা করিমতা য়াওদ্রে, ঐশ্বর্য্যনচিংবতুদা ফংলগা সাধক অদু অদুম পেন্নজরে, মতুদদি লম্নাই নুংঙাইবদমক পাম্লে—হায়বদি মছাগীদমক উপাস্যগা মান্নবা ঐশ্বর্য্য, রূপ-নচিংবা ফংবগী বাসনাদমক য়াওরে, মরম-সীনা হায়বিবা মুক্তি মবিসী ধর্ম্মগী মতাঙদদি কৈতব নী ( লৌনম্নী ) হায়বতু ঈলায লায়না খঙবা য়াই। অনীশুবা মরমসিদা উপাস্যবু সেবা তৌনীঙবগী রা য়াওরবসু মতুগা লোয়নবা সাধক মছাগী ওইনা উপাস্যগা মান্নবা ঐশ্বর্য্যনচিংবা ফংনীঙবগী রা যাওয়ি। মরমসীনা অনীশুবা মরম-সিদসু কৈতব য়াওরে। মবমসীনা সার্ষ্টিনচিংবা মুক্তি মখল মরিসিবু পাম্বতু মপুঙ ফানা থাদোক্রবদি ধর্ম্মনা কৈতব-যাওদবা হায়বতুদি ওইবা য়াদে।

মঙাশুবা মুক্তি মখল হায়বদি সাযুজ্যগী রা অমুক খন্নবা য়াই। মৈগা অমতা ওইশন্দুনা য়োৎনা মৈগী মতোংম ওই, মতৌ অদুম্না সাযুজ্য-মুক্তিদা ব্রহ্মগা লোয়ননা অমতা ওইশন্দুনা জীবসু ব্রহ্মগা তিন্নশল্লী। মশুম তৌব-সিদা জীবগী ব্রহ্মদগী তোঙান্নবা ফিভমতু ওইদ্রে। তোঙান্নাদ্রবনীনা সাযুজ্য-মুক্তিদদি জীবনা উপাস্য ওইবা ভগবৎ-স্বরূপকী সেবাদি তৌবা ঙমদ্রে, মরমদুনা ধর্ম্মগী পান্দম ভগবৎ প্রীতি ( ভগবান-না পেনবা )

হায়বদু সাযুজ্য-মুক্তি-পাম্বশিংনা চৎপা ধর্ম্মদা য়াওদে, য়াওরিবা হায়বদু ব্রহ্মদা অমতা ওইশন্দূনা তিন্নীওবদুদনী—মসী সাধক মছাতগী অপাম্বদু ফংনীওবগী ব্রা অদুতনী। মরমদুনা সাযুজ্য-মুক্তিসু ধর্ম্মগী মরমদা কৈতব ( লৌনম ) অমনী। কৈতবসী থাদোক্লবদি কৈতব-য়াওদবা ধর্ম্ম হাযবদু ওইবা যাদে। হন্দক মপোক্কী নুংঙাইবা অদুগা হযেৎমপোক্কী স্বর্গনচিংবা লোকশিংগী নুংঙাইবদি প্রাকৃত ব্রহ্মাণ্ডদা ফংগদবনী, অদুনা হাযবিবা নুংঙাইবা পুম্বসী নিত্য (তুংকোইবা) অমতা নত্তে। তৌইগুম্বসুং সালোক্য-নচিংবা মোক্ষ মখল মঙাসী ফংলবদি জীবনা প্রাকৃত ব্রহ্মাণ্ডদা হল্লক্লে—প্রাকৃত-নত্তবা চিন্ময় ওইবা ভগবদ্ধামদা মহাক নিত্য ওইনা লৈবগনী। মরমসীনা কনাগুম্বনা হায়রকপা যাই, মখল মঙাগী মুক্তি সাধন-দা কৈতব চঙব লৈরোই হায়না, অদুবু মদুদসু কৈতব যাওম্রি হাযবসীদি মথল্লা নৈনখিবা রারোন্দগী খঙবা ঙমখ্রে। মরমদুনা ইহকাল পরকাল অনীমক্কী নুংঙাইবা পাম্বা, করি হাযনী মুক্তি পাম্বা ফাওবা পুংথা থাদোক্লবা ধর্ম্ম-অনুষ্ঠান অদুদনা **প্রোজ ঝিত-কৈতব ধর্ম্ম** হাযবদুনী, মদুতনা **পরম ধর্ম্ম** হাযবদুনী, মরমদি ধর্ম্মদুগী পান্দমদি ভগবৎ-প্রীতি ( ভগবান-না পেনবা ) হাযবদুনী। **হরিতোষণম্** ( ভগবান-না পেনবা ) হাযবসিতনা পরম ধর্ম্মগী ( পুঙথোই-থোইবা ধর্ম্মগী ) স্বরূপ-নী।

পরমধর্ম্ম অসীদি কনা কনানা চৎপা ঙম্মী ? মসীদি **নির্ম্মৎসরাণাং সতাং** ( অতোপ্পগী অফবা উরগা কলকখম্বদ্রবা সাধুশিংদনা ) চংকদবা ধর্ম্মনী। মীগী অফবা অহেনবা উরগা খাঙবা ঙমদবা মীবু **মৎসর** কৌয়ি। অতোপ্পগী অফবা অহেনবা উবগা মপুক্লীঙ লাঙতক্লদবা মীবু **নির্ম্মৎসর** কৌযি। থবক তৌরগা কবিগুম্বা ফল অমা পাম্বা মীশিংনা **মৎসর** ওইগল্লী, মরমদি কবিনো হিবম অমদা অতোপ্পা কনা অমনা হেনগ্রবদি মদু খাঙবা ঙমদে। মরমসিনা থবক্কী ফল পামদবা মীদুতনা **নির্ম্মৎসর** ওইবা ঙম্মী। ফল-করিমতা পামদবমখে তৌবা পবম ধর্ম্মদি নির্ম্মৎসর ওইবা মীতাদনা তৌবা ঙম্মী। মরমসীনা হাযবিবনী—পরম ধর্ম্ম অসিদি নির্ম্মৎসর সাধুশিংতনা তৌগদবনী। নির্ম্মৎসর ওইদবা মীশিংনদি ভগবৎ-প্রীতিগীদা ওইবা পবম-ধর্ম্ম হাযবদু চৎপা য়াদ্রবরা হাযনা কনা-গুম্বনা হংফম থোকযি। নির্ম্মৎসর ওইদবা মীসু পরম-ধর্ম্ম চৎপা যাই। ধর্ম্ম অনুষ্ঠান তৌনা তৌনা ভগবানগী কৃপাদগী মখোযগী মৎসর ওইবা পূকচেল অদু কোকচখিগনী শ্রীচৈতন্য-চরিতামৃতদা হাযরি—"কাম লাগি

কৃষ্ণ ভজে পায় কৃষ্ণ বসে। কাম ছাড়ি দাস হইতে হয় অভিলাষে।। ২/২২/২৭"

অসীমস্তু হায়বা য়াই, হৌগ্রবা, ওইরক্কদবা অদুগা হৌজিক ওইরিবা মতম পুম্বদা লেঙদবা ( নিত্য ) ওইনা লৈরিবা অদুবু বাস্তব বস্তু কৌবা যাই। ভগবানগী স্বরূপ, মাগী নাম-রূপ-গুণ-নচিংবা, মহাক্কী ধাম, মহাক্কী পরিকর অমসুং মঙোন্দা কংপা ভক্তি—পুম্নমকসীসু নিত্য ওাক্তনী হায়দুনা বাস্তব বস্তুনী। ময়ামসী নত্তবা জগৎ-নচিংবা লৈরিবা পুম্নমক পোৎ ওইরবসু মখোযসে নিত্য নত্তে হায়দুনা বাস্তব বস্তুদি নত্তে।

বাস্তব-বস্তুসীগী স্বরূপ ( নাওং-নাতা ) অদু শ্রীমদ্ভাগবতম্‌দগী খঙবা ঙম্মী। বাস্তব-বস্তুসী খঙলবদি কবি ওই, হায়বদি বাস্তব-বস্তুসিগী করি শক্তিনো হায়বদুসু নৈনবিবা শ্লোক অসিদা তাক্লী। মাগী শক্তিগী ৱা হায়ব গদি মসী শিবদং-নী ( মঙ্গল-পীবা ঙম্বনী )। মঙ্গল হায়বসী করিনো? পবম আনন্দনা (পূঙথোই থোইবা নুংঙাইবনা) জীবগী অমতা ঙাযবা মঙ্গল-গী মশক ওইবা পোৎনী, মবমদি মফম মতম পুম্বদা মসীতবু জীবশিংনা পাম-জৈ। বাস্তব-বস্তুনা মরম্নাই শক্তিনা জীবদা পরমানন্দসী পীবা ঙম্মী। ৱা অমনা, "সত্যং সুন্দবং—লেঙদবদুদি ফজৈ" হায়বা শ্রুতি প্রমাণ মতুংইন্না শিব ( মঙ্গলগী মশক ওইবা ) পোৎ শ্রীকৃষ্ণবু বাস্তববস্তু ( ভক্তি ) হায়বা অদুদগী ফংবা যাই—শ্রীকৃষ্ণবু ফংবা যাই, শ্রীকৃষ্ণসেবা ফংবা য়াই। ৱাফম সীনা শ্রীকৃষ্ণবু বশীকবণ তৌনবা ( য়াহন্নবা ) ভক্তিগী শক্তি লৈ হায়বা উৎ-লবনী।

বাস্তব-বস্তুসীগী অতোপ্পা শক্তিদি তাপত্রয়োন্মূলনং—মৈচাক অহুম্সু মরু ফুক্কা মুংথৎপা ঙম্বা অদুনী। মৈচাক অহুমসীগী থোরকফম মরুদি অবিদ্যা ( খঙদবা ) হায়বদুনী, অবিদ্যাসিবু কোকহন্‌বা বাস্তব-বস্তুনা ঙম্মী। ভক্তিগী কৃপানা ভগবান্‌বু অনুভব তৌদুনা ফংলকপা পরমানন্দগা লোয়ন-লোয়ননা আধ্যাত্মিক, আধিভৌতিক অমসুং আধিদৈবিক ওইবা মৈচাক অহুমসিগী থোরকফম মরু ( মূল ) অবিদ্যাদো অদুম মাঙখিগনী।

শ্রীমদ্ভাগবত শ্রবণ তৌবগী ফল, করি হায়নী শ্রবণ তৌনীঙবগী ফলদি করম তৌবগে হায়ববু শ্রবণ হেক তৌনীঙবা খুদক্তুদগী হৌরগা শ্রীহরিনা শ্রবণ তৌনীঙলিবা মীশিংদুগী থম্মোইমুংদা ফাদুনা থম্ম অমগুম্না লৈ। নৈন-বিবা শ্লোকসিগী মনুঙদা য়াওরিবা—"ঈশ্বরঃ সদ্যো হৃদ্যবরুধ্যতে কৃতিভিঃ

শুশ্রূষুভিঃ তৎক্ষণাৎ।" —অসিনা প্রমাণনী। মসিগী রা হায়ববু শ্রীহরিনা মখোযগী থম্মোইনুংদা লৈরগা অমূক থাদোক্নুনা চংতে হায়বনী।

কৃতিভিঃ শব্দগী অর্থদি শ্রীজীব গোস্বামীনা অসূন্না হাযরি—কথঞ্চিৎ তৎসাধনানুক্রমলব্ধয়া ভক্ত্যা কৃতার্থৈঃ। মওং অমদা খওদে অমদা খওদে পরমধর্ম্ম সাধন তৌবগী মপান্না ভক্তিবাণীগী কৃপা খজিক্কং ওইরবস্ত ফংজ-রগা তৌজমল মহৈ চারবা মীশিংনা কৃতী হায়বহ্ন ওইরিবনী। অসীগুম্বা কৃতী ওইবা মীশিংনা শ্রীমদ্ভাগবত শ্রবণ তৌনীঙলবদি হেক তৌনীঙবা খূদক অতুদগী শ্রীকৃষ্ণনা মখোয়হুগী থম্মোইনুংদা অফা-অপুন্নববা মীতা অমগুম্না লেঙদনা লৈবি।

মতৌ অসূন্না শ্রীমদ্ভাগবত শ্রবণগী শ্রীকৃষ্ণবু বশীকরণ ( খূদূম চনবা ) তৌবগী শক্তি লৈ হাযবহ্ন উৎলী। শ্রীমদ্ভাগবতকী শক্তিসী মণি মন্ত্র ঔষধি গীগুম্বা অচিন্ত্যশক্তিনী। মসীগুম্বা শক্তিদি অতোপ্পা শাস্ত্র অমতগী লৈতে।

মমাঙ হেক থংনবা পয়ারদা ধর্ম্ম-অর্থ-কাম-মোক্ষ পাম্ববু কৈতব নী হাযবহুগী প্রমাণ নৈনরিবা শ্লোকসীদা য়াওরিবা "ধর্ম্মঃ প্রোজে ঝিত কৈতব" হায়বা বাক্যসীনা তৌরে।

## মূল ৯২

তাব মধ্যে মোক্ষবাঞ্ছা কৈতব প্রধান।
যাহা হৈতে কৃষ্ণভক্তি হয অন্তর্দ্ধান ॥ ৯২ ॥

### শব্দার্থ

তার—মখোয়হুগী, মধ্যে—মনুঙদা, মোক্ষবাঞ্ছা—ব্রহ্মদা তিনববু পাম্বা, কৈতব—লৌনম্, প্রধান—মকোকথোংবা, যাহা হৈতে—মহুদগী, কৃষ্ণভক্তি—শ্রীকৃষ্ণবু নীঙবা হায়বা ভক্তি, হয়—ওই, অন্তর্দ্ধান—উদবা, মাঙবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মখোযহুগী ( পুরুষার্থ মরিহুগী ) মনুঙদা অরান্-খুভম্বু ( মোক্ষবু ) পাম্ব-সিনা মকোক-ওইবা কৈতব-নী ( লৌনম্নী ), মন্নমদি মহুদগী কৃষ্ণভক্তি হৌ হুনা চেল্লী।

## মৈনরোল

**মোক্ষ বাঞ্ছা** শব্দদা য়াওবিবা মোক্ষ-সী ( অরান-খুভমসী ) রূটি অর্থদা ( রূহী ওইনা শীজিন্নবা অর্থদা ) শীজন্নরিবনী, হায়বদি সাযুজ্য মুক্তিগী ( ব্রহ্মদা জীবাত্মান। তিনখিবা হায়ব। অর.ন্ খুভমগী ) অর্থদা শীজন্নরিবনী। মবমদি সাযুজ্যমুক্তি নৎতবা অতৈ মুক্তি মখল মরিদদি জীবনা তোঁওাম্তাতুনা লৈবা মবন্না ভগবানবু সেব। তৌব.গী সুবিধা লৈ, মরমতুনা মখল অতৈগী মক্তিদদি কৃষ্ণভক্তি মাওখিবা হাযবত্তু লৈতে। সাযুজ্যমুক্তিদদি নৎত্রগা মতু-গীদমক সাধন তৌবদদি ভগবান-না সেব্যনী ( সেবা তৌকন্না ) অতুগা জীবনা সেবক-নী হাযবগী রাখল—বুদ্ধিতু লৈতে। সাযুজ্যমুক্তি-পা রিশিংমা মখোয় মছা মছাবু ব্রহ্ম-নী হাযনা খনজৈ। অসুম্না ভক্তিগী মথরাই ওইবা সেব্য-সেবক-ওইবা বুদ্ধি লেতবা মবন্না, থোইদোক্পা মাযাগী মখা পোনবা জীবনা মছাবু মাযাগী মবুডো ঈশ্বরনী হায়না খনবা মরম্না মাপ্পী মফমদগা ভক্তি হাযবত্তু অন্তর্দ্ধান ওই। মরমসীনা সাযুজ্যমুক্তিবু কৈতব-প্রধান (লৌনম মকোক) হায়রিবনী।

## মূল ৯৩

"প্রশব্দেন মোক্ষাভিসন্ধিরপি নিরস্তঃ" ইতি ॥ ৯৩ ॥

## শব্দার্থ

প্রশব্দেন—'প্র' হাযবা উপসর্গ শব্দনা, মোক্ষ-অভিসন্ধি—অরান-খুভম পান্নবা, অপি—সু, নিরস্তঃ—কোকহল্লবা, ইতি—অসুম্না।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( শ্রীমদ্ভাগবতকী "ধর্ম্মঃ প্রোজ্ঝিত কৈতবঃ" হাযবনচিংবা শ্লোকসিগী "প্রোজ্ঝিত" শব্দদা যাওবিবা ) "প্র" উপসর্গনা উৎলিবদি অরান-খুভম পাম্বসু মপুঙ ফানা যাদ্রবা হাযবসিনী।

## মৈনরোল

মূল অসী শ্রীমদ্ভাগবতকী টীকাকার শ্রীধরস্বামীচরণগী টীকানী।

## মূল ৯৪

কৃষ্ণভক্তির বাধক—যত শুভাশুভ কর্ম্ম।
সেহ এক জীবের অজ্ঞান-তমো-ধর্ম্ম ॥ ৯৪ ॥

## শব্দার্থ

কৃষ্ণভক্তির—শ্রীকৃষ্ণগী মফমদা ভক্তি লৈবগী, বাধক—য়েখায়বা, যত—খিবিক, শুভ-অশুভ—অফবা ফত্তবা, কর্ম্ম—থবক, সেহ—মদু, এক—অমনী, জীবের—জীবগী, অজ্ঞান-তমঃ—খঙদবা কৌবা অমম্বগী, ধর্ম্ম—মতৌ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কৃষ্ণভক্তিগীদি অকাযবা ওইবা অফবা-ফত্তবা হাযত্বুনা লৈরিবা থবক পূম্নমক জীবগী অপঙবগী মশক ওইবা অমম্বা হাবত্বুগী মতৌঙাক্নী।

## নৈনরোল

**কৃষ্ণভক্তির** হাযবগী অর্থদি **কৃষ্ণভক্তি** পোক্নবগী হাযবনী। **শুভ কর্ম্ম** হায়বত্বুদি স্বর্গনচিংবা ফংনবা পূণ্য কর্ম্মনী। **অশুভ কর্ম্ম** হায়বনা নরক নচিংবা ফংনবা পাপকী থবক্নী। পূণ্যসু পাপ-সু অনীমক ভক্তিগী অকাযবনী। মরমত্বুনা শ্রীলনরোত্তম ঠাকুব মহাশযনা মাগী প্রেমভক্তি চন্দ্রিকাদা হায়—"পূণ্য যে সুখের ধাম, না লইও তার নাম, পাপ-পূণ্য দুই পরিহরি।"

মীওইবনা মছাগী নুংঙাইবা ফংনীঙত্বুনা পূণ্য কর্ম্ম তৌনৈ, মবমত্বুনা পূণ্যকর্ম্মদা ইনশল্লিবদি আত্মেন্দ্রিয় প্রীতি বাসনাননী ( মছাগী ইন্দ্রিয় পেম্নবা পাম্বত্বুননী )। মসী থোইদোকপা কৈতব অমনী, মবমত্বুনা মসী কৃষ্ণভক্তিদা য়েখাযনীঙঙায় অমনী। পূণ্যগী ফল ওইনা মীওইবনা ইহকাল পরকালগী নুংঙাইবা ফংলবদা নুংঙাইবনা মযাই কাখিত্বুনা শ্রীকৃষ্ণ নীঙবগী ব্রা কাউথোকয়ি। মরমসীনা পূণ্যকর্ম্মদি হৌবদগী লোইবফাওবা কৃষ্ণ-ভক্তিগী বাধক অমনী।

অমুকসু মীওইবনা ইন্দ্রিয় পেম্নবা হায়ত্বুনা পাপ-কর্ম্মসু তৌযি। অদু-গুম্বা পাপ কর্ম্মগী ফল ওইনা হন্দকমপোক্তসু মখল মখাগী অব্রাবা নংঙী অত্বুগা হয়েংমূক্কী মপোক্তসু নরককোমগী চৈনা ফংঙী। অব্রাবগী চৈনাদা লৈ-ফম খঙদত্বুনা অব্রাবা কোক্নবা অমসুং নুংঙাইবা ফংনবগী বাসনা কনশল্লী, অসুম তৌবনা শ্রীকৃষ্ণভজনবু পাম্বা হাযবত্বু পোক্তে। মরমত্বুনা পাপ কর্ম্মদি হৌবদগী লোইবফাওবা কৃষ্ণভক্তিগী য়েক্লবনী।

সেহ ( মতুস্মু ) হায়বা শব্দসিনা খণ্ডহল্লিরবদি শুভাশুভ কর্ম্মবুনী।

অজ্ঞান-তমোধর্ম্ম হায়বা শব্দগী অর্থদি খণ্ডদবগী মশক ওইবা অমম্বগী ফল হায়বনী। জীবনা পঙবা মরম্না মহাক কনানো হায়বা, হাযবদি মাগী অওইবা স্বরূপ খণ্ডদে অতুগা মাগী স্বরূপকী ওইনা তৌফমথোকপা মথৌ কবিনো হায়বস্মু খণ্ডদে মরমতুন' জীবনা শুভ খণ্ডদে অশুভ খণ্ডদে থবক পঙতৌদা তৌযি। মাগী স্বরূপকী জ্ঞান অতুগা স্বরূপকী ওইনা তৌফম থোকপা থবক্কী জ্ঞান লৈরবদি মহাক ইন্দ্রিয় পেন্নবা শুভ-অশুভ কর্ম্ম তৌ-দতুনা কৃষ্ণগী পেন্নবা ভক্তি সাধন-দা পুক্নীঙ থিংজনগদবনী। মরমদি, কৃষ্ণ-সেবাতনা স্বরূপ মতু, ইম্না কৃষ্ণগী মনাই জীবগী স্বরূপকী ওইনা তৌফম-থোকপা মথৌনী।

## মূল ৯৫

যাঁহার প্রসাদে এই তমো হয় নাশ।
তমোনাশ করি করে তত্ত্বের প্রকাশ ॥ ৯৫ ॥

## শব্দার্থ

যাঁহার—মখোযগী, প্রসাদে—থৌজান্না ; এই—মসী, তমো—অমম্বা, হয়—ওই, নাশ—মাঙবা, তমো—অমম্বা, নাশ—মাঙবা, করি—তৌবগা, করে—তৌয়ি, তত্ত্বের—অওইবগী, সত্যগী, প্রকাশ—ফোঙদোকপা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মখোযগী থৌজান্না অমম্বসী মাঙভী, ( অতুগুম্বা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য অমসুং নিত্যানন্দনা ) অমম্বা মাঙহল্লগা অওইবা ( তত্ত্ব ) করিনো হায়বতু ফোঙ-দোকযি।

## মূল ৯৬

তত্ত্ববস্তু-কৃষ্ণ, কৃষ্ণভক্তি, প্রেমরূপ।
নাম-সংকীর্ত্তন—সব আনন্দ-স্বরূপ ॥ ৯৬ ॥

## শব্দার্থ

তত্ত্ববস্তু—অমত্তা ভায়বা পোৎ ( পরমার্থ ওইবা পোৎ ), কৃষ্ণ—ভগ-বান কৃষ্ণ, কৃষ্ণভক্তি—কৃষ্ণদা লৈবা ভক্তিসেবা, প্রেমরূপ—কৃষ্ণবু নুংশিবা

হায়বতুগী মশক ওইবা , নাম-সংকীর্ত্তন—শ্রীকৃষ্ণগী মিংথৈ শোন্‌বা , সব—পূর্ন্নমক , আনন্দ-স্বরূপ—নুংঙাইবগী মশক ওইবা ।

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

শ্রীকৃষ্ণনে, প্রেমগীমশক ওইবা কৃষ্ণভক্তিনে অমসুং নামশোনবনে—পূর্ন্নমক্নী তত্ত্ববস্তু ( লেঙদবা অওইবা পোৎ ) হাযবতুনী। পূর্ন্নমক্নী নুংঙাইবগী

**নৈনবরোল**

**তত্ত্ববস্তু** হাযরগা পবমার্থ ( পুঙথোই থোইবা কান্নবা ) ওইবা পোৎপু খঙনৈ। জীব পূর্ন্নমক্না নুংঙাইবা পাম্মী , মরমসীনা বস হাযবদি আনন্দ হাযবদি নুংঙাইবা অতুতনা পরমার্থ ওইবা পোৎনী, নুংঙাইবনা

শ্রীকৃষ্ণ মথন্তনা রস স্বরূপ নী ( নুংঙাইবগী মশক্নী )। বস স্বরূপ শ্রীকৃষ্ণবু ফংগা ওম্নবদি জীবনা নুংঙাইবা হাযবতু ফংগনী। শ্রুতিনা হাযবি—"রসং হ্যেবায়ং লব্ধানন্দী ভবতি।" মবমসীনা নুংঙাইবগী মশক ওইবা শ্রীকৃষ্ণগা নুংঙাই-পাম্বা জীবগা মতম পুম্বগী ওইনা মবী ( সম্বন্ধ ) লৈনৈ। মরমসীনা শাস্ত্রদা শ্রীকৃষ্ণবু সম্বন্ধতত্ত্বনী হায়রিবনী।

রস-স্বরূপ ওইবা শ্রীকৃষ্ণবু ফংননবা অমতা ঙাযবা চঙগদবা পোত্তি প্রেম নী ( নুংশিবনী ), মরমদি শ্রীকৃষ্ণদি নুংশিবগী মখা ( পোল্লী ), মরম সীনা প্রেম-বু শাস্ত্রনা প্রযোজনতত্ত্বনী ( চঙগদবা পোৎনী ) হায়বি।

প্রেম ফংগে হাযরগা জীবনা তৌগদবা অমত্য-ঙায়বা মথৌদি ভক্তি-সাধন-তনী , মবমদি ভক্তি ( নীঙবা ) নত্তনা প্রেম ( নুংশিবা ) পোক্তে। মরমতুনা শাস্ত্রদা সাধন-ভক্তিবু অভিধেয (তৌফম-থোক্না তৌগদবা) তত্ত্বনী হাযরিবনী।

মতৌ অসুম্না সম্বন্ধ-তত্ত্ব, অভিধেয় তত্ত্ব অমসুং প্রযোজন তত্ত্ব হায়বা তত্ত্ব অহুমসী মরু ওইনা জীবনা খঙক্রম থোকপনী। অহুমসী খঙববু তত্ত্ব-জ্ঞান ( তত্ত্ব খঙবা ) কৌযি। তত্ত্ব-মকোক ওইবা পোৎ আনন্দগা ( নুংঙাই-বগা ) মরী লৈনৈ হায়তুনা অহুম অসিবুসু তত্ত্ব-বস্তু কৌরিবনী। মরমসীনা নৈনরিবা মূল পয়ারসিদা হায়রি—কৃষ্ণ, প্রেমরূপ কৃষ্ণভক্তি অমসুং

**নামসংকীর্ত্তন** হায়বসীন। তত্ত্ব-বস্তুনী। মথোযসিগী মনুঙদা শ্রীকৃষ্ণনা সম্বন্ধ তত্ত্বনী, নামসঙ্কীর্ত্তন না অভিধেয তত্ত্বনী, অতুগা প্রেমরূপ (হুংশিবগী মশক লোবা) কৃষ্ণভক্তিনা প্রয়োজন তত্ত্বনী।

**প্রেমরূপ কৃষ্ণভক্তি** হাযবসিগী ফিভম অহুম্নী, মতুদি—সাধন-ভক্তি, ভাবভক্তি অমসুং প্রেমভক্তি। সাধনগী মতাঙদা ভক্তি-অঙ্গ (ভক্তিগী শরুক) ওইনা তৌবা ঃবকপু সাধন-ভক্তি কৌযি। সাধন-ভক্তিনা মপূঙ ফাহ্নবা মুল্লবা মতাঙত্তুবু ভাব-ভক্তি কৌযি। সাধন-ভক্তি তৌরগা ভাবভক্তি ওইরকয়িবনা। ভাব-ভক্তিগী মুল্লরুবা মতাঙবু প্রেম নত্রগা প্রেমভক্তি কৌয়ি, মবমসানা প্রেমরূপ কৃষ্ণভক্তিগী অর্থদি কৃষ্ণ-ভক্তিনা পূম্মুন মুল্লবা মতাঙত্তুবু প্রেমভক্তি হাযবনা। শ্রীকৃষ্ণগী হ্লাদিনী-শক্তিগী নাওং থোদোকপবু প্রেম কৌযি মরমদুন প্রেম (হুংশিবা) হাযবসিসু অশেঙবা মশক্তদি আনন্দ (নুংঙাইবা) হায়বদুনী।

**নামসংকীর্ত্তন** হাযবদি শ্রীকৃষ্ণগী মিংখৈ শোনববুনী। সাধন তৌবিঙৈগী ফিভম মতাঙদা নামসঙ্কীর্ত্তন তৌবদি সাধনভক্তিগী অঙ্গ (শরুক) অমনী। সাধনভক্তি মখল মযামগী মনুঙদা নববিধা ভক্তি (ভক্তি মখল মাপনা) খ্বাইদগী থোইবনী, অতুগা অমূক ভক্তি মখল মাপনসিগী মনুঙদা নাম-সঙ্কীর্ত্তন-না (মিংলেন্ শোনবনা) খ্বাইদগী থোইবনী। নামগা (মিংগা) নামীগা (মিংগী মপুঙা) খেনদবা হাযবদি অমতা ওইবা মবম্না শ্রীকৃষ্ণদগী শ্রীকৃষ্ণগা মিংগা খেন্নদে। শ্রীকৃষ্ণদি আনন্দ স্বরূপ (নুংঙাইবগী মশক) ওইনন শ্রীকৃষ্ণনামসু আনন্দ-স্বরূপনি।

আনন্দ-স্বরূপ শ্রীকৃষ্ণগা নক্রেন নক্না মর্ব লৈনবা অমসুং শ্রীকৃষ্ণগী চিৎশক্তিনা ওইবা থোইদোকপা নাওংবু ভক্তিনী হাযবা মরম্না সাধনভক্তি-গী ওইবা থবক (অঙ্গ) খূদিংমক নুংঙাইবগী মশক্নী। জ্ঞান-যোগনচিংবা সাধন-গুম্না ভক্তিমার্গগী সাধন দি রানঙাই ওইদে, থোইনহুন নুংঙাই নঙাইনী হায়বসী মসীদা উৎলী।

মরম ময়ামসী লৈবনা শ্রীকৃষ্ণনচিংবা পূম্নমকপু আনন্দস্বরূপনী হায-রিবনী।

## মূল ৯৭

সূর্য্য-চন্দ্র বাহিরের তমঃ সে বিনাশে
বহির্বস্তু ঘটপট আদি সে প্রকাশে ॥ ৯৭ ॥

### শব্দার্থ

সূর্য্য—কোন্নোইনবা নুমীৎ ; চন্দ্র—থাজ , বাহিরের—মাপানগী হাযবদি মালেমগী , তমঃ—অমম্বা , সে—মখোযনা , মাঙহল্লী , বহি-বস্তু—মাপানগী পোৎ , ঘট—খূজাই , পটআদি—লংগী ফি-নচিংবা , সে—মখোযনা , প্রকাশে—ফোঙদোকয়ি।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নোংদোম্বক্কী নুমীৎ অমসুং থাজনা পৃথিবীগী মপাম্হোংগী অমম্বম্ মাঙহল্লী অদুগা মাপাম্হোংগী চযু-ফিনচিংবা পোৎ মযাম্বু ফোঙদোকযি।

### মূল ৯৮

দুই ভাই হৃদযের ক্ষালি অন্ধকার।

দুই ভাগবত-সঙ্গে করান সাক্ষাৎকার ॥ ৯৮ ॥

### শব্দার্থ

দুই—অনী , ভাই—মচিম্মনাওনা , হৃদযের—থম্মোইনুংগী , ক্ষালি—চামখোক্লুনা, কোকহন্দুনা , অন্ধকার—অমম্বা দুই ভাগবত—ভাগবত অনীগা , সঙ্গে—লোযননা , করান—তৌহল্লী , সাক্ষাৎকার—থেংনবা, উনবা।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মচিম্মনাও ( শ্রীশ্রীগৌর-নিত্যানন্দ ) অনীনা (জীবগী) থম্মোইনুংগী অমম্বম্ কোকহন্বী, অমসুং মখোয়নীনা (জীববু) ভাগবত অনীগা উনহল্লী।

### চৈনরোল

**দুই ভাগবত** ( ভাগবত অনী ) হায়রিবসী অমনা শ্রীমদ্ভাগবত লাইবীক অহুনী অদুগা অতোপ্পা অমনা ভগবানগী ভক্তনী।

### মূল ৯৯

**এক ভাগবত বড—ভাগবত শাস্ত্র।**

**আর ভাগবত—ভক্ত ভক্তিরস পাত্র ॥ ৯৯ ॥**

### শব্দার্থ

এক—অমনা, ভাগবত—ভগবানগী মরী লৈনবা পোৎ, বড়—অচৌবা, ভাগবত-শাস্ত্র—শ্রীমদ্ভাগবতগ্রন্থ, আর—অতোপ্পা ভাগবত—ভগবানগী মবী লৈনবা মী, ভক্ত—অশেংবা ভক্ত, ভক্তিরসপাত্র—ভক্তিরসগী তুঙফম।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ভাগবত অমনা অচৌবা শ্রীমদ্ভাগবত শাস্ত্রনী, অদুগা অতোপ্পা ভাগবত অমনা ভক্তিরসগী তুঙফম ওইরিবা ভক্তনী।

### মৈনবোল

ভাগবত শাস্ত্রবু অচৌবা ভাগবতনী হায়বগী মরমদি অসী ওইবা যাই মহুদি—শ্রীমদ্ভাগবত-তি শ্রীভগবানগী রূপ-গুণ লীলাগী রস ঙাক্নুনা থল্লবা ভক্তি-তাকপা শাস্ত্রনী। শ্রীমদ্ভাগবতনচিংবা লাইবীকশিংদি শ্রীকৃষ্ণগী মশক্নী, শ্রীকৃষ্ণনা থুপগ্রবা মতুংদা শ্রীমদ্ভাগবতনা মহাক্কী মহুৎ শিন্দুনা জগৎতা ঙান্থোইরিবনী। বাফমসী শ্রীমদ্ভাগবতনা হায়রি (১/৩/৪৫)—

কৃষ্ণে স্বধামোপগতে ধর্ম্মজ্ঞানাদিভিঃ সহ।
কলৌ নষ্টদৃশামেষ পুরাণার্কোঽধুনোদিতঃ॥

### মূল ১০০

দুই ভাগবত দ্বারা দিয়া ভক্তিরস।
তাহার হৃদয়ে তার প্রেমে হয় বশ॥ ১০০॥

### শব্দার্থ

দুই—অনী, ভাগবত—ভাগবত, দ্বারা—খুৎলাই ওইদুনা, দিয়া—পীদুনা, ভক্তিরস—ভক্তিরস, তাহার—মহাক্কী (ভক্তগী), হৃদয়ে—থম্মোই-দুংদা, তার—মাগী, প্রেমে—প্রেম-না; হয়—ওই, বশ—খুদুম-চল্লবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ভাগবত অনীনা খুৎলাই ওইদুনা ভক্তি-রস পীদুনা মহাক্কী (ভক্তগী) থম্মোইদুংদা মাগী (ভক্তগী) প্রেম-না মাবু খুদুম চল্লী।

## মূল ১০১

এক অদ্ভুত—সমকালে দোঁহার প্রকাশ।
আর অদ্ভুত—চিত্তগুহার তমঃ করে নাশ ॥ ১০১ ॥

### শব্দার্থ

এক—অমা ; অদ্ভুত—অঙকপা , সমকালে—মতম চপ মান্নবা , দোঁহার—অনীগী , প্রকাশ—ফাওরকপা , আর—অতোপ্পা অদ্ভুত—অঙকপা , চিত্তগুহার—থম্মোই কুহাগী , তমঃ—অমম্বা , করে—তৌযি, নাশ—মাঙহনবা ।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অঙকপা অমনা মখোযনীমক মতম চপ মান্নবা নোংগ্নম্মী , অতোপ্পা অঙকপা অমনা থম্মোই-কুহাগী অমম্ববু কোক্হনবিরম্মী ।

### নৈনরোল

**বন্দে শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য**-না হৌব। শ্লোক অদুদা শ্রীশ্রীগৌর-নিত্যানন্দগী মশক ওইবা নুমীৎ-থাজবু **চিন্দ্রো** ( অঙকপা ) নুমীৎ-থাজনী হাযবী। হৌজিক নৈনবিবা পযাবসিদনা, নোংদোন-অতিযাগী নুমীৎ-থাজদগী-শ্রীশ্রীগৌব-নিত্যাই অনীনা কবিদা হেন্দূনা অঙকপা পোৎ ওইরিবনো হায়বতু প্রমাণ তৌবি। মখোযনীনা অঙকপা ওইবিবসী হীবম অনীদনী। অতিযাদা নুমীংকা থাজগা থোকপসী মতম অমতদা চপমান্নবা থোক্কে, তৌইগুম্বসু শ্রীশ্রীগৌবনিত্যানন্দগী মশক ওইবা নুমীৎ থাজদি মতম অমতদা চপ মান্নবা থোক্লম্মী , মসী অঙকপা অমনী। অদুগা অমুক, অতিযাগী নুমীৎ-থাজদি চীঙদা লৈবা কুহান্নুংগী অমম্বদো কোকহনবা ঙমদে , তৌইগুম্বসু শ্রীশ্রীগৌর-নিত্যানন্দ অনীসীদি জীবগী থম্মোইগী অমম্বা খঙদবা ( অজ্ঞান ) হায়বতু কোকহল্লী , মসী অমা অঙকপনী।

**দোঁহার**—অনীগী—হায়রিবসী শ্রীশ্রীগৌরনিত্যানন্দগী হাযরিবনী।

## মূল ১০২

এই চন্দ্র সূর্য্য দুই পরম সদয়।
জগতের ভাগ্যে গৌড়ে করিলা উদয় ॥ ১০২।

### শব্দার্থ

এই—অসী, চন্দ্র—থাজ, সূর্য্য—নুমীৎ, দুই—অনী, পরম—অয়োবীদা, সদয়—থৌজাল্‌হৈবা, জগতের—জগৎকী মীশিংগী, ভাগ্যে—লাইবক্লা, গৌড়ে—গৌড়দেশদা, নবদ্বীপতা, করিলা—তৌখি, উদয়—থোকপা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নুমীৎ থাজ অনীসী অযৌবীদা থৌজাল্‌হৈবনী। জগৎকী মীওইবশিংগী লাইবক ফবনা গৌড়দেশদা ( নবদ্বীপতা ) থোক্লম্মী।

## মূল ১০৩

সেই দুই প্রভুর করি চরণ বন্দন।
যাহা হইতে বিঘ্ননাশ অভীষ্ট পূরণ ॥ ১০৩ ॥

### শব্দার্থ

সেই—মখোয, দুই—অনী, প্রভুর—ইবুঙোগী, করি—তৌসী, চরণ—খোঙ বন্দন—খুরুম্বা, যাহা হইতে—মমদুগী, বিঘ্ন-নাশ—অকাযবা কোকপা, অভীষ্ট পূরণ—অনীঙবা থুংবা ( ওই )।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মরমদুনা ঐখোয় প্রভু অনীগী মখোঙদা খুরুমসী, মদু ওইরবদি পরমার্থগী লম্বীদা থৈখায-থীঙযবা পুম্বা কোক্লনী অমসুং অনীঙবা থুংগনী।

## মূল ১০৪

এই দুই শ্লোকে কৈল মঙ্গল বন্দন।
তৃতীয় শ্লোকের অর্থ শুন সর্ব্বজন ॥ ১০৪ ॥

### শব্দার্থ

এই—মসী, দুই—অনী, শ্লোকে—শ্লোক-তা, কৈল—তৌরে, মঙ্গল-বন্দন—ইষ্টবু বন্দনা তৌবগী মশক ওইবা মঙ্গল চরণ, তৃতীয়—অহুম-শুবা, শ্লোকের—শ্লোক-কী, অর্থ—অর্থ, মরোল, শুন—তাও, সর্ব্বজন—মীপুম্বা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্লোক অনীসীদা মঙ্গলাচরণগীদমক ইষ্টবু খুরুম্মে , অষ্টম-শুবা শ্লোক কী অর্থ ( লোল ) মীপুম্বা তাবিয়ু।

মুল ১০৫

বক্তব্য-বাহুল্য, গ্রন্থবিস্তারের ডরে।
বিস্তারে না বর্ণি, সারার্থ অল্পাক্ষরে ॥ ১০৫ ॥

শব্দার্থ

বক্তব্য হাযগদবা ৱাগী , বাহুল্য—যাম্মনবা , গ্রন্থ—লাইবীক্কী , বিস্তারের—চাংথোক্‌খবনী হাযবগী , ডরে— কিবনা , বিস্তারে—শন্দোক্লা , না—নত্তে , বর্ণি—হাযরি , (বর্ণি না—হায়রবোই) , সাব অর্থ—মচিওইবা অর্থ , কহি—হাযগে , অল্প-অক্ষরে—মযেক খরদংদা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হাযগদবা বা যামগ্রে, লাইরীক্কী মছা নোযমনখ্রগনী হাযনা কিবদগী শন্দোক্লা হায়দ্রে, মযেক খরতনা মচি ওইবা বাদমক হাযরগে।

মুল ১০৬

"মিতঞ্চ সারঞ্চ বচো হি বাগ্মিতা" ইতি ॥ ১০৬ ॥

শব্দার্থ

মিতম্—চাংকল্লবা , চ—অমস্তুং , সারম—মচি , চ—অমস্তুং , বচং—ৱাঙাংনা , হি—লেপ্পমক , বাগ্মিতা—ৱাঙাও হৈবনী , ইতি—অস্তুম্মা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(অহনশিংনা হায়নৈ) চাংকল্লা তেল্লবা ৱাঙাঙ ওাঙবতনা অওইবা ৱাঙাও-হৈবনী

মুল ১০৭

শুনিলে খণ্ডিবে চিত্তের অজ্ঞানাদি দোষ।
কৃষ্ণে গাঢ় প্রেম হবে, পাইবে সন্তোষ ॥ ১০৭ ॥

## শব্দার্থ

শুনিলে—নাক্বোঙনা তারগা, খণ্ডিবে—কক্বনী, চিত্তের—থম্মোই-গী, অজ্ঞান-আদি—খণ্ডদক্বচিংবা, দোষ—অরানবা, অকায়বা, কৃষ্ণে—শ্রীকৃষ্ণদা, গাঢ়—থনুং-য়ৌবা, গণ্ড-গণ্ড-লাউবা, প্রেম—নুংশিবা, হবে—ওইগনী ; পাইবে—ফংগনী, সন্তোষ—অপেনবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত কৌবা গ্রন্থসী নাক্বোঙনা তারবদি চিত্তগী অজ্ঞান-নচিংবসু, দোষ তারানীপানসু কোক্বনী, শ্রীকৃষ্ণদা গণ্ড-গণ্ড-লাউবা হায়বদি অযৌবী প্রেম পোক্বনী অমসুং থম্মোই পেনগনী।

### নৈনরোল

**অজ্ঞান-আদি** হায়বদি শ্রীলবিশ্বনাথ চক্রবর্ত্তীনা হায়বা মতুং ইন্না অজ্ঞান ( মশক অওইবদু খঙদবা ), বিপর্য্যাস [ দেহনচিংববু ঐনী হায়না খনবা—( অহংবুদ্ধি )], ভেদ ( ভোগ তৌনীঙবা ), ভয ( কিবা, ভোগ তৌনীঙলবা মতমদা যৈখায-থুগায়বা লাক্বদরা হায়না চিংনবা ), শোক ( মাঙখ্রবা পোৎকীদমক বাবা )—মঙাসীবু হায়রিবনী।

**দোষ** হায়বসী মখল তাবানীপালখক্বী মতুদি—মোহ ( পঙথবা ), তন্দ্রা ( উইনীঙবা, তন্থবা ), ভ্রম ( অকাউবা ), রুক্ষরসতা ( চগংনবা ), উল্বণ-কাম (অবাবা নংনঙাইবু পাম্বা), লোলতা ( চোইবা, তযাংবা ), মদ ( ময়াই কাবা ), মাৎসর্য্য ( অতোপ্পগী যাইফ-নুংঙাইবা উরগা খাঙবা ঙমদবা ) হিংসা ( যেংথিবা ), খেদ ( নুংঙাইতবা থবক্বী য়াবা ), পরিশ্রম ( নোম্বদগী চোকথবা ), অসত্য ( শুইদবা ), ক্রোধ (অশাউবা), আকাঙ্ক্ষা ( খৌরাংবা, শাম্শনবা ), আশঙ্কা (চিংনবা), বিশ্ববিভ্রম ( বিশ্ববু শেরাম্না লৌবা ), বৈষম্য ( ওন্নতৈনবা ), পরাপেক্ষা ( অতোপ্পগী মপান্-তাংবা )।

### মূল ১০৮-১০৯

**শ্রীচৈতন্য-নিত্যানন্দ-অদ্বৈত-মহত্ত্ব।**
**তাঁর ভক্ত-ভক্তি-নাম-প্রেম-রস তত্ত্ব ॥ ১০৮ ॥**
**ভিন্ন ভিন্ন লিখিয়াছি করিয়া বিচার।**
**শুনিলে জানিবে সব বস্তু-তত্ত্ব-সার ॥ ১০৯ ॥**

## শব্দার্থ

শ্রীচৈতন্য—শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভু, নিত্যানন্দ—প্রভু নিত্যানন্দ, অদ্বৈত—শ্রীঅদ্বৈতপ্রভু, মহত্ত্ব—মতীক ময়াই, তাঁর—মখোযগী, ভক্ত—ভক্ত (নীওলিবা মী), ভক্তি—নীঙবা, নাম—মিং, প্রেম—নুংশিবা, রস—নুংশিবগী মচি; তত্ত্ব—থারোল, ভিন্ন-ভিন্ন—তোঙান-তোঙান্না, লিখিয়াছি—ইরে, করিযা—তৌদুনা, বিচার—ব্রাখল, শুনিলে - না-কোঙনা তারবদি, জানিবে—খঙগনী, সব—পুম্বা, বস্তু-তত্ত্ব সাব—অওইবা পোৎকী মচি ওইবা শরুক।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কনাগুম্বনা শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুগী, শ্রীনিত্যানন্দ প্রভুগী অমসুং শ্রীঅদ্বৈত-প্রভুগী—মখোয়গী ভক্তশিংগী, ভক্তিগী, নামগী, প্রেমগী অমসুং রসগী—রা মনাকোঙনা তারবদি বস্তুতত্ত্বগী (হায়বদি পবম তত্ত্ব—অদ্বয তত্ত্বগী) মচি ওইবা বা অদু খঙগনী। মবমদুনা ঐহাক্না পুম্নমকসী (শ্রীচৈতন্য চবিতামৃতদা) বিচাব তৌদুনা ইরবনী।

## মুল ১১০

শ্রীরূপবঘুনাথপদে যাব আশ।
চৈতন্যচরিতামৃত কহে কৃষ্ণদাস ॥ ১১০ ॥

## শব্দার্থ

শ্রীরূপ—শ্রীলরূপগোস্বামী, রঘুনাথ—শ্রীলবঘুনাথদাসগোস্বামী, পদে—মখোঙদা, যাব—মহাক্কী, আশ—আশা, চৈতন্য-চরিতামৃত—শ্রীচৈতন্যচরিতামৃত কৌবা লাইবীক, কহে—লীজরি; কৃষ্ণদাস—শ্রীলকৃষ্ণদাস কবিরাজ গোস্বামীনা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীরূপ অমসুং শ্রীরঘুনাথদাসগী খুয়া থম্বান্দা খুরুমজদুনা অমসুং মতম পুম্বদা মখোযগী থৌজান্দবু পামজনগা কৃষ্ণদাস কৌবা ঐহাক্না মখোযগী তুং ইনজদুনা শ্রীচৈতন্যচরিতামৃতবু রাজিজরী (বর্ণনা তৌজরি)।

## নৈনরোল

শ্রীচৈতন্যচরিতামৃত কোৱা লাইরীকসিদা শ্রীমন্ গৌরাঙ্গ মহাপ্রভুগী লীলা লীরিবসী লাইরীক-লেংবা কবিরাজ-গোস্বামী মছামক্না উহৌবা অমতা নত্তে। শ্রীলরঘুনাথ দাস গোস্বামীদি মতম কুইনা মহাপ্রভুগা লোয়-ননা নীলাচল দা লৈমিন্নরম্মী, অদুনা মহাক্তি প্রভুগী লীলা যাম্না উরম্মী। স্বরূপদামোদর গোস্বামীদি প্রভুনা লম্বোইদ্রিঙৈদগী হৌনা লোয়নরকপনী, মহাক্তি লীলাদা নত্তনা প্রভুগী পুক্নীঙগী ৱা ফাওবা খঙবা মীনী। শ্রীমন্ মহাপ্রভুনা রঘুনাথ দাস গোস্বামীবু স্বরূপ দামোদবগী খুত্তা শিন্নরম্মী, স্বরূপদামোদরগা লৈমিন্নহুনা মঙোন্দগী দাস গোস্বামীনা প্রভুগী লীলাগী বা অযাম্বা তাখিবম্মী। অদুগা শ্রীরূপ গোস্বামীসু প্রভুগী অযাম্বা লীলা উখি অমসুং স্বরূপ দামোদরদগী প্রভুগী মরমদা ৱা কয়ামা তাখি। লাইরীক লেংবা কবিবাজ গোস্বামীনা শ্রীরূপ অমসুং বঘুনাথ অনীদগী তাবা ৱানে অদুগা মখোয়না ইরম্বা লাইবীকুগীনে বা লৌদুনা চৈতন্য-চরিতামৃতগী মচাক ওইহনখিবনী। মবমসীনা তৌবিমল খঙবগী ৱাহৈ পরিচ্ছেদসীগী ভণিতা ওইনা কবিবাজ গোস্বামীনা ফোঙদোকপনী।

ইতি শ্রীচৈতন্যচবিতামৃত আদি লীলাযাং গুর্ব্বাদিবন্দনা মঙ্গলাচরণং নাম প্রথম পবিচ্ছেদ ॥ ১

---



# শীতলজিৎকী লাইরীকশিং

**উপন্যাস**—ইমা, রোহিণী, মুংশিরাখৈবা, খাদোকপা।

**বারী মচা**—লৈকোম্মুংদা, লৈমুংশি।

**শৈরেং**—কেতুকী, বাল্মীকি, ইখৌলাংবা, শকুন্তলা,
শৈবাংবা ( ১বা শরুক্ )।

**অতৈ অতৈ—**

১। নেতাজী সুভাষচন্দ্র বসু অমসুং আজাদ হিন্দ ফৌজ

২। শ্রীমদ্ভগবদগীতা ( মৈতৈলোন্দা )

৩। শ্রীনরোত্তমদাসকী প্রার্থনা ( মূল অমসুং মৈতৈরোন্‌গী অনুবাদকা কোন্নবা )

৪। বৈষ্ণবপদাবলীগী শাযোন-শৈখন্

৫। **Friends' English to Manipuri Dictionary**

৬। **Friends' Pocket Dictionary ( English to Manipuri )**

৭। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( অনুবাদ ) খণ্ড অহান্‌বা